# [illegible]

# মরুদো কদায়দা...

এলাংবম সোনামণি সিংহ

মজিং পব্লিকেসন্স
মোইরাংখোম লোক্লাউবুং
ইম্ফাল-৭৯৫০০১




Marudo Kakhen - a collection of eleven Manipuri Short Stories
by : E. Sonamani Singh
Published by : Manjit Publications, Imphal





অহানবা ফোঙ্বা - ২০০৭ ইং

ফোগুজবী - কমলা স্না রাজকুমারীনা

মঞ্জিৎ পব্লিকেসন্সকীদমক ফোঙ্বা

কপি - ১০০০

মমল - লুপা ১০০

লাইরিক ফংফম - সুচেতা বুক এণ্ড পব্লিকেসন, পোলোগ্রাউণ্ড রোড, ইম্ফাল

নম্ফম - সুচেতা প্রিন্টিং ৱার্কস, পোলোগ্রাউণ্ড রোড, ইম্ফাল

মখুম - প্রো: টিঐচ তোম্বী সিংহ, ললিত কলা একাদেমী এৱার্দি

## ৱাহৈ খরদং

ইবদি হৌকবগা লোইশিনবা ঙমদনা চহি খর তাদুনা লৈরক্লিবা উপন্যাস অমা লোইশিল্লগে খন্না পাইখৎলুবদা উপন্যাস অদুগী মবী লৈনবা ৱাবম অমা ফাওবা পুক্লীংদা ফাওবক্তদুনা ইথবা য়াদনা লৈবিঙেদা অবোক চোনুনা অঙাং ওইবিঙেদা লীবিবস্না ৱাবী মতেক মতেক নীংশিংলকখি- মদুগী ফলনি ৱাবী মচাশিং অসি। অবোক চোনু ইপাবু পোকপা ইমাবু পোকপা অবোক নত্তে, শাগৈসু ভিন্নদে- অদুবু মশুশিংবু য়াম্না লুনা তৌবা অবোক্লী। মগাক্লা লুনা তৌবিবস্না মশুশিংগী মবক্তা অমনি ঐসি। অদুনা ৱাবী মচাশিং অসদা যাওবিবা মণিপুবগী লম্মিৎ তুমিৎ অসি মাগী মতম জাপান লান মমাঙগী মতমগীনি মতম অদুৱাইদা সমাজদা চৎনবস্না শীংথানবস্না শাজৎ ৱাঙাং খর খর খঙহৌবদু শীংথাজবী।

লমখুনু অমা কৌবা ৱাবীদা য়াওবিবা বৈতবনী লানবগী ৱাবী মতেক অসি বাকগী ৱাবেং শৈবেংদা যাওবা বৈতবনী লানবদা হাযবা ৱাবেং থাবল চোংবদা শক্লবস্না ঈশৈ অসিদগী এদাপ্ত তৌবা ৱাবীনি।

লোইগে খনখিবা উপন্যাসতি লোইশিনবা ঙমদনা অদুম তাদুনা লৈহৌবে। ৱাবী মচা খরসিদি মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিবীবা খ্বাই মাঙদা মিৎযেং তাবনবা থমজবে।

লাইবিক মচা অসিগী মখুম অমতং য়েকপিয়ু হায়জকবদা হবাও হবাও য়েকপিবকখিবা প্রো: থোইদিংজম তোম্বী সিংহ, ললিত কলা একাদেমী এৱাবদি অমসুং লমখুনু অমা কৌবা ৱাবীগী ইথিল পিবিবা বাকগী মফমদা তৌবিমল খড়বা উৎচবি।

সোনামণি সিংহ

# য়াওরিবা

## (১)

## গুলাব পাম্বী অনী

অকোইজমগী লৈকোন্দা গুলাব পাম্বী অনীখক হৌরি — অমনা ঙাঙন-মুবা অমদুনা অশেঙবা নাপুনি। অনীমক মালীনা থোইনা হেন্না লুনা তৌজবনি। নুমিৎ খুদীংগী অযুক কুমুংদগী হেক কুমথবকপগা মায়-মীৎ তাববা তুংদা ইহান হেক হান্না আত্তব গুলাব পাম্বী অনিদুদা থবায় তানা য়েংজবিবনি অকোয়জম মালী।

ঙাঙন-মুবা গুলাব পাম্বী অসি ফ্রান্সকী কোনুং টুলেবী লৈকোন্দগীনি। সমুদ্র ঈবম তবেৎ লান্দুনা নুমিৎ কায়নিমুক জহাজ তোংদুনা লাক্লগা বোম্বেগী বোবীবন্দব ডোক্তা কাখৎলগা নোংমত্তুং বোম্বেগী হেঙ্গিং গার্দেনদা লেক্লম্লগা ট্রেন তোংদুনা নুমিৎ কযানিমূক চৎলবা তুংদা ভাবতকী বাষ্ট্রাপতিগী মোগল গার্দেন্দা মতম খর লৈবম্লগা অকোয়জম মালীগী মমাক নুপা প্রসিদেন্টকী এদিসি ওইবিবা অদুনা ছুটি থোবকপদা মাগা লোয়ননা ইন্দিবা গান্ধি ইন্টবনেসনেল এয়াব পোর্টতগী বোইং তোংদুনা ইম্ফাল তুলিহল এয়াবপোর্ট তম্না লাকখি। অদুগী তুংদা অকোয়জম মালীগী লৈকোন য়ৌবকখি। হেক উবদা অকোয়জম মালী মিফম হোংদে মতিন কুৎ কুৎ য়োৎনা য়েংই। নুমিৎ অদুদগী মাগী থবায় হকচাং পুক্লীং পুম্না মঙোন্দা লূপখি — মমাক নুপাগী মমিং লৌদুনা থোনখি মমিং "লালা"।

গুলাব অমেঙবা নাপু পাম্বী অসিনা লক্ষ্ণৌগী নবাব ব্বাজিদ আলীগী লৈকোন্দা তোমথিন গাল্লকপীনি। অকোয়জম মালীগী মচানুপী য়ায়মা বন্দনানা লক্ষ্ণৌ বিশ্ববিদ্যালয়দা লাইবিক তম্লিঙৈ নোংমা নবাবকী লৈকোন্দা চৎলুবদা উনরকপনি। হেক উবমক্তদা মহাক্কী থম্মোয় লূপখিবী গুলাবনি-মতম অয়াম্বদা মাগী ব্বাখলতনা থম্মোয় থনখি। পোষ্ট গ্রেজুয়েট কী অরোইবা পরিক্ষা পীরম্লগা মণিপুর থোরকপা মতমদা নবাবকী গুলাব লৈকোনগী মকোক থোংবা মালীদা য়াম্না হায়জচৎচরগা গুলাব নাপু অসি মণিপুর মায়গৈ পাংলকখি। অকোয়জম মালীনা মসিবু হেক ফংজবদা নুংশাঙ্খর নে-তানা নুংঙাইজখি। মচানুপীগী মমিং লৌদুনা থোনখি মসিগী কোলাই ৰাই বন্দনা।

অকোয়জম মালীনা রাইবু লালাগী মনাক্তা পুরক্লগা হায়খি — "নখোয় অনীমক ইচা গুাক্তনি - লালা নচন নুপীসি লুনা তৌবিয়ু।"

বন্দনানা অকোয়জমদা থুংলখিবা অসি ফরাসি নিংথৌরেনগী টুলেরী কোনুংদগী লাকখিবা ফ্রান্সনা অকোয়জম লৈকোন্দা থুংলবগা ইকান-কান্নরমদে। ফ্রান্সনা বন্দনাবু উবদা মতম কুইনা গুাইরক্লবী অমা উনবদা হরাও মথুমমরাও হৌবগুম মোমোন নোক্লা ফেং ফেং হাইনা তরাম্না ওকখি।

অনী অসি নুমিৎ অদুদগী হৌনা লুনা তিন্নজবা, লোয়নমিন্নজবা, মতমপুম্বা থানদনা লৈমিন্নবা, অমনা অমগীদমক মতম পুম্বদা খন্দুনতা লৈনবা ওইখি। অমদি- অনীমক অকোয়জম মালীগী থব্রায় থম্ফম নোংমগী অমুক্তং উদ্রবদি লৈগুমদবা ওইখি।

নোং হেক গুানবগা গুলাব পাম্বী অনি অদুগী মনাক্তা ইহান হান্না চংকনি, মনা মশা অখুইবা হেক্তংকনি ককথংকনি, তীল কাও হাক্তোক্কনি মহোক্কনি; ককচেং মহুম শাননবা কোনশিল্লম্বা মনা থদংকনি, পাম্বীদা কোকফাই কারম্বা মফম শেংদোক্কনি, মখোও শোমগনি, মখোও ময়াদা হৌরম্বা নাপীশীংবী শেংদোক্কনি অদুগা মখোও অমসুং মশাদা ঈশিং চাইবীগনি ; করিগুম্বা কান্দা তীন-কাও হাংননবা হীদাক স্প্রে তৌবিগনি মশিনি — অকোয়জম মালীগী নোংমগী মথৌ-অয়ুক অমসুং নুমিদাংব্রাইরম খুদীংগী।

অগুম্না গুলাব পাম্বী অনী অসি অকোয়জম মালীগী চেকশিন মীৎয়েং মখাদা হয়-হয় চাউরকখি অমসুং অকোয়জম লৈকোনগী গুলাব অনী হায়না মমিং চংলকখি। অনীমক মালগুগী তাম্বাদা হরাও-তয়াম হাইনা হুম্না জগোয় শাই। হয়িংখোই খোইমুগী শুরদা লক্ষ্ণৌগী ফাওরবা গজল কয়া অমসুং টুলেরীগী সোপ্রানো কয়া শকমিন্নখি।

অহানবা উনরবগী মতুং থম্মোই-থম্মোইগী নকশিন্নরক্লবদা গুলাব অনী অদু হেন্না হেন্না অমনা অমগী পূক্নীং খগুনরকখি, নোংমা ব্রারী শানখি —

"নহাক কদাইদগী ? নমিং করি ?"

"ঐদি ফ্রান্স কোনুং টুলেরীদগীনি, ইমিংদি ফ্রান্স অদুগা নগুদি ?"

"ঐদি লক্ষ্ণৌদগী ইমিং অখতার।"

"ঐদি কোনুংদা চাউরকখি। ফ্রান্সকী ফাওরবা নিংথৌরেন নেপোলিয়ন বোনাপার্টকী মহারানী মেরী লুইসা হায়বী অষ্ট্রিয়া নিংথৌ মচানুপী অদুগা লোয়ননা ভিয়েনাদগী পেরিসতা লাকখিবা অদুগী ধারানি ঐদি।"

"ঐগী ইপা-ইপুসু পারস্যদগীনি। মোগল নিংথৌরেন জহাঙ্গীরগী মহারানী বেগম অর্জমন্দ বানু নুরজাহান মেহর উন্নিশানা মপাগা লোয়ননা মোগল নিংথৌরেন আকবর সাহগী রাজসভাদা লাকখিবা মতমদা লোয়নরকখিবনি ঐখোয়গী ইবুধৌদু। মোগল সাম্রাজ্যনা মরায় চায়থরক্লবা মতমদা অযোধ্যাগী নবাব ব্রাজিদ আলীনা মোগল কোনুংদগী পুরক্তনা লক্ষ্ণৌগী নবাবি লৈকোন্দা লৈহনখিবনি। মদুগী ধারানি ঐদি।"

"হৌজিক অকোয়জম মালী ইথৌ অসিনা ঐবু য়াম্না নুংশিনা কৌই 'লালা'।

"ঐবুনা মহাক্না কৌই 'বন্দনা রাই'।"

লালা-রাই তংন থানদনা লোয়নৈ, শান্নমিন্নৈ, চামিন থকমিন্নৈ, খংনৈ-চান্নৈ, নোকমিনৈএ কপমিন্নৈ। অয়াম্বা মতমদা মখোয় অনীতা শান্নবা য়াবা — কৈয়েন, অশুম্বী শুমদবী, মচীন মনাও, অথাবী থাদবী, মরূম কোনবী অমদি খুৎলোকপী শান্নৈ। নোং-ফদোক লালা মমান্নবা অতৈগা খোঙ কাঙ্জে, চেজোং মাঙ্জোং, খুবৈ-খোংয়াই, য়েংদৌ শগোল কাঙ্জে, অথালী পথালীনচিংবা শান্নরুই। রাইসু নোংফাদোক মমান্নবী অতৈগা বন্দি, উরাওবী, ফিবুল হূবী, অমাং-কৈরোই, উ-শিন্নবী, ক্লাক মাঙ্জোং, ক্লাক ক্লাক, সেবতী কাওনবনচিংবা শান্নরুই। অদুবু মখোয় অনীমক মদুদা কয়া পুক্লীং লুমদে। মখোয় অনীনা পুক্লীং লুম্না হূরাও-তয়াম্না শান্নবদি মখোয় অনীতা শান্নবা মশান্না অদুনি। মখোয় অনী পুন্না লৈমিন্নরবতদা অনীমক হূরাও তয়াম্মী নোক-খে-লাঙ্ই।

লেপ্পা লৈতনা চৎলিবা মতম্না তত্তনা অহোংবা পুরকই। লালা-রাই অনীগী পুন্সিদসু অহোংবা কয়া লাক্লে। পুংকক্ চাউরকপা মপুং ফারকপা মতম, কোইনৌ ঈল্লকপা, থাবোম ঈনখৎলকপা, মীওই শুরকপা মতমদা লালা-রাই অনী অসিনা ফজবসি—পৃথিবিদা লাম্বা লৈরম্লোইদবোই খল্লি। মখোয় অনী অসি ফজে ফজে হায়নবসি লৈকায় লাম্না শন্দোকখিদুনা মণিপুরগী কোচিন কোয়া য়ৌখিবতা নত্তনা মণিপুর বাংমা লাননা ভারতকী অথাপ্পা কোচিন-কোয়া য়ৌখি। মখোয় অনিবু য়েংবা লাকপা মীগী পরেং কৃক্ কৃক্ ইন্নৈ-নোংমা কাংদে — অকোইজম মালী থবক য়াম্না চিল্লে। লাক্লিবা কয়াদুগী মরক্তা ফোরেন টুরিষ্ট কয়ামরুম য়াওরম্মী — মখোয়না শন্দোকখি অনীগী ফজবা ভারতকী বাংমদা — হৌজিক মখোয়গী ফজবা ইন্টরনেসনেল প্রোপর্টি ওইরে। অদুগা য়েংবা লাক্লিবশিংদুগী মরক্তা গুলাব লৈরাংগী মতীং খঙ্বা ফ্লোরিষ্ট কয়ামরুম য়াওরম্মী। মখোয়না পৃথিবিগী মফম কয়াদগী, কয়া অমনা হকথেংননা, কয়া অমনা চিঠিদা টেলিফোন্দা, ই-মেলদা মথং মথং হায়বা হৌরকখি — মচা মমৌ ওইজগে, মচা ময়া মমাক ওইজগে— হৌনবী মংকৎ পীজগে, ক্লাগোক হাঞ্জগে। অকোয়জম মালী হূরাওবনা মোমোন মোমোন নোকপতা নত্তনা কনাদা করি খুমগদগে খনবদা খনফম থোক্তে—খুমদোক খুমজিন্দা থবক য়াম্না চিল্লি — নুংশিরবা মশু অনীমকপু পাক হেক থাদোক্লীংদে, থাদোকপসু পামদে — মদু হেক খল্লুবদা মপুক্লীং নিংকোক নিংকোকই।

ফজে হায়না মমিং চৎপা হেঙ্গৎলকপা, মী পরেং পরেংনা মখোয় অনীবু য়েংবা লাক্লবা মতম অসিদা — মশা মশাগী শাহূন মপুং ফারকপগা লোয়ননা মখোয়গী বাখলসু হোংলকখি— মখোয় অনীগী মরক্তা লৈরম্বা মরী অদুসু মওং হোংলকই। করিমত্তা লৌথুপ-লৌকোই লৈতনা হায়নীংবা হায়নরম্বা, ঙাঙনীংবতা ঙাঙনরম্বা,

ফুনরম্বা, চৈনরম্বা, কোম্নদুনা নম্নদুনা শান্নরম্বা পূম্নমক অদু তোকখ্রে ; — মমিং ফান্দুনা কৌনবা ফাওবা ময়েক শেংনা ইরায় লায়না হংনবা ঙম্ম্রে, মিংনা য়েংনবা নত্তনা রা অমত্তং হংনবা ফাওবা ইরায় লায়না ঙম্দ্রে — মখোল নীকপগুম্ শুরু শুরু নৈশিনবগুম অমত্তা ময়েক শেংদ্রে। মমিং মরি অদুনা য়েংনরগা খোন্দি থোক্তনা হায়নরিবা রাশিং অদুগী অর্থ তোঙান তোঙান্না মবুক মবুক্তা হন্নরি। নোংফাদোক লালনা খাইগী মখুৎককা শোক্লুরবা, রাইনা লালাগী মশা- শোক্লীং- শোকমাও নকশিন্নরুবা-ইলেক্ট্রিক্রা চিংবগুম চীং-চীং লাওবা ফাওনৈ, করিনো হায়ফম খঙ্দে — মসি মহৌশা অমুক্তা তৌ মেদবনি। অদুম অদুম ওইনমক্ অনী অদুগী মবুক্লীং রাখলদা হেন্না হেন্না খঙনীংবা হেন্না হেং নক্লনা লৈমিন্ননীংবা, শুকথা থাদোক্লীংদবা অদুদি নোংমা নোংমগী থাক থাক হেঙ্গলক্লি।

অকনবা লীপুন্ অসিনা নোংম- নোংমগী অশুম -অশুম্ হেন্না - হেন্না কন্না পুনশিল্লক্লবদা মখোয়গী শাজৎ লাকচৎ হোংলকই, — মদু য়াম্না উগনবা অকোজম মালীনা উবক্লে। অকোযজম মালীদি ট্রেদিস্‌নেলিষ্টনি, যাম্না গুর্থোদোক্ল ওইবা নুপানি: মণিপুরী মৈতৈশিংগী চৎনবী খম থেংনা ঙাক্লিবানি।

মিংগৌ কক্কা কায়না ওন্ন তৈননা কৌবা য়াবা নত্তে, থকসি- খাসি ব্যবহাব কায়বা উরবদি মহাক খাঙবা ঙমদে। চৎনবী ঙাকপদা হোংলকলিবা মতমগী খোঙ্চৎকা লোয়নজরবা চৎনবীদা কোমথোরক্লিবা অসিগা কোমপ্রোমাইজ তৌবা শুকঙম ঙমদে মহাক্তি। মাগী মমিত্তা মখোয় অনীমক মাগী মশুনি, মণিপুরীনী মৈতৈনি — ফ্রেঙ্ক অমসুং অখতার অমুক ওইদ্রবনি — লালা অমসুং রাই ওইরবনি — মাগী ময়ুমদা মখোয় অনী মচীন মৌপ্পানি য়ুম অমত্তদা লৈমিন্নবা। মচীন মৌপ্পাগী মরী নত্তনা অতৈ অতোপ্পা মরী লৈনফম থোক্তে — লৈবা য়াদে। ইমুং অমত্তদা লৈমিন্নবদি লায়রদনা লৈকায় অমত্তদা লৈমিন্নবা লৈশা পাখং পূম্বা পোকমিন্নবা মচীন মৌপ্পানি হায়না খন্নরিবা চাওখৎলবা সভ্যতানা মশাগী ওইজববা মৈতৈ জাতিগী চৎন- লোনচৎ- ইপা-ইপুশিংনা চহি কয়া কলচর তৌদুনা থম্বীরম্লবা অসিদগী হেন্না ফবা নীংথিবা অমা পৃথিবীগী মফম কদায়দা লৈবগে ? মসিবু খঙ্দবশিং খরনা মতম খজিক্তংগী সুবিধাগীদমক অশুক ফজম্রবা কলচর অসিবু থৌওইদবা অকোয়জম মালীগী মবুক্লীংদা শুকয়া য়ানীংদে। মদুনা কলচব অসিবু কন্ননবা অকনবা থবক্ পাযখৎখি।

লালা অমসুং রাই অনীগী মচীনমৌপ্পা ওইনা লৈমিন্নবদগী হেঞ্জিনবা অহক্পা মরী অমা লৈবা অদু উরকপা নুমিৎ অদুদা অকোয়জম মালীনা মখোয় অনীবু পুং কৌশিল্লগা হায়খি— "নখোয অনীমক ইশুনি ইচা নুপীনা পোকপা - তোঙান তোঙানবা লমদগী লাক্লবসু ইমুং অমত্তগী মীনি, য়ুম অমত্তদা লৈমিন্নবিবনি নচীন নৌপ্পানি। মণিপুরী মৈতৈ ঐখোয়গী চৎনবীদা মচীন - মৌপ্পাদি লায়রদনা য়েক তিন্নবা, গোত্র তিন্নবা, শাইরুক তিন্নবা মশেল লৌন লৈনপা যাদে। নোংচুপলমদা অমদি খা-ভারত্তা য়াম্না পান্নবা মখুরা মপনগী মচানুপা- নুপী লুহোংদুনা লৌন- লৈননা, মমাগা পোকমিন্না য়ামগী মচানুপা, নুপী লৌন- লৈনবা য়াবা, হেন্না য়াম্না পান্নবা অদু মৈতৈ লৈবাক

অসিগী মৈতৈশিংগী মরক্তদি য়াদে, চৎনদে, নামুংই। করি অমুক হায়গনি লৈকায় অমত্তদা লৈমিন্নবা পাখং লৈশাবী পুম্না মবুং মৌপ্না মচে মচন ওইনা খন্নে- লৌন-লৈনবা তৌনদে। চৎনবীনা লৌন- লৈনবা য়াদবশিং অসি লৌন- লৈনরবদি নিংথৌ পাল্লিঙে মতমদদি হ্যাওজোংবনদা লোই থায়, সমাজনা ঈথোকই, তিন্নদে। অদুনা ঐগীসিদা লৈরিঙেসিদদি অদুগুম্না ঈরাংদু য়াদে — ঐ পামজদে। অদুনা নবুক্লীং নবুক্লীং অদু ফাথদুনা চৎনবী ঙাক্না চৎকদবনি। অশুম্না হন্না হন্না হায়দুনা মখোয় অনীবু ব্বারকখিবনি।

অদুম অদুম ওইনমক ঈশ্বরনা শেম্বা নুপা নুপী নুংশিনবগী মরীবু মীনা শেম্বা চৎনবীনা থিংবা ঙম্বা হৌনবরা ? অকোয়জম্ মালীগী মীচৈ ফন-তাদুনসু, অথিংবা কয়া থমদুনসু, লালা-রাই অনীগী নুংশিনবা ঈশ্বরনা পীরকপা খুদোল অদুদি মাঙহনবা খক ঙমখিদে। চৈর- চৈরগা, মীরা তার-তারগা নুংশিনবদু হেন্না হেন্না মরা চেৎশিনবা হেল্লকখি।

মদু উবকপদা অকোয়জম মালীনা মীমাঙ ফম্বা তারে হায়দুনা বন্দনাবু য়াম্না থুনা পাজগ্রগে হায়না খল্লম্মী। মখল খুদীংগী মী কয়ানা রাইবু মচা মমৌ ওইজগে হায়না হাযবা লাকখি। অশুম্না যেংবা লাকপা, হায়বা লাকপনা অকোয়জম মালীগী লৈকোন অদু হিয়াঙথাং বব লাইখুকম্বা লাকপদু ঙায়খ্রে। তৌঙম্বা ইনাকখুনবা কযানা ক্কাগোক্তা কযা হানগদগে হংনরম্মী। মতমদুদা ক্কাগোক হানবদা য়াঙ্খেনা খ্বাইদগী চাউবা ওইববসু রাইগীদমক ক্কাগোক হাঙগে হায়জববসি য়াঙ্খেগী দুগুন চামগী আ মথক্কী মথক লীশীংদগী হেনবা ঙাক্তনি; মণিপুরগী কোচিন কোয়াদ-গী হেন্দোক্তুনা ভাবতকী ব্বাংমা থাপ্লবা লমদগী ফাওবা লাক্লখি, - ক্কাগোক লীশীংদগী তাদনা হানগে হাযজবৈ। অকোয়জম মালীনা হায়বা লাক্লিবশিং অদুগী লমচৎ-ব্যবহার য়েংলম্মী মপা মপু শাগে নাঙৈগী অকুপ্পা ইতিহাস লৌরম্মী। মরমদি মশুনুপীনা খুয়াতুশিংনা লৈননবা লৈকগদবা ইমুংগী পুকচেল খোয়জেল লমচৎ-শাজৎ খঙবা পাল্লম্মী। অদুনা অখন্নবা মরূপ খবগা ততনা ব্বারী শান্নরম্মী খন্নরম্মী।

অশুম্না ক্কাগোক হানবগী চাং লীশীং হেল্লকপা মতমদা কল্লক-মিহৌজাও কয়া পবেং পরেং হিয়াংকুম্মৈগুম্ মাবু য়েংবা লাক্লখি — মমান্নবী কয়ানা কল্লক - মিৎয়েংনা য়েংলৈ, লৈশক খঙবা কয়ানা লীশীংদি কৈসু লৈতে য়াম্যন্দে হায়না খন্নখি — অপাম্বা কনাগী মফমদদি মমল নাইদে শেলগী মশীং কক্তে। অদুনা মাবু য়েংবা লাকপা, অকোয়জম মালীদা প্রস্তাব তৌবা ব্বারেপ্লবা মী লকপসি হিয়াং কুম্মৈগুম্মী। লাক্লিবশিং অসিগী মরক্তা ফাওরবা ক্লোরিষ্ট মশীং থিঙমদনা য়াওরম্মী — মণিপুরগী, ইণ্ডিয়াগী অমদি ইণ্ডিয়া ব্বাংমগী ইন্টরনেসনেল ফিগব কয়ানি। মতমসিদা লাকখিবা কয়া অদুগী মরক্তা লক্ষ্ণৌগী নবাব রাজিদ আলী লৈকোনগী মালীগী মশু আফতাব অমসুং ফ্রান্সকী কোমুং টুলেরীদগী মালী মশু লুইসু য়াওরকখি। মখোয় অনীদি আখতার

অমসুং ক্রান্তকী খোজুল লীরকপনি। লুইগী মিসনদি ক্রান্ত নত্রগা মাগী মহুৎ অমদি শোয়দনা টুলেরীদা পুখিবনি।

মরক অসিদা লৈমিন্নবদগী নক্লবদগী থম্মোয়গী পাউখোঙ ফোং অকনবা লীচাং অমনা খিংবা ঙমদনা চিংশিনখিবদগী মী খঙ্দা -উদ হৈরাঙ লোঙ্গা-চা লৈরাং লোজিন চিন্নুবদগী খঙ্হৌদনা রাই-বন্দনা মীরোন্নক্লে। মদু খঙলকপদগী অকোয়জম মালী মীমাঙ্ফম্বা তারে খল্লুবদা লবাই শাংলে। মানা ঙাঙ্বা শক্পা চৈ - থাংবা পুন্নমক উত্তা খী হৈবগুম করিমত্তা কান্নদ্রবা, হৌজিক মহাক মায় ফিরুক খুম্বা তারল্লবদা মখল কয়াগী লাইবা পান্বে মাইবা মাইবী খিদুনা মী খঙদ্রি উদ্রিঙৈদা লৌথোকহৌনবা ঙম্বা মখে হোৎনখি। অদুবু নুংদা ঈশিং চাইবা তাদ্রে। মরমদি রাইনা মদু শুকয়া য়াখিদে। নুংশিবগী খুদোলবু করম্না অরেম্বদা মাঙহনগনি। রাইদি ইকাই - ইকি বাংমনি। মালীদি কমদৌবা?

মালী মওল মওল খল্লি — মীগী মরক্তদি মুকষনশিংবু হঙ্গোয়নৈ, মরীল চুমদে হায়নৈ, অতত্তাই তারকপদা চেল্লি হায়নৈ। লমজা ছারা চাজেনবীবুসু হঙ্গোয়নৈ ; — লুম্না চাজেনবী, খাইনরবী চাজেনবীবু নুপা ওইবনা অপাম নুংশি পোক্লুরবসু লৌন-লৈনবদি কয়া পান্নদে, চাজেনবা পাম্নাবুসু নুপী ওইবীশিংনা অদুম্না লৌনৈ। মখোয় করিগুম্বা লৌন - লৈনরবসু মখোইবু থোইদোক্লা মণিপুরী মৈতৈ সমাজনা মিংয়েং অমা ওইনা য়েংনৈ।

অদুবু মণিপুর লৈবাক অসিদা মৈতৈ সমাজনা ষন অমোম মুকষনবুদি মখোম থোকপা হেল্লি হায়না হেন্না পান্নে, লৈ মুকষন ফজবা হেল্লি, ফৌ মুকষন্ চাথোক হেল্লি হায়না পান্নে। সমাজনা মখোয়বু তাখি-তাওইনা তৌবগী মহুত্তা হেন্না লুনা পান্না তৌনৈ। অদুবু মৈতৈগী চৎনবী ব্যবহার, সভ্যতা, কৃষ্টিদা মখে লৈতনা চাউখোকচরিবা; পৃথিবীগী মনুংদা মৈতৈমুক চাওখৎপা জাতি অমা লৈতে খঙরিবা অকোজম মালীগী মফমদদি য়ুম অমত্তদা ইমুং অমত্তদা মচীন মৌপা ওইনা লৈমিন্নরগা লৌন-লৈনবা হায়বা অসি খাঙ্ঙমদবা অমা ওইরম্মী। অওইবমক মানা হেক পোকচবা মচা মশুসু নত্তবা, মখুরা, মামা, মচীন মনাওগী মচাসু নত্তবা, শাগৈ মচা মশুসু নত্তবা, মীরৈবাক্তী মীচাবোক অনীখক মানা য়োক্লুবগী বাতনি। মী অতৈনদি মখোয়না পোক্লকপা, মুকষন মচাবু থোইনা হেন্না পান্নরিবনি, অদুবু মদু ওইরফাওবদা মাগীদা লৈরগা অসিগুম্বা চৎনবীদা নামুংবা থৌদোক অমা থোকপা হায়বসি অকোয়জম মালীগী মবুক্লীংদদি মীয়াম মাঙ্দা সমাজদা মায় খুবনি হায়না খল্লম্মী। মরম অদুনা মখে লৈতনা শাওনীংলম্মী, মখোয়দৌ প্রোক প্রোক চাক্লম্মী।

মহাক্লা হোৎনবা য়াবা উপাই পুম্না কান্নদ্রবদা করি তৌসিগে খনখে খল্লুরগা রাইনা মমিৎ মমায় পাঙদ্রিঙৈ, মীনা মুন্না খঙনদ্রিঙৈ থাজহৌরগে খল্লকখি। চান্নবা মরূপ মপাং ইমুং মনুং বাতানখি, খিখি মচীকচাবা কনা লৈবগে । বাফম অসি মকা লামহন্দে — মরমদি মদুগী নাশোন খিত্তং ফংখিবদা লালানা রাইবু পুরগা চেনখিবা

য়াই। লোৎখিবা য়াই। মহাক্কা অনীমক পূম্না মাঙখিবদি শুকপাম পামজদে - মদু খক খোকহন্নীংদে । মাগী লৈকোন্দগী লালাবু খক চৎহন্নীংদে। লালা লৈত্রবদি মালীগী থম্মোয় ওমচাক্লবতা নত্তনা থম্মোয় লৈকোন পূমহাঙ হাঙগদৌরিবনি।

অনীমক লমহেনবা মচামশু ওইবনা খোইনা হেল্লা নুংশিরবা ঙাক্তনি। মখোয়গী মথক্তা অকনবা থবক অমত্তা পায়খৎপা ওমদ্রবা মালী মীমাঙ ফমগদৌরিবা অদু খল্লুবদদি শাউনীংবনা প্রোক প্রোক চাক্লবনি। অদুম অদুম ওইনমক মীগী ওইপ্লবদি উবা ফংগ্লরোইকো খল্লুবদা নুংনাংলবা মালী রাইবু কনাদা থাজখিসিগে হায়বা পল্লেফম খঙদনা নীংজিং মাঙজিংননা তৌফম খঙদনা লৈরম্মী। অকোইজম মালী মীরাংখাঙ ওমদদুনা লমজাপুবা তারি।

মতম পূম্বদা লোয়নদুনতা লৈরিবা লালা-রাইদি তৌনবিবা ঈরাংপূম্বা করিমত্তা উদনা নীংঙাইদনা লৈরি। মরক মরক্তা চীকপক্লা রারী শাই, অনীমক মোমোন নোক্লে। লাওতক্লনা য়াম্না খঙনীংবা উনীংবা অমগা লোয়ননা ঙাইরি।

"য়েংউ মকোক অসি লেঙলিসে"

"হোয়নহে, — নুংশাম্বর হোনবরা তাদুনা য়েংউ।"

"হোনমাল্লনে।"

নীংজিং-মাঙজিং করি তৌশিগে লেপ্পা ওমদনা লৈরিবা মালীবু মতম্না শুকঙাই ঙাইবিদে। মকুম মথা শুবে—মমিৎ মমায় পাঙলে বন্দনা। গুকনা থাদোরক্লে সংসারদা তংখায় অমা মুনা ঙাঙবা তংখায় অমনা সনা মচু ওইবা ফজত্রবা মচা নুপা অমা। লালা-রাই হরাওবগী ওমখৈ, লৈত্রে —চেপথ-চেপথ য়েংই নুমিৎ চূপ্পদুমা ফেৎ-ফেৎ হাই- হুম্না লৈয়না লৈয়না জগোই শাই। ময়েক য়াওদবা ঈশৈ ঙংই। নুংশিববা মশু উনৌ অদু উরবদা অকোয়জম মালী মিকুপ অমত্তংদি হবাওবনা থল্লি-নোকমি নোকমি তৌজে— অদুবু থংনবা মিকুপ্তা মীমাঙ ফল্লেকো খল্লুবদা খোয়দৌ শাওগৎলি নুংশুক নুংজানৈ। করি কবম তৌশিগে তৌফম খঙদে।

বন্দনা মমিৎ মমায় পাঙবা নুমিৎ অদুমক্তদা টুলেরীগী লুই অমসুং লক্ষ্ণৌগী আফতাব অকোয়জম মালীগী লৈকোন্দা থুংলখি। আফতাব পাখঙনি য়াম্না আশা চাউনা অখতারবু থিরকপনি। অঙাং ওইনা হৌমিন-কামিন্নবকখিবনি। পুক্নিগী অহানবা লৌশিং হেক লাকপদগী হৌনা পুক্রীং লীশাং থাজখিবনি। অদুবু মচানিপা ফজরবা অমা পোক্লনা লৈবন্দ্রা অদু উবদা নীংজবকপা আশা পূম্বা লোইনা কায়খি। খোয়বাঙ খোয়শাওননা আখতারবু চিংন-চিংন য়েংনা রা অমফাও ঙাঙলমদনা মালীগী লৈকোন থাদোকখি— থুনা য়াঙনা চৎখি।

লুইদি বন্দনাবু হেক উবদা মমিৎ কূপখিদ্রে, মানা খোঙ্গুল লীবল্লিবা ফ্রাঙ্কপু কৌগনি হায়বা ফাও কাউদ্রে, মমায় ফাওবা ফ্রাঙ্ক রোমদা শুক্লে লৈশিল্লকখিদ্রে। লুইনা

বন্দনাবু য়েংবা মিংয়েং অদু উবদা লাল্লা ওম্নথে লৈতনা শাওনীংখি, মপাম্নোম অনী তিংথোক্‌না বন্দনাবু কোনশিল্লগা মহাকপু লুইগী মিংয়েং ৱাংমদা থম্মবা লাক্লখি। অদুবু বন্দনাগী হুরান মিংয়েং চিংন-মিংয়েং অমসুং লুইগী চাগদৌগুম য়েংবা মিংয়েং অনী অদুদি মরক মরক্তা হেক-হেক থেঙ্নায়নৈ।

লুই তুমিন্না য়েংদুনা ৱা ওাঙদনা লৈবা ওন্নক্লে। ইকায় ইকি পুম্নমক নক্নাত্তুনা অকোয়জম মালীদা "বন্দনাবু ঐঙোন্দা পীবিরো, ক্লাগোক হাঙ্গরগে কয়ানো হায়বীরো" হেক্তা হায়রকখি। মীমাও ফম্বদগী কমদৌর কোক্কদগে খল্লম্বা মালীনা হরাওবগা লোয়ননা হংখি —"নঙনা হায়রিসিবু শোয়দ্রববা ? মৌ চাঞ্জেনবীসিবু চন্নগদ্রা ?

লুইনা খুম্লকখি —"ঐখোয়গী লমদদি বেদি মেদ ইচানুপা অমগা লোয়নবী ইশানা পামজবা নুপীদি মমল নাইদে, য়াম্না পাম্না নুংশিনা লৌনৈ। রেদিমেদ মচানুপী লৈবা পাম্লাবুসু নুপীশিংনা কোয়থি থিনৈ। রেদিমেদ ইচাদি শেন্দোংনি অদুনা রেমিমেদ ইচানুপা অসিগা লোয়ননা বন্দনা ঐগী ওইজবগে।

অমুক থীন্থবা তৌদনা ইউবো লীশীং অহুম ক্লাগোক হাল্লম্মী। যাম্লবা সনা মোহবশিংদু উবদা মালী মমিং থকই মোমোন তৌজে। থোইদোক্লা মী খ্বাইনা গঙ্গখঙ খঙনদ্রিঙৈ বন্দনা থাপ্পবা লম সমুদ্র ঈবম তবেৎ ৱাংমদা লৈপ্পগনি-শনম মিনম পংতা তানববোই খল্লুবদা হবাউজখি। লুইনা মচানুপা পমদুনা লৈবিবী বন্দনাবু মচাগা লোয়ননা মাগী কাব বুইক্কী ফ্রন্ট সিটতা ফমহল্লগা হন্ন-ফাও য়েংলমদনা কারদু থৌশ্রে। অকোইজম মালীদি নে তাবে- অদুবু লালাদি ?

বন্দনাবু চেংনা কোন্দুনা থমজবিবা মাগী মপাম্নোম অনী অদু মখুৎমক্লা হাইদত্তুনা লুইনা বন্দনা মমা মচাবু কাব মথক্তা থাঙ্গৎখিবা মতমদা মপিনা চোংলবী বন্দনাগী মায়থোং চিংনা-চিংনা য়েংদুনা লৈহৌবা লালাদি মকপ্পীনা মবন ফোয়দৎলবা ওইহৌবে। খোয়বাও খোয়শাও নীংগুমদবা লায়না লায়জুবে, চানি-থক্কনি খঙ্খিদ্রে। নোংমা-নোংমা খজিক খজিক কংশিল্লক্লে।

নুংশা থীববা মালীনা মাইবা মাইবী দাক্তর কয়া কৌদুনা য়েংহল্লি, হিদাক-লাংথক কয়া তৌই অদুবু কবিমত্তা কান্নখিদ্রে। চমম্নরবা তৌফম খঙদ্রবা মথবায় ৱাববা মালীনা মথন্তা শোঙ্গখি—"থম্মোয়গী লায়নাবু লায়েংবা ওম্বা করম্বা দাক্তর, কবম্বা মাইবা করম্বা মাইবী পৃথ্বিগী মফম কদায়দা লৈবগে ?"

ইম্ফাল

তাং ৩১/৫/২০০৪ ইং

## (২)

## কিতনা তোম্বা

শ্রীশ্রী গোবিন্দগী ব্রালহৌশঙ্গী সেবাবি ময়াম অয়ুক্কী লুক কংপা লোইববা তুং মাহাপ্রসাদি ফংলগা কোল্লীক্ ফেঙ্বা লুখাক-চাগুম শেংবা ব্রাইশীং ব্রাইতে লোইবদুনা ঙাইহাক্তং পোখানবি। নুংদাংগী লুক সেবাগী থবক পায়খংত্রিঙৈ, থাল আরতিগী মমাঙ্ পুং খব অসি সেবারিশিংগী পোখাবা মতমনি। মতমসিদা খরনা মখোয় মশেল ওনশিন্নদুনা ব্রাবী শাবি, খরনা ফাগী-ফারাং তৌনৈ, খর অমনা উইদুনা নুংঙাইববা মঙ্ মঙ্লি। চাকয়াই কাবক্তুনা কিতনা তোম্বা অশুম্না উইরি উইবি হেক তৌবকপদা মমাঙ্দা ফজগ্রবী নুপী অমা হেক হেক থোরকখি। মৌরা লৈশাবীবা খঙ্দে—ঈন্খংলক্লিবীনি নহানি, ঙৌই, তবা তবাই, ফীভম তোঙ্গাননা থীক-থা ফন্না নীংখি। মখুৎ হক্তুনা মাবু কৌথোক্লবগুম তৌই। অদুবু উইবা হেক ফদুনা মিং-না হেক শিংবগা খ্বাই হেক্তা মাঙ্খি। ঙসিতা নত্তে নুমিৎ তবেৎ নিপান্নি শুরে। হেক উইবগা হেক্তা থোবকই।

ঙসিদি কিতনা মমিৎ শিংনীংদ্রে উইবা তোক্লে, ফজরবী নুপী অদু মনাক্তা অদুম লেঙ্দনা লৈবে— মমিৎ পাঙলবসু মাঙখিদ্রে। ফজরবী অদুনা মখুৎ হত্তুনা কৌথোবকপদা মহাক ফমদুনা লৈথোকপা ঙমদ্রে —চৎনীংবনা গ্রো-গ্রো হোত্তুনা ফুক হৌগত্তুনা থোবক্লে -মমান্নবশিংদা তাক্লমদনা নুপী অদুগী মতুং ইন্না চৎগ্রে। মখোয় অয়াম্বনা মহে-মহে ব্রাবী শানদুনা নোকখেদুনা লৈবনা মহাক চৎখিবা খঙ্হৌ উহৌদে। উহৌবা, অমা অনী অদুসু মহাক চুম্না মপাল ইপাল থোকখিবোই নীংই, কৈসু খৌশাদে য়েংদুনা অদুম লৈহৌই।

নুপীদুনা মাঙ্দা কিতনা তোম্বনা তুংদা, তুংথা -মাঙ্থা অদুম চৎলি—

“কদায়দনো ঐখোয়না চৎলিবসিবু”

“কোনুংদনি।”

“নঙবু, কনানো ?”

"শিকই, ঐবু কনানো ককা হায়দুনা হং শারিয়ে।"

"অওইবনে, খঙ্দবমক্রে। শেংনা অমুক্তা হায়য়ু হায়বা ?"

"নঙ্বু ঙসি গঞ্জা গাম্বক কয়া শুরবগে ?"

"অনীদনিদা,"

"অদুননিদনা; অদো নহান লম্লোঙ্ অহুম ফাংবদা হৌরিবা মহাবলী হৈবোং মখোঙ্দা নঙ্গা ঐগা উনবদা নঙ্না হায়খিদু কাউরবরা ?"

"কদাইদে কাউগদগে ? কাউরগবু ঐনা নঙ্বু কৌরকপ্রা ?"

"অদুদি করিগীনো অদুম্না ঐবু কনানো কা হায়না হংলিদি ?"

"অদুবুদি ফাগীনিদা - অদো নঙ্বু হেক উবদা পুম্নমক কাউরোইদবগী মরম করি লৈ ?"

"তৌরকঅদনি।"

"অওইবনিনে—ঐসে নঙগী নশক্তু নত্তনা অতে পুম্নমক্তি পুমকাউ কাউখ্রবনি। নশক্তুদি কাউবদি লায়রদুনা য়েৎওই, মাঙ্-তুং য়েংখি য়েংখিবা মায়কৈদা, মঙ্দা তাইবঙ্দা উদুনতা লৈরিবনি অদুনা নঙ্বু নীংশিংদুনা শোন্দুনতা লৈরিবনি।"

"অদুনবু ঐহাক ননাক্তা লাকইসিনি।"

"অদো—ইবেম্মা ইবেতোম্বী! ঐখোয়না হৌজিক চৎলিসি কদায়দনো ?"

"কোনুংদনি।"

"কোনুংদি অসোমদনি—অসোমদদি করিগী ?"

"মদুনা নখোয় মহারাজগী কোনুং । ঐখোয়না হৌজিক চৎলিসিনা ইপা সোরারেনগী কোনুংদনি লাইরৈবাক্তনি। নঙবু ইপা সোরারেনগী কোনুং লাইরৈবাক্তু য়াম্না য়েংনীংই হায়বদায়নে ?"

"ও: অদু ওইরে।"

"নঙবু লাইরৈবাক ইপা সোরারেনগী কোনুং ঐগী লৈফমদুবু উজ-লাকচগ্রবনে— নমঙ্দা ককা ?"

"উগ্রিয়ে ইবেম্মা মঙ্দা ফাও উগ্রিয়ে। থাঙ্গেশেংনা য়াম্না হেক্তা উজনীংবনি।"

"অদু য়েংউসি চৎলুসি হায়দুনা লাকইনি। ঙসি তরেৎনি শুরে ঐনা ননাক্তা লুত্তিগী লাকলিবা— নঙ শুকখোক খোরক্তবনি— ঙসিতনি নঙ্না খোঙ্দোইরক্লিবা।"

অশুম্না হারী শার-শারদুনা শ্রীশ্রী গোবিন্দগী নোংচুপথোঙ লোমদা লাক্তুনা ম্নাকোনুংগী ম্নথোঙ হেক লাম্থোরকপমক্তদা শগোল মরিনা চিংবা ফজগ্রবা রথ শগোল গাড়ী অমা লৈরম্না উখি। শগোলশিংদু ভৌরোক ভৌই। রথদগাই গাড়ী অদু সনানা

শাবনি মনি থাম্বনি মথক কুপই, অম্বারী অদু মখল কয়াগী মণিমুক্তানা থাল্লবা লৈরোং হৎলবা সনানা শাবনি, তগুপ-তরেং ঈরং লংনা মিং থক্লা ফজে; মচু মখল কয়াগী ফিরান থেংলি। অরংবা ফিরোল শেংনবা কোয়েং য়েংপা শাথৌবা অদুনা ঐখোয়বু হেক উবদা শগোল শাজে শাথৌবগী ফমফমদা থল্লগা দলাইদগী কুমথরগা মবেম্মদা খুরল্লগা শগোল চুম্লী পায়দুনা শেন্নদুনা লৈ। ইবেম্মা ইবেমতোম্বী দলাই থক্তা কাখৎপ্রে। হেক কাখৎখিবগা ফজরবী নুপীঅদু মুগাগী মণিমুক্তা থাল্লবা ফিজোন শেংপ্রে সনাগী মণি থাল্লবা লুহুপ উপপ্রে, সনা মণি মুক্তাগী লীকথাং পরেং শিপ্রে, খুত্তা মণি মুক্তা হেরাগী খুজি, খুৎচা তরাদা লংলবা সনা খুদোপ, নাদা হিরা থাল্লবা সনাগী নাইন, নাতোল্দা মণিগী নাসিকা— লাইরেম্বীনি, লাইরেম্বী ওইপ্রে।

মানা হায়রকখি— তাতোম্বা! দলাইথক্তা লেঙখৎলকউ। কিতনা তম্বোদি খুদে মঙ্গনবা অমা শেংলি —মকোক্তা খুদে অমত্তুং য়েংলি —অতৈ মফি য়াওরক্তে মহাক্লা ঙশায় ফজরবী অদুগী মতুং ইল্লকপদা। মানা হায়রকখি —“ঐগী ফিজোনসিনা করম্না গাড়ীশিদা তোংগদগে ?” “তাতোম্বা কাদা কাখৎলকউ” হায়দুনা ফজরবী অদুনা মাবু মখুৎ তাপ পায়দুনা চিংখৎখি দলাই থক হেক য়ৌবগা কিতনা তোম্বা মুগা ফৈজোম শেং সনানা কাম থিল্লবা রেশম ফুরিৎ শাইগকপা লীং, সনাগী লৈখাম থেংলবা কোয়েং তোলোক য়েং, খুত্তা সনা খুজি, ওকশমদা লীকথাং শি খ্বাঙ্দা থাঙ্‌শাং য়ান নিংথৌ মচা ওম্থোকপ্রে —ফজরবীদুগী য়েত্তা ফম নোকমি নোকমি য়েংলি ইবেম্মা অদুদা। মখোয়না হেক তোংখৎপগা শাথৌবা অদুনা দলাইদা কাখৎ শগোল চুম্লী পায় লগাম থাদোক শগোলদা শাজে নমথা থাদুনা কন্না থৌরকলে।

শগোলশিং অদু কন্না য়ং য়ং চেল্লম্বদগী মশা ফন্দোরক্লুনা মথকলোবদা অতিয়া তম্না য়ং য়ং পাইখৎলক্লম্মী। অচৌবা উচেক লাঙজানা মশা ফন্দোক্লুনা মনীংতম্না থিংবিনবা লৈতনা পাইবগুম পাইরিবা দলাইথক্তগী লুরাক্লনা য়েংথরকপদা চীং পাৎ তুরেল পাল্লবা লৈতেম মান্নরবা অশংবা লৌবুক লমহাঙ, পাল্লবা লৈঙোই লম সমুদ্র ঈপাক উরুবদা কিতনা তোম্বা ইঙক ঙকখি —পোকপদগী উদ্রিবা মালেমগী শক্তম উজবদা মখৈ লৈতনা নুংঙাইজখি— হৎজখি খুদোম্বী থিন-থিন্দুনা। ফজরবীঅদুদা “মসিনা করি মদুনা করি”

পাইরিবা দলাই অদু নোংথক য়ৌরক্লে, পৃথ্বি লৈমায় উখিদ্রে, লশিং মফোলগুম ম্ভৌরবা নুমিৎকী মশেক্লা য়ৈবদা লংনা ফজরবা ঈশিং ঈপাক অমগী মথক্তা তাউবগুম রথ দলাই অদু জিরি জিরি চৎলি। মতম থর নোংথক লান্না পাইরবা তুংদা মাঙদা উরে সনা মপাক মপাক্লা মথক কুপ্পা সনা মপাক মপাক্লা ফক্লাং ওইবা মখোল কয়া কয়াগী চাউরবা দলান কয়া নুমিৎকী মতালনা য়ৈবদা ঈরং লংনা মিং থক্ল-ফজবা। যুম দলানশিং অদু অশংবা অমুবা অঙাঙবা মণিগী অমদি অচৌবা হিরা মুক্তাগী থোঙ্‌ মিহৎথোঙ্‌ পাল্লি —দলানশিং অদু য়াংলবা চেকপন-ঈশিংনা থল্লবা থাজাপাংনা কোয়শিল্লি।

অসিগুম্বা ফজরবা কোনুং অসিগী ম্নখোঙ তম্না দলাই অদু থৌজিল্লকখি। রথ অদুনা ম্নখোঙ অদু য়ৌরক্লবদা থোঙ্ অদু মথন্তা হাংদোকচরকখি।

রথ-দলাই অদুদগী কুমথরগা লাইরেম্বীনা মাঙথা, কিতনা তোম্বনা তুংদ-চৎ, কাইদা কাইদ লাইনিংথৌ সোরারেনগী কোনুং মনুং চঙলকখি। লাইরেম্বীনা কিতনা তোম্বদা হায়রকখি—"য়েংউ সিনি ইপা নিংথৌ সোরারেনগী কোনুং।" কিতনা তোম্বা য়েং-ওই লৈয়না লৈয়না সনাতনা শারবা মণি মুক্তা হিরানা হাজং য়ৈদুনা লৈরোং মখল মখল হৎলবা মথোল কয়া কয়া লৈরবা দলানশিংদু য়েংলম্মী। মিৎফম হোংবা ম্নাদনা ফজরবা দলানশিংদু উবদা পূমঙক ঙকুনা হায়রকখি—"ইস ওম্বোক্রা ফজখ্রেদা।"

পুংশুম -শুক্কাতুনা চপ লেপ্তুনা অশুম য়েংদুনা লৈরবদা লাইরেম্বী অদুনা মখুৎ পায়দুনা খংচিং চিংলগা হায়রকখি—"কৈনো অদুম লৈরগেরা ? লাকও চঙলসি, মাঙদা লৈরিবা দলান তরেৎ অসি ঐখোয় ইচীন-ইনাও তরেৎকীনি। পাবুং সনম্বানা ঐখোয়গীদমক শাবীবনি। ময়ায় থংবা অসিনা ঐ গীনি, য়েং ওইদা লৈরিবা দলান তরুক অসিনা ঐগী ইচেমসি তরুক্কীনি। মখোয়না উরবদি ঐবু লঙনরক্কনি। কনানা খঙবা মখোয়না নঙবু ঐঙোন্দগী মুনখিবসু। লাকওসে"—হায়দুনা লাইরেম তোম্বীনা ঙাঙ্না ঙাঙ্না মাবু মাগী শঙ্গায় নুংদা পরপ পরপ চিংশিনখি।

শঙ্গায় অদুগী মনুংদা লৈবা কাশিং অদু সনানা ঈংগ্রী শীৎলি, মতীক চানা ব্রাং চাওই নুংশি, নুংশা মতীক চানা নুংঙাই হৈনম লৈনম চেনবা নামিবা লিরি লিরি-হকচাং তেকখৎনা পূক্নীং নুংঙাই। কাশিং অদুদা লৈরিবা সনা লুপাগী লৈতেং, পোহাল মণি মুক্তা হিরাগী ফমফম—মোল্লবা উচেক মতুগী কসন্। মণি-মুক্তা থাম্লবা লৈরোং হৎলবা শামু ময়াগী ফমুং কাংথোন, মণিমুক্তানা ফিবান লোল্লবা গালিচা ফিদা, ফক্লাংদা থাল্লিবা অরোঙবী থাওমৈ পরেং—অওইবমক স্বর্গনি লাইবৈবাক্কী কোনুংনি-লাইরেম তোম্বীগী শঙ্গায়নি। পূম্নমক অদু উরুবদা কিতনা তোম্বা পুংশুম শুক্কৎখি। হেক পোকপদগী শেৎপদি লায়রদনা উফাও উরক্তবা হৌজিক মহাক্লা শেৎলি-চারিবা সনা মণি মুক্তাগী লৈরোং হৎলবা মুগা ফৈজোম কাম থিল্লবা রেসমগী ফুরিৎ, সনা লৈখাম থেৎলবা কোয়েৎ শিরিবা সনা খুজি লীক কোন পূম্নমক অদুনা মাবু নিংথৌ মচা অমা ওইহল্লে—লাইরেম তোম্বীগী শকয়েং মিংশেলদা মথন্তা য়েংজরুবদা মাগী মশক কয়া ফজে, ফিরোন লৈতেংনা শক কয়া য়াম্না কা-হনবগে হায়বসি খঙজখি। লাইরেম্বী অদুনা হায়বা মতুং ইন্না দলান মনুংদা লৈবা জিরি জিরি কাবা উপুদা তোংদুনা লাইরেম তোম্বীগা লোয়নননা দলান মথোন তরেৎকী মথক্তা লৈবা মণি অশংবগী চোংঙাবোন নুংদাংব্রাইরম পোথাফম, দৃশ্য য়েংফমদু তান্না কাখৎ-মিন্নখি।

মথুংনা ঙস্না চোঙাবন-হিরানা মখোঙ ওই, মনি অঙাঙবনা মথক কুপ মায়কৈ অহুম অলংবা মণিনা ফক্লাং তংখাই খাবা মায়কৈ মরিমক্তা কোয়না য়েংবা য়ানবা শাবনি। লাইরেম তোম্বীনা তাকুনা মুক্তাগী ঝালুরনা তগুপ তরেংলি, ইন্দ্রনিলমণিগী উরীনা

য়েৎলি হিয়াগী উখোঙ্দা-মনুংদা থারিবা সনাগী আসনদা ভেলবেৎনা মথক কৃপ্পা মোন্দুম মোস্তেক, চিংশাবা মোন লৈরি মখোয় অনী ফমফমদা ফমদুনা ঙাইহাক্তং পোখরি য়েংজরি কিতনা তোম্বা-মনাক্তা ফম্লিবী লাইরেম তোম্বী মতিন কুৎ কুৎ য়োৎনা। মতমদুদা লাইরেম তোম্বীগী মনাই শকহেল্লবী তরু ফজ ফিরোন শেৎচারবী লৈশাবীশিংনা চান-থক্লুবা অথুম অহাও থক্লনবা উল হাপ্লবা সর্বত পুশিল্লক্লুনা মখোয় অনীগী মাঙ্দা তরু তরুবা ফিনা মথক কৃপ্পবা টেবল অমগী মথক্তা থম্লম্মী- টেবলদুগী মথক্তা মনম নুংশিরবা লৈনা থন্না য়াওরবা য়েংবদা নুংঙাইবা পোক্লবা ফুলদানী অমসু থম্লম্মী। মেঙলবা যন্ত্রগী শুরগা চাননা মিরবা খোয়থুম্নরবা খোঞ্জেলনা পুক্লীং ঈরাং হৌহনবা ঈশৈ শক্লম্মী। মদু তানা তানা কিতনা তোম্বা লাইনিংথৌ সোরারেনগী স্বর্গ লমদম লাইরৈবাক্কী মিংথম হোংবা য়াদবা পুক্লীং হুরবা দৃশ্য য়েংলী। কোনুংগী সনা মণি মুক্তা হাজং য়ৈরবা ফুরাদলান— কুম্বী-কালেন নাইদনা শাৎলবা লৈগী লৈকোন, উহৈ য়াহৈ মরীক চুম্না পাল্লবা লাইরৈবাক্কী হৈকোন, অশংবা লৌবুক লম্মাং লুপাগী তার মাল্লবা অশংবা তম্পাক ফাওনা চেল্লিবা তুরেল, ফজবা ফিতা শেৎপা হরাও মোমোন নোক্লুনা লৈবা অমর ওইরবা লাইবেম্বী লাইরেম্বা কয়ানা কুঞ্জবন্দা শান্নরিবা য়েংখি য়েংখিবা মায়গৈদা মিংথম হোংবা য়ারমদে —"ইস ফজখ্রেদা" হায়বা নত্তনা অতৈ রা অমত্তা মচীন্দগী থোক্লকখিদ্রে কিতনা তোম্বা:

য়েংবগী পেন্নাইদ্রবী য়েংদুনতা লৈনীংবা লাইনিংথৌ সোরারেনগী মজাইবেম্মা তোম্বী লাইরেমতোম্বী কিতনা তোম্বা য়েংদুনা খোয়রুম মোমোন তৌনা মিংচিনা হাইফেৎ কোৎ হায়রকখি —"তা তোম্বা সোমদা লেঙ্শিল্লক্লো অচা -অথক খরসি চামিন্নসি চীন চোৎহনসি অঙৈংবা সর্ব্বত অসিনা"। অশুম্না ফম্মিয়দুনা লাইবেম তোম্বীনা মেলন খুদোল শেমলকলে।

নুমিৎ থেঙ্লক্লে থাল আরতি কৎখ্রে। নুংদাংগী শ্রী শ্রী গোবিন্দগী বসোই হৌনবা মতাঙ্ য়ৌরক্লদুনা থোং থাক্লবা পাত্র য়ালহৌশঙ্দা পুশিল্লক্লবা শঙ্লাকপনা হায়রক্লম্মী। কিতনা তোম্বা থিনরকলে। কোয়থি থিবদা ফংলক্লবা নুমিত্তি তাশিল্লক্লবা থেঙজিল্লক্লবদা শঙ্লাকপনা শাওরংননা লাউরকখি —"পুম্নমক শেম শাবে পুজারী লোইনা শুরে অদুগা মানা কদাইদা ? মানা হেক শোক্তিমখৈ পাত্রশিং অসিদা গোবিন্দগী লূক হৌবা য়াদে থোংথাকপা তৌবা য়াদে হায়বা মাসু খঙ্লিবনি। কদাই চৎখ্রিনো ? নখোয় খঙ্হৌদ্রা? মাবু উহৌবা কনা কনা য়াওই ? য়াম্না থেম্বিদৌরে নখোয় খর পরপ পরপ চত্লুনা থুনা থিরকউ।" ঙাইহাক কোয়থি থিরে ফংদ্রে। খোয়দৌ শাউগৎলবা শঙলাকপা -ঈংনা তপথনা হংলকখি —নখোয়গী লক্তগী করম্বা কান্দা থোকখি কনা কনা উহৌই" "ঙসাই নুমিৎ য়ুংবা মতুং ঐখোয় ময়াম পোখাদুনা লৈরিঙৈদা খুদৈ অমা শেৎলগা খুদৈ অমা কোকশেৎ শেৎলগা থোকখিবনি, কদায়দা চৎলিবনো কনা অমত্তদা হায়রমদে— মপান ইপান থোকপা মনুং মচা চঙ্বা য়াল্লি" হায়না মা চৎখিবা উহৌবা লোয়শঙ মচা অদুনা খুন্নকখি।

"ময়াম চঙ্দুনা অমুক্তা থিসি, কনানো অমা চত্নুনা ময়ুমদা লাক-লাকপ্রা হংঙুচো।"

ময়াম চঙ্দুনা থিরম্বী, মনুং অচৌবা চঙ্ফম, লাইগী পুখ্রি, লোয়শঙ অতৈ পুম্বা চঙদুনা থিরে। শগোলশঙ্ শামুশঙ্ হিজগাঙ অমত্তা চিংথদ্রে —মফম কদায়দসু কিতনা তোম্বা থিবা ফংদ্রে। ময়ুমদসু লাক্নে হায়বা পাউ য়ৌরক্নে শঙ্লাকপগা লোয়ননা খ্বাই ময়াম করম তৌসিগে খন্নে। মতমদুদা মণিপুরগী মফম কয়ামুক্তা ভুৎনা পুঁই হায় হেলোয়না, লমলৈমনা পুবা মী কয়ামরুম মাঙখিবা থিবগী যৌদোক কয়া থোক্লম্মী পাও কয়া তানরম্মী — মাঙখিবা মী হেলোয়না পুখিবদু কৌজেং লৈমগীদা লৈরমলে হায়বনচিংবা। অদুনা ময়াম খন্নবদা নাচলনরা ভুৎনরা নত্রগা হেল্লোয়নরা পুরম্বা তারে হায়না লেপ্পরদুনা শঙলাকপা অদু মাইবী লোইশঙ্দা চত্নুনা, মাইবী অশুব্বীদা শেল হুল্লম্মী। মাইবীগী লাইবাও লমলৈমনা পুম্রে নোংচুপ হারম পাংখ্রে থুনা থিরবদি ফংগনি হায়বদু তারবদা শঙলাকপা পণ্ডিত লোয়শঙ্দা চঙ্দুনা তানরুরে। লোয়শঙগী পণ্ডিতনা তাকপা মতুংইন্না পালা লোয়শঙ্দগী পুংয়ৈবা ঝান মাঙ্গং য়ৈবা মোইবুং খোংবা নেক্লদুনা মখোয়গা লোয়ননা লোয়শঙ মচাশিংনা কংসি য়ৈদুনা পুং ঝান য়ৈদুনা মোইবুং খোংদুনা কিতনা তোম্বগী মমিং কৌর কৌরদুনা শ্রী শ্রী গোবিন্দগী নোংচুপ থোঙ্ লোমদা মহাবলী উমং তাবা লম্বী অদোমদা কিতনা তোম্বা থিবা খোঙশাল্লকখি।

তোর্বানগী লম্বী থুম্বুথোং তাবা অদোমদা মখোয় অশুম অশুম মোইবুং খোং, পুং ঝান মাঙ্গং খীঙ— মরক্তা —"কিতনা তোম্বা হো কিতনা তোম্বা ? নঙ্বু কদায়দা লৈ থোরক্নো হায়না কৌরগা ঙাইহাক্তং তুমিন তুমিন লৈ। খুন্নক লাল্লকপরা য়েংই। করিমত্তা তা-লাক্লবা তুংদা অমুক চৎপা হৌই-পুং ঝান খিঙ্দুনা মোইবুং খোংদুনা। অশুম অশুম লাকপনা মহাবলী উমংগী খা-থংবা নাকল ইম্ফাল তুরেলগী পাখঙ্বা ঈরেলগী অন্নাংদা হৌরিবা হৈবোং পাম্বী মপা য়ৌরকপদা পণ্ডিত লোয়শঙ্গী পণ্ডিত অচৌবা তর্পন পণ্ডিতনা-তাক্লকপা—" হৈবোং পাম্বী মখোঙ্ অদু হেলোই লমলৈমগী য়াকাবুংনি মদুব্রাইদা খর তোয়না কৌ খুন্নক লাল্লকপরা য়েংউ মুন্না তাও" হায়রকপা মপা অদুদা কিতনা তোম্ববু থিরিবা কাঙ্বু অদু ফনা কুইনা লেপ্পুনা কিতনা তোম্ববু কৌখি পুং ঝান মাঙ্গং য়ৈখি-কংশি খীংখি-মোইবুং খোংখি।

মতমসিদা নিংথৌ মচা ওইরবা লাইরেম তোম্বীগী চান্নবা কিতনা তোম্বদি লাইরেম তোম্বীগী মেলন খুদোম্দা হায়ফম খঙ্দবা নুংঙাইবা ঈশাক্তা তাউরি। লাইরেম তোম্বীনা মনাক্তা ফম্লদুনা —" সিনা লাইরৈবাক্কী লদু অসিনা পেরানি চবীযু হাবীযু"- অমমম লৌখত্তুনা লাল্লকখি। মথংদা ফজনা থোক্লবা মশুং মশুং তানা খায়রবা হৈদু — "সিনা লাইরৈবাক্কী হৈ অমৃত ফল - মসিবু চারবদি অহল ওইবা লৈত্রবনি-নহা পাখং ওইদুনতা লৈরগদবনি সে, তাতোম্বা- হায়দুনা হৈ মশুং অমা থোংনৌরবা লাইরেম তোম্বীগী খুৎনা কিতনা তোম্বগী মচীম্দা ইনবীরম্মী। কিতনা তোম্বা অমুক্তোইনা মখুম মরাঙ্ হৌম্রে। চারী লদু বেরা জিলাবী কচৌরী। পূক থন্না পেন্না চারবা তুংদা লাইরেম

তোম্বীনা লাল্লকপা উল হাপ্পুনা ঈংহল্লবা কস্তুরী মনম নল্লবা, সর্ব্বত গ্লাস অদু খজিক খজিক থক্লদুনা মিৎ উইকম উইরুম তারি পুক্লীং শুদ্ধাৎলবা সিতারগী খোয়থুল্লবা শুব। অহাও অথুম চারবা ভুং সর্ব্বত গ্লাসতুমা থক্লবদা তোম্বগী খৌনাও গে লাউনা থগেবে। মোল্লবা উচেক মতুগী ফমুং থক্তা হিপথরম্মী লাইরেম তোম্বীগী মোল্লবা খুৎনা মশা শিক নানবা মখোঙ্ মখুৎ নোইবা নম্বা হৌগৎলম্মী। নিংথৌ মচা ওইরবা কিতনা তোম্বা মোমোন নোক্লা লাইরেম তোম্বীগী মখুৎ পায়দুনা মনাক নক্লা হেক চিংশিনবা মতম অদুমক্তদা হৌরবা মোইবুং খোঞ্জেন - অমা তারকখি। মোইবুং খোঞ্জেলদুগা লোয়ননা পূং ঝান কংশি য়েবগী হৌববা খোঞ্জেলনা নাকোঙ্ শেগাক কাইবগুম নিল্লম্মী মোইবুং খোঞ্জেলদু হেক তাবদা লাইরেম তোম্বী মশা থক থক নীক্লকখি— কিতনা তোম্বগী খুত্তগী মখুৎ শৎ চিংথোকখি ফুক হৌগৎলকখি, হায়রকখি —"ইবুংঙো তোম্বা! খোঞ্জেল অসি ঐ কয়া হৈনদে তানীংদে -করিনো কদায়দগী লাকপনো অমুক্তা য়েংলুখিগে।" অসি হায়দুনা দলান মথক্কী চোঙাবোন মিংয়েংফম কাদুদগী মপান্দা হেক থোকখি। মহাক্লা থোকপ্লবা মতুং মিকুপ খরগীতুংদা ইখঙ্ খঙ্হৌদনা নোংথক্কী ফুরা দলান হৈকোন লৈকোন, লাইনিংথৌ সোরারেনগীকোনুং লাইবেম তোম্বীগী সনা মপাক্লা কৃপ্লবা সঙ্গায় মনি অঙাঙবগী চোঙাবোন পূম্নমক লোইনা স্বাই মাঙখ্রে। মানা শেৎলম চাবম্বা মুগা ফৈজোম রেসম ফুবিৎ শাইগকপা সনা খুজি তাল পূম্বা মাঙ্খিদুনা খুদৈ অমা শেৎ অমা কোয়েৎ য়েৎ কিতনা তোম্বা মহাবলী উমংগী খা নোংপোক্তা পাখঙবা ঈবেলগী অৱাংদা হৌরিবা হৈবোং পাম্বী মখোঙ্গী শায় তিংখং নোংবাল্লে মোংশোংগী মখাদা লোংখাক লোংনা হিপ্পুনা লৈবম্মী— মমাঙ্দা লৈবাক মতূম শম্বি অকংবা মচেৎ খব তাবম্মী মখযাৎ মনুং মচীনবান্দসু লৈবাক খব পক্লম্মী, মখুৎ অনীদুসু ঈচোৎ চোৎলম্মী হক্কী ঈশিং মনম নম্লম্মী। মতমদুদা মানা তাখি পূং ঝান য়েবা মোইবুং খোঞ্জেল তুংদা ময়াম্না মাবু কৌবকপা —"হো কিতনা তোম্বা কিতনা তোম্ব! হো কদায়দা লৈবগে নঙবু থোবক্লো লাকও।"

অহানবা কৌবা কনাসু খুন্নক্তে, অনীবক শুবসু অদু মঙায় অহুন্নক শুনা কৌরবা তুংদা মখোয়না তাখি—"ঐ সিদা লৈয়ে", হায়বা কিতনা তোম্বগী মখোল। মখোয়না খোঞ্জেল লাকপা মায়গৈদা চঙ্শিন্দুনা য়েংলুবদা হৈবোং মখোঙ্গী নোংবাল্লে মোংশোং মখাদা কিতনা তোম্বা থোকফম খঙদনা লৈবম্বা থেংনখি। মশাদা তিংখংনা খেবাৎ তুবাৎ তৌদনা করম্না মফমদুদা চঙলিবা খঙ্দে ময়াম চঙদুনা মোংশোং য়াম্বুৎলগা মাবু কৌথোকখি শ্রীশ্রী গোবিন্দগী লাইশঙ তান্না পুখি। মতম অদু অমমম অঙান শিন্নবা হুরু মুরু মতমনি।

ইম্ফাল, তাং ১৯/৯/২০০৪ ইং

## (৩)

## চহি য়াংখৈগী তুংদা

ইং ২০০৪গী সেপ্টেম্বর তাং ২০ নিংথৌকাবা নুমিৎকী নুমিৎ তারমদাই সন্ধ্যা য়াচঙ্বা অমম্ অঙান্ শিন্নরমদাইদা হনুবা অমা মহাবলী উমং তাবালম্বীদা ইম্ফাল তুরেল তোর্বন্দা লেপ্তুনা উমাংগী খা-নোংপোক্তা হৌরিবা তংখায় অমা কংলবা হৈবোং পাম্বী অদুদা মুন্না য়েংদুনা লৈরম্মী। অহল অদু চহি ৮০ রোম্ শুরনি, মকোক্তা, চুবা নারুম্ লুখম্দা মশম্ খর হৌরিবাঅদু পুম্ঙৌ ঙৌরে; মমায় অদু মশুপ্ মশুপ্ খুইরে, ময়াসু অয়াম্বা কেনথ্রদুনা ইকোপ কোপ্লে, মখজাই অনীদু কুশিৎ কুৎলে, মখদাংদু মাঙ্লোম্দা ফন-য়াম্না ইম্থোক্লে। চৈশু য়াওদ্রবদি চৎপা ঙ্গরে চুম্না লেপ্পদা মখোঙ্ খুভম্ চেক্লে। মখোঙ্ তপ্না তপ্না থাং শিৎলপ্ শিৎলপ্ চৎলি। চৈশুদা শদৌ থোংদুনা লেপ্ হৈবোং পাম্বীরোমদা মুন্না য়েংলি— মচিন্দা ঙ্গা ঙাঙ্বগুম - অতোপ্পা মী অমগা ঙ্গারী শানবগুম্ মথন্তা মুরুম্ মরুম্ শোল্লি।

মাগী মনাক্তা লম্বীদা চখোক্-চৎশিন তৌরিবা মী অতৈনা উরিবদি মথন্তনি, মাদি মনাক্তা লেপ্লীবী নুপী অমগা ঙ্গারী শারি। নুপী অদুসু অহল ওইরে চহি হুম্ফুতরামঙাগী মথক্তি, মখ্বাং কোল্লে পোক্লা পুম্ঙৌ ঙৌরে মমায় খুইরে। অদুবু হকচাং কায়াৎকী ফিভম্দি কায়দ্রি। হনুরসু য়াম্না কে-রি। সনাগী লীক পরেং খুজি খুদোপ্ শিরি নাদা -নায়ানবী ঝুমকা য়াল্লি। ফনেক্ ময়েক্ নাইবা ঈশুতারবা অমা শেৎলি, মোইরাংফি কৈরোইথেক অঙৌবনা মপান চনবা অঙৌবা অমা ইল্লি। হেক উবদা মশক হেক্তা খঙই — নীংশীংলকখি চহি য়াখৈগী মমাঙ্দা থেংনখিবদো।

কিতনা তোম্বনা খংহায় হায়রকখি—"ইবেম্মা তোম্বী, লাইরেম তোম্বী! কদোমদৈনো ? করিনো তৌরম্মীসিদি ?" "যুগ ওল্লে, অদুননি তা তোম্বা। অমুক্তং উনরমগে হায়দুনা ঙাইরক্লিবা কয়াদি কুইরে। নঙদি শুক্রাক লাকখিদ্রে।" "অওইবনি শতাব্দি তংখায় অমা হৌদ্রে, সনা লৈবাক অসি মথক-মখা থোক ওল্লে। ইবেম্মা নঙতবু খঞ্জদুনতা লৈরিবা ঐনা অশুক কুইনা পুন্জি তংখাই অমা হেন্না থিরক্লগা উনবতা ঙাইহিরি —অদুগা অমুক্তং উনরমগে ঙাইরিবনি হায়বসিবু কদায়দা অমুক চঙৌরিনো ?

"সি-ই, অশুক কুইবসে ঐনা মফমসিদা ঙাইদুনা লৈরগা নঙ্দি শুক্লাকসু লাক্না থিরুই হায়বা শারিয়ে।"

"চুম্মী হৈ, লাইরেম তোম্বী, ঐ শোমথংবা মায়গৈ সিদদি শুকচৎ চংখিদে, চংনীংখিদে। পণ্ডিত দিনচন্দ্রনা চবান থাখিবা নুমিৎ অদুদগী হৌনা ঐহাক মায়গৈ শোমদা শুকচৎ চংনীংখিদে। অদু নঙদি মহৌশাগুম্না কোনুংলোমদা থিরকপদি য়াদ্রা ?"

"ঐসু অদুমঙাই, চবান নুমিৎ অদুদা পণ্ডিত অদুনা লাংথ্রে মতোন তরেৎ অদুনা তান্ন তান্নদুনা কনখিবা অদু কিমনথ্রদুনা কোনুং মায়কৈ শুকওন ওনখিদ্রবনি। নোংফাদোক কিনা কিনা ঐখোয়গী শঙ্লেন্দা লাকপসু নখোয়না শঙ্লেন পূম্বা লোইনা থুদেকথ্রেদো। অদুদদি ঐখোয় পূনফম লৈফম চাফম খঙ্দদুনা মহৈ মহৈ মানা মানা থোকপা তৌনথ্রবনি।"

"চুম্মীদা ইবেম্মা লৈবাকসে থক খা ওন্নরবনি। মহারাজ বোধচন্দ্র থুপখিবা চহি য়াংখৈ শুরক্লে-সনা কোনুংসু সনা কোনুং ওইদ্রে। নিংথৌ পান্দ্রে লোয়শঙ পূম্বা মুৎখ্রে। ব্রহ্ম সভা পণ্ডিত লোয়শঙ্ মমিংতা মঙায়রে মতীক মঙান য়াওদ্রে মাইবা মাইবী লোয়শঙ্ মমি ছামলে; পালা লোয়শঙতদি খজিক খজিক মমিৎ পাঙলি। শ্রীশ্রী গোবিন্দগী সেবাসু টেম্পল বোর্দ অমনা চলাইরি, নিংথৌনা তৌদ্রে। অদুনা নিংথৌ লৈত্রবনিনা কোনুংসু কোনুং ওইদ্রেনে লাইবেম তোম্বী।"

"অদো, বুদ্ধচন্দ্র মহারাজগী মচা ইবুংঙো মাগী মথংদা মশু ইবুংঙোনা নিংথৌ ওইরিসিদি।"

"মখোয়দি মতীক মঙান লৈত্রবনি, মরেক মহাও থোক্রবনি— মমিগুম্বনি। অদুই মথক্তা নিংথৌ ওইবগী মথৌসু তৌদে-মদুই মহুত্তা শ্রীযুৎ বুদ্ধচন্দ্র মহারাজনা থনম্বা সম্পতি লৌ - ঈংখোল মচেৎ মচেৎ য়োল্দুনা চাথোক্লিবনি কনানা মনাক্তা লাকপীনি— মতুং ইনবিগনি। চংনবী ঙাক্তে ধর্ম্ম থৌওইদ্রে — নখোয় লাইরেম্বা লাইরেম্বী পূম্বগী শঙ্লেন পূম্বা লোইনা শীদোক্লুনা লম কয়া জাতি ধর্ম্ম তিন্নদবা মীশিংদা ফাওবা য়োম্লোকথ্রবনি। লাইফম-তীনফম পূম্বা লোইনা মাঙহন্দুনা মীনা থন্না লৈশিনথ্রিবা অসিনি। হৌজিকপু লাইনিংথৌ পাখঙবা, নোংশাবগী শঙলেন য়ুমজাও লাইরেম্বী, লমলৈমা হাওরৈবা শমপুবীনচিংবা নখোয়গী, শঙ্লেন কদাইদা লৈরম্বগে হায়বসি কনানা তাকপা ঙমলিবগে ?

"অওইবনি; নিংথৌনা ধর্ম্মগী থৌরম পুক্লীং চঙ্দ্রবা মাইবা মাইবী লোয়শঙ মথৌ তৌহন্দ্রবনিনা লাই ঐখোয়গী চাকথুং লোইনা ককথ্রেদো, শঙ্লেন পূম্বসু লোইনা থুদেক্লুনা জাত ধর্ম্ম তিন্নদবনা লৈশিনথ্রবনিনা ঐখোয়গী লৈফম লৈত্রেদো অদুদদি ঐখোয় পূম্বা কোয়চেন চেন্নদুনা লৈরক কোজাং থন্না ইচাই চাইনা মতম থর লৈরুরে চাফম থকফম খঙ্দ্রে—"

"চবান-নুংবান-খয়োম কক্তা ইফং-ফংদরবরনে ?।"

"ইফং ফংদ্রে-য়াম্না তাম্ন-তাম্না লন্ন-লন্নদি ফংলি। মসিনদি ওইবা য়াবা নত্তে।"

"করিগীনো অদুক তোয়না লেম-পানা ফংল্বদুবো ?"

"অদুবুবো মৈতৈ মাইবগী মশীং হন্থরকপ। মখোয়গী লাইয়েং পথাপ শিথরকপা দাক্তবগী হিদাক্কীলাইয়েং হেন্না পাম্নরকপননি। যুগ অসিদি ওল্লেদো তাতোম্বা!

"অওইবনি অশেংবা মৈতৈ মাইবা থিবা য়ারে। শ্রাদ্ধগী বৈদ্য ওইবিনবা ফাওবা নৈশিল্লক্তে। পাম্মুইকো মৈতৈ মাইবগী খুৎলি শুবগী লাইয়েঙ পথাপ মাঙ্খিদৌসি।

"মাঙ্বা তাবনিনে তাতোম্বা মখোয় ঐখোয়গী যুগ লোইরক্লবনিনা।" য়েংউদনা পাবুং সোরারেনগী কোনুংদা হৌবা ঐনা মতম ফনা মখোঙ্দা শান্নজবম্বা হৈবোং পাম্বীঅসি কংশিল্লক্লে— ঐনা হেক হেক তোংদুনা শান্নবম্বা ওমথবা উশা অদুসু তেকখ্রে, মনাক্তা হৌরম্বা উনা পূংলবা খোংনাংসু তুখ্রে। খর লৈবদি উ পাম্বীশিং অসি হৌরম্মী হায়বা ফাও কাউখ্রনি। নত্তে তাতোম্বা নঙ্বু অশুক কুইবসে কমদৌনা লেনবগে ? ইনম্মা ককা লৈরবরা ?

"কবি তৌনি ইবেম্মা ! শ্রীশ্রী গোবিন্দগী সেবা তৌদুনা ইপা ইপু হাক্তক্তগী ওইরক্লবা কিতনা হঞবা ওইদুনা লৈরিবা অসিনি। নুপী নহা থিবগী আশা লৈতে— মরক মবক্তা নঙবুতনি হেক হেক নীংশিংবা। অদুগা নঙ্বু ঐনা থিরুফমসু খঙ্বা নত্তেদো। নপাবুং লাইনিংথৌ সোরারেনগী কোনুং তান্না নঙ য়াওদনা চৎপসু য়াবা নত্তেদো, চৎফমসু খঙ্পোৎ নত্তে, নঙগা লোয়নরবতদা চৎপা য়াদৌরিনিদো, অদো ঙসিদি নঙ্বু খঙনীং নীংশীংলকই - লম্বী অসোমদা চৎনীংবনা খ্রো খ্রো-পণ্ডিত দিনচন্দ্রগী মন্ত্র সিদ্ধ ওইবা মতম লোইরমাল্লে —ঐহাক অশোমদা নঙবু থিবা লাক্লিবনি।"

"অচুম্বনি তাতোম্বা, তাইবঙ অসিদা লৈরিবা পূম্বা উ,ব্রা নাপী শীংবী মী, লাই, মন্ত্র যন্ত্র খোখোৎপা পূম্নমক অসি মাগী মাগী অরেপ্পা মপুঙ্কি হেক লোইবগা শিরিবনি, মিকুপ অমা ককা চোম্থনা লৈবা য়াবা নত্তে; মতীক ময়াই চল্লিবনি সিদ্ধ ওইদবনি। ঐহাকসু নঙ লাক্লবদি সনা কোনুং চঙ্দুনা নঙ্বু থিরুগে থোরক্লবনি। অওইবমক পণ্ডিত দিনচন্দ্রগী চবান লাইব্বা মপুনসি লোইরবনি, সিদ্ধ ওইবা মতম হেল্লবনি।"

"ইবেম্মা তোপ্পী লাইরেম তোপ্পী নখোয় লাইদি শিদে অমরনি হায়বদাইনে?"

"কৈদেনো তাতোম্বা সংসার অসিদা পোক্লগা শিদবা অমত্তা লৈতে। খ্বাহদগী হেন্না কুইনা পুনশিরবা ইবুধৌ ব্রহ্মা কয়া শিক্লবনি।"

"অদো মীনা লাইবু অমরনি শিদবনি হায়নরিবসিদি করম্না ? "

"অদুবুরো, নুমিৎ চহুমহুম্ক্লমগুনা শারিবা মীগী চহি অসি লাইগীদি অহিংঅমা নুংথিল অমা হায়বদি নোংমতনি। অদুনা মীনা লাইবু অমর ওইনা উবতনি মরমদি লাইগী পুনশি চহি অমগী মনুংদা মীগীদি মপোক মরী মগুারক ওনগ্রবনি। লাই ঐখোয় ফাওবা সংসার অসিদা মীগী মরক্তা মী ওইনা লৈরবদি মীগুম্না অহল ওইশিল্লি— অদুননি তাতোম্বনা গুসাই ঐবু হেকউবদা করিনো তৌরম্মীসিদি হায়খিবদো। অদুবু তাতোম্বা নঙ্দি ইওন ওনদ্রি হান্নে-হান্নেদু মগুায়।

মসিদং হায়রকপা হেক তাবদা চহি ৮০ শুরবা কোপ্লবা মমায় মকু মকুরন্নবা কিতনা তোম্বা খঙহৌদে অদুঙৈগী চহি ২৫/২৬ কী পাখঙ্ ছরি থোক ওম্ভোকখি। মমায়-মমিৎ শিৎ নান থীক থা ফন্ মরেক মহাও থোক্লবা হক্চাং করি হায়রুনি কিতনা তোম্বা হৌজিক লাম্বা খিংদবা লমওক নাইতোম চৎপা য়াপনবনি।

মহাক্না হেক য়েংথোকখিবদা মহাকসু চহি২১/২২ গী মৌনহা তগৎ-তগৎ তেক্লবী মহৌশা মানা ইহান হান্না উখিবা অদুমক ওইরমলে। মহাক্না চিনবান খিত্তং কাঙলপ মোমোন নোক মিৎচিনা হাইফেৎ কিতনা তোম্ববু য়েংদুনা লৈরম্বা অদুদি করি হায়সিগে । অনীমক চহি য়াঙ্খৈগী মমাঙ্দা অহানবা হেক উনবদা চোংখিবা মিহুন্দো দংদং চোংনরকখি।

লাইরেম তোম্বীনা মথা তারকখি :-

"তাতোম্বা যুগনা বলবাননি। মাগী মাগী যুগ লোইরবদা মী লাই পূম্বা মাগী মাগী শক্তি মাঙ্দুনা লূপখিবা মাঙ্খিবা শোয়দ্রবনি। বুদ্ধচন্দ্র মহারাজগী যুগ লোইখিদুনা টেম্পল বোর্ডগী যুগ লাক্লবা মতমসিদা ভক্তি সেবাদা য়ুম্ফম ওইবা কিতনাগী ফম্সিবু মীনা শীংথানবিরিব্রনে ?"

"চুম্মীহে লাইরেমতোম্বী! বোর্ডকী যুগসিদদি কিন্না তোম্বা ঐসে শ্রীশ্রী গোবিন্দগী ব্রালহৌশঙ্গী অচম্বা কোনফেঙ্বনি। কিন্না লৈত্রবসু কোন ফেঙবা অমনা হেক্তো য়ারবনি ঐগী তুংদদি ফম অসি লৈররোই মুৎশ্রনি।"

"অদুনা তাতোম্বা ! বুদ্ধচন্দ্র মহারাজনা থুপশ্লবা তুং লোয়শঙ পূম্বা শিগ্রবা ঐখোয়গী শঙ্লেন পূম্বা থুদেকপ্লবা ঐখোয়না লৈরম্বা লমপূম্বা জাত ধর্ম্ম তিন্নদবশিংনা লৈপ্লবা তুংদা ঐখোয় লৈরক কোন্শাং থুংনা ঐখোয়বু নীংবশিংদা শঙ্লেন শাহন্দুনা হবাও কুম্মৈ তৌহন্দুনা ঐখোয়দা কৎলকপা পোৎশিং ফংদুনা সনা কোনুংদা লৈত্রবসু মতম খর নুঙাই মরাং হৌনা লৈরম্মী। অশুম্না ইবুধৌ ইবেন্ধীনা মখোয়গী ভক্ত মরু ওইনা ওইগী লমদাংদা হেক হেক তোংদুনা লাইফাও চুমহন্দুনা লাইনীংবা লাইনীংবী কয়ানা কৎলকপা পোৎ-চৈ অথেনপোৎ কয়া লৈফম চাফম খঙ্দ্রবা লাই ঐখোয় কয়াদা য়েনবীদুনা ব্রাদনা হিংলিবনি হৌজিকফাও। অদুবু তাইবং মীনা লাইদগী হেন্না শিংবনা মশাগী কান্নবরোমদা হেন্না পুক্লীং চঙ্দুনা লাই মীনম হেক্ হেক চায়। লাই ঐখোয়না হায়রফাও ওন্ন-তৈনা হেক হেক তৌই। অদুনা ইবুধৌ ইবেন্ধৌনা মখোয়বু

হেক হেক থাদোকই মরমদি মখোয়না ইবুধৌ ইবেন্মীগী মিংচৎ শীহল্লি মানা লাই ঐখোয়বু থৌওইদবা হেনগৎহল্লি। লাই ঐখোয়বু উশিৎপীদ্রবা থৌওইবীদ্রবা মফমদা ঐখোয় কয়া কুইনা লৈগনি। ঙসিসিমক্তি লাই থংনবী ইবেতোম্বীখোইদা লাই হবাওবগী চাকথুং লৌরুবগা হল্লকপনি। তাতোম্বা অথুম অহাও ৬ মোক য়াওবি চামিন্নরুসি— লৈকোনসিদা ফমদুনা অরুবা রাবী কয়াসু শামিন্নকসি চামিন্নদবা ফম্মীন্নদবা য়াম্না কুইরে।"

লাইবেম তোম্বীনা কিন্না তোম্বগী মখুৎ পায়রদুনা নোক্লা- নোক্লা তোর্বান লোমদা কৃমথখি।

ঙসাইমখে —"করিনো হনুবা অসিনা মথন্তা মৃকম মুকম শোল্লিবা অসিবু" হায়না য়েংদুনা লৈরম্বা পাখঙ অহুম অদুগী মরক্তগী অমনা হায়বকখি—"য়েংউ মথন্তা রা ঙাঙলম্বা হনুবা অসি তোর্বান লোমদা চৎল্লে।"

"য়েংউ কদায য়ৌখ্রে করি তৌবি ? অতোপ্পা পাখঙ মচা অমনা হায়রকখি।"

"হৈবোং মখোঙ্দা ফমল্লে।"

"কবি তৌবি?"

"রা ঙাঙ্‌ন-ঙাঙ্‌না, নাপী থত্তুনা চাবী শম্থি অকংবসু খুল্লগা চাবমাল্লে।"

মতমসিদা কিন্না তোম্বদি লাইবেম তোম্বীনা ঙাথু থেংথু ফম্মিনবগা মাগী সনা খুজি মনিগী খুদোপ্পা লৈতেংলবা তবা তবাববা খুৎতুনা লালমোহন অমা লৌখত্তুনা— "তাতোম্বা-সে লালমোহনসি হায়দুনা তোম্বগী ময়াদা ইনবিবম্মী।"

"ইস হাওখ্রেদা"

"শিনা বরফিনি, শিনা সন্দেশনি হাবো" হায়দুনা মথং মথং ইনশিল্লকখি। তোম্বনসু লালামোহন অমা লাইবেম তোম্বীদা ইনবীরম্মী।

"তাতোম্বগী খুৎসি থুমখ্রেদা ।"

অনীমক ফাক ফাক নোকই।

পাখঙমচা অহুমদুনা হায়রকখি —"ওম্বোক্লা হরাউনা নোক্রেদা হনুবা অসে।"

তাঙ্গাসিদা লাইরেম তোম্বীনা মখোল নৌথরদুনা কিন্না তোম্বদা হায়রকখি — "তাতোম্বা ! ঙসাই ঐহাক্লা লাইতোংবী ইবেতোম্বী খোইদগী হল্লকপদা লাইরৈবাক্কী পাউপুবা লাই দেবদুত অমা থেংনৈ - ইপানিংথৌনা থারকপনি মহাক্কী সনা য়াথংনি, ঐহাক লাইরৈবাক্তা হনবা তারে মরমদি লাই ঐখোয়না মালেমদা লাকপগী মতম শুরে, লাই ঐখোয়গী যুগ লোইরে। লাইদগী হেন্না শিংবা তাইবঙ মীনা - লাই মীনম চারে ঐখোয়গী মিংদা লাইনা হায়বনি হায়দুনা খুদোংচাবা পুম্নমক লৌবিরে- খঙনা খঙনা লাই ঐখোয়না কৈসু তৌবা ঙমদরে মরমদি নমু তাইবং মীগী চক্রি লৌশিং লাই ঐখোয়না খঙবা ঙমদে, লাই মীনম্বগী প্রমান পীবা ঙমদে। লাই ঐখোয়বু নুংশিবিদ্রবা নীংবিদ্রবা

লৈবাক অসিদা অমুক লৈথবা য়াদ্রে। ঐ লাইরৈবাক্তা হনগ্রবদি পাক হেক লাকপা ঙম্লরোই অদুনা তাতোম্বা নংঙোন্দগী বিদায় তৌনরসি হায়ননবা ঐ নঙবু ঙাইরমল্লিবনি।”

অসি হায়দুনা লাইরেম তোম্বীনা মমিত্তা মপি ঈরা চেন্না কিল্লা তোম্বদা য়াম্না নুংশিনা হায়জ মিয়েংনা য়েংলকখি।

কিল্লা তোম্বা নুংশা মপী হোল্লি য়াম্না লাঙতক্লনা মখোল নীক্লা হায়রকখি — “ইবেম্মা তোম্বী লাইরেম তোম্বী নহাক লৈত্রবদি ঐদি করম হিংগনি। নঙগী ব্রাখলতনা হৌজিক ফাওবা হিংহল্লিবনি। নঙ য়াওদনা ইথন্তা মালেমসিদা হিংদুনা লৈবা ঙম্লোই। ঐসু নঙগা লোয়নননা লাইরৈবাক্তা চৎকনি। লাইনিংথৌ সোরারেনগী লৈবাক লাইরৈবাক অদু ঐদি য়াম্না পামজে নুংশিজে। চৎপা তারবদি ঐসু য়াওগে ঐবু পুবিয়ু ইবেম্মা ঐবু ইথন্তা মফমসিদা হন্দোক্লন্নগা চৎখিবা য়ারোই। ঙাইখো।”

কিল্লা তোম্বনা ব্রা ঙাঙবা লোইরম লোইফাৎত্রিঙৈ শগোল মরিনা চিংলবা রথদলাই অদু হেক থুংলৈ - লাইরেম তোম্বী রথ মথক্তা কাখৎগ্রে-দলাই অদু খর খর চৎপা হৌরকপি, কিল্লা তোম্বা নুংশশ্বর ফি ফি কামনা দলাইগী মচাং পায়দুনা চেন্না চেন্না য়ান্নে, মাবুসু পুবিয়ু হায়না হন্না হন্না হায়জরম্মী। লাইরেম তোম্বীনা হায়রখি — “নঙগী ফিজোন্দুনা লাইরৈবাক চঙবা য়ারোই - সে ফিজোলশিংশি শেৎচিল্লকউ।”

অসি হায়দুনা সনা হৎলবা মুগা ফৈজ্রোম মনিমুক্তা থাল্লবা মুগা ফুরিৎ, মনিমুক্তা থাল্লবা সনাগী লুহুপ, নাদ-য়ান্নবা হিরাগী নাইন, হিরা মনি মুক্তাগী লীক পরেং লোয়নননা মুক্তা হৎলবা খুদোন খোঙউপ পীবকখি। থিন্দনা কিল্লা তোম্বা পূম্নমক্তু শেৎ-ইল্লবদা কিল্লা তোম্বা লাইমচামুক ফজবে - দলাই থক্তা কাখৎলকলে - মাগী হান্নগী মফি মরোল পুল্লপ তাশিন্দুনা মখুত্তা পায়রম্মী। লাইরেম তোম্বীনা হায়বকখি — “নঙগী হান্নগী নফি নরোল ফুরিৎ ফৈজোম কোয়েৎ অদু য়াওরবদি দলাই অসি মচি লেঙলরোই-মদু পূম্নমক হন্দোক্লমলো।”

কিল্লা তোম্বনা দলাইদা কাখৎলগা মাগী মফি মরোল ফুরিৎ ফৈজোম কোয়েৎ পূম্নমক পুল্লপ তাশিল্লগা লাক্লনা লংথোক্লে হায়না হেক থাঙ্গৎলকপা মতমদুদা ঙসাই মখৈ মাবু য়েংদুনা লৈরম্বা পাখঙ মচাশিং অদুনা তাখি — “ঐবু মফমসিদা ইথন্তা হন্দোক্লন্নগা চৎখিবা য়ারোই” হায়না হনুবদুনা লাওরকখিবদো। অদুগা মখোয়গী মরক্তগী অমনা হায়রকখি — “হনুবা অসে হৈবোং মশা অতেকপা অসিদা কাখৎগ্রে-তাদুনা তোক্লরনি।” হায়না হায়না কিল্লা তোম্বনা মাগী মফি ময়োমদু লাক্লনা লংথোরকপা মতমদা পাখঙশিং অদুনা হনুবা অদু উদগী তুপ লাউনা তারকপদু উখি। চেনশিন্দুনা য়েংলুবদা কিল্লা তোম্বা শ্বর হোল্লমদ্রে।

ইম্ফাল, ২৪/০১/২০০৫

## (৪)

## শেল তানবা

মণিপুরগী অব্বাংথংবা নাকন্দা লৈবা কৌব্রু কৌনু অমদি লোয়ারাকপা চীংশিং অসিদগী চেম্বুরকপা ঈচেল কয়া পূনশিল্লগা কাংপোকপী মথক্তগী চেম্বুবকপা ইম্ফাল তুরেলনা তম্পাক্তা তারক্লুনা মণিপুরগী ময়ায় ফাওনা চেল্লক্লুনা ইরিল তুরেলগা তিন্নফম লিলোংদগী অব্বাংলোমদা পৃং অমগী লম্বী খোঙনা চংলগা ইম্ফাল তুরেলগী য়েংথংবা তোর্ব্বান্দা হৌরিবা খোংনাং অদু - ফৈনা হৌই হায়দুনা ফৈদেকপী কৌই। হায়রিবা খোংনাং ফৈদেকপী অসিগী নোংচুপ্তা লৈবা লম্পাক মচা অসিগী হেক মনীংদা মমাঙ শঙ্গোয়গা কোননা লাইখল তাবা য়ুমজাও অমা লৈ। তরু-তনানলি তুম্নৌ নাকুপ্পীনা কূপ্পা ফক্লাং লৈতান লৈমু হাইবা য়ুমনি। য়ুম অসিদা লৈ ওইনাম চাওভল — শিখা চাউনা খাকই হায়দুনা খ্বাইনা মাবু ওইনাম শিখা হায়না খঙনৈ।

চহি ৮৭ শুরে, মশা নাল্লি, উরিক নগুন মচা তানা শি। ব্রহ্মমুহূর্ত্তদা হৌগত্তুনা প্রাতস্নান তৌরগা হাকচাংগী মফম নিপান্দা চন্দন থিল্লবা তুংদা মানা নীংজবা ইষ্টদেবতা ভজন তৌজরগা মন্দিবদা চত্তুনা মন্দির মাৰ্জ্জন সেবা তৌই, শ্রীশ্রীরাধা মাধবতা লৈশু কত্তুনা খুরুমজে। অদুগী তুংদা ময়ুমদা হল্লক্লগা স্বাত্তিক আহার খরদং চারগা মাগী নোংমগী পায়গদবা থবক পায়। এক সন্ধ্যানি। মাগী থোইদোকপা গুণদি চহি অশুক য়াম্লবাফাও চৈশু শীজিন্নদে, মশম পোক হৌদে, মমিৎ শিংই মনা পঙদে। মাগী শিখাতদি যতন তৌনা কোক্তোন্দা ফজনা পুন্দুনা থম্মী।

ওইনাম শিখা চাবা-থকপা বাত্তনা পাল্লি। হৌজিক মাগী কারবার অরাঙফম ফম্বনি। তিনবু-লাইপুবনি হায়না লৈকায়গী কনাগুম্বা লাই ওক্লদুনা নাবা মী লায়েংবা থৌ তৌবা চবান থাবদি মরক মরক্তা কনাগুম্বা অখঙবনা হায়জররগা অদুক তৌই। মানা থৌ তৌবা চবান থাবা খয়োম লাক্লগা লাই ওক্লবগী অনাবা হেক হেক ফৈ। অনাবগী মিহুল য়েংলগা লাই ওক্লবনি নত্তে খঙই। অদুবু মহাক মাইবদি নত্তে।

ওইনাম শিখানা বাত্ত-পাদনা পাল্লিবা, ইনাক কৈরাক খুল্লিবা শেল পায়রিবসে করি করবার তৌদুনা কদায়দগীনো হায়বা কনা অমত্তা মুল্লা খঙদে। মীনা হায়নবদি

নহা ওইরিঙৈদা শেল তানবদা লুপা ময়েক সনাবুল তরেৎ ফংখি হায় অদুদগী মহাক অদুম ইনাক খুনগ্নে হায়নে।

ইং শোক ১৯৩৫ গী ৱানি- মতমদুদা ওইনাম শিখা চহি তবাতবেৎ শুবে। নোংমা নুমিদাংৱাইবম লৈপূং ফম্বদা চাউবা কিথুম পুবনা মখোয়দা হায়খি – "ইবুংঙোখোয়, মণিপুর সনা লৈবাকসে লান য়াম্না তোয়না থোকপা লৈবাক্নি। কবিগুম্বা কান্দা য়েক্লবা অৱানা, তখেলনা তত্তনা হেক হেক লান্দারকখি ; কবিগুম্বা কান্দা নিংথৌ খুভম মুন্নবগী নিংথেমচা মচীন মনাও মবক্তা খূৎ লিংনদুনা লানহৌ কয়া থোক্লুনা তত্তনা লান তৌনে। লান তৌনবা খুদীংমক্তা প্রজাশিং মচি মচিদা লান চেন্নে। অসুম্না লান চেন্নবা মতমদা ইনাক কৈবাক খুনবা প্রজাশিংনা মখোয়না পুদুনা চৎপা ঙমদবা সনা-লুপা শেন ময়েকশিং সনাবুন, চফুনচিংবদা হাপচিল্লগা মখুম চেৎনা খুমজিল্লগা মশা মশাগী ইংখোলদা মীনা পাক খঙলোইদবা মফমদা ফুমজিল্লগ্না লোক্লুনা থনম্মী। লান লোইখিদুনা হঞ্জিল্লক্লবা মতমদা মখোয়না ফুল্লম্বা শেল চফু সনাবুনশিংদু লৌথোক্লে। কবিগুম্বদা শেম্বু অদু লান নংদুনা নত্রগা অতোপ্পা নায়েকপনচিংবা তৌদুনা খঙহৌদনা মচা-মশু ইমুং মনুংগী মীদা তাক্লবদনা শিপ্রবা অদুগা খঙ্দবদগী মচামশুশিংনা ফুল্লম্বা শেল অদু লৌথোকখিদবা অসিনা মীবোল অহুম লানথ্রবদি শেলশিং অদু লাইগী শেল শঙবা যক্ষশিংনা ঙাক শেন্দুনা থমখি। অহল-লমন অখঙ-অহে় লোয়নজহৌবা মাইবা মাইবী পণ্ডিত মায়চৌ সঙ্গ তৌবা কনাগুম্বনা ফুল্লম্বা শেলশিং - অদু কদায়দা লৈ হায়বা খুদম চাংদম খঙই অদুগা যক্ষশিং অদুবু অথেম পোৎ লান্দুনা থেম-নৌনা হায়জবা মন্ত্র যন্ত্র খঙহৈবনা হায়জখোৎচদুনা শেলদু ফুক্লুনা লৌজবা য়াই। অহল-লমন্না হাযনবা অমদি মীবোল অহুম লানথ্রবা শেলফুমফম অদুদা অযুক অঙনবা নুংশা তবুম তবুম্বা মতমদা কবিগুম্বা কান্দা মনিল কাবা থেংনগনি। কবিগুম্বা মতমদা শেলশিং অদু যক্ষনা পুদুনা লীন ওইনা থোক্লুনা জিবি জিবি চৎলি - কবিগুম্বা কান্দা হামেং অঙৌবা ওইনা থোক্লুনা লৈপূং শেল ফুমফম মথক্তা নুংদাংদা নাপীশিংনা উনা চাদুনা লৈ। শুম হাযনা থোবকপা লীন অদু মকোক্তা লীচৈ মকনা থাবা ঙম্নবদি শেল পূম্নমক চবুন ওইনা জ্বাই হেক্তা তারকই। অদুগা হামেং অঙৌবদুদি শেৎলিবা ফৈজোম নত্রগা খুদৈদুনা মকোক্তা হেক কুপশিনবদা শেন চবুন অমা হেক্তা ওইবনি। অসিগুম্বা লীন অমা মকোক্তা লীচৈ মকনা থোম্নবদগী ওইনাম ইনাকখুনবা অসে লুপা ময়েক বিলাট মহাবানী মকোক য়েকপদু সনাবুন তবেৎ ফংখি হায়। থৌদাম ইনাকখুনবসু লমদেংদা লৈবা লৈপূংদুদা নুংদাং অমা থেংনবা হামেং অঙৌবা অমা ফৈজোম্না কূপ্পবদা শেন লুপা ময়েক হাওপোৎ তবেৎ ফংখি হায়।"

ঙশাইমখৈ ময়া কা-মখৈ তাবিবা ওইনাম শিখানা চাউবা কিথুমদা হংলকখি – " খুরা চাউবা লীন ওইনা নত্রগা হামেং ওইনা থোরক্তবা শেন্দি লৈতবরা ?"

"য়াম্না লৈ, মখোঙ পান্দুনা থোরকপদি খবতনি।"

"করম তৌরগা অদুগুম্বা শেন্দু ফংগনি, কদায়দা লৈবগে করম খঙনি।"

"মদুগীসু উপাই লৈ। শেল ফুমদুনা লৈ হায়বা খঙনবা খুদম কয়ামুক লৈ – মদু য়েংবা হৈবসু দরকার ওই। মরমদি হাইফেৎ মান্দি-মানবা শেলগীদি নত্তবা কয়ামুকসু লৈ।"

"খুদমশিংদু করম করম তৌবগে মদু হায়বিবা য়াগদ্রা ?"

"মদু ঐনা হায়রগা পাক খঙগদবা নত্তে, শেল তানবা চৎপা কাঙবু মরক্তা য়াওরগা উরগা খঙগনি।"

"ঐখোয়না য়াওবা য়াবা অদুগুম্বা কাঙবু লৈবরা খুরা ?"

"লৈরবদি খঙহল্লক্কে- মবমদি মসি অরোনবা থবক্নি। পাক পাক য়াওবা য়াবা নত্তে শেলগী থবক্নিনা।"

নুমিৎ অদুগী লৈপুং ফম্বগী এজেন্দা মদুদা লোইশিনখ্রে। নুংদাংগী চাক চানবা মতম য়ৌরক্লদুনা লৈপুংফম্বা সভা লোইশিন্দুনা মহৈ মহৈ ময়ুম ময়ুমদা চঙনখি।

ওইনাম শিখাগী ইমুং য়াম্না লায়রবা ইমুংনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা হৌজিক পাখঙমচা ওইরক্লবা ফাওবা শেংপা চাবা মনীং ইথুং থুংদনা লেল্লক্নী, অদুনা শেল য়াম্না পায়নীংবগী মঙ অসি মঙলক্নি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা। মপা ঙন্না শিখিদুনা মমা লুখ্রানা য়োক্লকখি - য়েন্নাং মনামশীং য়োন্দুনা-মাগা মচন নুপী অনীগা হিংলক্নি। শিখা ক্লাস থ্রী পাস তৌরগা ফোব কাবদা থাগী ফিস শিকি অমা হনবা ঙমদদুনা লাইরিক তম্বা তোকপা তাখি। অঙাং ওইনা হাজিরা শুদুনা মমাগী মতেং পাংলকখি। মতমদুদা হাজিরা শুবদা নোংমদা খুৎশুমন পৈশা মরিদগী হেন্না ফংদে। ঈনখৎলকপা মতম ওইবনা য়াওশং থাবল চোংফমদা থেংনরব্বী তরুনীদসু খোয়দাজরুই। অদুবু তরুনী খোয়গী ইমুং মনুংগী মীশিংনা মাবু লায়ববা পীদৎ-পাদৎপা মচানী হায়দুনা উশিংপীদে। অদুনা শেল য়াম্না পায়নীংবা ইনাকখুনবা মী ওইনীংবগী আশা অদু মথৌ শঙলম্মী। অদুবু করি করম্না শেল পায়নবা করম্বা থবক তৌগদগে হায়বদি খঙলমদে। তাকপী তম্বীনবা মীসু লৈজরমদে। মরম অদুনা খুরা কিথুম চাওবগী পাও লাঙতক্লনা ঙাইঙমদনা ঙাইরম্মী। ঙাইবনা পেল্লক্তদুনা ময়ুমদা চত্তুনা হন্দক মরক্তি খর তোয়না হংলম্মী।

চহি কয়া ঙাইঙমদনা ঙাইরবা তুং ইং শোক ১৯৩৯ গী মার্চ্চ থাদা নোংমা নুংদাংবাইরম খুরা কিথুম চাউবনা ওইনা শিখাবু কৌরকখি। চহি ২১ শুরবা পাখঙ মপুং ফারক্লবা শিখা পরপ পরপ কিথুমগী য়ুম য়ৌরকখি।

কিথুম চাউবনা কৌরকখি – "চঙলকউ লাও চাওভল নঙ মামা খোমদোন উনরো লাও।"

মামা খোমদোন হৈরোক্তগীনি, ঝাং চাওই ফুট তরুকলোম খর হেন্না ঝাংগনি, মশা মউ ফৈ মশাগী মসল মত্রং মত্রং মরৈ মরৈ তায় ; ফুদুনা তেজালীদগী হাইফেৎ

থাওথোকপা লাইথিনি। নুংদাংদদি মশা উদে ময়াতনি উবা। হেক উবদা শিখা কিসু কি, গুকসু গুকই ; কয়া হৈনদে অদুবু মঙোল্লোমদা চিংশিনবগুম তৌই।

"মরুপ কিথুম চাউবনা হায়বা চাউজল হায়বদু ইবুংঙো নঙলা ?"

"মানি মামা।"

"নঙবু ঐখোয়গী থবক অসিদা য়াওগে হায় হায়না হায়রিবসিবু চুম্বরা ?"

"চুম্মী মামা।"

"করিগীনো নঙনা মসিদা য়াওনীংলিবদি ?"

"লায়র-চুদংনরবা চাবা মচেং তুম্বা মচেত্তা লেল্লিবা, অফ-নুংঙাইবুদি কল্লক-মিহৌবা, শুফম নোমফম খঙদবা, চমমনরবা মী অমনা অসিগুম্বা থবক্তা লাইবক য়েংবা নত্তনা অতে করি গতি লৈরিবগেনে মামা ?"

"নহাক ঐখোয়গী থবক অসিগুম্বসি কহা মাঙ খুজাই কায়দুনা তোকপসু য়াই হায়বসিদি খঙব্রা ?"

"মদুসু খঙজে অদুবু লাইবক চাংদি য়েংজনীংই মামা।"

"মসিগী থবক অসি য়াম্না খুদোং থীবা, শিবা য়াবা থবক্নি হায়বসিদি খঙদবরা?"

"মদুসু খঙজে, খঙনা খঙনা মামগী তুং ইজনীংলিবনি।"

"ফরে ফরে, অদু য়ৌনা নবুক্তা লেপ্লবদি। অদুবু খঙগু মসে অরোনবা থবক্নি - নাসোন খিত্তং ফংখিবদা য়েক্লবা চবুন চবুন থোরকপা য়ারিবনি। খুদোংথিবা কয়া মায়োক্লবা তারিবনি - থব্লায় ফাওবা মাঙবা য়ারিবনি।"

"মদুসু খঙজে মামা ! অদুবু করিগুম্বা মহৈয় য়াল্লবদি নুংঙাইবগী নুংঙাইবা মক্তনি।"

"মদুসু পুকেচেল খোয়জেল তিন্নব্রবদি ঐখোয়'লক্তা অমনা হেন্না পান্নক্লুনা ঐখোয় মশেল মুক্লদুনা থব্লায় মাঙনবা য়ারিবনি। অদুনা য়াওদ্রিঙৈদা য়াওবগী নিয়ম চপচানা য়ানগদবনি খঙলেদনা ?"

"খঙজরে নিয়ম পূম্না ঙাক্না চংচগনি।"

"অদুদি তারো-হন্দক্কী খোঙচংসিদা ফংবা পূম্বগী তংখাই অমনা পূম্নমক শীল্লিবা অশোয় অঙামগী দায় পুরিবা লুচিংবগী, তরা থোকবগী অমনা যক্ষ রক্ষ লন্নাই তাইনবা অমাইবগী। লেমহৌবা অদুনা য়াওরিবা পূম্বনা চপ মান্নবা য়েন্নবনি। অদুগা থবক অসিগী মরম অতোপ্পা কনাগুম্বা অমত্তদা খঙহনবা হায়দোকপা য়াদে। হায়দোকই হায়বগী প্রমান নাসোন খিত্তং ফংবদা হায়দোক্লিবা মীদুগী মথক্তা লুচিংবনা শীনিংবা দণ্ডি শীবদা য়ানগদবনি। মসি য়ারে হায়না থাশকউ- অদুগা ঐগী পাউ ঙাইদুনা লৈয়ু।"

মামা খোমদোন চৎখ্রে। চাউভল লাওতক্লনা নুমিৎ খর ঙাইখি। মথং চয়োল অমগী তুং থাসি হয়েংনি হায়বা নুমিৎ অদুগী নুংদাংব্রাইরম মফিমরোল য়োমদুনা ওইনাম শিখা মযুমদগী খোঙশানখি। কদায়দা চৎলিবনো হায়রমদে। মামা খোমদোন লিডর, চাউবা কিথুম অমাইবা থারগা মখোয় মী তরেৎনা শাবা কাঙলুপ অদু নপ্নো অমমম পোরদুনা য়োৎ থাঙজৌ জম্ফৎ তোক শীংজং গয়ন্তি পুরদুনা অহিং নোংশোয়বা পোত্থাদনা চৎলম্মী। নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপদা মখোয় য়াইরিপোক লাইমনাই লাম্বোক্লগা লৈবা চাকঙমদবী খুনগী খা-নোংপোক্তা লৈবা চীংনাপোম অদুগী চীংখোঙ য়ৌরম্মী। মফম অদু শুক্লবা জঙ্গলনি চীং নাপোমদুদগী গজ য়াংখৈমুক চৎলগা ঈফুৎ ঈথৈ মচা অমা লৈ। মদুগী মনাক্তা মখোয়না ঙৌবোং ফিনা কৃপশিনবা ফিনা ফক্লাং ওইবা খাংপোকশঙ অমা শারগা মখোয়গী তৃষ্কম হিপফম শেল্লম্মী, মপোৎ মচৈ পুম্নমক মনুংদুদা থল্লম্মী।

হেক য়ৌবগা মামা খোমদোন্না মায়কৈ মরিমক্তা কোয়চৎ চত্তুনা য়েংলম্মী- মফম অদুগী অকোয়বা মাইল অমগী মনুংদা মীপোং তাবা য়ুম্নচিংবা অমত্তা লৈতে। কিথুম চাউবনা মন্ত্র শোন্দুনা মায়কৈ মরিমক্তা লৈতুম অমমম হুন্দোক্লুনা মফম অদু ভুত প্রেতনচিংবা লাইতীন চঙদনবা ঙাকথোক্লম্মী। হেক থুংবগা মামা খোমদোন্না হায়বা মতুং ইন্না চাওভলনচিংবা মখোয় পাখঙ মঙানা চাক থোংফম লৈরঙ শেমদুনা শীংনচিংবা থিরুদুনা চাক ঈশিং থোং থাকপা হৌগৎখি। মথেলদি কাংশোই চম্ফুৎ লফু ইরোম্বা ঙমু লৈরৌ ঙারৌনি।

মতমসিদা নোংপোক চীংদোন্দা নুমিৎ তরং তরং হুন্দোরক্রে। মামা খোমদোন খুরা কিথুম মখোয় অনী চীং নাপোমদুদা গজ কুনমুক কাখৎলগা লৈবা অকোকপা লৈতেম হাইফেৎ মান্নবা নুংশা মঙাল নীংথিনা ফংবা মফমদু য়ৌপ্রে। মফমদুদা গজ তরামুক লাপ্পনা কারন্দা উয়ুং পাম্বী অমগা তাইরেন পাম্বী অমগা নাইতোম নাইতোম হৌরম্মী। অয়ুক পূং তরেৎ তাবগী নুমিৎকী মঙালনা য়ৈবদা তাবা উগী মমি অনী অদুদা পাম্বীগী মখোঙদগী ফুট কুন কুন লাপ্পা ফুট মঙা মঙা ব্রাংবা ব্রাচেৎ অনীখক য়ুংলম্মী। তাইরেন পাম্বী উয়ুং পাম্বী অদুগা পেরেলল ওইনা উখোঙদগী ফুট কুনমঙা লাপ্পা মফমদা ফুৎ তরেৎ তরেৎ ব্রাংবা ব্রাচেৎ অনিখক য়ুংলম্মী। অদুগা মখোয় অনী চীংথক্তগী কুমথরক্লুনা খোলাদা লাকখি।

অদুদগী মখোয় অনী অদু ঈফুৎ ঈথৈগী ঈশিংদা শেংনা ঈরুমাইথজরগা তরু তনান অশেংবা ফিশেং হোংদোক্রে, চন্দন চন্না ঈরং লংনা থিল্লগা মানা মানা নীংজবা লাইগী লাইশোন মন্ত্র শোন্দুনা খুরুমজরম্মী। মতমদুদা চাউভলনচিংবা মখোয় পাখঙ মঙা অদুসু ঈরু মায়থজবা লোইদুনা চন্দনচন্না থিল্লগা ঈতুল্লবা ফি শেত্তুনা চীং নাপোমদা হৌরম্বা লফুদগী লেল্লকপা লানা শেম্বা চাকলুক্তা চাক শীল্লে। খুরা কিথুম চাওবনা অথোংবা চাক ইক্লাং অদু চাকলুক মচা অমদা খাইদোক্তুনা হাপ্লগা মফম অদু পুবা

লল্লাইদা অমদি মফমদুদা লৈরিবা অহিংবা জীবশিং অমদি উ-ব্রা নাপী-শীংবী চীং-মান পুম্বগী শরুক তল্লম্মী। অদুগী তুংদা মখোয় পুম্বা পুন্না ফম্মিন্নদুনা ৱারী শানা শানা চাক চামিন্নরম্মী। ৱাবী শাবদুগী শরুক অমা ওইনা খুরা কিথুম্না হায়রকখি —

"অঙাংশা মুন্না তাউ - নখোয় কা হেন্না চাশিনগনু নবুক্তা নুংশিৎ নোংহুম চেলহনগনু, হোরেন থবক পায়খৎপ্রবদি লৌইদ্রিবা ফাওবা কনা অমত্তা খোঙ হাম্নীংলে ঈশিং চৎনীংলে হায়দুনা থবক লেপ্তুনা মপান থোরকপা য়াদে, মনুংদা নুংশিৎ খাইবা ঈশিং চৎপনচিংবসু অমত্তা তৌবা য়াদে। মদু হেক তৌবদা ঐখোয়না হোৎনরিবা পুম্বা অবেম্বা তাগদৌবিবনি।

নুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং অমরোম তাবদা চাবা থকপা লোইদুনা কোল্লিক ফেঙবা লুখাক চপ্তুম শেংবা খোৎপা পুমলোই লোইরে। মখোয় পুম্বা মাগী মাগী ফমুংদা ৱারী ৱাতাই শাদুনা ঙাইহাক্তং পোত্থারম্মী মতমদুদা মামা খোমদোন্না মখোয়দা চেকশীন ব্রা হায়খি —

"অঙাংশা নখোয় নোকখেদুনা লাঙবা য়াদেকো। ঐখোয়সিদা লৈ হায়বসি মীতোপ অমত্তনা নাসোন ফংখিবা য়াবা নত্তে। নখোয় তুমিন তুমিন্না লাঙদনা লৈরম্মু ঐহাক অনকপদা মীতোপ লৈ-লাকপ্রা য়েংলুখিগে।" অসি হায়বল্লগা মামা খোমদোন চীং নাপোমদুগী অৱাংবা মতোন মায়কৈ মরিমক উবা মফম অমদা লেপ্তুনা মায়কৈ মরিমক্তা কোয়রে লৈনা য়েংদুনা লৈখি।

মতমসিগী মনুংদা খুরা কিথুম মাইবনা হৈরুক তাঙ্গ অনী পান-তাঙ্গ অনী শেম্বা লোইরে, খোইরু থাওমৈ অনিশেমলে তাঙ্গ অনীদা মেক্রুক অতকপা তিকি লৈখাম হাপলে পজেং ফিরান তরুক লংহিং লংদুমদুগা লোয়ননা পুম্নমক মাগী পাইতু থাউদা হাপচিন্দুনা থমপ্রে। মখোয়না হোরেন শীজিন্নগদবা খুৎলাই পুম্বা তক তরু ফেঙদোক চামথোক্তুনা হৈলৈ কত্তুনা খুৎলাই পুজা লোইপ্রে।

নুংথিল পুং মঙারোম তারকপা নুমিৎনা নোংচুপ চীংদোন তম্না হাইথরকপা মতমদা মামা খোমদোন খুরা কিথুম মখোয় অনি ওইনাম শিখাগা লোয়ননা চীংনাপোম মথক তম্না কাখৎখি। শিখানা খুরা কিথুমগী পাইতু খাওগা থাঙজৌ অমগা পায়খি। চীং নাপোমথক য়ৌরবদা মখোয়না ঙসাই অযুক য়ুংলম্বা ৱাচেৎশিংদু মুন্না য়েংলম্মী। নোংচুপ চীংদোন তম্লকপা নুমিৎকী মঙান্না ফেল্লৈননা য়ৈরকপদা উযুং অমসুং তাইরেল পাম্বীগা পেবেলেল ওইনা য়ুংলম্বা ৱাচেৎকী মমিনা উ অনী অদুগী মরুমদা য়ুংলম্বা ৱাচেৎ অনি অদুগী মমিগা করুবা মফম অনী অদু ওইনাম শিখাদা তাক্তুনা চৈ অমমম মখাদা অমা অৱাংদা অমা য়ুংহল্লম্মী। অদুগী তুংদা মখাথংবা চৈ অদুগী নাকন অনীদা ফুট অমা মথায় অমামথায় লাপ্পনা পজেং ফিরান অমম অমাইবা কিথুম্না য়ুংপ্রে। অদুম্না অৱাংথংবা চৈ অদুগীসু নাকন অনীদা পজেং ফিরান অমমম য়ুংলে, খা অৱাং পজেংশিং অদুগী লাপ্না মান্নবা ময়ায়দসু মপা চপ চানা নাকল অমমমদা পজেং ফিরান অমমম য়ুংবা

লোইগ্রে। হৌজিক পজেং ফিরানশিং অদু খারোমদগী অৱাংলোম তায়া লংহিংনা মন্ত্র লাইৱা শোল্ল-শোল্লদুনা পুনশিল্লে। হৌজিক ফুট অহুম পাকপা ফুট তরারোম শাংবা লংনা কোয়শিনবা হিগী মওং মানবা লম মচেৎ অমা ফংলে। অমাইবা কিথুম্না ঈশিং হাপ্পা চফু অমদা তাইরেন মশা অমা লুপ্প-লুপ্পদুনা লাইশোন থীর থীরদুনা ঈশিং চাইথোক্লম্মী। অশুম্না তীনমু লাইমু শরোয়-ঙারোয় পূম্বা লোইনা তাম্বোক্লে। অদুগী তুংদা হৈরুক তাঙ্গ পানা তাঙ্গ খোইরু থাউমৈ অমমম অৱাংথংবা মতাই অমদি মকা থংবা মতাই অদুদা থমলে। অৱাংলোমদা লৈখাম খর মেক্রুক খর অচাকপা তিকি অমমগা লোয়ননা থল্লম্মী। অদুদগী অমাইবা কিথুম্না অৱাংথংবা নাকনগী লৈখাম ধুপ মৈ থাদুনা খোইরু থাওমৈ থাঙ্গত্তুনা ইমোইনু অহোঙবীগী নাহেরোল শৈথারক্লে। নাহেরোল তেংথারোল থৌগল ফংলতুং অমাইবনা খুবাং চাংজৌ তরা লোন্নদুনা খুরুমজরে, মখোয় অতৈসু পূক্নীং চপ লেপ্পা খুরুমদুনা ভক্তি কংলি। ইমোইনু ঈরাংপা লোইরবা তুংদা খুরা কিথুম চাওবনা মখা মায়কৈরোমদা লাক্লগা ধুপ খর খোইরু থাওমৈ থানগংলগা তন্ত্রগী লাইশোন মন্ত্রগা লোয়ননা শেল শঙবা যক্ষ ঙমদাইনরম্মী। অসুম্না ঈরাং থৌনি ঙমদাইনবা লোইরবা তুংদা কাঙবু অদুগী মখোয় মীপূম খুদীং পূক্নীং অনী লোঙদনা য়াইফ-মঙ্গল পীবিনবা থম্মোয় ৱাখল চেংনা খুরুল্লম্মী।

পুজা লোইরবা তুংদা খুরা কিথুম অমাইবনা হায়রকখি — "অশোয়-অঙাম অমত্তা য়াওদে, মঙ্গল ওইগনি খল্লি। হৌজিক চেকশিনগদবদি ঙসাই ঐনা চাকমাঙদা হায়খিবা ৱারমশিং অদুনি-নশাদা নুংশিৎ-নোংহুম চাওবা চাবা থকপা হেঞ্জিনখিবা তুমদবা করিগুম্বা য়াওরবদি হান্নন হায়হৌ।"

মখোয় কনা অমত্তা ৱাকৎ ৱাহৈ অমত্তা কাঙলমদে তুমিন তুমিন চপ লেপ্পুনা মখা করি হায়রকপা ঙাইরি। কিথুম চাওবনা মখা তারকখি — "নখোয়গী হায়নীংঙাই ৱা করি লৈরি, লৈত্রবদি হৌজিক থবক পায়বা হৌরসি, নশা নশানা পায়গদবা খুৎলায় লৌরুরো।"

মখোয় পাখঙ মঙা অদু কনামনা য়োৎ, অমনা গয়ন্তি, অমনা টোক অমনা থাঙজৌ অদুগা অতোপ্পা অমনা বেলচা পায়দুনা পরেং শানা লেপ্পরে। খুরা কিথুম চাওবনা হায়রকখি — "তারো অঙাংশা! হৌজিক লংহিংনা কোয়শিল্লিবা ফুট অহুমলোম পাকপা ফুট তরারোম শাংবা মফম অসি ফুট অহুম মখায়রোম লুনা তৌথগদবনি, চেকশিন্না পূক্নীং চঙনা তৌগদবনি। থবক হৌখ্রবদি তোকপা য়ারোই পোখাবা য়ারোই -নশা-নউ ঙমদবা নুংঙাইতবা লৈরবদি হায়হৌরো।"

কনা অমত্তা করিমত্তা হায়রত্তবা ৱাকৎ অমত্তা ফংদ্রবদা খুরা কিথুম্না মখোয়পূম্বা মথং মথং মশা পায়দুনা চপচাবা মরী শিংলি মেত্তুনা মাদুনা লোয়না য়েংলম্মী করিগুম্বা অকায়বা ফিভম অমত্তা উরমদে থেংনরমদে। অদুনা মখোয়পূম্বা থবক্তু পায়বা য়ারনি হায়না লেপ্পদুনা শ্বরনা য়েংথংবা নাতোন্দা লৈবা মতমদা লাইগী মিং শোন্দুনা "থবক হৌরসি" হায়না হায়রম্মী হেক হায়বগা য়োংলৈ কাঙবা হৌখি।

# শেল তানবা

অশুম্না পুং অহুল্লোম লেপ্তুনা তৌরবা তুং মফম অদু ঙ্কুট অহুল্লোম লুনা তৌথরে- মখোয় মঙা অদু ৱাবনা তপ তারে। খুরা কিথুম্না হায়রকখি — "অঙাংশা ! খিত্তা ঙায়রে লেপকনু ৱারসু ৱানা মখা চথসি।" থাসি নুমিৎ ওইবনা নুংদাং পুং মাপল্লোম তারক্লবা অদুদদি শুক্লা মমশিল্লক্লে। মখোয় থবক্তি লেপ্তে অদুবু মঙম ইশান শান্দে। ঙসাই মখে থৱানমিচাক ময়াম লংনা থোক্লম্বনা থাশি ওইদুনা মল্লবসু মমি শামি খর খরদি উরম্মী। হৌজিক নুংদাংগী পুং মাপল হেল্লক্লবা মতমসিদা খঙহৌদনা অতিয়া অদু লৈচিল অথাবনা কুপশিল্লকখি। মরম অদুনা খঙমম মমশিল্লকখি- করিমত্তা উদ্রবনা লৈবাক তৌবদু মঙম ইশানমক শান্দ্রে।

চীংলৈবাক্কী হৱা পানি মতম পুম্বা লেঙদনা খক লৈতে থুনা থুনা হেক্তা ওল্লি, থুনা থুনা মঙং হোংই। হৌজিক্তা অতিয়া তরু তরু থৱাম্মীচাকশিংনা ঈরংলংনা থোক্লম্বদু লৈচিলনা খুমজিনখ্রে, লৈচিলশিংদু অশুম অশুম কুংশিল্লক্লি, লিরি লিরি শিংলম্বা নুংশিংসু কন্না কন্না হুল্লক্লি, উৱা পুম্বা ফেৎ ফেৎ হাইনা উং উং লাওনা শিংলক্লে। মহুম হুমদোকপীখ্রবা, উ ৱাদা য়াইরেক্লম্বা উচেক ৱায়া কয়া লাক্লা লাক্লা খোংলক্লম্মী, মরক মরক্তা মমিৎ ফাক্লা নোংথাং কুপ্লকপগা লোয়নননা নোংসু খোংলকখি গুরুং গুরুং। অদুগা কুংশিল্লক্লিবা লৈচিলনা নোং ওইরক্লুনা তোপ-তোপ লন্না লন্না তাবা হৌরক্লম্মী, নুংশিংসু নোংদু তাহল্লোইদবগী লৈচিলদু হুমদোকখিনবা অঙকপা ফংনা কন্না লৈনা লৈনা শিংলকখি অদুবু কুংশিল্লকলিবা নোংলিকশিংদুনা নুংশিংপু ঙমদুনা ঝম ঝম ৱা ৱা হৈথরক্লে নুংশিং লেপখ্র, নোং ওরো ওরো হৈথরক্লে।

নোং কন্না তারক্লবদা থবক শুবা যাদ্রদুনা তঙাইফদনা থবক শুবা লেপ্তুনা মখোয়পুম্বা তাইরেন পাম্বী মখোঙদা নোং থুপ্তুনা লৈরম্মী - ঈংবনা মশা থক থক নীক্লম্মী। নোং জোরো জোরো হৈথরকপনা তাইরেন পাম্বী মখোঙদা লেপলিবা মখোয় পুম্বা পুমচোৎ চোৎলে- মচুম ওরোরো তারে- মরক মরক্তা নোংথাং কুপ্লকখি-নোং খাক্লকখি লোকচপ থক থক নীক্লম্মী। হাংখিগদ্রা হাংদ তৌদুনা পুং মঙা তরুক চুপ্না নোং হৈথরল্লগা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী মঙ্গলার্তি তৌরকপা মতমদা নোং লেপখ্রে অতিয়া পুম্বা তশেং তশেংলে থৱাম্মীচাক পুম্বা তরং তরং থোক্লে। থবক লেপ্লদগী নুংশা থিবা হৌরবা নোংঙানবনা হানখ্রবদি করিমত্তা কান্নররোই নামৎশিত্তুনা তোকপা তারে হায়না খল্লুরবা খুরা কিথুম নুংশা মপী শাংনা হোন্দোক্লম্মী - তাঞ্জা অমত্তং য়েংনবা মতম লৈরি খঙদুনা নৌহৌননা হায়রকখি — "ইচাশা ইনাওশা-নোং লেপখ্রবনিনা ৱারবসু ৱানা থবক মখা চথরসি।" মামা খোমদোন্না পাংশিল্লকখি — "ইচাশা ফুটখাইমুক্তা ঙায়রে তৌথগদবা নোংঙান্দ্রিঙৈদা থবক অসি লোইশিনলসি।"

কোমদু ঈশিংনা পীক থল্লম্মী। চাউভলনা বেলচা পায়দুনা ঈশিং অদু শিত্তোক্লম্মী, খোম্মৈ তোম্বা খোইমুসু কুমদুনা মখুৎনা শিত্তোক্লম্মী-পুংমুক্কী মতুংদা কোমদা ঈশিং অমত্তা লৈত্রে। য়োৎ গয়স্তি তোক থাউজৌনা তৌ, বেলচানা কোৎ মখুৎনা লৈখোম পেক্তুনা ফুটখায় অমগী চাংদা কোম অদু অমুক মথং মথং তৌথরম্মী।

নোং ঙাল্লক্কদৌরে হায়না কন্না হোংনরকপা তাঞ্জা নোংপোক মায়কৈদা চীঙ্খৈ হুল্লকপগী ফিদুপ অহুমগী অহানবা ফিদুপকী মমি উরকপা মতম অদুমক্তদা কদাইদগীনো খঙদে খোঈম্মেগী মবুক্তু গ্রুং গ্রাং তৌরক নুংশিং খাইনীংবগী ঈরাং কনখৎলকখি। মখা চিক্তুনা মমায় ঙাংশং ঙাঙবমখৈ খাঙলম্মী-মথন্তা খল্লম্মী — "করিনো তৌরিসিবু ? অঈং অশু নংলুবনরা করিনো ?" হুমাং অনপ্পা কারম্মী।

অমরোমদা নোং ঙাল্লক্কদৌরে নুমিৎ থোরকপা হেক উবদা তৌরিবা পূম্বসি অরেম্বা ওইনি হায়না পাখৎলদুনা মামা খোমদোন খুরা কিথুম অনীনা ম্রাঘৈ চাকশিল্লক্লি — "ইচাশা ইনাওশা লাইরেক্কনু।" খোঈম্মেনা মমায় ঙাঙনা-খাঙদুনা লৈবা থবকশুবা লকক তৌবা লেপ্পদু উবদা মামা খোমদোন খুরা কিথুম অনীমক্কা চপমান্ননা হায়বকখি — "কৈদৌরে খোঈম্মে থবক লেপথোক্লবদি।" মদু তাবদা খোঈম্মেনা মাগী য়োংপাক অদু ম্রাংনা হাইগৎলগা কন্না হাইথদুনা লৈবাক তৌবদা গোক লাউবা মখোল থোকপা অকনবা পোৎ অমদা থেংবগা লোয়ননা চপ মান্ননা নুংশিং হেক খাইদোকখি, মহাক নে তাই, মদুগা লোয়ন-লোয়ননা নুংদাংদা চুম্মা খোংবা খোঞ্জেলগুম্মা "গ্রো গ্রো" লাউবা হৌরবা মখোল অমা তাখি পূম্নমক মতু খ্যাও খ্যাও চুংনৈ, অমগা অমগা হুংনৈ "করিনো করিনো ? কোম মনুং অদু নুংশিং খাইদোকখিবগী মনম্মা শীক থল্লকখি-পূম্নমক মনাতোন মেম্নৈ।

"মখোল অদু হেক তাবদা খুরা কিথুম্মা লাউরকখি — "কান্নদ্রে তোক্লো থবক লেপ্লো।"

ময়াম পূম্নমক থবক চপ লেপ ইঙক ঙক্লা অমগা অমগা য়েংনরম্মী খুরা কিথুম। মানা হায়রকখি — "নখোয়গী মরক্তা নুংশিং খাইবা য়াওরমাল্লে-শেনমি চেনখ্রে ফংলরোই।"

খোঈম্মেনা খুম্নকখি — "মফমসিদা গোক লাওবা অকনবা পোৎশক অমা থেংনখি, মদু অমুক্তা তৌথোক্তুনা য়েংখিসি।"

খুরা কিথুম্মা হায়রকখি — "কান্নররোই য়েংলুদুনা ম্রাননবনি।"

মামা খোমদোন্না হায়রকখি — "তা কিথুম করিনো অমুক্তদি য়েংসি।"

"ফরে ফরে য়েংঙো।"

খোঈম্মেনা হায়রিবা মফমদুদা য়োং থাংজৌ তোক শিজিন্নদুনা মখোয় অনী অহুম্মা তৌথোক্লবদা য়োংকী ত্রঙ্ক উপু অমা থেংনরম্মী - মখোয় ময়াম চঙদুনা মদু ফুক্তুনা লৌখৎলম্মী। মদু উবদা অহিংচুপ্পা লৈবাক তৌবা নোং নংবা ঈংবনা নীকখিবা পুম্বা লোইনা কাউথোক্লখি। ত্রঙ্ক অদু লূমসু য়াম্না লূম্মী মখোয় পূম্বা আশা য়াম্না তৌনৈ।

মতমদুদা মমা খোমদোন্না খনখি — "মসে কিথুম্মা মথন্তা লৌগে তৌরমলিবা জাৎলা ?"

মখোয় অতৈসু অদুম্মা চপ মান্নবা খল্লদুনা কিথুমলোমদা য়েংলকখি।

মীতেক মীবৌ মুন্না খঙলবা কিথুম্মা মিংয়েং অদুগী অর্থ মুন্না খঙলম্মী - হায়রকখি — "উপু অদু হাংদোক্লুনা করি করি য়াওরিবগে অমুক্তদি য়েংখিসি।"

মদু তাবদা খ্বাই পূম্বনা হায়নখি — "চুম্মী চুম্মী।"

অদুগা মী অনীনা থাংবদা লূপ্লবা য়োংকী উপু ত্রঙ্ক অদু অকোকপা মফমদা থল্লগা চাউরবা ব্রায়খু শো অদু ফক্কায়দুনা হাংদোক্লম্মী।

উপু অদু ইহাঙ হাঙলম্মী করিমত্তা য়াওরমদে মখোয় পূম্নমক চঙশিন্দুনা মুন্না য়েংলম্মী। মখোয়না উপু অদুগী ওইথংবা কাজিন্দা নোংমৈ মরুনা ফাওদোকখিবা মানবা মখুল অহোবা অমখক লৈরম্বা থেংনখি। মামা খোমদোন অমদি অতৈ পাখঙশিং অদুনা মদু মাদুনা য়েংলুবদা হৌজিক্তা নোংমৈ মরুনা পানখিবগুম ফোঙ ফোঙ শাই হায়না খন্নবম্মী। উপু অদুসু হাংদোক্লুরবা মতুংদদি ইয়াং য়াংখি।

মখোয় পূম্বা মমায় লুকথ লুকথ-মথব্রায় নুঙাইতনা তুমিন তুমিন লৈনখি।

ওইনাম শিখা কাহা মাঙ খুজায় কায়-মথব্রাই য়াম্মা নুংঙাইতনা মযুমদা হল্লকখি। মহাকপু অনীশুবা লাঞ্জাও হেক মমাঙদা বর্ম্মারোমদগী রিফ্যুজি ময়াম লকপা মতমদা মামা খোমদোন অমসুং খুরা কিথুমনা লুংচিংবা পলেল লোমদা অমুক শেল তানবা চংপগী খোঙচং অদু য়াওখিবরা ?

গৌহাটি, ২০০৫ ইং

## (৫)

## থাসু

খৃষ্টগী চহি ১৯৩৭ ইং দা ইবোতোম্বী মোইরাংখোম অপ্পর প্রাইমারী স্কুলদা ক্লাস ফোরদা তম্লে। ক্লাস ফোর অসি মতমদুদা তরেৎশুবা হায়না খঙনৈ মরমদি ক্লাস য়ানদা চহি মরি চঙনা অহানবা অনীশুবা অহুমশুবা অমসুং মরিশুবা ক্লাস হায়না তম্মরম্মী। ক্লাস টুবু মঙাশুবা হায়না কৌনরম্মী। চহি মঙা শুদ্রিবা অঙাং অমত্তা লাইরিক তমহল্লমদে। চহি মঙা হেক শুরকপদা বিদ্যারম্ভ তৌদুনা লাইরিক তম্বা হৌখিবা ইবোতোম্বী ক্লাস ফোর হায়বদি তরেৎশুবা য়ৌরকপদা চহি তরানিথোই শুরে। য়াই মরপ ওইনা লাইরিক ফরকপা ইবোতোম্বী মতমদুদা মণিপুর পুম্বগী ওইনা তৌবা নিগ্ন প্রাইমারী (ক্লাস টু) বৃত্তি পরিক্ষা (Lower Primary Scholarship Examination) দা ফাষ্ট দিভিজনগী ৩১ শুবা পোজিসন্দা পাস তৌরকখি। ফ্রি ষ্টুডেন্টসিপ ফংগদবা অমখক্তং য়াংখি— মরমদি মণিপুর ষ্টেট গর্বনমেন্টনা ফাষ্ট দিভিজন্দা পাস তৌবা অহানবা পোজিসন্দগী মথং মথং তরাশুবা পোজিসন ফাওবা বৃত্তি পী। থা খুদিংগী লুপা অনী অনী ফংই। অদুগা তরামাথোই শুবা পোজিসন্দগী কুন্থা শুবা পোজিসন ফাওবা ফ্রি ষ্টুদেন্টসিপ হায়বদি থা-থাগী হুনবা ফিস অদু ক্লাস থ্রী অমসুং ফোর হায়বদি তরুকশুবা অমসুং তরেৎশুবা ক্লাস তম্বা চহি অনী অসি ফিস হুন্দে। মতম অদুগী ক্লাস থ্রী অমসুং ফোরদা তম্বগী থাগী ফিস শিকি অমত্তনি. শিকি অমসি হুনবা ঙমদদুনা ছাত্র কয়া ক্লাস টু পাস তৌরগা মখা লাইরিক তম্বা তোক্লরম্মী।

ক্লাস ফোর হায়বদি তরেৎশুবা ক্লাসকী বৃত্তি পরিক্ষা থা অমত্তা ঙায়রে। ইবোতোম্বী পরিক্ষা অসি পাস তৌনবা কন্না হোৎনরি। য়াম্না মরু ওইবা পরিক্ষানি। ক্লাস টু নিম্ন প্রাইমারীদা মণিপুর পুম্বগী ওইবা অপূনবা বৃত্তি পরিক্ষা তৌবগুম্বা ক্লাস ফোরদসু মণিপুর পুম্বগী ওইবা অপূনবা উচ্চ প্রাইমারী বৃত্তি পরিক্ষা (Upper Primary Scholarship Examination) ষ্টেট সরকারনা তৌই। অপূনবা ষ্টেট পুম্বগী পরিক্ষা অসিদা পাস তৌবা মকোক থংবা য়াঙখৈখক্তং মণিপুরগী অমত্তা ঙায়রবা স্কুল অচৌবা হায়না খঙনরিবা গর্বনমেন্টকী স্কুল জোনসটোন হায় স্কুলদা ক্লাস

ফাইভতা মিং চন্দুনা লাইরিকমখা তমথবা ফংই। অদুনা ক্লাস ফোরগী বৃত্তি পরিক্ষা অসিবু য়াঙখৈ থনবী পরিক্ষা হায়না খঙ্নরম্মী। লাইরিক মখা তমথগে হাইস্কুল এদুকেসন ফংগে হায়রবদি পরিক্ষা অসি পাস তৌবা মকোক মথং য়াঙখৈগী মনুংদা য়াওহৌগদবনি। মরম অসিনা কন্না হোৎনদবা য়াদে ইবোতোম্বী। পরিক্ষা থা অনী অহুম বাংলিঙৈদগী হৌনা স্কুলগী ক্লাস লোইরবা তুংদা নুংদাং হেড্মাষ্টর নত্রগা ক্লাস মষ্টরগী য়ুমদা লাইরিক তম্বা চৎনরম্মী। মতমসিদা শেল লৌদুনা ট্যুসন তৌবগী চৎনবী লৈরমদে। স্কুল স্কুলগী হেড মাষ্টরনা মাগী মাগী স্কুলদা অফবা ছাত্র হেন্না পুথোকই, ছাত্র মশীং য়াম্না ফাষ্ট দিবিজন্দা পাস তৌই, পাসকী পার্সেন্টেজ অতৈদগী হেন্না ফজে, হায়ননবা থন্নায় য়াওনা হোৎনরম্মী। অদুনা নুংদাং ওঝাগী য়ুমদা লাইরিক তম্বদা শেল লৌনরমদে অহোয়নদুম লাইরিক পাননবা থাওমৈনচিংবা ওঝানা শীল্লাঙদুনা থম্মী – থৌওইনা ওঝানা ময়ুমদা কৌদুনা তম্বীরিবনি। তৌবিমল খঙ্বা ছাত্রনা করিগুম্বা ওঝাগী য়ুমগী থবক্তা ফিজিকেল্লী মতেঙ্ পাংবদি চৎনরম্মী।

ক্লাস টুগী বৃত্তি পরিক্ষা পাস তৌরবা মতুংদা ক্লাস থ্রী ফোর তম্নবা মণিপুর পূম্বগী ওইনা অপ্পর প্রাইমারী স্কুল অহুমখক্তং মোইরাংখোম, থাংমৈবন্দ অমসুং চীংঙা মাখোঙদা লৈরম্মী। মরম অদুনা স্কুল অহুমসিদা মিং চনবা ফংহৌদবা ক্লাস টু পরিক্ষা পাস তৌরবা কয়া অমসু তম্ফম লৈতদুনা লাইরিক তম্বা তোক্লরিবনি। অশুম্না ক্লাস ফোরগী য়াঙখৈ থনবীদা য়াওহৌদবা পাস তৌরবা কয়াসু তম্ফম লৈতদুনা তোক্লরম্মী। অদুবু খৃ: ১৯৩৭ কী অদুবাইদদি ক্লাস টু অমসুং ক্লাস ফোর বৃত্তি পরিক্ষা পাস তৌরবা গবর্নমেন্ট ইউ পি অহুম অমসুং স্কুল অচৌবা জোনস্টোন স্কুলদা মিং চনবা ফংহৌদ্রবা ছাত্রশিংগী তম্নবা মণিপুরগী এদুকেসনিষ্ট খরা পুনশিন্দুনা লিংখৎপা মহৈ তম্ফমশঙ ৩/৪ লৈরে। মখোয় অদুদি, প্রাইভেট স্কুল, ইয়োর হায়স্কুল, চুরাচান্দ হায়স্কুল, বেঙ্গলী হায়স্কুল, রামলাল পাল হায়স্কুলনি। অদুনা তম্ফমশঙগীদমক্তদি বানীংঙাই লৈত্রে। অদুমকপু জোনস্টোন স্কুল অচৌবদা তম্বা হায়বসি ইজ্জৎকী বানি। অদুনা ইবোতোম্বী নুংদাং নুংদাং ওঝা থম্বৌগী য়ুমদা চত্তুনা লাইরিক তম্লম্মী। ওঝা থম্বৌ অফবা ওঝা অমা ওইবতা নত্তনা অফবা হোকী প্লেয়রনি, মতম অদুগী মমিং লৈরবা টাউন ক্লবকী মেম্বরনি। নুংথিল চুপ্পা হোকী শান্নরুরগা নুংদাং হম্লরুগা অবাবা চোকথবা থিদনা ইবোতোম্বীখোয়বু লাইরিক তাকপি। ইংলিস গ্রামার মমুৎতানা তাকপীদুনা ইবোতোম্বী খোয়গী কাঙ্বু অসিনা স্কুল অদুগী ছাত্র অতৈদগী হেন্না ইংরাজি চুম্না ইবা ঙম্বা ওইখি। অশুম্না ওঝানা ফজনা তাকপীবনা ইবোতোম্বী ক্লাস ফোর বৃত্তি পরিক্ষাদা ফার্ষ্ট দিবিজন তরামঙাশুবা পোজিসন্দা য়াওরে য়াংখৈ থনবী মনুং চল্লে অদুবু বৃত্তিদি মী মরিখক্তদা পীবনা বৃত্তি ফংদ্রে। মরম অদুনা মচীন মনাও তম্বগী ফি তংথাই তাবা ময়াম্না তম্লিবা প্রাইভেট হায় স্কুলদা মপানা হায়দুনা ক্লাস ফাইভতা মিং চন্দুনা লাইরিক মখা তমথখি। অদুবু স্কুল অচৌবদা তমহৌদবগী নুংঙাইতবা পোন্দবা অমদি ফংখি।

ইবোতোম্বী মখোঙ য়াওবা নুপা মচানি। কদায়দা করি লৈবা কোয়চৎ চত্তুনা য়েংবা-অমুক্তা চৎত্রিবা লমদা চৎপা মাগী অপাম্বনী হৈনবীনি। অনৌবা লম চৎনবগী খুদোংচাবা অমত্তং ফংবদা মদু মানা খক নাম্থোকহন্দে, থৌনা ফৈ খ্বাইগী মমাঙ্ থাই, ইচঙ থৌই অদুবু মতম অদুগী মণিপুরগী নহারোল পুম্বগী মতৌগুম্না মহাকসু অন্ধবিশ্বাসপু থাজদবদি তৌবমদে। অঙাং মচা পীশক ওইরিঙৈদগী নাউথেম্ ব্রাবী ওইনা তত্তনা তারক্লবা ভুৎ-প্রেত, হেল্লোয় হীয়াঙ অথৌবা, হিংচাবী হিংচাবা তম্নবগী ব্রারী কয়ানা মশানা কনসস ওইদনা অন্ধবিশ্বাস অদুম ওইরকখি। ইবোতোম্বীসু অঙাং ওইরিঙৈদা তাখি লৈচ্রেং চাইবীগী ব্রা অবোক্কী মমান্নবশিংনা হায়নখিবা লৈচ্রেংদো ফিগাও শাদুনা য়ারগা য়োমশিন্দুনা পরপ পরপ পুরক্লগা ফুঙ্গাদা মৈ হৌগত্তুনা থাং থাঙ্গত্তুনা তৌরবদি লৈচ্রেং চাইবী লাইশিং অদুনা মপান্দগী পীয়ো, পীয়ো হায়দুনা লাওরকই।" নোংমসু মাগী মপাবুংগা মাইবা খুরা ইবুংঙো মধুমঙ্গলগা ব্রাবী শানবদা খুবা ইবুংঙো মধুমঙ্গলনা হায়খিবা—"তাদ, ঐনা নোংচুপকী লৈপূং খোংনাংবট মখোঙদা লৈবা লাইফমদুদা থৌ তৌরুবদা লাইদুনা মখুৎ তিংথোবক্তুনা কৎলিবা লফোইনচিংবা হৈরা ওমোক লৈশু লোইনা হেক্তা লৌখিবনিনে।"

ইবোতোম্বীনা ক্লাস ফোবদা তম্লিঙৈ মতমদা মোইবাংখোম লৈপুং অসি য়াম্না শোঙলম্মী। লৈপুংগী ময়ায়দা লম্বী ফাওবম্মী নোংচুপ থংবা লৈপুং তংখায়দুগী মথক্তা মোইরাংখোম ইউ পি স্কুল শঙ লৈ। স্কুলগী অব্রাংথংবা নাকল কোল্লা মানবী মোংশোং লক্তা চাওরবা খোংনাং বোট পাম্বী অমা হৌই মদুগী মশা লম্বী মথক্তা শন্দোবকপা অদুনা নোংপোকথংবা লৈপূং তংখাইগী মথক্তা হৌরিবা চাওরবা খোংনাংবোট পাম্বীগী লম্বীরোমদা শন্দোরকপা মশাগা শম্নৈ। নোংপোকথংবা লৈপূং তংখাইথক অদুসু মোংশোংনি-মদুগী অব্রাংদা লম্বীগী নাকন্দা চাওববা খোংনাং পাম্বী অমা হৌরি— মসিগী মনাক্তনি তোর্ব্বান তাবা লম্বী লৈরিবা ! অনিশুবা লঞ্জাও মমাঙ্দদি ইম্ফাল ভুবেল তোর্ব্বান্দা শিংজমৈ তাখিবা অসিনা লম্বী অচৌবা ষ্টেট হায় ব্রেনি। মতমদুদি ইন্দোবর্ম্মা রোড অসি ফজনা চৎনদ্রি। লম্বীগী নোংপোক্তা তোর্ব্বান লম্বীগী মখাদা শন্দ্রেম্বী চাইশ্রা লোংখোনফম সিলেমপাৎ লৈরম্মী সিলেমপাৎ ময়াদদি হৈবোংগী মহুত্তা হৈনীং পাম্বী হৌরম্মী। সিলেমপাৎকা থংননা মেজব পুম্রি লৈরম্মী। মোইরাংখোম লৈপুং স্কুলগী কাখৎফমদা অচৌবা খোংনাং পাম্বী অমসু হৌরম্মী-খোংনাং অসিগী মনুং হুৎনা চঙফম অমা লৈ কেকু লোৎপী শান্নবা য়াই —মদুদা অহিং অহিং তোলৈমা তাঙাওবী লেকই। নোংপোক থংবা লৈপূং তংখাই অদুদি খোংনাং মখাগী লৈপুং লৈবাক কোৎথোকখিদুনা হুজিনবা মনুংদা মী কুম্না নিফু নোং থুম্না য়ারে। খোংনাংবোট মখোং অনীদুদি অরুবা লাইফমনি হায়দুনা মী চঙনদে। ওব্বা বারুনীতনা কল্লা মানবী পাম্বী য়াল্লগা লমহেনবা ছাত্রশিংবু হেক হেক ফুয়।

চেক্লা ছিরি চল্লবা মেজর পুম্রি ইবোতোম্বী অমসুং মমান্নবশিংগী ইয়োইদুনা শান্নফমনি। পুম্রি অসিগী খা-নোংচুপ কাচিন অদু ঈশিং য়াম্না লুই, লাইফম্নি হায়দুনা

মফম অদুৱাইদা ঈরুপ্পা ঈরোইবা তৌনদে। অওইবমকসু ইবোতোম্বীগী ময়াম্বা ইবোয়াইমা মফমদুদা ঈরুপ্পুরগা ফাওগৎলকপদা মনাতোন য়েংথংবা নাকল অদু ঙাংশং ঙাঙ্না চাওখ্রোক চাওনা পোমখৎলকখি। মাইবা ইথৌ নোংখোল্লা মফমদুদা খয়োম লাকথোক্লগা অনাবদু ফখি। অশুম্না পাখি-কোমখি ওইরবা কবোকংনা থল্লবা সিলেমপাৎ মরিন অদুদসু চঙলুবদা লাইথুং থুংফম মফম অমা লৈ-মদুদা চঙলুবদগী ইচে ধনী অনাবা পকখি হায়নৈ —য়াম্না কিনৈ মফমদু। মেজর পুখ্রিদা থম্বাল অঙাঙ্বা য়াম্না শাংলি, পুখ্রিদগী থম্না খেঞোং হেক্লগা ইরোম্বা অমেৎপগা কোৎলগা চানৈ। করিগুম্বা কান্দা ইবোতোম্বীখোয় থম্বৌসু তাল্লগা চানৈ।

কৈথেল কুমখ্রবা সন্ধ্যা মতুংদদি মোইরাংখোম অসি পূমচিক চীকই। লম্বীদা মী ইচৎ চত্তে। থোইদোক্লা লৈপূংগী মপা খোংনাংবট অচৌবা অনীদুগী শন্দোরকপা মশাশিংনা শম্লবা, অচৌবা খোংনাং পাম্বী অনীদুগী মশা মরেংনা লুমশিনবা মপা অসি ইশুক্শুক্লদুনা য়াম্না কিনৈ। থোইদোক্লা চীংথংখোম্বা মহারাজ হাক্তক্তা মোইরাং মকোক ময়াম ফুমখিবা লৈপূংনি হায়নবদুনা অহিং নোংয়ায়দদি মী মকোক পরেং পরেং লৈপূংদগী ওস্থরকই হায়নৈ —মকওইনা নোংখি নোংমংবা নুমিত্তা। অদুনা নুমিৎ তাপ্রবা তুংদদি অঙাং নুবী কনামত্তা মথন্তা লৈপূং কারক লাম্থোক্নুনা চৎপা ঙম্নদে-মপা মমানসু চৎহন্দে।

অদুবু মখোঙ য়াওবা চৎকনবা ইবোতোম্বী থোইনা নাচুংবা তৌদনা অহিং কয়া কুম্মৈ য়েংবা চৎলুরগা মফমসি লাম্থোক্নুনা ময়ুমদা হেক হেক হল্লক্লম্মী। অদুবু মরায়বক ফবনা হৌজিক ফাওবদি অহিংদা মথন্তা খক লৈপূং অনী কারকসি লাম্থোক্লি —অহিং নোংয়াই য়ৌনসু থেঙত্রি। মতম অদুদা অঙাং নুপামচা নুপীমচাশিংনা য়াম্না পামজবা কুম্মৈদি য়াওশং, কাংচিংবা অমসুং ঝুলোন পেরে হৈবনি। য়াওশং থাবল চোংবা, কাংগী জয়দেব চোংবা খেট্রি চাবদি মমান্নবা ময়ামগা পুন্না য়ায়া লাঙদুনা চৎপনা মোইরাংখোম লৈপূং অশোঙ্বা থোইনা কিরুবা খল্লুবা তৌরমদে। অদুবু ঝুলোন কুম্মৈ য়েংবদি মী কয়া য়াম্না চৎনদে, মখোঙ্ য়াওবা ইবোতোম্বীগুম্বা অঙাং অনী-অহুমতনি মখোয়গী লৈকায়দা।

ইবোতোম্বীনা ক্লাস ফোর পরিক্ষা থাবা মতম অদুৱাইদগী খৃ: ১৯৪২ ইং মণিপুরদা অহানবা বোম তাবা জাপান লান মাঙ ফাওবদা মণিপুরগী খ্বাইদগী হেন্না মমিং চৎপা ঝুলোন তৌফমদি কোনুংগী শ্রীশ্রী গোবিন্দজীগী হেক মথংদা কৈশামপাৎকী কৈশাম মথংগী মাগুপ অমসুং ৱাংখৈদা ৱাংখৈ অমুগীদনি। কাংগী জয়দেব চোংবা খেট্রি চাবদি মাগুপ অয়াম্বদা তৌনৈ, ঝুলোনগী দোল হাইবা পেরে হৈবদি অখন্নবা মাগুপ মরি মঙাদগী হেন্দে ইম্ফাল মনুংদা জয়দেব চোংবা নত্তবা কাংগী মরু ওইবা কুম্মৈদি নুপা অমসুং নুপীগী খুবাক ঈশৈনি —মতমদুদা নুপামচা অমসুং নুপীমচাগী খুবাক ঈশৈসু য়াম্না শক্লরম্মী ঝুলোনগীনা নুপা পালা নুপী পালা, পূং ময়াম পালা ধুমেন নট সংকীর্ত্তননি। ঝুলোনগী মরুওইবা এট্রেক্সন অমনা মাগুপ ফজনা লৈতেং

খোত্তেংবা, রাস মণ্ডল ফজনা লৈতেংবা, রাধা কৃষ্ণগী দল দিকোরেসন, কুঞ্জবন ফজনা শেম্বা মৈ মখল মখল থানবা অমদি ঈশিং পেরে কাপ্পা অদুনি। অসিগুম্বা লৈতেং খোত্তেংবা মৈ মচু মচু মখল মখল থানবা মফম চানা মাগুপকী অকোয়বদা ফজ ফজরবা কৃষ্ণ লীলাগী অয়েকপা লাই কয়ানা লৈতেংবা, রাধা কৃষ্ণগী দোলগী ফজবা লাইশঙগী কুঞ্জবন লৈতংনা মিৎ থক্লা ফজবগীদমক কৈশাম মথংগী ঝুলোন মমিং চৎলম্মী।

ঝুলোন পূর্ণিমা নুমিৎনি, নুমিৎ মঙানি চুপ্পা চৎথরকপা ঝুলোন লীলা লোইবা নুমিৎনি। ইবোতোম্বী মাগী মরূপ অনী নুপামচা অমসুং অমুবীগা লোয়নননা নুংদাং পুং ৮ লোম তারকপদা কৈশাম মথংগী মাগুপ য়ৌরক্লে। মখোয়না কৈশামপাৎ জংসন হেক য়ৌরকপদা ইখঙ্ খঙহৌদনা নোং জম্ জম্ তারকখি। মখোয় অহুম্মক কৈশামপাৎ খোংদা নোং থুপ্লম্মী। মতম অদুদা খ্বায়রম্বনগী চেকখোং অমদি ষনজেনখোং নত্তনা অতৈ খোং পুম্বদি উনা শারগা ইনা মথক কুপ্লম্মী। কৈশামখোং শিংজমৈ অমসুং থুম্বুখোংগুম্বা কৈশামপাৎ খোংসু অচৌবা খোং-ষন গাড়ীনচিংবা লানবা য়াবা খোংজাওনি। নোং ফন-কন্না তারকখি। মখোয় অহুম কৈশামখোং পোৎফম ফম্বী অবোক্তগী মতেক অমগী লৈরকপা হৱাই-মঙ্গল অঙৌবদু শায়র-শায়রদুনা খোংগী ফৈরাদা ফমদুনা ৱারী শান্নরদুনা নোং থুপ্লম্মী— ৱারীদি কৈশাম মথংগী মাগুপ ঝুলোনগী ৱারীনি। মদু হান্না উরবা ইবোতোম্বীনা—মাগা লোয়নননা মানা হৌদুনা পুরক্লিবা অমুক্তা উভ্রিবা অনী অদুদা লীবনি।

"অমুবী ভায় মাগুপ অদু উরবদি নখোয় গুক্কনি, হোরেন য়েংউবা ঐনা হায়রিসি চুমদ্রাইনা ?"

"করি করি লাইবু থেৎপগেনে"— মখোয় অনীনা হংলকখি।"

"কৃষ্ণ লীলাগী লাই ঙাক্তনিদা —নৌকা বিলাস, বস্ত্র হরন, গোবর্দ্ধন থাংগৎপা, পুতনা হাৎপা, যমলার্জ্জুন থুদেকপা উদুখল, ধেনুকাসুর বকাসুর হাৎপা, কুবলয় শামু হাৎপা, ননি মাখন হুরানবা, রাধা কৃষ্ণ চৌবর শান্নবা, পিচকারী কাপ্লবা, রাস লীলা, এক গোপী এক শ্যাম, কংস হাৎপা, কংসগী কারগাড়দা শ্রী কৃষ্ণ পোকপা, বসুদেবনা অঙাং শ্রীকৃষ্ণবু গোকুলদা থৈননবা যমুনা লানবা, কালীদমন -য়ামশ্রে য়ামশ্রে, উখোঙ্দসু থেৎলি রামসিতা, হনুমান, মহাদেব, দুর্গা, কৃষ্ণনা গরুর তোংলগা মখোংদা লাইরেন্না উমবা শামুনা লৈ কৎপা লৌবনচিংবা য়ামখ্রপোৎনি।

"অতৈদি করি করি"

"মাগুপময়োম্দো রাস শান্নবগী অদুম্না রাসমণ্ডল শেম্মী উপাম্বী লৈ শাৎপা, লৈপাম্বী উরিনা য়েৎপা, অশাবা উচেক পাইহল্লি ইরং ইরং লংবা কিনারগুম্বসু রাসমণ্ডলদুগী অকোয়বদা ইকোয় কোয়না লৈ। মাগুপকী অকোয়বদা অঙৌবা যুখল খল্লি। রাসমণ্ডল ময়ায় অদু ঈশৈ শকফম লীলা শান্নফমনি, অদুগা থাওমৈদি মখল মখল ওম্ফোক্লা য়ামখ্রপোৎনি, অঙাঙ্বা অশংবা নাপু তগুপ তরেং, লাইশঙ্ মাগুপ

পুম্বা পূমঙান, দেৱালগীরি অরোংবা, পেট্রোমেক্স, হ্যাপ লেম্প, উটোলোক পূমগু শুরে, লাইমাঙদদি লালতেন মোম্বাতি, ঘি কেগাম থাউমে ফাওবা থাল্লি।"

"ইস! অদুগা পেরেদুদি শ্রীশ্রী রাধা কৃষ্ণ দোল হাইরিবা অদুগী মমাঙ কুঞ্জবন অদুগী ময়ায় চপ চানা ঈশিং ৱাংনা কাপথংলি —পেরেগী ঈশিংনা ৱাই ৱাই চাইথরকপা মতমদা থাউমৈগী মঙালনা য়ৈবদা মুক্তা মতুম মতুম তারকপগুম ফজে। পেরেগী ঈশিংদু মখল মচুগী লাইটনা য়ৈবদা, অমুক শংত্রিক শংই, অমুক্তা ঙাংশং ঙাংই, অমুক্তা সনা মচু ওই, করম হায়না তৌরিনো খঙদে ফজশ্রে ফজশ্রে।"

"অওইবরনে !"

"হোরেন উর খঙনি।"

"অতৈদি—

রাধা কৃষ্ণগী দোল অদুসু মতা-মা ওইনা ফজে। দোল অদু মণি অঙাংবা অশংবা অমুবা হিরা মুক্তানা সনাদা হাজং য়ৈদুনা শাবগুম ঈরং ঈরং লংনা ফজে। রাধা কৃষ্ণ তোংফম অদুসু শাংকায়রবা সনাগী থম্বালনি, দোল হাইরিবা কৱং থৌরী অদুসু ঈরং ঈরং লংই মণিমুক্তাগী থৌরীগুম তৌই।

দোল হাইফম কুঞ্জবন্দা শখি ময়াম পুং পায়বা, বীনা খোংবা, বাঁসি খোংবা, চামর পায়বা কয়া য়াওরি। কুঞ্জবন মনুংদুসু তগুপ তরেং থাওমৈ মচা কয়া থাল্লি পূম্নমক মিং থক্লিঙাইনি। পূম্নমকসিগী মথক্তা রাধা কৃষ্ণগী মুর্ত্তি দোল থক্তা তোংলিবা পুম্নমক্তগী হেন্না ফিজেৎ লৈতেংই —পূমহেন হেন্না ফজে হায়ফম খঙদে হায়নীংঙাই লৈতনা ফজে। ঐনা হায়রিসে হায়জিন্নবা নত্তে নখোয় হোরেন উর' খঙনি।

অস —"অদুগনে লাই মমাঙদা কংলিবা বালভুগ তল-খা শন্দেস জিলাবী রসগুলা লদু কবোক লাডু হৈরা পুখম পুখম লুকমায় লুকমায়, শেঙ্গেংগী কোম্পাক থন্না হাপলিবা ষঙ্গোম ক্ষীরনচিংবা অদুদি হেক উবদা লাম্বনা চরি তংলবা মতমদুদদি তিন্ কুৎ- কুৎ য়োংলিবনি।"

অশুম্না ৱারী শারিঙে নোং হাংশ্রে। নোং তাদ্রবা মতুং নোংলক্তগী হাইদোরকপা থৱান থাগী পুর্ণিমাগী থাবল লেপ্পমক পূক্লিং হুনীংঙাইনি। নোং চোংলবা উপাল ৱাপালগী উনা মতোন্দগী তপ তপ্ তারকপা নোংজুম থক্তা থাবল মঙালনা য়ৈবদা ঈরং ঈরং মুক্তা মতুম তাবগুম ফজবা— থাবলনা নম্বুল তুরেলগী লেঙ্ লেঙ্ চংনা চেল্লিবা ঈচেলথক্তা তাবদা থা কোটি কোটি ঈচেল থক্তা শান্নবা উবদা পূক্লীং নুংঙোল্লী।

থৱান পুর্ণিমা থাজগী ফজবা মায়থোং ঙাইহাক য়েংলুরগা ইবোতোম্বীনা হায়রকখি —"ফজদ্রা থৱান থাগী পুর্ণিমাসে। নোংসু হাংশ্রে ঐখোয় মাঙপ তান্না চৎলসি।

মখোয় অহুম মথঙ মনাও শরেং নাইনা চঙলকপা মতমদা মখোয়দগী হেন্না চাউরবা লৈশাবী পাখঙ শঙ্কু অমসু মখোয়গী মমাঙদা ৱা ৱা নোক খেদুনা মাঙপ তান্না চঙলম্মী। মখোয়গী মরক্তা পাখঙ হুরি অনী অহুম ৱারী শানবদু তাখি—

"মখোয়গী নুপা পালা নুপী পালাশিংসে তানীংদ্রে য়েংনীংদ্রে অমদা চঙ্লুই নুপীপালা মন্দিলা কেং, অমদা চঙলুই নুপা পালা কোর্তন, হৈনদ্রে খারে ওজনীংলে।"

"অদুবু ঙসিদি অসিদা পাশা খেলা তৌনি হায়বনি।"

"ফরেদা, কনাই পার্টিনো।"

"থিয়াম কম্পনীগীনি হায়।"

মখোয় অহুম কৈশাম মথংগী মণ্ডপ য়ৌরে। মতমদুদা মনোহরশাই পালা শরুম্মী। অমুবীগা নুপামচাগদি মণ্ডপকী লৈতেং খোত্তেংবা-মৈ থানবা ঝঞ্জ অদু উবদা "অস অস" হায়না ওক্লা য়েংদুনা লৈরি —ইবোতোম্বীনা দোল য়েংলুসি লাই খুরুম্মুসি হায়বককা তাদ্রি। পাশা খেলাগী পার্টিসু য়ৌরক্লম্বদা ঙায়রি। চঙলক্লিবা কাঙ্বু হান্না মাণ্ডপতা লৈরম্বা ভাবক পাখঙ্ লৈশাবী মরক্তা পাশাখেলা লাক্লে হায়না ঙাঙনরকই ইনীন নিল্লকই। য়াবা য়ায়া নিন্নরকপদুদা ঈশৈ শকপা য়াদ্রবা মনোহরশাইগী দুহার অদুনা মখোল য়াম্না হৌনা ঈশৈ অদু খংশক শক্লকপদা ভাবক ময়ামদু খংবোই -করিওই তুমিন তুমিন হেক লৈনখি— হায়নরকখি —"কনানো হৌখ্রেদা বেঙ্গুন মুক হেক হৌই হায়।" —অমনা খুন্নকখি —"কনা ওইনি নোংমাইথেম বেঙ্গুন্নীদনা।" মতমদুদা মণিপুরদা এম্পলিফায়ার মাইক শীজিন্নরমদ্রি, মরম অদুনা ঈশৈ শকপা শকপী পূম্বনা মী য়াম্না তিল্লবা সভাদা ঈশৈ শকপা তারবদি মখোল য়াম্না হৌনা লাউবা য়াবা তারম্মী।

ঙসাইমথৈ মাণ্ডপকী লৈতেংবদু য়েংলম্বা অনীদুনা হায়রকখি —"বা য়াম্না ফজেনহে -ইবোতোম্বীনা হায়বা চুম্মীদনা।" ইবোতোম্বীনা চিংদুনা মখোয় কোয়না চত্তুনা য়েংলম্মী লাইসু খুরুম্লম্মী। পাশা খেলা পার্টি লাকপগী ময়াম মরাং মরাং লাঙনরকপদু নোংমাইথেম বেঙ্গুন্না ঙাইহাক্তং নেমথহল্লুরবসু অমুক নিন্নরকপা লাঙ্বা হেল্লকপদু উবদা মখোয়গী ঈশৈদু তানীংদ্রে, তানীংবা য়াওদ্রে হায়বা খঙ্লদুনা মনোহর শাই পালা অদু অরোইবা ঈশৈ —" এতো কহি গৌরাচান্দ" শক্তুনা ঈশৈ লোইশিন্দুনা ঈশৈ পালাদুদা য়াওবা মী পূম্নমক অকোয়বা ভাবক খুরুম্নম্নগা খোকপ্লে। পাশা খেলাগী কাঙ্বু, পুং য়ৈবা যন্ত্র খোংবা ঈশৈ শকপা সুত্র ফম্বা, পালা লোইনা মাণ্ডপ ময়ায়দা চঙলক্তুনা ভাবক খুরুম্বা লোইহ্রে। মখোয় অহুমসু মমায় নোংচুপ ওন্দুনা ভাবক্কী ফিদা ফমফম ফক অমদা ফমথরম্মী।

মতম অদুদা পাশা খেলা লীলা য়াওবী নুপী মচাশিং মাগী মাগী দ্রেস ফজনা শেংলগা লীলা থোক্লনবা মাণ্ডপ ময়োলগী অৱাং নোংচুপ থংবা নাকন্দা ফম্নী, থংননা ফম্নীবা সুত্র ফম্বা কাঙবুনা যন্ত্রগা লোয়ননা প্রস্তাবনা শকপা হৌরক্লে। লীলা য়াওবী নুপী মচাশিং অদুগী মরক্তা রাধা শাবী অদুদি ইবোতোম্বীগা হেক মায়োক্লনা ফম্লম্মী। মানা য়েংথোরকপা —মাণ্ডপ অদুগী মফম পূম্বদা ফম্লিবা ভাবকশিং অদুবু য়েংবা অদুবু ইবোতোম্বীনা মঙোন্দতা য়েংলিবনি হায়না খল্লম্মী।

মানা হায়রকখি —"এ রাধা শাবী অসি ঐ মশক খঙউী।"

অমুবীনা খুন্নকখি—" হোয়নে মসিদি নহান কাং মনুংদা শিংজমৈ মুক্ত্যারগী মাগুপতা জয়দেব চোংবা য়াওবী নঙনা মমিদা নখোঙ্না নেৎপদুনিদনা।"

"অদুগা য়েংউ, আদগী মাগা থংননা ফম্লিবী কৃষ্ণগী পোশাক শেৎপী অসিনা নঙনা খেট্রী চদুম ওনশিনহন্নবদা শোয়দুনা মাগী চাক্লুত্তা তারুবী অদুনিদনা"— নুপামচানা ওকশিল্লকখি।

মখোয় অহুম ঝা লাউনা নোকই—মদুদা ময়াম পুম্বা নুপীমচাশিং অদুসু য়াওনা মখোয়দা য়েংলকপগুম তৌখি। রাধা শাবী অদুনা মমান্নবগা ঝারী শানবদা শুগৎপা অদুবু ইবোভোম্বীনা মঙোন্দা শুগৎলক্লিবনি হায়না কন্না খল্লম্মী। হৌজিক মহাক্কী এটেন্সন্ পুম্নমক রাধা শাবী অদুদা হৈজিনগ্রে-মিং-না চোইখিগ্রে।

সুত্র ফম্বীশিংগী প্রস্তাবনা লোইগ্রে। পাশা খেলাগী হৌবগী সুত্র শকগ্রে— কৃষ্ণ শাবী খোক্লুনা কৃষ্ণ অভিসার জগোই শাবম্মী-পুংনে যন্ত্রনে তান চানা চোং, লৈনা লৈনা শাবা জগোইনা ভাবক পুম্বা ময়া কাহন্-কৃষ্ণ কুঞ্জবন য়ৌগ্রে— ভক্তি তৌনা মাখোং কাবন চন লেপ্তুনা বাঁসি খোংলকলে। সঙ্কেত তৌবক্লে।

শ্রীমতী বাধিকা হৌগৎলক্লে থব্বায় ঝানা নীংঙমদবা ঈশৈ শক্লকখি —

"করে তে তাব মোহন বাঁসি

বাজিসে রাধা রাধা বলে।"

মচীন্না হায়রকখি- মতেক মতেক —

হায়বীয়ু ইতা ললিতা বিশাখা

কবম্না চৎকনি কুঞ্জদা

খোঙ্দা শঙ্দুনা লৈরে জতিলা কুতিলা।"

কুতিলানা মমা জতিলাদা হায়বকখি—

"খোংলক্লে নন্দে মচাই বাঁসি অসে

চখোকহন্নখিগনুকো নমৌ অসে

মীনা কনা কানি ঙাঙনৈ ব্রজদা

ইনম্মগা নন্দে মচা নুপাগা ......

চৎহন্নখিনুকো - ঙসিদি ।

তাঞ্জাসিদা মুখরা খোরকখি —হায়রৈ জতিলাদা —

"কদায় রাধাদি ! হৌজিকফাওবা সূর্য্য পুজা চৎত্রিববা লোইশিল্লো লোইশিল্লো। ঙসিদি ইশুনুপীগা চৎমিয়গে লাক্লিবনি।"

রাধা অভিসার তৌগ্রে কুঞ্জবন য়ৌগ্রে ; শ্রীকৃষ্ণগা উনগ্রে। পাশা খেলাগীদমক শেম শাখরে শখি মযাম্না ইকোয় কোয় ঈরাং লাঙ চৌবর শান্নবা হৌখরে। কৃষ্ণ পোরে রাধাগী দণ্ডি যুগোল মিলন শখিশিংগী প্রার্থনা।

ইবোতোম্বী রাধা শাবীদুদা শংত্রিক য়েং-মমিং-মনা চোইখিদ্রে। মমান্নবা অনীদুনা "পুং তরা হেন্দ্রে, য়ুমদা থিনরম্লনি হল্লসি" হায়না য়াম্না কন্না তক্করি। মহাক থৌওইনা তাদে-অনী অদুদি পাখংলে। মহাক্তি উংদুনা লৈরি। অনী অদুদি শাওরক্লদুনা —"নঙ লৈজহৌরো ঐখোয় চংলে" হায়রম্লগা মপান থোকপ্লে চংগ্লে। মাদি উংদুনা লৈবনা মখোয় চংগ্রে হায়বা ফাওবা খঙ্দে। অসিনি হায়ফম খঙ্দবা অনীংবগী ঈথিল অমনা রাধা শাবী অদুবু মিংফম হোংহনদনা য়েংদুনা লৈখিবনা মহাক মথন্তা ঙায়হৌরে হায়বদু ফাওবা খঙদবা মখৈ ইবোতোম্বী ফমলি-পাশা খেলা লীলা য়েংলি, লীলাগী মতাং করিনো কদাই য়ৌরে হায়বদুদি খঙ্দে খল্লুদে। পুং তরামাথোই মখায়রোম তারকপদা লীলা লোইরদুনা লীলা পার্টিগী মীশিং রাধা শাবী য়াওনা মতুংইনবা কয়াগা লোয়নননা জুজা জুজা তৌদুনা মাঙপতগী মপান থোকপ্লে।

পার্টি অসিনা থোকখিবগা মাঙপ তাকতক্ তৌহৌরে-ইহাঙ হাঙ্লে।জ্ঞান ইঙাও ঙাওনা ইবোতোম্বীসু মখোয়গী মতুং ইন্দুনা থোরক্লে। কৈশামপাৎ জংসন ছোরোক মরী ফাংবা য়ৌরকপদা মাগী মাগী কাঙ্বু কাঙ্বু মায়গৈ ফাংনা ফাংনা চংনগ্লে —রাধাশাবী করম্বা কাঙবুদা য়াওখিবগে কদোমদা চংখিবগে খঙ্হৌদ্রে, ইবোতোম্বী মথন্তা নাইতোম তাহৌরে। ইবোতোম্বীময়ুমদা হনবা তারে। থেঙ্লে খন্দুনা কৈশামথোংলোমদা চংলিবনি হায়দুনা থোঙ্থাং কন্না পরপ্ পরপ্ চংলম্মী।

কৈশামপাৎ থোংদগী মিনিট মঙারোম্দং চংলগা লৈবা কৈশামথোং মিনিট তরামঙারোম চংলবা ফাওবা উবা ফংদ্রে, মী-কুংনা হল্লং-হন্দা চংনরিবা মফমদু য়ৌবগী মহুত্তা মী ইতাক তাক্লবা মৈ নুংসু অমত্তা থান্দবা জাগা অমা য়ৌরক্লে-নম্বুল তুরেন উখিদ্রে-খোঙকাপ চামরোমদাং চংলকপদা উরে ইহাঙ হাঙবা লৌবুক লমহাঙ্ মী তাদ্রবা চংনদ্রবা মফম। ইবোতোম্বী মথন্তনি কোকচাওবী ফুং, মমায় লৈদুনা নুংশা থীবগা লোয়নননা থোঙ্লৈ থুনা অমুক হন্না কৈশামপাৎ লোমদা পরপ পরপ হল্লক্লে। অদুবু ইপা পাখংলবা ইবোতোম্বী কৈশামপাৎ জংসন য়ৌরবসু কৈশামপাৎ থোং নাক্তা লেপ্তুনা লৈরবসু কদোম থংবা মায়গৈদা ময়ুম তান্না চংকদগে হায়বা খঙ্দরে, ইবোতোম্বী লম্থুক্লরে। হৌজিক নোংম্বাই হেনগ্লে য়ুমলোমদা ঋ থোক্লরম্লগনি অদুবু য়ুমদা হল্লবা লম্বীদি খঙদ্রে। কৈশামপাৎ থোং মনাক লম্বী মরি ফাংবদা হাইফেৎ কুইনা লেপ্লবা তুংদা জ্ঞান তাদ্রদুনা অমুক হন্না খুলোন তৌফম মথংগী মাঙপ তান্না চঙ্লম্মী।

মাঙপ অদু ইহাঙ হাঙলগ্লে-ভাবক অমা অনীখক্তং লৈরম্মী - লৈকাইগী থোপ পালা (ধ্রুপদ পালা) ঈশৈ তারম্মী। নোংম্বাই মতুং পুং অমরোম তায়ক্লদুনা খুলোনগী কুম্মৈ লোইশিন্দুনা লাইগী শয়ন আরত্তি কৎননবা শেম শাধা হৌরক্লম্মী।

নীংবা কায়রবা নুংশা থীবনা চম্মরবা লম্মুক্লরবা ইবোতোম্বী তৌফম খঙদনা লেপ্পী মাঙপকী চীদাই অমদা। লাইগী নোংদম, লৈকায় মমান্নবগী ময়াম্বা মাগী ময়াম্বগা তিন্নবা তা-বুদ্ধি মাঙপকী নোংচুপ চিদাইদগী হেক থোরকপা উখি। অদুবু অশুক থেঙ্বা ফাও লৈরিবা করিগীনো হায়না চৈরক্কনি কিদুনা মনাক্তা চঙশিনবসু ঙস্লমদে ! থাগুক্লা মা উহন্দনা মতুং ইন্নরম্মী। থীন্দনা কৈশামথোং লাম্ফোক্লে, ময়ুম য়ৌনবা লম্বী তশেং -তশেংনা খঙ্লে নুংশাম্বর নে তানা শাংনা হোন্দোক্লে চনীং তারে। খঙহৌদনা তা বুদ্ধি লৈরক অমদা হাইজিনগ্রমাল্লে মশক উখিদ্রে। অদুবু ইবোতোম্বী মানা মুন্না খঙলবা লমদাং য়ৌরক্লবনা নীংঙাইবা লৈতনা তপ্না তপ্না ময়েক য়াওদবা ঈশৈ ঙসাই রাধা শাবীনা শকখিবা— “করেতে তার মোহান বাঁসি” ঙংল-ঙংলদুনা চৎলি।

কৈশামথোংদগী মমায় নোংপোক ওন্দুনা চুমদ্রীং চুম্না লাকপনা ইন্দো -বর্ম্মা রোড হৌজিক্কী এ ও সি পেট্রোল পম্প লৈরিবা অসিগী মায়োক্লবদা লৈরিবা বির টিকেন্দ্রজিৎ পার্ক মপা য়ৌরে। লান মমাঙ হায়রিবা মতম অসিদদি পেট্রোল পম্প লৈরিবা মফম অসি কবোকংনা কৃপশিনবা পাৎনি, বির টিকেন্দ্রজিৎ পার্কসু, কবোকংনা কৃপশিনবা হিজম য়াইচম পাৎনি। পাৎ অসিগী ঈশিং ইন্দোবর্ম্মা ছোরোক অসি লান্না উকু অমনা চিথোকই —তিন্না শাবা উকু অদু খর কায়রদুনা ঈশিং অদু ছোরোক্কী মথক্তা শকক খরদি ঈশিং পাথোক্লুনা চেল্লি। মফমসিদা হিজম য়াইচম পাৎকা ময়োক্লনা ছোরোক মতাইদা য়ুংলিবা য়োংকী ইলেক্ট্রিক খুটিদা ইলেক্ট্রিক্ত বলব অমদি ইঙান ঙান্না থাল্লি। মসিদগী চুমদ্রিং চুম্না চৎলিবা লম্বী অসিদা মোইরাংখোম কৈথেল য়ৌবা ফাওবদি থাওমৈ থান্দ্রে। লৈপুং কারক লাম্ফোক্লগা মেজর পুম্রি মপান্দা ছোরোক্কী মতাইদা লৈবা অরোইবা য়োংকী খুটি অদুদা অরোইবা থাওমৈ ইলেক্ট্রিক বলব অমা থাল্লি। বলব অসিগী মৈঙান অসি মোইরাংখোম লৈপুংগী অশুকপা ফাওদোক্লুনা হিজম য়াইচম পাৎ মপান্দগী উবা ফংই। অদুবু মোইরাংখোম ইউ পি স্কুল লৈরিবা লৈপুং তংখায় অনিদু শম্নহল্লিবা বট পাম্বী অনিদুগী মশানা কৃপশিনবা জাগা অদুদি শুকই মমই য়াম্না চীকই। অশুকপা অমস্তসি ফাওদোক্লুনা হিজম য়াইচম পাত্তগী উরিবা অরোইবা ইলেক্ট্রিক থাওমৈ অসি ইবোতোম্বীগী ময়ুম মনাক্তনি- লেঙমার্কনি।

নোংয়াই মতুং পুং অমরোম তারে— ইবোতোম্বী মথস্তনি কৈশামথোংলোমদগী লাক্লুনা হিজম য়াইচম পাৎ য়ৌরক্লিবসি। মহাক্লা ইলেক্ট্রিক খুটি অদুগী মখোঙদা মমায় মখা ওন্দুনা য়েংলকপদা মোইরাংখোম লৈপুং অনীগী কারক্তা লম্বেল অদু হৌগৎলকপদৌনা ঙৌরোক ঙৌনা জিরি জিরি ম্বাংখৎলক্লগা চপ লেপ্লুনা লৈখিবদু উখি। ইবোতোম্বী স্বাই লাউই, মকোক্কী মশম চপ চপ য়ুংখৎলি চপ লেপ্লুনা তুমিন্না লৈ হরিনাম শোল্লি— খল্লি “করি ওইরিদগে তম্নবা লমখন হায়বদু ওইরিদ্রা ?” খঙনীং নীংশি ংলকখি নহান তাদ ইবোবীনা লৈপুং ফস্বদা হায়খিবদো —“অঙাংশা নহান ঐ লমখন থেংনরক্লরেদো-ঐনা য়াইস্কুলদা ত্রিনাথ খুরুম্বা য়াওরক্লরগা হল্লকপদা চিংঙাখম লৈরক্তগী হেক হাইদোরকপদা লৈপুং অনীকারক মপাদা লম্বী খংম্বাং ম্বাংখৎলক্লুনা

ঐগী লশ্বী থংপনিনে-ব্রাংগ্রে মতোল উবা ফংদে— ঐহাক কিবনা চংপা ঙমদদুনা লশ্বী ময়ায়দা অদুম ফমথরে অদুগা ঐখোয়গী ইথৌনা তাকশীরম্বা -লমখন থেংনরবদি ফমথরগা মিৎ উইশিন্দুনা হরি নাম শোল্লু —মিনিট মঙা তরা লৈরগা লমখন্দু মথন্দা মাঙ্খিবনি। ঐনা মিৎ উইশিল্লগা হরিনাম শোন্দুনা পুংখায়মুক লৈরগা মিৎ পাঙথোক্লুনা য়েংখৎলকপা মতমদদি লমখন্দু লৈরমদ্রে,অদুদে ঐহাক যুম তান্না চেন্না চেন্না লাকপনিনে— অদুনা ইনাওশা লমখনবু থেংনরবদি ফমথদুনা মিৎ উইশিন্দুনা হরিনাম শোল্লু। ইবোতোম্বী মিহুল তীং তীং চোং ফমথদুনা মমিৎ উইশিন্দুনা হরিনাম শোল্লম্মী মখোল নীক্লা নীক্লা।

অশুম্না ইবোতোম্বী মমিৎ উইশিন্দুনা মিনিট কুম্মুক ফমদুনা মরুলুক্লা হরিনাম শোল্লুরগা মমিৎ পাঙ্থোক্লুনা য়েংলকপদা লমখন অদু লৈরমদ্রে —মেজর পুষ্প্রি মপাদা লশ্বী ময়াদা থানবা ইলেক্ট্রিক বলব অঙানবা অদু তরু তরু উরে। ইবোতোম্বীনা খনখি— চুম্মীদনা তাইবোবিনা হায়বদু লমখনসি লৈবাজাৎনিদনা। মসিমসু নীশিংলকখি তাইবোবীনা হায়বা লমখনগী ব্রাদু মবোক্তা তমদুনা —"অবোক লমখনশিবু লৈবরা" হংলুবদা মবোক্তা খুম্লকখি—" চুম্মী লৈবনি অমম অথেঙ্দা নথন্তা খক চংকনু।" মপুবোক্রসু হায়খি —অচুম্বনি, অমম অথেঙ্দা নথন্তা চংকনু— অদুগা লমখন থেংনরবদি ফমথদুনা নমিৎ উইশিল্লগা হরি নাম ১০৮ লক শোল্লু লমখন্দু মথন্তা মাঙজখিনি — হরিনামবু শোল্লবদি লমখন্না ননাক্তা চঙ্শিল্লকপা ঙমদবনি।" অদুবু ইবোতোম্বীনা মপাদা তাইবোবীনা হায়বা ব্রা চুম্বরা -লমখনসিবু লৈবরা হংলুবদদি মপানা হায়রকখি— "কদাইদগী লমখন হায়বা তম্নবা লাই লৈবা হৌনদে-ছোরোক্রবু মথন্তা ব্রাংনা লেপখৎলক্লুনা মীগী লশ্বী থংপা হৌনদে-ইবোবীনা উরুবদুদি ত্রিনাথদা গঞ্জা তপ তা মখে থকচিল্লুবা অদুদা মকোক ঙাওদুনা মমিত্তা শেরান তুরান পঙউ উবা ওইরিনি।" ইবোতোম্বীনা খনখি— বাজিগী ব্রা চুমদে-তাইবোবীগী ব্রানা অচুম্বনি-অবোক্রসু ইপুবোক্রসু চুম্মী হায়রিবনি। ঐ চংহৌরগে —অদুবু কিদি কিথ্রেদা হায়না কিনা কিনা খোঙকাপ চামমুক লাক্লগা স্নাখ্বা য়াইমগী থোঙ্গান হেক য়ৌরকপদা লৈপুং অনীগী কারক্তগী লশ্বী অদু ভৌরোক ভৌনা হেক ব্রাংখৎলকখি ছোরোক মতোন অদু বট পাম্বীগী অশংবা মনাগী মরক্তা লোংখি।

ইবোতোম্বী ম্বাই লাউই - পাখত্তুনা লশ্বী ময়ায়দা চপ লেপখি —মশম চপ চপ যুংখি মনাকোং য়ং য়ং লাওরকখি - চানমক্লা কিরদুনা খোনফম কায়না "হো ইমা।"হায়না লাউরল্লগা ফমথখি-মচান্দা হরিনাম শোল্লি ইপা পাখৎনা, মমিৎ উইশিল্লি। মানা হো ইমা হায়না লাউরল্লগা ফমথখিবা মতম অদুমক্তদা খোঙকাপ চামমুক থাপ্পা মফমদগী পাখঙ অমনা উরদুনা পরপ পরপ মাগী মনাক তান্না চঙ্শিল্লকখি। ইবোতোম্বীগী মনাক য়ৌরক্লবদা মহাকসু ভৌরোক ভৌবা পন অমা লৈপুং কারক্তী লশ্বী খক্তা লৈবদু উখি। ঙাইহাক লেপ্লুনা য়েংলগা অঙাং নুপামচা কিবনা থক থক নীক্ল া ফমলিবদু ইবোতোম্বীনি হায়বা খঙলদুনা মনাক্তা চঙ্শিল্লগা হায়রকখি —"কন্নি তৌরে

ইবোতোম্বী!" মদু তাবদা লমখন লাইনা উপশিল্লক্কুনা ব্রা ঙাঙলক্লিবনি হায়না কিমনশ্রদুনা মমিং কন্না উইশিন নীক্লা নীক্লা হরি নাম শোনবা হেনগৎলকখি। পাখঙ অদুনা হায়রকখি "ক্লিগনু ঐনিনে, নঙ্গী তাইবুংঙো বিরমঙ্গলনিনে - কৈদৌরে নমিং পাঙথোকউসে।"

তাইবুংঙো বিরমঙ্গল য়ুম্নাম লৈকায়দগীনি, ইবোতোম্বীগী ময়াম্বা খাইগী অহলগী মমাল্লবনি চহি ২৩/২৪ শুরবা পাখঙনি সেগা লম্বীদা কোয়রুবদগী হল্লকপনি। "ঐনে নঙগী তাইবুংঙো বিরমঙ্গলনে" হায়বদু তারবদা ইবোতোম্বী মমিং পাঙ্থোরক্লে, উরবদা বিরমঙ্গলনি হায়বা খঙলে-কপ্লীং কপ্লীং তৌনা তাইবুংঙো হায়না কৌরগা মখুদোম্বী অদু খোংনাংবট অনীগী কাবক্তা থিল্লম্মী।

"ইয়া! নুপামচানবু পাঙ্দেদা। অসে কৈশু নত্তে, হৌগৎলুসে ঐগা চৎমিন্নসি ঐ তৌগে য়েংউ।" ব্রা অদু তাবদা অকিবা খর কোক্লে। ময়াম্বা বিরমঙ্গল য়াওরবনিনা থৌনাসু খর ফগৎলে। বিবমঙ্গলনা তম্লাই লমখনবু কৈসু কিদবা অদু উবদা ইবোতোম্বী ঙক্লম্মী। বিবমঙ্গলনা মাঙ থাবদুনা ইবোতোম্বীনা তুংদা কিনা কিনা মাঙলোমদা চঙশিল্লক্লম্মী। লমখন লৈরিবা অদু যৌগদবা খোঙকাপ কুনমুক ব্রাৎলিঙেদা চপ লেপ্লম্মী বিবমঙ্গল, অদুগা মায়কৈ মরি য়েং-ওই মাঙ তুং মুন্না য়েংই, অদুগী তুংদা থক খা য়েংলকখি। লৈবাক্তুগী য়েংখৎলকপা অদুনা খোংনাংবটকী মতোন উনা উশা মরক ফাওবা য়েংলম্মী। মিনিট অহুম মবি য়েংলবা তুংদা মাঙদা খোঙকাপ তরামুক চঙশিল্লগা মথক লোমদা য়েংখত্তুনা খংলাউ লাউরকখি—"হেট, থাসু! নঙ অদুদা কৈদৌরিনো ? কুমথরকউ।"

থাসু তাইবুংঙো বিরমঙ্গল খোয়গী লোঙ্গানি চহি ২৪/২৫ শুরে। সৌগাইজম লৈরক্তুগীনি। থা শুদনা পোকই হায়দুনা মাবু থা-শুদবা থা - শুদবা হায়না হায়নবদগী শমজিল্লক্কুনা "থাসু থাসু" হায়না কৌনরকখি। বুদ্ধি শোইরোম্বনি। অয়াম্বা মতমদা মতিন ওরো-রো চোই; ব্রা ঙাঙবদসু লৈয়েং ফাইরপ তৌই, ময়েক শেংদে। ঝুলোন পূর্ণিমা নুমিং অদুগী অহিং নোংয়াই মতুং অদুদা ফৈজোম মশূম মরি শমজিন্নরগা লংদা কিশিন্দুনা খোংনাংবট মশা লম্বীরোদা হাইথবা অদুদা তোংদুনা ফল্লগা ফি অদু ছোরোক মথক্তুগী লং অদুনা অমুক চিংখৎ অমুক থাদ তৌদুনা শান্নরম্মী-মদুদা মহাক য়াম্না নুংঙাইরম্মী। বিরমঙ্গলনা খংলাউ লাউরকপা অদু তারবদা থাসু হি হি নোক্লদুনা খুন্নকখি — "হি ! হি! হি! শান্নরিবনিদনা।"

ইম্ফাল ২৬.৪.০৫ ইং,

## (৬)

## "হামেং অঙৌবা"

কলেন নুংশা খাঙবা ওইনা থবক ইনখাং চত্তবা নুমিত্তা মদন মোহনজী মাগুপতা মতেক পাই থানদুনা দুরি খর খর শান্নরম্বদগী ইবোহল শর্ম্মা নোংমা ষ্টার মপী ইবোমচা থেংনরুদনা ষ্টার ক্লেপ লিংলিবা মফম অদুদা লাকখি। ইবোহলনা উখি —মফম অদু অঙকপা মফমনি। পাপ -পুন্যগী ব্রাফম লৈতে ; শেলনা লৈবা ফংবা নুংঙাইবা মখল পুম্বা শুনা ফংই মন্তিক্রুদে। মফমদুদা লাক্লিবা অয়াম্বা কলেজা লৈবা ঙাক্তনি -খরচ তৌবদা হালেংবা লৈতে। মতমদুদা নোট কয়া চৎনদ্রি, থানরিবা চৎনরিবা শেল ময়েক ঙাক্তনি।

ইং শক ১৯৩৯ গী অরোইবা শরুক্তা থোকখিবা নুপী লান মতুং ইকুই কুইদনা পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও হৌখিদুনা মণিপুরদা জাপান লান্নচিংবা মথং মথং লাকখিদুনা মণিপুর অসি চরাংনরবা তংদু লৈতাদ্রবা লম ওইরক্তুনা অওনবা যুগ অমা ওইরকখ্রবসু চহি অসিগীঅহানবা শরুক্তদি মণিপুব হায়বা লমদম অসি অঈং-অতপ্পা শান্তি লৈবা লৈবাক ওইরি। পৈশা হুম্ফুমরী নত্রগা অনা তরাতরুক্লা শাবা লুপা, মতেক, পাই পৈশা, পৈশা মরি চৎপী অনা শিকি মখায় চৎনরম্মী। চান -থকনবা চেং-চাক মনা মশীং মরাং কায়না ফংলম্মী —য়াম্না হোঙলম্মী, মণিপুরগী মীনা চাবদগী লেমদুনা মণিপুরগী মপান লৈবাক্তা চেং ফৌ থাদোক্লম্মী। শম্না হায়রবদা মণিপুরগী ইকোনোমী সেল্ফ সফিসিয়েন্ট ওইরম্মী।

চহি অসিগী সেপ্টেম্বর ১ দা হিটলরগী জর্ম্মনশিংনা পোলেন্দা লান্দাবদগী পৃথিবীগী লাঞ্জাও হৌখিদুনা পৃথিবীগী অয়াম্বা মফম লানগী ঈরাংনা থল্লক্লবা মতম অদু ফাওবদসু মণিপুর ঈং-তপ্পা পাল্লি। কলিকতাদা নুমিৎ খুদীংগী ফোঙবা পাউচে-খবর চেফোং যুগান্তর, আনন্দ বাজার, হিন্দুষ্টান ষ্টেন্দার্দ, অমৃত বাজার, ষ্টেটমেন ট্রেন্না নুমিৎ হুম্নী অদুগা হবাগাড়ীনা নোংমা চুপ্পা পুরক্লগা মরিনীশুবা নুমিত্তা ইম্ফালদা থুংলে। অদুনা মতমগী ঈ-পাও মণিপুরদা য়াম্না থীন্না য়ৌরকই। মদুসু অপাবা মী য়ামদে—রেদিও, টেলিভিজন টেলিফোন্দি মঙ মঙদ্রি। মতম অদুগী মণিপুরগী মীশিং য়াম্না

চন্না হিংনরম্মী অৱাংবা ৱাখলসু খল্লম্মী হায়বদি শন্না হায়রবদা Plain living high thinking হায়বসি পুনসিগী পথাপ ওইরম্মী। মহৌশা লাইরেম্বীনা লেম্‌গানা পীবিবনা খরদং হোৎনরগা ইবা ৱাদনা নোংমগী চরা অনীদি লায়না ফংলম্মী। চাবা-থকপা ৱাৎনদবনা অতিঠি সেবা ফজনরম্মী। সিগুম্বা মতমসিদা ইবোহল শর্ম্মা মগানা থম্বীরম্বা খরদুনা ইনাক খুনবনি হায়না শীংথানরম্মী। মথক্তা পোকই হায়দুনা কে মৌনা "ইবুংঙো ইবুংঙো" হায়না লুনা চান্না য়োক্লকপনা নাতোল্লং খরা ওই।

চন্না হিংজরম্বা ইবোহল— ইবোমচাগী অমার খোলাদা চঙলুবা নুমিত্তুদগী অমার লায়জুরে —চাক্ চাবা চখোম হুক্রমদাই খুদোম্বী মতোন্দা মতিন তৈরে, মমঙদা একা ট্রেনদমক উস্ত্রে অমার অমগী মগুণ চপ্ চানা চেল্লক্রে, ফিগ্রী-জাগ্রী হৈরে, ৱাশকপা ওইদবা ৱা ঙাঙবদা হ্যলেংবা লৈরক্রে। মতম মতমগী ওম্লনবা ঙাঙ্বদা অফ-ফত্ত থিদ্রে হৈরে, মীবু থাজহনবা শুদ্ধংপা ওমলে।

"সত্যনা শাক্তি, ইপা মকোক চাগে তশেংবা ঐ খঙ্দবনি ইবেচা" মানা নোংমা হায়খি মাগী নুপীদা অম্বারীদগী মরৈ পরেং মাঙবগী হাক্তক্তা। থাঙ্গেশেংবদি অমারদা মখুৎ পৎ তৎপা নুমিৎ অমদা মাগী নুপীনা মপামদা চৎখিবগী তাঙ্গা য়েংদুনা লীক পরেং অদু ময়ুমদগী লোন্না লৌরুরগা অমার মহাজন্দা বন্ধান থমদোক্লগা একা ক্লাসতা থাদোকখিবনি। ইবেমচা হায়রিবা ৱাফমদু য়ানীংদে, মপা মমানা উনবীরকপনি নুংশিনা লুনা তৌজবনি —পেন্দে, য়াম্নমক নুংহিক্লনা শাউনীংখি অদুবু নিংঙাই শংদানরুবা, হঙ্গৎনা ৱা ঙাংলুবা, হৌনবী ব্যবহার থোক্তবনা ৱা অমুক হায়রুবা তৌদনা মুরুম মুরুম শোন্দুনা মথৱায় নুঙাইতনা তুমিন্না লৈখি।

ইবোহল শর্ম্মনা অহানবা অমার ক্ষেপ মফমদা গ্রুপ অহুম থোক্রা শান্নরম্বা থেংনখি। অহানবা গ্রুপ্তা দুরি শাগৎনবী, অনীশুবা গ্রুপ্তা ডিক্লারেসন অমসুং অহুমশুবা গ্রুপ্তা ক্লাস শান্নরম্মী, অহানবা গ্রুপ্তা মী মঙা, অনিশুবা গ্রুপ্তা মী মরি অদুগা অহুমশুবা গ্রুপ্তুদি মী তরুক তরেৎ। গ্রুপ অহুম্মক্তু য়েংবা মী গ্রুপ অহুম অমসু লৈবম্মী। মখোয মশেলসু অথোইবদা পৈশা থানরম্মী। দুরিগী বোর্দতা লুপা অমত্তনি; দিক্লারেসনগী লুপা মঙানি, ক্লাসকীদি মশীং লেপ্তে। দিক্লারেসনগী নোংমদা য়াল্লবদা গেম তরাদগী হেন্না শান্নদে, দুরিগীনা তরা মঙাদগী কুন ফাওবা শান্নে, ক্লাসকীদি গেম মশীং লেপ্তে,মীনা হেক লৈরিমখৈ- শেন্না হেক ৱাৎত্রিমখৈ শান্নে পোম্বাসু মশীং কক্তে। মসিদদি মী মুৎনৈ মীহৌনৈ। মতমদুদা থাগী তলব লুপাতরামঙাখক ফংবা কেরানীবু ইনাকখুনবনি হায়না লৌনরিবা গীরানি বাবু মিংথোল ফংলিবা লমদমসিদা দুরি বোর্দতা লুপা অমা হায়বসি য়াম্না য়াম্না য়াল্লবা শেনফমনি - দাও য়াবা নুপা অমদি কেরানী অমগী থাগী তলবতু নোংমদা ফংলিবনি।

শেল ফংবনা অথোইবগী দাওনি, হুম্বা নাইদনা লেঙদনা ফংলিবনা অমার ক্ষেপ মপুগীনি, মাগীদি গেম খুদীংগী চামদা তরানি-লক্ষ্মীনা লেঙদনা লেঙশিনহৌরিবদি

স্বার মপুগী বাক্সিদনি। স্বার মপুনা খৎনচৈন খাম্নবা অকল - অথৌ থম্মী— পুলিসনচিংবা লাকপা মাগী দম্মীনি। পৈশা মতেক মতা ফংবনা পাউখোন চংপা অঙাং হুকচাং নোইবা মাইবনচিংবনি অদুগা শেন্দোং য়াম্না ফংলিবনা অচা-অথক য়োনবী শীন্নাঙবী অমদি বন্ধান লৌবা স্বারগী মহাজন। স্বার ক্ষেপ মপুসু স্বারগী মহাজন অমনি। ইবোমচাগী খোলাদা অমত্তা য়াত্তনা লৈরম্মী— নুংঙাইবা পুস্বগী তুংনফমনি খুদোংথীবা কয়াগীসু পূনফমনি লৈবাক অমনি চক্রব্যুহনি চঙগ্রবদা থোকফম খঙদবা। ইবোহল নাতোল্লগীদি নুংঙাইজবী মফমনি। মহাক চক্রব্যূহ চঙলক্লে— থোকফম খঙদ্রে।

অহানবা নুমিৎ নিনি-হুম্নি অয়েংবা ভাবক ওইরম্বদগী দিক্লারেসনগী মখোঙ হাঙলকপা নুমিৎ অমা মখোঙ ওইরুবদগী স্বার ক্ষেপ্ মফম অদুদা মিং চন্দুনা অচঙবা মেম্বর অমা ওইরক্লে। স্বারগী পোম্বা বোর্দতা লুপা হায়বসি মতেক পাই চংলিঙে মতম অদুদদি ফৌরামুক পাক্লিবনি য়াম্না য়াল্লবা শেনফম্নি করিননো হায়বদা নোংম্নগী হাজীরা শুবা পৈশাবালী অমগী খুৎশুমন লুপা অসিগী তরাতরুক থোকপগী অমা শুপ্লগী পৈশা মরিতনি। ফৌ শংবায়দা মখায় অমতা পী, চেঙমন্দা শিকি মঙা, খুবোম অমা হেনবা শরেংগী মমল পৈশা অনী মতেক, পৈশা অমগী ঙাতোন তোল্লাবা নিফু মতেক অমা থাদরগা পাই অমা হঙ্গৎলক্লগা তল্লকপা কবোক পাখঙ অমনা চাবদা য়ারিবনি। স্বার মফম ওইবগী য়ামদ্রবা কৈশু লৈত্রবা শেনফম ওইনা লৌনবগী য়াতনি। মদন মোহনজি মাঙপতদি ইবোহল চাউরবদা পৈশা মরিদগী হেন্দবনি।

দিক্লারেসন শান্নবসি মী অনী অনীনা শাবা টিম অনীগী গেমনি। নুমিৎচুপ্পা অমা শান্নবদা গেম তরামুক্তগী পঙহেন হেন্না শান্নবা ঙমদে। মরু ওইনা গেম অসিদি মতম লেন্নবগীনি— য়াম্না থুনা শেল অচৌবা ফংবা য়াবা অচৌবা স্বার নত্তে। টিম অমনা নোংমদা গেম পুম্নমক থোইরবসু স্বার ক্ষেপ মপুগী পিখিবা চুরুট, বিরি, হৈরোগী খরচ পাউখোন চংপা অঙাংশিংগী বকশিস, দাউনী হনবনচিংবা তৌব্রগা থোইরিবা মীগী মখুত্তা লুপা তরুক তরেৎতগী হেন্না লেমদবনি। মসিসু নুমিৎ খুদীংগী ফংবা নত্তে। মাঙলিবা মীশিংসু মসিদগী হেন্না মাঙবা নত্তে নোংমদা। দুরিসু অদু মঙায়। মরম অসিনা শেন অচৌবা হেন্না পাম্বা স্বারিনা মসিগুম্বা মশান্না অসি কয়া পাম্নদে মী য়াল্ল-য়াল্লগা শেন হেন্না হেন্না চাউখৎলকপা ফ্লাসতা ওমশিন্নে ইবোহলসু শেল অচৌবা হেন্না পাল্লকপা ঈরাং অমা মশাদা ফাওকপদগী দিক্লারেসন অমদি দুরি শান্নফম ক্ষেপফমদগী লাপথোরক্লে।

দিক্লারেসন্ ক্ষেপফমদগী হন্দোরকপদা দুরি ক্ষেপফম শল্লকই। দুরিদি টিম গেম নত্তে ইন্দিভিজুয়েল গেমনি। মী অমনা লুপা অমমমতং থানবদা বোর্দ লুপা মঙা নাক য়েং চানরগা গেম অমা থোইবা নুপা অদুনা পুন্না লুপা তরুক্তি গেম অমদা ফংই। স্বার মহাজনগী পাসেন্টেজ অমসুং অতে খরচ খাইদোকপ্লগা লুপা মরিদি লেমই গেম অমদা। য়ামদ্রবদা নোংমদা গেম কুন্দি শান্নে। নোংমদা গেম তরানিথোই তরাহুমদোই থোইরবদি নুমিৎ খুদীংগী অথোইবা মীদুনা লুপা য়াঙখৈদগী তাদনা ময়ুমদাপুবা ওমই।

লুপা অমনা ফৌরামুক পাকপা মতমদুদা নোংমদা লুপা য়াঙখৈ হুম্ফু ফংলবদি থা অমদা য়ামদ্রবদা লুপা লীশীং অমগা চামগ্গানি — শেনফম অসিদি মতম অদুগী মণিপুরগী খ্বাইদগী চাওবা ফম দরবার মেম্বর তরুক্কী থা অমগী তলবনি। মতম অদুগী মণিপুরদদি শেনফম অসি ফোরচুন অমনি। অদুবু মীওইবগী অপাম্বা হৃম্বা নাইদে অপেনবা খক লৈতে। ইবোহলগী অপাম্বা থাক থাক হেনগৎলকই; মাগী মিহুল কন্না কাওখৎলকখি — ফংবতমক খল্লম্মী মাঙবগী ৱাখল খল্লুবা ওমদে।

ইবোহল দুরিগী ক্লেপ তুংওইনরমলে ক্লাসকী লৈফম য়ৌরক্লে, খুৎকেনবী জাগাদা চঙগ্রে। চুম্মী, নুপানি ইবোহল লাইবক চাংয়েঙ্কে হায়রবদি মফম অসিমক্কী, অতৈ অমা নত্তে। অদুবু মফম অসিদা তিল্লিবশিং অসিদি হিংচা কোৎচাবা ঙাক্তনি — চোপ চোপ হেক্তা লাক্নুনা চাবা ঙম্বা-মীপোক মীহিং ঙম্বা ঙাক্তনি। নৌনা চঙলকপা মী শোইনৌদি মখোয়গী ঙমোকনি। ইবোহল মখোয়গী ঙমোক ওইখরে।

ক্লেপফম অসিগী গেমদি চাঙ্গ ওইরবসু অয়ৌবী সাইকোলোজিগী গেমনি, খুৎপু খুৎপু লিংনবনি। থৌনা ফবা কলেজা লৈবতা নত্তনা শেল মরাং কায়না শিজিন্নবা ঙম্বা তাই। মবমদি বোর্দসু চাওই — খ্রাইন্দা চৎনবা শেল অদু ছো তৌদ্রিবা ফাওবা হৃম্বনদে; অকনবা মুক্রবকপা অসিদা ঙমজদবা চে ফত্তবশিং মরক্তা তোকচবা য়াই অদুবু চৎনগ্রবা শেল অদুদি অথোইবগীনি —মুক্রবা প্লেয়ব পুম্বনা হন্দোক্লগ্রবদা লেমহৌবা প্লেয়রনা অথোইবনি ছো তৌরগা চানবিবনি —শেলসু চীংমুক ৱাংনা পৈরিবনি। মসিদা একা ট্রেন নত্ত্রবসু গুলাম ব্লফনা থোইবা য়াই —গেম অমদা মী মুৎলি গেম অমদা মী হৌঈ। গেম খুদীংগী কার্ড অহনবা শিল্লি, মিৎনা শিংনৈ, মীতেক মীরৌ খগুনৈ।

অয়েংবা মরকতা লৈবা ঐগী ওইবা সি আই দিদগী ইঙ্গিতকী পাউ লৌনে। য়েনবদা থুংলকপা কার্ড অহুম অদু প্লেয়র খুদীংনা মী উহন্দনা চেংনা পায়নৈ —অমসুং চে অদুগী মতুংইন্না খ্রাইগুদা শেল থানৈ চৎনৈ। ইঙ্গিত-ঈবাং মীচং শঙ্গন নাইনবা পোম্বা য়ামনা চাউনবনা খৎন-চৈনবসু থোক্কলি। মদু থাম্নবা মসলমেন অকল-অথৌ মহাজন্না থম্মী য়াম্না নক্লা লৈ। অদুগা ক্লেপফম অদুদি চাং নাইনা শান্নবিবা অমা অনীদি ভেটরন্নী মী শেমদোক শেমজিন, শীদোক শীজিন তৌবা ঙম্বনি।

অহানবা নুমিৎ নিনী-হুম্নীদি হৈতবদা চে চঙবা হায়দুনা ইবোহলগী চে গেম কয়ামুক্তা একা ট্রেন ওইদুনা থোইখি অদুবু অহৈবশিং অদুনা শান্নবীবনা ফংফম থোকপা শেম্দুমুক য়াম্নদি ফংখিদে। অদুম অদুম ওইনমক অহানবা চয়োলদুমদি নোংমদা চাম্মঙা চাতরুক্ত গী লীশিং হেন্না ফংদুনা ইবোহল লুপানা গো- গো খোংলে। অওইবমক হেক পোকপদগী নুমিত্তু ফাওবদা অশুক য়াম্বা শেল মমিত্তা উখিদ্রি। ফংগদবোইতা খল্লিবা ইবোহল খরচ তৌবদা অখাকপা লৈরমদে-উৎ ৱাইগুম শীজিন্নরে করি অমুক হায়গনি তুরেলগী ঈশিং ঈমায়দা য়েঙ্খাং মথেল, চাক মথেল য়েংবদা চেগাইগী মহুত্তা লুপা ময়েক্লা য়েংলে। থৌরানী ইবেচাগী ঙকশমদুসু মাগী শান্নফমদগী লোক্লকপা মরৈ পরেং হৈগ্রু পরেং ঝিঞ্চুর মরীনা তেকথরে।

অনীশুবা চয়োলদগী হৌরে— ইবোহল মাবু —শান্নবিবা। অতীংবা ৱাগুম উয়রবা, অঙাং অশা নংলবা মীতেক মীরৌ খণ্ডলবা শেমদোক শেমজিন হৈরবা মোহন মনি অনীনা ইবোহল শেমদোকপা গেম হৌদ্রে। ইবোহল মশানদি খণ্ডজদ্রি। একা ত্রেন অমুক তাহল্লি, ৱফনা অমুক চাথোকই। অশুম্না চয়োল অনী অমদি থোইবগা পোবগা চাং মান্ননা চংহল্লি। ইবোহলগী স্বারদা শেল হেন্না হেন্না থাহন্নীংবা অদু মথৌ শণ্ডলকখি। অওইবনি স্বারদা শেল থারিবা খুদীংমক ঐঙোন্দা শোয়দনা ফাওরকনি, ঐনা শোয়দনা ফংগনি হায়না থারিবা ঙাক্তনি। ইবোহল শেন থাবদা মাঙ্তুং য়েংলক্লে।

মঙাশুবা চয়োলদগী হৌরে ইবোহল মকু হুবা, শেল মথং মথং মাঙথরকপা, অদুবু মাঙল-মাঙলগা থানীংবগী ঈরাংসু হেনগৎলকখি। মমাঙগী চয়োলদা লোকখিবা থৌরানী ইবেচাগী ঙকশম তেকথহল্লম্বা মরৈ পরেং, হৈগ্রু পরেং, ঝিঞ্জুর পরেং মথং মথং চৎখিবদা ইবেমচা মশাগী মরন্নাই মপামদগী পুজরকপা মরৈ পরেং, নেকলেস লীক্লু পূমহৈ, নায়ানবীনচিংবা লোইনা ইন্নখ্রে ইমুংদুদা সনা মচেৎ অমা ফাওবা লৈহৌদ্রে। অদুদগী হেন্দোক্তুনা ইবেচাগী ফনেক ময়েকনাইবা ফিগেনচিংবা য়াওখ্রে —তাবু অম্বারী পূমহাঙ্ হাঙলে। ইবোহল মপানা থম্বীরম্বা লৌ পরি মঙা য়োম্হোকখ্রে থাদোকখ্রে। খুৎথা শেল লৈরক্তবদা তঙাইফদনা মানা লৈনরিবা তিন্না কূপ্পা মপানা শাবিরম্বা য়ুমগা লোয়ননা ইংখোল অদু মথং মথং লৈবা য়োনবদা দলিল ইনদুনা অহানবদা লৈকাইগী ময়াম্বা শেঞ্জাও পায়বা অঙৌদা, মথংদা মাগী মরূপ থম্বৌদা অদুগী তুংদা মবাই থম্বালদা, মচে থারোদা অমদি মনে থমচেত্তা মথং মথং য়োল্লে অদুগা অশিৎপা শেল অদু ফ্লাস ক্লেপফমদা অদুম মাঙ্খ্রে। ইবোহল গতি লৈতে, পৎ তৎলে; স্বার মফমদা চুরুট মথী মতেক খুন্দুনা থকলে।

ইবোহলগী ইমুংগী অবস্থাসু হায়নীংঙাই লৈতনা মওং হোংলে। য়ামদ্রবদা নোংমগী মথেন অহুম মরি চারম্বা —মথেল অমা ফাওবা ৱানা থোক্লে। চাক চখোম অমত্তং থোংনবা চেং চাক মনা মশীং থিবদা লৈকাই য়ুমলোন্নবদা ঙাইহাক লৈতনা হাইরোই হাইরোই হায়জবা তারম্মী। লৈনরিবা য়ুম ইংখোল অদুদগী কৈদৌঙে হোংদোক্কদগে হায়বা খঙবা ঙমদ্রি। মঙারক হন্না য়োল্লবা য়ুম ইংখোল অদু অরৈবা মঙাগী মনুংদা কনাদা নামজারী তৌগদগে খঙদনা য়েৎনদুনা লৈবনা - ইবোহল ইবেচা য়ুম অদুদা লৈরি। নাতোল্লং ইবোহল ইমুংগী অবস্থা করিমত্তা খঙ্দে। স্বার খোলাদা চৎনবা শেম শাবা ফ্লাস ক্লেপফমদা থানবা শেল থিবদা ৱাই চিল্লি অতৈ ৱাখল খনবা ঙমদ্রি। সোমদদি ইবেমচা তৌফম খঙ্দ্রি চমন্নরি। নোংমা স্বার দাউনি পৈশা ফংলকপা অদুনা য়েঙ্গাং হাউমন্দ্রে হায়দুনা ঙাক্রা অচৌবা অমা লৈরগা ময়ুমদা ঙল্লপ হল্লকখি অমসুং ঙাদু ইবেচাদা পীরগা হায়রে —"সে ঙাক্রাসি থোংউসে।" চাকখুমদা থাও-থুম লৈতে- লৈরুনবা পৈশাসু লৈতে - থোংদবদি য়াদে। ইবেচা অবাংথংবা য়ুমলোন্নবদা হংলুই— "ইনম্মা ! থাও লৈবরা থুম লৈবরা য়াইঙং লৈবরা ?"

ঙসিদি ইবোহল, মখুৎ পৎ তৎলদুনা নুমিৎ নিনি লেপ্পুরবা তুংদা ইস্ত্রি মমি তাববা মাগী সুকরখান ফৈজোম শেৎ, চাইনা সিল্ক পূময়াৎ লিৎ, খুদাংদা কিপসেক ঘবী শি, মখোঙদা কাপ লংনা থাববা কোনা মচুগী গেৎ গেৎ লাউরবা পম্পসু তোং মপান লোনবা শাল ইন্নফি অমা লেংয়ান ওই, মাগী নুপী ইবেচানা কানিয়াদা কোয়েৎ মচা য়োল্লুবদগী শীৎলকপা লুপা তবাখক ফুরিৎখাওদা হাপ্লগা লংনা শিৎ নান্না তৈথোক চামথোক্লবা রেলীগ সাইকল অশংবদু তোংলদুনা ঙার খোলা তম্না চৎখি লাইবক অমুক্তং য়েংলুগে হায়দুনা— নহান মোহনগা মনিগনা করেম্নহৌবদু শুককাউ কাউদে ইবোহল। ময়ুমদদি ইবেচা হৌজিক্তা থনম্বা ফি য়োল্লুবদগী শীৎলকপা শেল অদু য়েঙ্খ্রাং মনা মশীং লৈরুগে হায়না থিকবদা লৈরমদবগী মকোক ঙাওবি।

ইবোহলনা ফ্লাস স্কেপফম্ য়ৌবা মতমদা মোহন মনি লাক্লমদ্রি। ইবোহলনা মখোঙ হেক ওইবগা তান্ চানকদুনা একা-ট্রেন ফংই মথং মথং অহুম মবিবক ফোঙদুনা লুপা লীশীং অমা হেন্না ফংলে। মোহন মনি অনীমক খুংলদুনা য়াওববা ফাওবদা মথং মথং মনি মঙাবক ফোঙদুনা লুপা লীশীং মঙা তকক হেন্না মখুত্তা পায়বে ইবোহল। ঙসিগী ইবোহলগী দাও অদু উবদা মেহান মনিসু ঙকখি। অদুবু নোংযাই মতুং পুং ২ হেল্লকপা অদুরাইদগী ইবোহল মাঙ্বা হৌখ্রে। তাঞ্জা অদুদা শান্নবা তোক্লনা ময়ুমদা হল্লক্লবদি মীগী মবল মথুম শিংদোকপা, য়ুম ইংকোল হন্দোকপা ওক্লবা শেল মতীক চানা মখুত্তা লৈবক্মী। য়ামখ্রবা শেলনি। হনখ্রসিবা খল্লকপা মতমদা মোহন মনিনা শীংনবা হৌবকখি মবমদি মতমসিদা মখোয় অনীদি তোবা তুনা মাঙলবনি। মীনা শীংনবক্লবদা মায ওন্দুনা চেনবা মীদি নত্তে ইবোহল।

মঙ্গলার্তি মতুং পুংখায় অমবোম তাবকপদা রেলীগ সাইখল থাদোকপ্রবা তুংদা ইবো হলগী মশাদা শেৎলী ইল্লিবা ফিরোন অমদি খুদাংদা শিরিবা ঘড়ী অদু নত্তনা কবিমত্তা লৈত্রে লোইনা মাঙখ্রে অদুবু শান্ননীংবা শেল থানীংবগী ঈবাংদি খম থেংনা কনখৎলকখি, দাও য়েংনীংলি।

গেম অসি অমুক্তংগা শান্নববদি শোয়দনা থোইগনি খল্লি। করি লৈবি থানীংঙাই! মানা খল্লিবদু খঙলবা মনিনা করেম্নবপ হায়রকখি —"দাও অমুক্তং য়েংখোদনা নঙগী খুদাং ঘড়ী কিপশেক্লনা ? মানা য়াম্না পাম্না শিজবা মপানা লৈবিরম্বা ঘড়ীনি —মদু থারে অদুসু মাঙ্খ্রে। মথংদা শাল ইন্নখি, মশাদা লীৎলিবা চাইনা সিল্ক পূময়াৎ মথংদা গেৎ গেৎ লাউবী পম্পসু থারে, মথং মথং লোইনা মাঙ্খ্রে। মখুৎ ইল্লদুনা ফমফমদগী হৌগৎলগা থোরকপদা থোঙ্গাল য়ৌবদা উরে নোংপোক থংবা মায়গৈদা শজিক হন্দোরক্লমলে।

"কদাইদগী শেলনো ঐনা থিরুগদবসি?" হায়না খল্লদুনা মীপোং হৌগৎনদ্রিঙৈদা য়ৌহৌনবা ইবোহল মখুৎ কান্নল ইল্লদুনা ময়ুমলোমদা লাকখি। "লক্ষ্মীদা করিগুম্বা লুপা খাওজাও অমত্তং খুদি থিরবদি ?" মথং মথং খল্লকখি—" নোংমাইথেম

খুরা চাওবনা লৈপুং ফম্বদা হায়খিবদো করি ? থায়নগী মীনা লান চেনবদা পুবা ঙমদবা শেল চফুদা কোর্ক্ সনাবুলনচিংবা হাপচিল্লগা লৈনুংদা ফুমদুনা থম্লরম্মী অশুম্না ফুম্নম্না শেল অদু যক্ষনা শঙই অদুগা মরক মরক্তা লীল ওইনা নত্রগা হামেং অঙৌবা ওইনা থোরকই —লীল ওইনা থোরক্লবদি মকোক্তা চৈনা হেক থোম্বদা শেল ময়েক ওইনা পুল্লপ হেক্তা খিল্লি।অদুগা হামেং অঙৌবা ওইনা থোরকপা অদুদি শেৎলিবা ফৈজোমদুনা হেক কুপ্পদা শেল লুপাা ময়েক ঙাক্তা সনাবুল অমা থনবা ওক্লা, পুল্লপ পুন্না পৈদুনা লৈবনি। মানা হায়খিবদাই ওইনাম ইপন চাওবা অসি হামেং অঙৌবা অমা মমাঙগী হাওবম লৈপুংদা ফৈজোম্না কুপ্পুবদগী ফংখিবা শেন্না ইনাক খুল্লিবনি। লীল অমত্তং থেংনরবদি, হামেং অঙৌবা অমত্তং উরবদি ঐসু হেক্তা।" অশুম্না খন্না খন্না ময়ুমলোমদা পরপ পরপ লাকখি।

লীনদি থেংনদ্রে ইবোহল —অদুবু লম্বীদা ময়ুম য়ৌগদবা য়ুম্লোন তরেৎ নিপান ব্রাৎলিঙৈদা লৈবা হাওবমগী ব্রাপল মনাক্কী লৈপুং থক্তা হামেং অঙৌবা অমখক অঙনবা অয়ুক অদুদা ব্রানা পৎ পৎ থৎলদুনা চাদুনা লৈবম্মী। ইবোহলনা খল্লি —" শোয়দ্রে লৈরেদনা" ইবোহল পাকথরদুনা তপ্না লোন্না মোং হাদনা চঙ্শিনখিদুনা মনাক হেক য়ৌবগা মাগী ফৈজোম অদু লৌথোক্লগা হামেংদুদা লংশিন্দুনা কৃপশিনখি। খংলবা হামেং অদু "মে" হায়না খোংলম্লগা ফৈজোম অদু পুবদুনা চেনখ্রে। মতম অদু নোং ঙাল্লক্লদুনা য়াহৌঙনবা মী মপান্দা থোক্লরক্লে। জাপান লান মমাঙ্ মণিপুবদা খোংগ্রাও শেৎপা মী মশীং য়ামনা য়ামদে ইরৈ লৈরমদে, ফৈজোম্না নম্না শেৎনরম্মী অদুবু অন্দরব্রায়াবদি কয়া শীজিন্নরমদে। খুৎলৈ থুনা ইবোহল লৈপুংদুদা হৌরম্বা হোংঙ্ পাম্বীদগী মনা অনীখক পৎ পৎ থৎলগা মখুৎ নাম নামনা অমম পায়দুনা মাঙ তুং থল্লগা খুৎলৈ থুনা ছোরোক্কী মতাই-মতাইদা চৎখিদুনা ময়ুম য়ৌখি। থোঙ্গান্দদি চঙদ্রদুনা মনীংথোঙ মপাদা ষম্বন লীৎশিল্লগা থোঙ্দা দং দং থীল্লদুনা শোল্লপ্পা কৌরকখি—

"ইবেচা ইবেচা! থোঙ হাংদোকউ, খুদৈ অমা পুথোরকউ !"

মপুরোইবনা হল্লক্ত্রিফাওবা চাবা থকপা তৌদনা তুমদনা ঙাইদুনা লৈরম্বী ব্রারৌ পুক্লৌরবী ইবেচা ফম্না ফম্না উইরম্বদগী ফুক হৌগত্তুনা মমাঙথোঙ গে হাংদোক্লবদা কনাসু লৈরমদ্রবদা —"মঙলা করিনো কদাইদনোনে ?" হায়না মুরুম মুরুম শোন্দুনা হঞ্জিল্লকপদা ইবোহলনা শাউরংননা হায়রকখি। "শোমদনিনে মনীং থোঙদা— খুদৈ অমসু পুরকউনে।" ইবেমচা ইপা পাখৎনা হাথু হাথু খুদৈ অরাংবা অমা পায়রগা মনীংথোঙ গে হাংদোক্লগা থোরকপদা ইবোহলনা তৌরম্লিবা অদু উবদা খুদৈ অরাংবদু লংশিল্লম্লগা —" হাইমা করিনো তৌরিসিদি" হায়রম্লগা মমায় লৈথোক্লনা মখুৎনা মচিন খুম্লগা নোকপা থাঙনা-থাঙনা ইমুংলোমদা চেনশিনখি।

গৌহাটি ৩১/৫/০৫ ইং

## (৭)

## "লম খুনু অমা"

"কু কু ক্রু কু কু কু ক্রু কু

লম খুনু অমা সং গাই শুমাং মতোন্দা চেঙ্ মক্ত ফৌ মরু তাবদু খুন্দুনা চারম্মী। সঙ্গাইনা মচা নুপীদা হায়রকখি —"ইবেম্মা তোম্বী সনা নবুং অসি লাক্লে, চেঙ্গদু থব থাবিকচো।"

লৈশাবীমচা অদুনা চেঙ খুবাম অমা পাযবদুনা—" সে সে সে লাকও লাকও লাকও" হায়দুনা চেঙ্গদু চাইথোক্লম্মী। লম খুনু অদুনা মক্ত অমমম খুন্দুনা চারম্মী।

"কু কু ক্রু কু কু কু ক্রু কু।"

সঙ্গাই শুমাং মতোন্দা নাইতোম চাক্তাববিবা লমখুনু অসি তোপ তোপই খ্বাইগা মান্নদে। মথন্তা লাকই মথন্তা পাইখি। সঙ্গাই লুখ্রাবীনি। মচা নুপীগা মমা মচা মখোয় অনীতা লৈ যুমদুদা। মচানুপাগী শোবাৎ মতুং নোংমা কোনবা নুমিত্তা মথন্তা পাইবক্লগা শুমাং মতোন্দগী ফৌ চেঙ খুন্দুনা চারবনি। নুমিৎ খুদীং অযুক্তা হেক হেক পাইরকই। সঙ্গাইগী মচানুপা তোম্বীসনাগী মবুং মনিমোহন শিখিবা চহি অমা ফারক্লে। অদুনা লমখুনু অদুবু মচানুপা মনিমোহন অদুমক্তি হায়না খল্লি— য়াম্না নুংশিনা মাগী চানবা চেঙ থাদোকই অদুগা ফিজিনা মমিত্তগী মপী তৈথোকই। কবিগুম্বা মানা শংদ্রগা মচানুপী তোম্বীসনাবু চেঙ অদু থাদোকহল্লী। লম খুনু অদুসু চেঙদু থাদোরক্লিবা ফাওবা খোংদুনা লৈ " কু কু ক্রু কু কু কু ক্রু কু"। চেঙ্গদু চাবা লোইরগা মথন্তা হেক পাইখি।

সঙ্গাইগী যুমদগী যুমলোন খর চৎলগা হেক থংনবা লৈকায়দা তুম্মৌ নাকুল্লীনা কৃপ্না কা মণ্ডাগী তরু তনানবা যুমজাও অমা লৈ। যুম অদু লৈমু হাইবা সহী কৃহীনা মখোঙ্ ওইবা, ঈতীংবা য়াতংনা হুমদাং য়ানবা, শনৈবী য়াচেংনা উয়া থাবা, লীয়াই য়াইরীনা ক্রক্ ফাদুনা শুনবা তনান্ তনানবা যুম্নী। যুম অসিগী মপু ইনাক খুনবা শাগম শৈল্য মাইবা —মমিং চংপা মাইবনি, মাগী নুপীসু মমিং লৈবী মাইবীনি, মচানুপা চন্দ্রসু অফাওবা ডাক্তরনি। যুমজাও অসিগী মমাঙ শঙ্গোই মখা শঙ্গোই লৈ —চঙ্ফম্ থোঙ্গাল

হোজংনি। য়ুমগী মমাঙ্ পাক্লবা শুমাঙ্ অদুগী ময়ায় চপ্ চানা চবুতোবা অমদা বৃন্দারানী তুলশি হৌবি। তুলশিংবুং অদুগী মনাক্তা হৌরিবা জাতীকুপ্পী পাম্বীগী শাংকায়ববা জাতী লৈবাং লৈনম্মা হা হা নম্লবা শুমাঙ্নি। শৈল্যগী তরু-তনানবা য়ুম্বু অমুক হেন্না ফজহল্লিবা, মীপূম খুদীংনা য়েংনীংহল্লিবা থাগনিংবিবদি মাগী অমত্তা পোকচবী মশুনুপী ইবেচানি। চহি তবাতকক তবাতবেৎ চঙলে। ইংবেজি ৱাহৈদা "স্বিট সিক্সতিন গোইং টু বি সেবেন্টিন" হায়দুনা মথোক কারক্লিবী ফজবীনি। মাবু উরুবদা শাখঙ কয়া ৱাছুবিবনি।

লমখুনু অসিনা অয়ুক হেক পাইরকপগা অহানবা শৈল্যখোয়গী শুমাং মতোন মমাঙ্শঙ্গৈইগী অৱাংথংবা নাকন ফৌশুখোংগী মনাক্তা চেঙ খুন্দুনা চায়। ইবেচা হেক উবগা "কু কু ক্রু কু, কু কু ক্রু কু" হায়না হেক হেক খোংই, নোম্ন-নোম্না চত্তুনা চেঙ্ মক্ক অমম খুন্দুনা চায়। ইবেচানা ইমুংদা চঙ্লবদি নোম - নোম চত্তে, চেঙ্ মক্ক খুন্দে — খোংসু খোংদে। মীনুংশি খঙ্দবা শৈল্যনা মাগী মতৌদু উবদা শাউদুনা —" নুংশিদেদা মসিগী লমখুনুসে।" হায়দুনা শাইবোং পাইদুনা থক হেক্তা কাপ্লক্খি। শাইবোং মকনা নাকমদা খেত্তুনা চংখিবা উবদা লমখুনু অদু ফ্রুং পাইবক্তুনা শঙ্গাইখোয়গী শুমাং মতোন্দা খোংল-খোংলদুনা চেঙ্ খুন্দুনা চাববিবনি।

চহি অনীগী মমাঙ খৃ: ১৯৩৯ গী জুন থাগী অহানবা চয়োলদা কলিকতা ইউনিভর্সিটিগী মেত্রিক পবিক্ষা হাযদোবকপদা ফার্ষ্ট ডিবিজন্দা পাস তৌবে মনিমোহন। ইংরেজি অমসুং মণিপুবীদা লেটব ফংলদুনা হবাও - নুংঙাইনা নুংথিল পুং অহুমলোম্ তাবা কান্দা ইম্ফাল তুরেলদা ঈকজগে হায়না কৃমথরকখি। মতম অদুদা ইম্ফাল তুরেলগী য়েৎথংবা তংখায় অমদি শুগুদগী ঈশিংগী লম্বীদা পুরকপা উচান বিম মরি মরিনা শাবা উঙামশিং মথং মথং শমজিন্নদুনা লৈবনা মোইরাংখোম থুম্বুথোংদগী শিংজমৈ থোং মখা ফাওবা তুরেলগী ঈশিং থক্তা খোঙ চোত্তনা উঙাম থক্তা চৎপা য়ারম্মী।

মনিমোহন্না কৃমথরকপা হিদেন তাফম অদুদগী মখারোমদা হিদেন তরেৎলোম লাম্বোক্লগা লৈবা হিদেন তাফম অদুগী উঙাম থক্তা তোংদুনা লৈশাবী খর চেংহি লুজরম্ব্বা উখি। লৈশাবীশিং অদুগা চেংহি লুজমিন্নরুগে হায়দুনা মনিমোহন উঙাম থক্কুদা চোং চোংদুনা মখোয়গী মনাক তান্না চঙ্শিনখি। লৈশাবীশিং অদুগী মবক্তা য়াউরম্বী মচম্নুপী তোম্বীম্নাগী মমান্নবী ইবেচাওবীনা মহাক লাকপা উবদা হায়রকখি —"তা মনিমোহন ঈরুজগদৌরিবরা ? মেত্রিক পরিক্ষা হায়দোক্লে হায়, পাস তৌরবরা?" "হোয় পাস তৌরে ফার্ষ্ট দিবিজন্দা, লেটরসু অনী ফংই।" মদু তাবদা লৈশাবী মচা অমদি মঙোন্দা চাগদগুম মুন্না য়েংলকখি। মহাক্লসু পরিক্ষা পাস তৌবগী হরাও-নুংঙাইবা ফোংদোকপা মিৎয়েংনা য়েংলম্মী মোমোন নোক্লা। লৈশীশিং অদুনসু থাগৎ মীৎয়েংনা মঙোন্দা য়েংলকখি। মতমদুদা মেত্রিক পাস তৌবা মী খুৎ থেক্তুনা মশীং থীবা য়ারম্মী। অদুনা মখোয়পূম্বা মবুক্তা মাবু থাগৎলম্মী।

"তা মনিমোহন্ পরিক্ষা পাস তৌবগী বোরা শিংজুদি কৈদৌঙেনো ?" ইবেচাওবীনা নোক্লা নোক্লা হায়রকখি।

"ঐদি নখোয়না পীজগদ্রা হায়রগা ঐবু তৌ হায়রিবোইয়ে। য়াইনে দুসু। ঙসি নুংথিল নুংদাংব্রাইরম নখোয় লোইনা থৌরানী ফজতোনগী উখোঙ্ পোৎফমদা। করি হায়গে ? শিংজু-বোরাদি মাগীনা ইহাও-হাওই নত্রনে ?"

"হোয় য়ারে, ঐখোয় লোইনা লাকঅগে।"

"ফরে। চেংহিদু লৈরিবরা ঐসু খিত্তা লুজবা য়াওগে।" হায়না হায়না লৈশাবী ময়ামদুগী মরক্তা চঙশিল্লম্মী।

মনিমোহনগী ব্রাদু তাবদা ঙসাই মখৈ ব্রা ঙাঙদনা তুমিন্না লৈরম্বী-পাখঙ্দুনা মখোয়গী মরক্তা চঙ্লকপদু হৈনদবী পামদবী ইবেচানা খঙহায় খঙথিন ওইনা হাযদোরকখি –

"হাইমা নুপী মবক্তা ফৌমান য়ান্দৌরিবা ? হৈনদেদা ঐদি।"

"মবুং মৌপ্বাগা মচে মচনগা চেংহি লুজমিন্নববু কৈদৌয়েগে ?" হায়না হায়না ব্রা ঙাঙলক্লিবী নুপী মচা অদুগী মনাক্তা ঙেক হেক ফমথবকখি অদুগা মিৎ কুপ্তুনা য়েংদুনা লৈবম্মী। মিকুপ খরদি লাইবেন মমিৎ উবদা শুন্ধত্তুনা পঙথবগুম পঙথরম্মী। মিকুপ্তুমক্তদা ইবেচাওবীনা –"সে নকোক্তু" হাযরগা চেংহি খুজোক অমা চাইশেলদগী লৌখৎলগা মাগী মকোক্তা হাপ্লগা শ্রু শ্রু নোইদুনা থোক লুজবিরকপদা মনিমোহন জ্ঞান খংতা তারকখি-খঙলকখি মহাক চেংহি লুজবা হৌরে হায়বা।

নুংথিল নুমিদাংব্রাইবম থৌরানী ফজতোনগী উখোঙ্ পোৎফমদা শিংজু - বোরা সেসন্দা অমুক উনরে মনিমেহন ইবেচা। হেক উবমক্তদা মনিমোহনগী মমিৎ অদু ইবেচাদগী শুক্লৈ লৈথোকখিদে– শংত্রিক চাগদগুম অদুম য়েংদুনা লৈখি। য়াম্না পামুজবা ফজরবা পোৎশক অমা উবদা মুন্দুনা পুংশুম শুন্ধত্তুনা লৈবগুম তৌরম্মী। ইবেচা কয়া হৈনদে। য়েংমল্লবা অদুদা মমায় হুৎ হুৎ লৈদুনা খাঙলম্বী ইবেচা খাঙবা ঙমদ্রদুনা মচীন্না থোক্লা হায়রকখি –"য়েংসু য়েংখ্রেদা খিৎ।" অসি হায়রকপা তাবদা জ্ঞান খংতা তারক্তুনা মমিৎ মনা তশিং তশিংখি।

মনিমোহন্না হায়রকখি –"থৌরানী ইচনশিংসে শিংজু-বোরা চানি হায় খর তশ্বীরকউ।"

"লৈশাবীশা নখোয়গীদি পুখমসিদা পুন্না শিংজু বোরাসু লৈরে। ইবুংঙো মনিমোহন নঙ্গীনা শেম্পাকসিদা লৈরে।" হায়না শিংজু বোরা তম্না তম্না মখা তারকখি।

"ইবুংঙো মনিমোহন নঙনা শিংজু-বোরা খাঙলিসিবু করিগীনো ?" মদু তাবদা ইবেচাওবীনা –"অদুবুরো থৌরানী ঐখোয় তা-মনিমোহনসি মেট্রিক পাস তৌরে ফাষ্ট ডিবিজন্দা অদুদা নুংঙাইদুনা ঐখোয়না শিংজু-বোরা কোংহল্লিবনি।"

"ও অদুগী ওইরে, শিংজুদু থুম মোরোক য়ারবরা য়েংউ।"

"থৌরানী ! থোইদিংগা বেসনগা খব হাম্লীরকউ চাকব্রাই অফুংপসু।"

"হাউগ্রে হাউগ্রে" হায়না "সিশা সিশা" তৌরদুনা লৈশাবীশিং অদু ব্রারী "জুজা জুজা" শানা শানা চারম্মী। মনিমোহনদি শিংজু বোরাদা ব্রাখল চণ্ডলমদে। মানা য়েংখিবা মফমদগী মিং চোইথোক্কনা লৈরম্মী। থৌরানী ফজতোন্না হংলকপা "মখাদি কদাইদা তমথগদৌরি" হায়বদু পাক তারমদে। মাগী মহুত্তা ইবেচাওবীনা খুম্লকখি – "থৌরানি ! তোম্বীম্লানা হায়বদি কলিকতাদা তমগনি সিট রিজার্ব তৌগ্রে হায়।"

লৈশাবীশিং অদু শিংজু-বোরা চাবা লোইগ্রে –"হাউগ্রে তা মনিমোহন" হায়রকপসু য়াওই-পুখম সেম্পাক ফেঙ্দোক চামথোক্লম্লগা হন্নগ্রে। থৌরানী ফজতোন পোৎশিং ফজরে মখা য়োন্নীংঙাই লৈত্রে। মনিমোহন ব্রাখলনা উংলি– ইবেচাগী পুক্লীংদা মনিমোহনগী মিং অদু কি তুক্কচ্চখি –অদুবু উদুনতা লৈখি।

মনিমোহনসু থৌরানী ফজতোনগী শিংজু-বোরাগী মমল পীরম্লগা ময়ুমদা হল্লকখি। থৌরানীসু মাগী মপোৎ লোইনা শিত্তুনা হবাও-নুংঙাইনা ময়ুমদা হনখি। অদুবু মনিমোহনদি ইবেচাগী ব্রাখলদা পুংঙাও ঙাওরম্মী চানি - থক্লি কাউগ্রে। কবিননো খঙ্দে ইবেচাবু লৈকায়গী মচন্নী হায়না মবুক্তা খনবা শুকঙম ঙমদে। ইবেচাগী মনাক হেক য়ৌবগা শিবুং শিবুং লাউই, থবাক মিহুল দং দং চোংই, মশাগী ঈ ফোং ফোং শাগৎলক্তুনা মমায় উং উং তৌরকই। ব্রা ঙাঙ্বা থোক্তে ঙাঙ্লবসু লৈবোই-লৈফাই তৌই –অদুবু মাগী মমিৎ অদুদি ইবেচাদা চুমদ্রিং য়েংবদগী শুক্লে লৈথোক্লীংদে।

মনিমোহন মেট্রিক পাস তৌবা মতমদা চহি ১৮ শুরে তবামাপল চঙ্লে। জাপান লান মমাঙ্দা চৎনবী অমা ওইনা চহি মঙা শুদ্রিবা ফাওবা অঙাং অমত্তা মহৈ মশিং তম্বা লাইরিক তম্বা হৌনরমদে। চহি মঙা শুরকপদা বিদ্যারম্ভ হায়না কৌদুনা ওঝা অমদা বোরিরগা লাইরিক তম্বা হৌই। ক্লাস ১ অসি অহানবা, অনীশুবা, অহুমশুবা অমসুং মরিশুবা হায়না খায়দোক্তুনা চহি মরি চঙ্না তম্মী। ক্লাস ২,৩ অমসুং ৪ বু মঙাশুবা তরুকশুবা অমসুং তরেৎশুবা কৌদুনা চহি অমমম তম্বী। ক্লাস ২ মঙাশুবদা মণিপুর পূম্বগী ওইবা অপূনবা বৃত্তি পরিক্ষা তৌই, অশুম্না ক্লাস ৪ দসু তরেৎশুবা কৌদুনা মণিপুর পূম্বগী ওইবা বৃত্তি পরিক্ষা তৌরগা মকোক ওইবা ছাত্র য়াম্বোখক খনগৎলগা স্কুল অচৌবা হায়না খঙনবা জোন্সটোন হায় স্কুলদা ক্লাস ৫ তগী ১০ ফাওবা তম্লগা মেট্রিক পরিক্ষা থাদুনা পাস তৌরবনি মনিমোহন। ক্লাস ২ অমসুং ক্লাস ৪ বৃত্তি পরিক্ষাদা ফেল ওইহৌবা পূম্বা লাইরিক তম্ফম লৈতদুনা তম্বা তোক্লরিবনি। পাস তৌরবসু য়াঙখৈ খনগৎপা অদুদা য়াওদ্রবদি তমফম লৈতদুনা তোক্লরমলিবনি। অদুবু খৃ : ১৯৩৯ দদি সিসি হায়স্কুল, তোম্বীম্না হায়স্কুল, রামলাল পাল বেঙ্গলী হায়স্কুল লৈদুনা ক্লাস ফোরগী বৃত্তি পরিক্ষাদা পাস তৌরবা য়াংখৈ খনগৎপদা য়াওদবশিংসু লাইরিক মখা তমথবদি য়ারে। অদুবু জোন্সটোন স্কুল অচৌবদগী

মেট্রিক পাস তৌরবদি লান মমাঙদদি লাইরিক য়াম্না হৈরে হায়না লৌনরম্মী —মেট্রিক থাবা মতমদা ছাত্রপূম্বা মশাগী চহি ১৮ দগী তাবা কয়া য়াওরমদে। অদুনা লাইরিক হৈবা মশীং খুৎ থেক্কুনা পাবদা মনিমোহনসু য়াওরবনি —মানা লাকপা মফম মফমদা লৈশাবীশিংনা থোঙ্গালদা থোক্কুনা য়েংনরবনি।

মেট্রিক পরিক্ষা ফার্ষ্ট ডিবিজন্দা পাস তৌরদুনা মথোই কারবা মনিমোহন খনবা মখৈ খল্লবা মতুংদা চয়োল অনীগী তুং কলিকতা চৎকদবা নুমিৎ নিনি ব্রাৎলিঙৈদা মফি তাখত্তুনা অরৈবা থৌনা পুথোক্কুনা ইবেচাগী য়ুমদা লাকখি অদুগা ইবেচাদা লৈরাং লৈপাল ফুক্কে হায়না পাউথেম্লম্মী। অদুবু নুপীনা পামদবা য়ানীংদবা হায়বা অসিসু য়াম্না চাউবা পন্ অমনি। মশক ফজবা লাইরিক হৈবা ইনাক খুনবা করিসু লৈতে। খুৎ থেক্কুনা পানবদা য়াওরবা মনিমোহন কৈসু লৈতে। মশানা য়ানিংদবগী মরম্না নোংমগী কোরৌ চূপ্পবু খুম্মোই হায়বা ওমহৌই।

খোয়রাঙ খোয়শাওননা খোই মহুমদা চৈনা থিনবগুম মাগী থোয়ববা থম্মোইদা পতুম্না য়ুবগুম্না ময়ুমদা হল্লকখি মনিমোহন। চাবা-থকপা চঙখিদে —ব্রখলনা উংদুনা অহীং চূপ্পা মিৎকক্কা অমত্তা তুমখিদে। ইনুংবা ছোরা তৈরবদা পাখঙ্ মথোৎ কারবা মনিমোহন অহীং তূমদবগী ঙাঙ্লবা মিৎস্না পুদুনা ইবেচাগী থোঙ্গাল য়ৌরক্কে। মশা মশাগী থবক্কী মপু মবেন মপা মমা চথোকখিবা মতম তাঞ্জা য়েংদুনা চঙলক্কগা ইবেচাগা উনরম্মী। ইবেচানা হাল্লকপা হিদাক থক্কে — অদুম মৈখু কাদুনা লৈ। মোরা অমদা ফনা কুইনা মরু লুকথদুনা তুমিন্না ফম্লবা তুংদা মমায় ওনখৎলক্কুনা মনাক্তা ফম্লিবী ইবেচাদা হায়রকখি —"শানৌ ইনেমমচা নহে চাগে ইবেম্মা নপাল চিনগে হায়ববু য়াররোইদ্রা নুংশিবী। ঙসি কোরৌ নুমিত্তা নিংঙোলগী পূক্লীংগী অরোইবা ব্রা হায়দোকউ।" পাখঙ মপাউ তাবদা পাখঙগী থৌরবা মিৎপু কিজরিবী ঙাইহাক তুমিন্ লৈরুরগা য়াম্না হায়নীংদনা হায়রকখি :— "শাবী ইবুংঙো নুংশিবা ! হন্দক্কী মপোক অসিদদি ঙম্মরোইদো নুংশিবা। হয়েংমুক্কী মপোক্তা পাখঙগী লমন নীংথিনা শিংজগেকো পাম্মুবা !"

নুরাগী মপাউ তাবদা তীং লাউনা পাল্লবা পাখঙ মথোল কারবা মনিমোহন হুমাং অনপ্পা কা -নুংহিক্করবা খোয়দৌ শীক্লা ব্রারৌনা শাউরদুনা হায়রকখি :— "শানৌ ইবেম্মা নুংশিবী ! হন্দক্কী মপোক অসিদা, শিরোই-নারোই হায়ববু করম্না খঙ্বগে?"

নুরা মনেমমচা ইবেচানা খুমদোরকখি :— "ইপুনা মাইবনি, ইবেম্না মাইবীনি, ইপা ডাক্টরগী মচানি ইদোম করি নাগনি ইদোম করি শিগদগে ? মনুং মতম চাদনা শিরোই নারোই ইবুংঙো।"

ব্রারম অদু তাবদা নুংহিক্করবা মনিমোহন ব্রারৌ পুক্রৌননা হায়রকখি —"শানৌ ইবেম্মা নুংশিবী ! হন্দক্কী মপোক লাংওন্দা নঙনা খুদুম চলহৌরেদো নুংশিবী। হয়েং খম্নুং শব্রা তান্ অমন্গী য়াইথোঙ কূম্নগা বৈতরনী তুরেল মপান্দা লমন শিংগেকো

নুংশিবী। মতমদু ফাও লমচেক্লা খোঙজোম্বী লমখুনুবু ওইদুনা নঙনা খমুং শন্না তান্ অমনগী য়াইথোং কুম্বু হে য়েঙ্গেকো। ব্রারম অসি হায়দুনা ইকায়বনা মাঙওইনা ঙকশম তোংদম হাই লাবা চরৈ কন্দুনা চৎখিদো।

খাঙঙমদনা ইকায় শরৈনরবা নুংবংনরবা পাখঙ মথোল কাবা মনিমোহন কলিকতা চৎখিদ্রে; ইবেচা মশুংলাংগী হয়ু মনু শঙলক্লে তৌরাং ফক্তা য়াওল্লে অয়ো হায়নবু নোংদমলে। পলেম্মা —“ পারী ইবুংঙো নুংশিবা ! তাইবঙ চাক্তি নীংথিবা খুবাম হুকউনে ইবুংঙো।” হায়ববু মনিমোহন তরা চাও হায়বা য়াখিদে।

পলেম মমানা মিৎম্না তরং ঈহৌনা নুংহিক্লনা হায়বকই —“পারী ইবুংঙো নুংশিবা ! পুপাং শুদনা নাউকোল্লকই হায়না ব্রারৌরবরনে নঙবু, ননীং থুংদবা কবি লৈবগে ? অঙাং নান্না ওইনা পম্থৌ শেৎনরবা নঙ্বু পলেম নমা ঐনা নুমিৎ-থা য়েংগুম য়েংজদুনা নাউকোঞ্জরকপনি, চাউননবা য়োকচবকপনি— নহাক্লা লৈত্রবদা নমা ঐদি করি ওইনি। নচন অপীখক অসিবু নুংশিদ্রবরনে ইবুংঙো। চাক চখোম অমত্তদি হুকউনে ইবুংঙো।”

মনিমোহন তরা চাও হাযবা শুকয়ামক যাখিদ্রে। মচা পাখং অসিবু খাঙমাথক্তা অমনগী য়াইথোং কুমশ্বগদ্রা নুংশা থীদুনা মাইবা মাইবী ডাক্তরদা তনেৎ শেনবু থাদুনা পাখঙ লায়কন্নববু শিঙেন অবেম্বু লৈরাং অতিংঙা ওইবেদো। ব্রাবা ফৈবেল লাওবা ফম্মাংচীং, খুনু মীশা তাম্বা লুরুকচীং সন্না মিতমপোক লাইবা নূংঙামলেনবু য়েঙ্গে হায়রক্লে। ম্নজিংগী চীংদোন্দা গঙ্গা ঈরম তরেৎমক চেল্লক্লে। খাম্বী মৈত্রেং অরাবা গুরুগী ফানথোং নীংথিবা চাক্লগেবু হায়রক্লে। লাইজ ঈশিং অচৌবনা গুরুগী ফানখোঙ নীংথিবা থূম্লগে হায়রক্লে। মালঙ খঙ্গোন্ অয়াঙবা গুরুগী ফানথোঙ্ নীংথিবা হুমদোক্লগে হায়বক্লে। থব্রায় চেক্লা অপিখক থোঙাকনিদা অশিথেন্ খমুং কিকোই লৌওনবীগী মচিম য়ৌগে হায়বক্লে। খমুংগী কিকোই লৌওনবী অমন শাবী লৌওনবীনা শ্রী অঙ্গ তাউজীং হৈকোম্নুংদগী হৈরাং মচেৎনা শংবা হৈ তাউজীং তঙ্খাইনা মুনবা হৈ, খোংবান নান্না পিরেল হৈ তাউজীং খুত্তা পায়দুনা, তারি মালৈ কাওদুনা হৈরাং চাওবু পাউথেম্বা য়াখ্রবোই মনিমোহন। পাখঙ চামনা শিরগা নুরা চামনা ঙাইনফম, নুরা চামনা শিরগা পাখঙ চামনা ঙাইন পূং, খমুংগী শন্না ঙাইনথেন অমনগী য়াইথোং ঙাইনপুং হে য়ৌরক্লে।

মপন্গী শুমাং মথৌবুং তাবুরোইদি অতেম্বা, ফিজংগী লৈনা খন্দুনা, লারা লাতোম্না মাইথ ওই, লফু মতৃপ্না মোলাং শা, থেঙ্গু সন্না য়াইপ্পবু লাইরেন শাংবা য়াতাবা ওইখরে। পলেম মমা ইবেম্মনা পাখঙ মথোল কাববু চেঙহি-উতি নীংথিনা লুবিরে, পাখঙগী শমচেৎ ব্রাশমচেৎনা শমজেৎ তোলাং হাত্তোক্লে। পাখঙগী শামায় নীংথিবা হাম্বীরে, চরৈ ফিডৌ শেৎপীরে। তুরেলগী চাংজৌ মপান্দা শীংবী অনীনা কারন চন্ থাকল চান্দুয়া য়াত্তুনা মপুগী হিয়াং কুম্মেগুম পাখঙগী শমু হুকচাং নীংখিবদো খাম্বী মৈতান ওইদুনা মাঙহৌরে। পাখঙগী য়াইবী থব্রাম্বদি থোঙাক লাইরেম্মা য়ৌর

পাখঙ্ মখোল কারবা মনিমোহনগী শমু হুকচাংনা খাম্বী মৈতান ঝোইদুনা তুমখিবা, পাখঙগী য়াইবী থবায়না খোঙাক লাইরেম্মা য়ৌখিবা নোং হেক ঙানবা অয়ুক অদুদা লমখুনু অদু পাইরকখি। "কু কু ক্রু কু, কু কু ক্রু কু" খোংদুনা শুমাং মতোন্দা তাবা চেং ফৌ খুন্দুনা চারে। মনিমোহনগী মমা শঙ্গাইনা কপ্পা কপ্পা মচা নুপাবু কৌরদুনা —" পাবী ইবুংঙো নুংশিবা নঙ্ লাক্লবরা ? লাউ লাউ, সে সে ইমানা নঙগীদমক খাক্লিবনি হায়দুনা চেঙ্ খুবাম চাইরম্মী। লমখুনুনা খুন্দুনা চারম্মী "কু কু ক্রু কু, কু কু ক্রু কু।"

অসিগী মতুং তাবা পাখঙ মখোল কাবগী ঝারী অহল-লমন্না লীবিরম্বা থাবল চোংবগী শৈশক ওইনা শক্লরম্বদি— "পাখঙ মখোল কাবগী য়াইবী থবায়না খোঙাক য়ৌরক্লবা মতমদা খোঙাক লাইরেম্মনা হায়রকখি" —

"পাবী ইবুংঙো লাক্লবরা ?"

"পলেম ইবেম্মা লাকচরে। বৈতরনী তুরেল য়ৌনবা যাংলৌ লপ্পী অচুম্বা শমু খুংনা থিন্নবু তাকপীয়ু।"

"পাবী ইবুংঙো নুংশিবা লোইবী চীংখাঙ্ কাবকউ।"

বৈতবানী য়ৌবা য়াংলৌবু শমু খুংনা থিন্নবু তাকপীবে।

পাখঙ য়াইবী থবায়দু বৈতরনী চাংজৌ মপান্দা হে থুংঙবে। তোংজেল ফুরিৎ লিত্তুনা খুমু নৌদি খুত্তা পায় খোঙনেৎ হি তোংদুনা বৈতরনী লানগে তৌবদা নুবা মনেম মচাবু নীংশিংলকখি —"পাখঙ ওইবা ঐহাক্না অমনগী য়াইথোং কৃম্বদি নুরা মশুং লাংগীনি, শানৌ মাবু ঙাইখিগে, মাঙগী লমন শিংখিগে " হায়না ঙাইদুনা লৈখিদো।"

নুমিৎ অসিদগী হৌনা নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক অমসুং নুংদাং ঝাইরমদা সঙ্গাইগী শুমাং মতোন্দা অমদি ইবেচা খোয়গী শুমাংদা লাক্লুনা লমখুনু অদুনা " কু কু ক্রু কু, কু কু ক্রু কু" খোংদুনা চেঙ ফৌ খুন্দুনা চারে। ইবেমচা হেক উবদা "কু কু ক্রু কু" হেক হেক খোংই নোম্না নোম্না চত্তুনা চেঙ মরু অমমম খুন্দুনা চায়।

মোম্নু মনেম মচাদি মাবু পোকপা পম্বৌগী য়াথং ইন্দুনা অপাম নুংশি থুংনদুনা মপারী মমোম শাংখ্রে। নুরা ইনেমমচা ইবেচোনা লুহোংখিবা নুমিত্তগী লমখুনু অদুসু ইবেচাগী নুপা ময়ুমগী শুমাংদা চাক্তাবা হৌখি।

খোয়ুম নোংদম থীবনা ইবেচা তাইবং চিঙাক চারিঙৈ চাক্তোন ফিদোন লোমদনা অঙাং উনবদা খম্নুং সব্রা তাম অমনগী য়াইথোং কৃম্লক্রে। বৈতরনী চাংজৌ য়ৌরক্রে। পাঙ্গল শোনবী ওইবনা বৈতরনী চাংজৌ লানবদি ঙমদরে। মোম্নুনা কোয়না য়েংবদা মথংলেন মমান মচাবু উরুরে।

পাখঙগী চেঙলৌ উবদা নুরা মোম্নু অপিশ্বক নোংদম ওইবা বিধাতানা বৈতরনী চাংজৌ মপান্দা ওম্বোইরো হায়নবু তম্নম্নবোই ঙসিদি। পাখঙবু লানবীয়ু হায়রবসু লানবীগনি নীংদেদা, হায়রোই হায়না নীংবসু ঝাংলেন পুঙ্গোই শোয়রনি।

নিংঙোন্না য়াম্না ইকাই-ইকাইনা কৌরক্লে—"বৈতরনী চাংজৌ মপান্দা তোংজি ফুরিৎনরিবা- ব্রাকয়ে হিবু তোংলিবা খুমু খুৎশুনরিবা নুপী অবলা জাৎনিদো, শাবীবুদি শানদুম ব্রাকয়ে হিবু লানবীয়ু বৈতরনী তুরেল লুকোইবু লাম্ফোকপীয়ু হে।"

নুরাগী মপাও তাবদা পাখঙ্ পুংদোল কাবনা পাউখুম্মী :-" নুরা মোম্মু অপিখক! নহান নোং তাইবং পানদদি নহৈ চাগে পীজদে নপাল চিনগে চিলহন্দে; হৌজিক খম্মুং সব্রা তাম্নবদা ব্রাকয়ে লাল্লু হায়বদি হে লানঙম্মোই।"

"হায়বীনুনে নুংশিবা ! লানবীয়ুনে ইবুংঙো।"

"লানবা ঙম্মোইনে অপিখক! নহান তাইবং পানদদি ইপু মাইবা মশুনি, ইবেন মাইবী মশুনি ইপা ডাক্টর মচানি, শিরোই নারোই হায়বদাই? হৌজিক খম্মুং সব্রাদা নদোম করি তাম্বগে ? নপা লাইয়েংঙক্তবরা নপু লাইয়েংঙক্তবরা ? লানবা ঙম্মোই নুংশিবী!"

"লানবীগনু নুংশিবা! ঐবু পোকপা পম্মৌনা লুখুমগী শেলবু হাপ্লকই। ঐবু পোকপী পলেম্মা খুয়াগী শেনফু হাপ্লকই। হঙোই নুরা কোঞ্জেংবী লৈকুদা ঈশৈ শক্লিবী লৈরাই তেংথা হৈবিবু লালহনগে।"

"লালহন্লুনে নুংশিবী ।"

নুবা অবলা ওইবীনা হঙোইদা লানবীয়ু হায়বদা হঙোই নুরা কোঞ্জেংবীনা খুম্নকখি —"নহান তাইবঙ মালঙপান্দা নপনগী মাঙ্গোল খেঞ্জোংলাং পিথ্রাই শমুক মাঙদা থা, মোলাং য়ায়দা চন্দুনা অকোয়বী থম্বাল শাবুবু লোল্লিঙৈ নপনগী শুমাং মথৌবুং তাবুরোইগী মতোন্দা তাঙজলিলহা পাখঙবনা হঙোইগী খ্বাঙ্দা লাক্লবদা য়াইবী মাঙনীংদবগী মরম্মা নুরা নঙবু কৌদুনা থব্রায় কনবীয়ু হায়জবদা কনবীখিদেদো ইবেম্মা! লানবা ঙম্মোই ঐহাক্তি।"

হঙোই মপাউ তাবদা—"লানবীগনুদা হংঙোই ও!" পম্মৌনা তাক্পা লমনদি লোয়ুম্বা ফানখোং ফুক্লগে, পলেম্মা তাক্পা লমনদি ব্রাকয়ে হিবু ওইহনগে। শল্লাং অনিনা থোংশা, শল্লাং অমনা পাম্বৈ ওই, পারী অমনা নমদা থোং ইমোম অমনা থাদা কোন্, ইমোম্মা তম্বা হিরানবা করম্মা য়েঙ্গেগে নুংশিবা।"

পাখঙ্ মথোন কাবনা নুরাগী মপাউ তাবদা, নুরাগী মতৌ য়েংবদা হে নুংঙোল্লে।

"নুরা মোম্মু অপিখক! নতৌ য়েঙ্গে তৌবনি! লাকও লাকও নুংশিবী, বৈতরনী লাল্লসি।"

ব্রারম অসি হায়রগা ব্রাকয়ে হিদোম থক্কুদা নুরা মোম্মু অপিখক ফৈরা থক্তা পমদুনা মোম্মু মনেম মচাবু বৈতরনী তুরেল অচৌবা হে লানবীরে।

পলেম মানবী ইমাখোয়, তাইবঙ মালঙ্পান্দদি অপাম নুংশি থুংনদে। খম্লুংগী সন্না তাম্নবা অমনগী য়াইখোং কুম্নবদা অপাম নুংশি নুংঙোনবা থুংনখি। শানৌ মচীন মনাওদো কোরৌ নোঙ্গারুরেদো। খোয়ুম লাইখোঙ্ খুদীংদা তরেৎকী শেলবু কৎলুরে।

খোয়ুমগী য়াথং ইন্দুনা শানৌ মচিন মনাওদো মৈত লোকপু কৌবদা কেতকীনা শাৎপগুম শাৎলরে। মপোক লাংওন অমদা অপাম নুংশি থুংনদ্রবসু মপোক লাংওন অমদা থুংনখিয়ে।

পাখঙ্ মথোল কাবনা নুরা মনেম মচাগা লোয়ননা বৈতরনী লানখিবা নুমিত্তগী লমখুনু অদু লাকখিদ্রে সঙ্গাইগী শুমাংদা অদুবু নুমিৎ খুদীংগী অয়ুক্তা সঙ্গাইনা মচানুপা লাকপ্রা য়েংবদি তোকপা লৈখিদে।

ইম্ফাল, ১১.০৭.০৫

---

পাখঙ মথোল কাবগী বৈতরনী লানবগী নুরাবু থেম্বদগী হৌনা হান্নী মতেক অসি "বারুগী হ্মারেং শৈরেং"দগীএদাপ্ট তৌবনি।

## (৮)

## "খোংনাং যটা"

ইং শক ১৯৩৭ কী ৱানি। মণিপুরেশ্বর মহারাজ সার চুরাচান্দ সিংহগী নিংথৌ শক্তি পন্দোন লোম্লকপা মতম্মি - মাগী য়াথংনা লৈবাক্কী আইন্নী, প্রজাপুম্নমনা নিংথৌবু বিঙ্কুনি হায়না খন্নবা মতম্মি। চহি অনীগী মমাঙ্ খৃ: ১৯৩৪-৩৫ ইংদা ভারতকী বৃটিশ সরকারনা কে সি এস আই উপাধি পীদুনা ইকায়খুম্নখ্রবনি --মদুগী নুংঙাইবা ফোংদোক্তুনা লৈবাক হুপ্পা মহারাজবু চীংমৈরোংদা ওকখিবনি। চহি অদুমক্তদা অৱাং ফাৎলৌ লাইমকোন্দগী য়াল্লুবা উনা মহারাজগী খুনেৎ হি ইশম চাইবা ৱাকয়ৈ খম্লাং পাম শাবসু লোইদুনা হিয়াং খুনেৎনখিবনি। চহি অনীগী তুং খৃ: ১৯৩৯ ইংদা চেঙ তাঙ্‌বগী ৱাহৌদা থোকখিবা নুপীলান তুংদগী সার চুরাচান্দ মহারাজগী মরায় চায়থবা হৌখিবনি। অদুবু ইংশক ১৯৩৭ অসিদি মহারাজগী শক্তি মতোল্লোম্বা মতম্মি।

শ্রীযুৎ মহারাজনা শিলংনচিংবদা টুর চৎখিদুনা মণিপুরগী মপান্দা লৈখিবা নত্তবা ইম্ফালদা সনাকোনুংদা লৈবা মতমদদি নুমিৎ খুদীংগী সনাকোনুং কারিবা সনাকোনুংগী লোইশঙ্ পুখা অমদি লোইশঙ্ মচাশিংতা নত্তনা চৎনবী অমা ওইনা মণিপুরগী খমদোং য়াইতোংবশিং, সরকারগী ফম অচৌবা পায়রিবশিং, দরবার মেম্বর, চৈরাপ পঞ্চাই মেম্বর অমদি সরকারগী অফিসকী মকোক থোংবা অফিসার পুম্বা নুংথিল নুংদাংৱাইরমদা শক্তিগী মরু ওইরিবা মহারাজ খুরুম্বা কোনুং কানরম্মী মখোয়না সনাকোনুংগী মনুং কাঙজেবুংগা মায়োক্লনা লৈবা সঙ্গাই মাঙ্গোলদা ফমদুনা মহারাজ লেঙথোরকপা ঙাইদুনা লৈনৈ।

অসিগুম্বা মহারাজগী সেবক-শাখা মনাই ওইবা, তিন্নরকপা, মহারাজবু খঞ্জবা লৈবাক্কী অঙম্বনা তিনবা ইনর্ফোমেল ওইবা দরবার অসিদা নুংঙাই নুংঙাইবা ৱারী ৱাতাই ফাগী জোগাই তৌনৈ, লৈবাক্কী থৌদোক ৱাথোক অঙকপা পাউ কয়া শ্রীযুৎতা হঙ্গৎলি মশা মশাগী ৱাকৎসু তাঞ্জা য়েংনা নিংথৌগী হেন্না নকুবা হাকথংশিংদা মহারাজ য়ৌনবা হঙ্গৎনৈ; নিংথৌগী য়াথংসু খণ্ডহল্লি-- অরোন অথুপ পাউ শঙ্গাইগী য়েৎথংবা নাকন্দা হৌরিবা তোমাল মখোঙ্‌দা খুৎশিন্নে। মরক মরক্তা লীলা পালা, ৱারী, পেনা,

খোংজোম পর্ব্ব, ঈশৈ, শুমাং লীলাসু তৌই — মতমদুদা সনাকোনুংগী লৈমকোনগী রানীশিং মজাইবেস্মশিং অমসুং মখোয়গী মমান্নবীশিংসু থোরক্কুনা য়েংই। সনাকোনুং লৈমকোনগী কনাগুম্বীবু মিতাবা পাখং অমদি লৈমকোনগী কনাগুম্বীনা মিতাবা পাখঙ নহা কয়াসু লীলা য়েংবগী নামাদা সনা কোনুং য়ৌজরকই —কোনুং মনুং চঙবগী তাঞ্জা ফংই।

অসিগুম্বা সেবক শাখাগী ওইবা মহারাজগী মনুংগী ওইবা দরবার লোইরবা তুংদা নোংমা ওঝা কুলিজাওবনা মহারাজগী থৌগল খোংজোম পর্ব্ব ঈশৈ শক্লম্মী। ঈশৈ অদু নুংঙাইমনস্ত্রদুনা তোমপীশক সনা কোনুংদগী মযুমদা হন্ননবা থোরকপা থেঙদোকখ্রে —নোংয়াই য়ৌগদবা খিত্তা ঙায়রম্লে। সনা কোনুংগী খা থংবদা থাঙ্গপাং মপান্দা খোংনাং পাম্বী অচৌবা অমা হৌরম্মী - খোংনাং যটা কৌই লাইফমনি হায়না যাম্না কিনৈ। খোংনাং যটা লাইরেম্বী নোংথি-নোংমংবা নুমিত্তা হাওনুবী শমপুবী ওইনা থোরকই হায়নৈ, মায়োক্লনা হেক থেংনরবদি শি হায়নৈ। ঙসি নোংথি নোংমংবা নুমিৎসিদা করিননো খঙদে খোংনাং যটা মপা য়ৌরকপদা মহাক হেক্তা মখোঙ হাম্লীংলক্লে। সনা পরপ পরপ চঙশিন্দুনাখোংনাং মখোং মরুমদা ফমথরম্মী। মশাদা অকি অখং লৈত্রবা থৌনা ফবা নুপানি, কৈসু নাচুংদে-হান্ননসু মফমসিদা কয়ারক হন্না খোঙ হামখ্রবনি। অদুবু ঙসিদি কবিননো খঙ্দে নিংকোক নিংকোকই খোঙ হাম্বগী হেক ফমথবদা হাওনম নম্বা নুংশিৎ অশাবা মমায়দা হুং লাউনা হুমজিল্লকখি —কনাগুম্বী নুপী অমসু মনাক্তা য়ামা নক্না চংখিবগী ফনেক্কী শহুম ফংখিবগুম তৌখি —মিহুন দং দং চোংখি। শাওনিংবগা লোযননা " হেবা কনানো উশিত্তেদো" হায়দুনা লৈতুম অমা ফক্তুনা মাঙলোমদা ফনেক্কী শহুম ফংখি খনবা মায়কৈদা লংখি। খোঙহাম্বা লোইরবা তুং থাঙ্গপাংতা মশা শেংদোক্লগা কৈসু থৌশা ঝাশাদনা ময়ুম তান্না চংখি। অদুবু ময়ুম হেক য়ৌবগা মশা খংঙম্ ঙল্লক্তে অনা লাইওং খঙদনা নারকখি। মাইবা মাইবী দাক্তব কৌদুনা য়েংববু য়েংবা ঙমখিদে। নুমিৎ নিনি নারম্লগা শিখি।

তোমপীশক সনা মতমদুগী মণিপুরগী লাইরিক হৈবা মী খুৎ থেক্তুনা পানবদা য়াওবা মশীং মঙা তরাগী মনুংদা য়াওবা নুপানি, বি এ (ইংলিস) ওনসনি। মণিপুরগী অচৌবা ফম্নাইবনি। মানা ওইরম্বা সুপারিন্টেন্ডেন্ট মণিপুর ষ্টেট অফিস মণিপুরগী লৈঙাক সাসনগী ভারপূম্না পুবা অচৌবা ফমনি, মাগী মথক্তা প্রসিডেন্ট মণিপুর ষ্টেট দরবার অমসুং মহারাজতনি। ইং ১৮৯১ দা ব্রিটিসনা মণিপুর লৌশিল্লবা তুং চুরাচান্দ মহারাজনা অঙাং ওইরিঙৈদা সুপারিন্টেন্ডেন্ট মণিপুর ষ্টেট ওইরম্বা মেক্সবেলদি মণিপুরগী সাশন মাগী মখুত্তা পূমলৈ লৈরমলিবনি। মরম অদুনা মণিপুর ষ্টেট অফিসকী সুপরিন্টেন্ডেন্টদি মথক্তনি। অতৈ সুপারিন্টেন্ডেন্ট লৈরমদে। মরম অদুনা মহাক শিবা মতমদা লৈবাক ঝা ঝা লাউখি লৈবাক পূম্বা খঙনখি। অবোক্লা তম্লে —"মানা শিরিবদো খোংনা যটা লাইরেম্বী ওক্লবদগীনি। লাইরেম্বদুনা লাকপদা মানা লৈতূম্না থারুই হায়, অদুদা লাইরেম্বীনা মমায় ওনশিল্লক্তুনা খুবাক খুদুনা নোক্লম্মী হায়। খোংনা যটা লাইরেম্বীনা মমায় ওনশিন্দুনবু নোক্লম্লবদি ওক্লকরিবা মীদো হেক্তা শি হায়নৈ।"

চহি অসিমক্তদনি ঐখোয়গী ওঝা ইবোতোনসু শিখিবা। মহাকসু খোংনাং যটা লাইরেম্বী ওক্লবদগী শিবনি হায়নে। ঐহাক্না ওঝা ইবোতোনবু ইকোন কোন্না উখ্‌িবদু সনাকোনুংগী নোংপোক্তা লৈবা কাঙ্‌জেবুংদনি। নুমিৎ অদুদা শগোল কাঙ্‌জে শান্নবদা ওঝা ইবোতোন য়াওই। নুমিৎ অদুদা শগোল কাঙ্‌জে কোৎনবদা কাঙজে মতোন্না মনাতোন্দা শোক্তুনা ঈ য়াম্না থোকখি। অদুগী মথংগী নুমিত্তা মহাক নারে হায়দুনা স্কুল কারকখিদ্রে— মাগী মনাওনুপা অনীনা মথং মথং মাগী মহুৎ শিন্দুনা ঐখোয়বু তম্বীখি। থা অহুম্লোমগী তুংদা ওঝা ইবোতোন শিরে —মাগী সংস্কার মোইরাংখোম স্কুলগী মমাঙমক্তদা তৌবনা ঐখোয় লোইনা উখি। অবোক্না য়ুমদা পাউ তশ্লে —"ওঝা ইবোতোন শিরিবদু খোংনাং যটা লাইরেম্বী ওক্লবদগী নাদুনা শিবনি। মাসু খোংনা যটা মখোঙদা খোঙ হাম্লুবদা লাই ওক্লরকপনি লাইরেম্বীনা মনাক্তা লাকপদা থীনা চৈরুই হায়, খুবাক খুদুনা নোক্লরম্মী হায়।" অবোক্না হায়খি —"ইশুশা খোংনা যটা লাইরেম্বী ওক্লরবদি শুম্না হায়য়ু —নঙ্‌দি গুরু অরিবমগী মীনাই নুপীনি - অদুম তৌজনু গুরু অরিবম তাক্কনি।" "শুম্না হায়রবদি মা মথক্তা মরু লুক্না চৎচখিনি নখোয়দা কৈসু তৌরোই।" খোংনাং যটা মপা হেক য়ৌবদা অবোক্কী লাইবাসে হেক হেক নীংশিংই।

গুরু অরিবম অমুবী শর্ম্মা ১৮, নিংথেম চীংথং খোম্বা মহারাজগী অচানবা মনাইনি, হুকশেনবনি, রশোই পান্নবনি। নিংথেমগী লুক হৌই, নিংথেমগা লোয়ননা লান তৌই —য়েক্লবা তানখায়বদা মপা লৈতনা থৌনা ফবা পাথৌনি, চেকশবা চক্রপানি অথৌবগী পরবানি। শকাব্দ ১৬৮৫ থবান থাদা নিংথেম মরাম্বনা নোংগাপ্রবদা মনাও-ইবুংঙো মৈদিংঙু চীংথংখোম্বনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইরবা তুং ইকুই কুইদনা অবা লানগারকখি। হন্দক্কী অবা লানগারকপসি মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বনা লমজীংলকপনি। বায়েনবম মচা খেলেম্বা নিংথেম চীংথংখোম্বগী মমাশিজগা পোকমিন্নবা মামনি। চহি ৭ কী মমাঙ নিংথেম মরাম্বগী মতমদা মোইরাং নিংথৌ হাপখি। মহাক্না মমাক নিংথৌদা মোইরাংগী লম অহানবদা চীংঙা ফাওবা মথংদা লোকপচীং ফাওবা পীয়ু হায়রবদা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বনা য়াখিদবদগী শাওদুনা অবা লান নেক্লবনি। মোইরাং লাম্মীগা লোয়ননা খোলেম্বনা অবাগী মীচঙ্‌ ওইদুনা লান্দারকখি। তুমু কৈথেলদা অবাগা শোক্ল বদা ঙমদ্রদুনা হরিচরন সেনাপতি চেল্লকখি। নিংথেম চীংথং খোম্বনা ককচীংদা তেঙ্গোল শাদুনা অবাগা অকনবা লান থেংনখি। লৈবাক মনুংগী য়েক্লবনা লানবাংলবা য়াম্লবা অবা লাম্মী থিংবা ঙমদ্রদুনা নিংথেম লানগাইদুনা ময়াংলমদা চেন্দুনা তেখাও লৈবাক য়ৌখি—

মৈদিংঙু চীংথংখোম্বনা অবা লানগাইদুনা তেখাও তান্না লেঙ্‌বদা অমুবী শর্ম্মানা থৌগল তৌখি—

"ঠাকুর অমুবী।"

"অজ্ঞা।"

"মাঙদা চংখৎখিবা শেলুংবা লুপ্লাকপা অনীগী করি পাও তায় ?"

"অজ্ঞা ! খৌপুম, নুংবা কম্বীবোন ফাওবা অব্রাগা মোইরাংগনা থৎগ্রে; চবোই নোনেবোমদা লুখম্বী য়ৌনা সনা খোঙ লেঙবীবকউ হায়বম্মী।"

"ঐখোয়গা লোয়নরকপা হকশেনবা লাম্মী খরদুদি?"

"অজ্ঞা খর অমনা মাঙদা লাঞ্জাবা হাইগৎগ্রে, খর অমনা তুংদা নীংখোমদুনা ঙাক শেন্দুনা লাকহৌবি।"

"অদুদি ঐখোয় চংপা হৌবসি।"

অসি হায়রদুনা নিংথেম চিংখংখোম্বা মনাই ঠাকুব অমুবীগা লোয়ননা খুনেংশা অদু অমুক তোং, অমুক চূপ্পী পায়দুনা চিং তৌদুনা লৈমতাক্তগী হাইগৎলক্তুনা তাইবেনপোকপী লাম্লগা থঙ্গান খুল তম্না চংখৎলম্মী। থঙ্গান খুল য়ৌববদা মাঙ থাখিবা লাঞ্জাবা কাঙবু উনবে। থঙ্গান খুল্লাকপনা তবাম্না ওক্তুনা খুকম্লগা চেঙ্ পান মাইবেন পুথোক্তুনা ময়ামগী চান-থক্লবা শীল্লাঙলম্মী। ঠাকুব অমুবীনা মৈদিংঙুগী হানবা লুক হৌদুনা ময়াম চামিন্নবগা, অহিং অদুমা লেক্লগা অয়ুক অঙনবদা খুঞ্জা থাদোক্তুনা যেংহল্লুবা থঙ্গান খুল্লাকপনা খুদোং থীনিংঙাই লৈত্রে হায়না পাউ হঙ্গৎলবা তুংদা নিংথেম মাগী কাঙবুগা লোয়ননা খোঙশানখি। থীন্দনা লাংদানমৈ, চবোইচকোৎ লোং লাম্বোবক্লগা নুমিৎ তাবমদাইদা নোনে য়ৌবে।

লাংদানমৈ অমসুং চবোইচকোৎ লোংদদি খুল্লাকপশিং থোবক্তুনা নিংথেম্বু ওক্লম্মী অমসুং অঙম্বা মতেং পাংলকখি। অদুবু নোনেদদি খুল্লাকপা খুন্দগী মপান থোক্লকখিদে। খুনগী নামুংবা মতমনি হায়দুনা খুঞ্জাশিংসু মপান থোক্কে মীতোপসু খুন মনুং চঙহল্লমদে। নিংথেম্মা মনাই খব থাদুনা চেঙ চাক খব পীবকউ হায়না হাযহল্লুবসু লায়ববা খুন্নি লৈজদে হায়না পীবকখিদে। নোনে খুল্লাকপদু নিংথেমগী মথক্তা মালোম অমা লৈবগুম তৌই। নুমিৎচুপ্পা অমা পোথাবালৈতনা অঙম্বা চীংলম্বীদা লাকপগী ব্রাববা অবাম খৌবাংবনা চোকথববা, লান্দা মায়থীবদুনা লানগাইদুনা চেল্লক্লিবা মশাগী লাম্মী তেঙ্গোল তাকম্রবা য়েক্লবনা কোযতান তান্নবনা লোন্না মথব্রায় হিংনবা চেল্লিবা মরোল মবাং তাক্লবা নিংথৌ, মবৈবাক মক্তদা মাগী প্রজানা উশিৎপিদ্রবা মখোয় থীৎলবা মৈদিংঙু মবুক্লীং নুংহিক্লনা শাউদুনা হায়খি—"ফৈ ফৈ, লৈতবা অশেংবমক্তা ওইববদি ফরে; লৈনা লৈনা পীনীংদদুনা পীদবা ওইববদি নখোয়গী খুন অসি চাথুং ফিথুংদবা ওইরসনু।"

অওইবমক চহি অদুদগী হৌনা নোনে খুন্দা চাবা ওক্লনবা ফৌ থোকখিদ্রে হায়নৈ।

অমুক পচ্ছুবা তৌদনা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা যৌগল খরদুগা লোয়ননা ঈরং তুরেল লান্দুনা শুক্লবা চীংলম্বীদা লুখম্বী পাংখি। অহিং নোংয়াইচবুক মক্তদা লুখম্বী য়ৌরকপদা, খুল্লাকপনা মৈরা পায়দুনা নিংথেম্মু ওক্লম্মী অরৈবা পান আলু, মাইরেন পুথোক্তুনা কাওবু অদুবু চরা নোংখন্নহনখি। অব্বা পোখাদুনা অহিংদুমা লুখম্বীদা লেকখি।

মথংগী অমুক তু উরকপদা লুখম্বী খুল্লাকপনা অব্বাগা মোইরাংগা হাওচোং য়ৌরকম্রে শামু কয়ামরুম য়াওরকই হায়বা পাউ মৈদিংঙুদা হঙ্কখি। অমুক পচ্ছুবা য়াদ্রে হায়দুনা নিংথেম খোঙলোই খরদুগা খেবুচীং মায়কৈ পাংখরে। লুখম্বী খুল্লাকপনা লৈহৌরা চায়োম খর লম্বীগী হাপখি। খেবুচীং নক্লক্লবদা খোঙলোই লাঞ্জাবা খর অখুইরোইমদা থাম্রে— নিংথেম খেবু চীংদোন তমম্রে।

অথাপ্পদগী য়েংবদা লফুথরোগুম মতোন তুম্না উরম্বা খেবু চীং চীংখোঙ য়ৌরকপদা উমংগী উমং মোংশোংগী মোংশোং নূঙ্গাই নত্তুনা অকোয়বদা করিসু উরমদে। শুক্লবা উমংদা হারিনা খোংলি নিং নিং, মরক মরক্তা চীংগী খুনু লমখুনু মখৌ পোঙনা খোংলি "কু কু ক্রু"। করিগুম্বদা মোংশোং লক্তগী উচেক মচা অমা-অনী শংশং পাইথোরকখি। অশুম্না তিংখং তুম্নৌ লক্তা নারক মোংশোং লিত্তুনা, ব্রাগী ব্রাপল, লীগী লীকোন, উগী উরক্তা কারকপা মতমদদি লৈচিলনা পুম্মম্ মলম্মী, কুংশিল্লক্লবা লৈচিলনা নোংওইনা তারক্তুনা উনা ব্রানা মোশোং পূমচোৎ চোৎনা ঈশিং মরিক মরিক তারম্মী। অশুম্না কাওবু অদু লেপ্তুনা চীংদোন য়ৌনীংবগী আশানা চিংখত্তুনা কারক্লি। নোং তাবগী ঈশিং ঈরিক্লা চোত্তুনসু চীং কারকপগী হুমাং শৌবা অদুদি কোক্পা ঙম্লমদে। খর খর ব্রাংখৎলকপগা লোয়ননা নোংতাবা লেপম্রে, লৈচিল তাকম্রে নুংশা ফংলে। ইখঙ খঙহৌদনা অঙম্বা নূঙ্গায় লান্দুনা ব্রাপন অমদি লীগী লীকোন অমা লাল্লবা তুংদা য়ৌবে ফজরবা থেলঅমা, নাকপ্দা লৈখিদ্রে অমুক কাননবা। য়ৌরে খেবু চীংদোন — ব্রাংলে নোংথক্লি লৈচিল নোংদি মখাদা চীংয়াংদা লৈহৌরে।

চীংদোনগী থেল অদু ফজরবা কুঞ্জবন অমনি। ব্রাংচাওরবা নূংদুম নূংজাও অহুমখক লৈরিবা অদুগীমনুংদা অমগী মথক্তা মৈদিংঙু কাখৎম্রে। থেল অদুদা কোয়না হৌরিবা চাওর চাওরবা উ অমদি অশাংপা লৈনা য়োম্লবা নাগেশ্বর পাম্বীলক্তা কোয়পাই পাইদুনা শান্নরিবা উচেক লাংমৈদোংশিং য়েংদুনা ঙাইহাক্তং পোখারগা নূংপাকথক্তা লেপ্তুনা মায়কৈ মরি ওন্দুনা য়েংখি —চীংলোন কয়া লান্না হুন্দোক্লম্লবা মণিপুর তম্পাক নীংশিংলকপদা মৈদিংঙু নুংঙোম্লি-মওল মওল খল্লি —"ঐবু য়েক্লবগী মখুত্তগী ইরৈবাক অমুক হন্না কনবা ঙম্মরোইদ্রা ? ইরৈবাক্কী প্রজাশিংনা ঐবু নুংশিবিদ্রবরা ?" খনখৈ খল্লুরগা ক্ষেন চাং লাইগী শাক্তি য়েংলগে নীংলক্লে।

মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা খেবু চীংদোম্দা লৈবা ব্রাংচাওরবা পাক্লবা নূংপাকথক্তা মমায় নোংপোক ওন্না তাবাক পায়দুনা লেপ্পগা হৌনা লাউরকখি — ঠাকুর অমুবী অমদি অতৈ খোঙালোইশিংনা তাখি— "তাবীয়ু তাইবঙগী অচৎ-চত্ত জীব পুম্নমক ! তাবীয়ু

মীংনা উবা মিংনা উদবা লাই পূম্মনক, তাবীয়ু মায়গী ঙাকপা লাই —কৌব্রু, কৌনু, লোয়ারাকপা, মার্জিং থাংজীং ব্রাংব্রেন খানা চাওবা— খঙবীয়ু নুমিৎ থা থব্রানমিচাক চীংথংখোম্বা ঐহাক্না পোক্লফম লমদম ইমা লৈবাক মণিপুরগী য়েক্লবা পূম্বা তানখায়দুনা ঈরৈবাক ইরমদম কনবা ঙম্লোইদবা লৈরবদি ঙসি খেবু চীংদোন নুংজাও থকসিদা তিমেন তারোন খৌশাবা অসিদা খোঙফম চোইদুনা চীংখাদা ওম্বদুনা য়াইবী থব্রায় মাঙবা ওইথ্রসনু। করিগুম্বা ঐহাক্না য়েক্লপূম্বা তাম্মোক্লনা অমুক হন্না মণিপুর সনা লৈবাক্তা পান্দুনা ইরৈবাক্কী সেবা তৌবা ফংবা ঙমগদবা লৈরবদি খোঙফম নাম চোইদনা চেৎনা লেপ, খৌশারোন শুনা খৌশাবা ঙম্বা ওইজগে ইবুথৌ পাখংবনা শাক্লিনি শ্রীশ্রী গোবিন্দগী নোংদমনি।”

অশুম্না হায়রম্লগা নুংজাও থক অদুদা মৈদিংঙু চেন্না চোংনা খৌশারোন পূম্বা শুনা খৌশাখি। অওইবমক খোঙফম নামতা চোইদনা চেৎনা অথোৎপা লৈবাকথক্তা নেৎপগুম্ খোঙফম নাইনা লেঙদনা খৌশাখি।

থব্রায় নুংঙাইনা মবুংঙো শ্রীশ্রী গোবিন্দ অমদি মবুথৌ পাখংবা থাগোন্ননা নুংজাও থক্তগী কূমথবকখি। হৃমাংনা পূমচোৎ চোৎলবা সনা হকচাং অদু চীংদোন্দা হৃম্লিবা অঈংবা লিরিবা নামিবনা থৌগল তৌ-অব্রা পোখাখি। থৌগল্লোইশিংগা লোয়ননা চয়োম থোক্লনা চামিন্নে। চয়োম হাংদোকপা মতমদা অথাপ্লদা তাম্না কৌবি উচেক্লা “তাম তাম” খোংলকখি। মৈদিংঙু চীংথংখোম্বনা তরাচাক চখোম অমা খুবাক্তা হাপ্লগা খুৎ তিংথোক্লনা লেপ্লগা হায়রকখি —“চীংথংখোম্বা ঐহাকপু ঐগী ইরৈবাক মচা প্রজাশিংনা নুংশিবিরিবমক্তা ওইববদি হে চেক্লা তাম্না ! ঐগী খুত্তগী তরা চাকসি লৌদুনা চারো লাও।”

অঙকপনি তাম্না কৌবী চেক্লা অমা পাইশিল্লক্লনা নিংথেমগী খুত্তা তোংদুনা চাক চখোমদুমা মচিন্না লৌ লৌদুনা চাখি।

নুমিৎ চায়থবক্লবদা খেবু চীংদোন্দগী নিংথেম চীংথংখোম্বা থৌগল্লোই খবদুগা লোয়ননা কূমথবক্লে অখুই খুঞ্জাও তম্লক্লে। সন্ধ্যা হেক মতুং মমথবকপা মতমদা অখুই খুনগী পম্বোং য়ৌরে। অখুই খুল্লাকপা খুঞ্জাশিং অমদি নিংথেমগী লাঞ্জাবা কাঙ্‌বুগা লোয়ননা নিংথেম্বু ওক্লম্মী। অহিং অদু অখুইদা লেক্লে। মথংগী অয়ুক অঙনবদা লুখস্বীদগী পাউ য়ৌরকখি অব্রাগা মোইবাংগা শামু পুদুনা লুখস্বী য়ৌবকহৌবে— লুখস্বীগী খুঞ্জাপূম্বা জঙ্গলদা হাইদোক্লখ্রে —নিংথেম অখুইদগী হাইথখিদুনা থাই তুরেল লানখ্রে। থাই তোর্বান্দা পাক্লবা লৈতেম মান্নবা লম্পাক অদুদা অতেংবা খুল্লাকপনা নিংথেম্বু ওক্লম্মী। মফম অদু য়ৌবদা নিংথেমগী খুনেৎশা লাঙ্গোই শগোল অদু চীংদুম মচা অমা কাখৎলুবদা ওম্বরক্লনা শিখি —নিংথেমগী পুক্লীং য়াম্না নুংনাংখি। অদুবু নুংনাংলবা নিংথেম থাই তুরেল তোর্বান ফজরবা থেল অদুনা শুন্ধাৎলম্মী-মতম খর ময়াং নিংথৌদা থাখিবা লাইবারগী পাও ফংদ্রিবাফাও মফমসিদা পনখিগে নীংখি। অতেঙবা

খুল্লাকপনা নিংথেমগীদমক উনাগী শঙ্গাই অমা শারে —খোঙলোইশিংগীসু খাংপোক মচা মচা খর শারে। অশুম্না মফম অদুদা নিংথেম মতম খব লমদনখি। মৈতৈ নিংথৌনা লৈরম্বা থেলনি হায়দুনা মফম অদু নুমিৎ অদুদগী হৌনা মোইতাই নিংথৌগী লৈফম— লৈতেম মান্নবা থেল —"তাইজিজাং" হায়না খঙনখি।

মফমসিদা লৈরিৎঙদনি অমুবী শর্ম্মাগা অসিমলিউগা থেংনখিবা। অসিমলিউ অতেঙ খুনগী খুনবুগী মচানুপীনি, খুল্লাকপগী মচানুপী গাইদিম লিউগা লোয়ননা খুঞ্জা খর নিংথেমগী সেবা লাংবা তৌবদা মতোং পাংনবা থাবকপদা য়াওরকপনি। অহানবা হেক উনবমক্তদা অসিমলিউ অমুবী-মখোয় অনীগী থম্মোই অনী খমথেংনা নকশিন্নখি। মীওইবগী থম্মোইদি অতোং অরেম লৈতে জাৎ বিজাৎ খাযদে - অঙকপা লীপুন স্বৰ্গগী গুণনি।

নুমিৎ খরনিগী তুংদা ময়াং নিংথৌগী মফমদগী ফংবা পাউ অদু নিংথেমগী পুক্নীং পেল্লমদে - অদুনা তেখাও লৈবাক পাংলগে হায়না লেপ্লম্মী। মণিপুব সনা লৈবাক্কী প্রজাদি অযাম্বনা মোইবাংদা; অতৈনা চীংদা মান্দা উমংদা লোত্তুনা লৈবম্মী। মতম অদুদা অখুই খুল্লাকপনা থাবকপা পাউ যৌবকখি— অরা মোইবাং লান্মী অখুই খুন যৌরক্লে; অখুই খুঞ্জাশিংনা মখোয়না পুবকপা শামু অমা হাৎলুবদগী অখুই খুন খুন্তাক্লে— খুঞ্জাশিং অনকপা খুনশিংদা উমংদা লোইনা চেন্নখ্রে —যেক্লবা অরা-মোইবাং খ্বাই তোর্ব্বানলোমদা হাইথখ্রে। পাউ অসি তাবদা নিংথেমগী যাথংনা খ্বাই মবিন্দা হি পোঙনচিংবা অমত্তা লৈহন্দ্রে। তেখাও তান্না থাজববা মনাই হান্না লাইবাব চৎহনখ্রবা মতুং নুমিৎ নিনি লৈবগা নিংথেম চীংথংখোম্বা যামখিদ্রবা থৌগল্লোই খবগা লোয়ননা তেখাও মাযকৈ পাংখি। ঠাকুব অমুবী নুংহীক্লনা অসিমলিউ বিদায তৌবমখি — "তেখাওদগী হল্লক্লবা মতমদা অমুক উনসি" হায়বমখি।

অমুবী অসিম অনীগী নকশিন্নখ্রবা থম্মোইদি অথাপ্পা লমদমনা খনখিবনা উনদবা অদুনা লাপথোক্লহনবা ঙম্লমদে। তেখাওদা অমুবী অসিমগী ব্রাখলনা ঙাওবি অতেঙখুল তাইজিজাংদা অসিম অমুবীগী ব্রাখলনা উংলি, অতেঙ পাখঙগী মিৎচি তেনকাপ্পা উংবা লেপহনবা ঙমদরি— থম্মোই থম্মোই অমগা অমগা লেপ্পা লৈতনা ব্রারী শান্নবি ব্রা ফাওনরি। তরামরিনী পানবগী থাজনা ঙসিসু তাইজিজাংগী নোংচুপ চীংদোন্দা ফমদুনা মখোয় অনীগী লোন্না শানজবা ব্রাবীদু তাগদবগী হেক হেক ঙাইরি। অতেঙ পুখ্রিগী ঈশিংসু মালঙ লিরি হুম্বদা লাইজ ঈথক হৌনা মখোয অনীগী ব্রারীদু তাননবা তোর্ব্বানলোমদা হেক হেক চঙ্শিল্লকই —মখোয় অনীবু উদবদা নীংবা কায়দুনা হেক হেক হনখি।

চহি অহুমগী তুংদা অসিমনা ঙাইবগী শাংলবা ঙাইঙদবা মতম হৌখ্রে। খৃ: ১৭৬৭ তা নিংথেম চীংথংখোম্বনা তেখাও লান্মী ৮০,০০০ গা লোয়ননা লান্দারক্লুনা যেক্লবা অব্রাবু মায়থবা পীদুনা নিংথি তুরেল ব্রাংমা লান্না তাম্থোকখ্রে— মণিপুর কল্লে।

মোইরোং নিংথৌ খেলেম্বা অৱা লমদা চেনখরে। চীংথংখোম্বনা মণিপুরদা অমুক নিংথৌ ওইদুনা পাল্লে। ঠাকুর অমুবী শর্ম্মা মণিপুরদা নিংথেমগা লোইননা হল্লক্লে। মথং চহিদা মাকোনুংদা মেরা হাওজোংবা লাকপদা অসিম অতেঙ খুল্লাকপগা লোয়নরকখি।

সনাকোনুংগী মনুং কাঙজৈবুংদা মেরা হাওচোংবগী থৌরম নিংথেমদা হাও নিংথৌ খুল্লাকপা খুনবুশিংনা অথেনপোৎ কৎপা খুদোলপোৎ পীনবা অমদি জগোই ঈশৈ কুম্মৈ তৌরিঙৈ মতমদা কাঙজৈবুংগী মচি অমদা ঠাকুর অমুবী অতেঙখুলগী অসিমলিউগা উনখি। উনবা অদুদা মখোয় অনী তপ্ নপশিন্নখি —শেত্তোক-ফাত্তোক্লবা য়াখিদে। লোন তিন্নদবা জাৎ মান্নদবা ধর্ম্ম তিন্নদবনচিংবা অথিংবা কয়ানা খাইদোক্লহনবা ঙমখিদে। মীওইবগী থম্মোই মীওইবগী থম্মোইনি ঈশ্বরনা পীবনি মীনা শেম্বা নত্তে। সমাজগী পন্না থিংবা ঙমখিদ্রে থম্মোই অনীগী নকশিন্নবা। মনাইবু চানবা নিংথেম্মা হায়বদগী খুনবু খুল্লাকপসু য়াদুনা অসিমলিউ তম্পাক্তা লৈহৌরে। শ্রীশ্রী গোবিন্দগী চরর্নামৃত পীথক্লুনা হৌনবী মতুংইন্না শ্রীশ্রী গোবিন্দগী লাইমাঙদা শেংদোক্লুনা গুরু অরিবমগী মৌ ওইরে। চৎনবী হৌনবী মংকৎ মনাইগীদমক নিংথেম্মা পীখি।

নিংথৌগী য়াথং ঙাক্তবা য়েৎলুবা য়াদবনিনা ইনবা তারবা অমুবীগী মপা মমা মচানুপাগী থৌদৌ অদু য়াম্মা পেল্লমদে। মচানুপাগীদমক মশক মতৌ ফজববী শাগৈজাৎ ফববী ব্রহ্মণ কন্যা অমা হায়নদুনা লুহোংবগী নুমিৎ ফাও লেপ্পরবদা মচানুপানা মরোন ইরোন তিন্নদবী অতোনবা জাৎনি হম্বুবা শাগৈনি হায়না খনবী অতেঙখুলগী নিঙোল অমা লৌরকপা অদুদা অমুবীগী মমা অদু মখোইদৌ প্রোক- প্রোক চাকখি। রাজগুরুগী ইমুংদা অসিমলিউনা মমৌ ওইনা চঙলকপা অসি শাগৈ অসিগী মমায় থীবনি — লৈবাক্লা মুশুক মুশুক ঙাঙনৈ হায়দুনা অমুবীগী মপা মমা খম থেংনা নুংঙাইখিদে। অদুনা মখোয় অনীনা অসিমবু মমৌনি হায়না মবুক্তা শুকয়া য়ানীংখিদে। মরমদম মখুলদগী চীংলোন কয়া লান্না লাক্লবী নাইতোম তারবী অসিমগী মীচঙ্দা অমুবী নত্তনা কনা অমত্তা লৈরমদে। অসিমনা অমুবীবু মনাক্তগী খুবৈ অমা ফাওবা লাপথোকহন্নীংলমদে মিকুপ অমা ফাওবা হেন্দোকহন্নীংলমদে। মকু মনেমগী ইমুং মনুংনা থৌওইবীদ্রবী নাইতোম তাববী অসিম তোঙান্না চারবী, অমুবী নত্তনা ৱারী ৱাতাই শানদুনা মাগী অৱা-নুংঙাই ফোংদোক্লবা কনা অমত্তা লৈবমদে। মহাক্লা মাগী মবুংঙোনি লোয়নবনি মরুপনি অমসুং চুঙ্গোইনি। অমুবীসু মদু খঙই অদুবু মাদি নিংথেমগী অচানবা হকশেনবা অমদি থাজরবা, মতম পূম্বা নিংথেম চীংথংখোম্বগা লোয়নদুনতা নৈরা মনাইনি। অদুনা লৈবাক্কী থৌরম কয়া পাঙথোকপদা নিংথেমগা চৎমিন্নবা তারকপনা অমুবীনা অসিম্বু মতম শাংনা শাংনা মথন্তা হুন্দোকপা তারম্মী। মরম অদুনা মহাক্লা ঈথৌ লাংলকপা মতমদা অমুবীবু উবা ফংলমদে। অসুম্না মাগী ফংবা ৱারবা, ফংবা ইঙম ঙমদ্রবা, কোকহনবসু ঙমদ্রবা ঈথৌলাংবা অসিনা মাবু য়াম্না ওৎ নৈরম্মী।

অসিম্না অমুবীদা হায়জখি—"অয়ুক নুংথিল লৈবাক নিংথৌগী থবক তৌরবসু অহিং অহিংদি ঐগী নাক্তা লৈবীয়ু অহিংদা ইথন্তা য়ুমসিদা লৈবা য়াম্না কিজে।" অদুবু লৈবাক্কী থবক নিংথেমগী য়াথং অহিং নুংথিল থায়দে।

মথংগী চহিদা মোইরাং নিংথৌ অৱাদগী হল্লকখি। খাবি লৌবুক তান্না চত্তুনা মোইরাং নিংথৌ খেলেম্ববু মরোই মনাওগা লোয়ননা হাৎলুই— খেলেম্বগী তুংইনবা মোইরাং কয়া হাত্তুনা মকোক ময়াম অদু মোইরাংখোমদা ফুমখি। মথংগী চহিদা অৱা লানগারক্তুনা থিংবা ওমদবদগী নিংথেম ময়াংদা চেন্দুনা নুমিৎ কুপ্পী লৈরুই। অমুক হল্লক্লগা শঙাইথেলদা কোনুং ওইদুনা পাল্লি। খুদোংচাবা য়েংদুনা নিংথেম্না চজিংদা, লম্মাংদোংদা কোনুং ওই।

চহি অহুমগী তুংদা অমুক অৱা লানগারক্তুনা ময়াংলমদা চেল্লি। থা মঙাগী তুংদা অমুক হল্লক্তুনা অৱাবু মায়থীবা পীদুনা তানখাইরগা অঙোম য়ুমফমদা লৈদুনা মণিপুর লৈবাক্তা মরা তপ্না পানবা হৌখি। অশুম্না লানফম খুদীংদা নিংথেমগী মতুং ইল্লিবা অমুবীগীদমক ৱাবনা অসিমগী চরম ফুল্লি। নুমিদাং কয়া অমুবীবু ঈথৌ লাংজখি - অদুবু নীংবা কায়না লেনবা তাখি।

নিংথেম চীংথংখোম্বনা খৃ: ১৭৭৩দা অৱা তাম্থোক্তুনা অঙোম য়ুমফমদা লৈখ্রবা তুং অৱা অমুক লানগারকখিদ্রে অদুনা চীংথংখোম্বা মহাবাজ লানগাইদুনা মরৈবাক মণিপুর থাদোক্তুনা অমুক লাঞ্জেন্নখিদ্রে। অসিম্না খঞ্জখি—ঠাকুর অমুবী মনাক্তগী থাপ্না লৈররোই।

অদুম অদুম ওইনমক ঠাকুর অমুবী চীংথংখোম্বগী অচানবা মনাইনি, হকশেনবা লোয়নবনি। মতম চূপ্পদা নিংথেমগা লোয়নদুনতা লৈবনি, নিংথেম্না য়াম্না থাজবা মনুং-মপাল থিদনা অরোন অথুপ থাক্তনা ৱা তান্নফম ওইবা মনাইনি; নিংথৌগী থবক থৌরম খুদীংমক্তা নিংথেমগী মনাক্তা লৈদুনা নিংথেমগী সেবা-লাংবা তৌদুনা, পাখোন চত্তুনা নিংথেম্বু কদায়দা শোয়খিগদগে হায়না শেন্নদুনা লৈবা নুপানি।

লৈবাক নিংথৌগী থবক শীংথাদুনা লোইবা নত্তে। নিংথেমদি শামু ফাবা, কৈ ফাবা, শা তানবা, থমুগোং হুকপা, হিয়াং হিরেনগী উ য়ানবা অথাপ্পা চীংদা চৎপা, য়ুমলোন্নবা লৈবাকশিংদগী লাইবার লাকপা উনবা, তেখাও, ময়াং অৱাগা পাউ ফাওনবা, হাও তাইবা, লমহেনবা হাওখুম ৱারকপা, লালহৌবা নমথবা অসিনচিংবা থৌরমদা চহি চূপ্পা মথৌ চিল্লম্মী। সিদসু নত্তনা ধর্ম্মগী চৎনবীগী থৌবম কয়াগী মথক্তা লৈবাক্কী লৌউশিংউ লাল্লোন ইতিক চাওখৎনবা হোৎনবগী মথক্তা খৃ: ১৭৭৫ দা ঈশিং য়াম্না চাউদুনা য়ুম কয়ামরুম লোক্তাক য়ৌনা তাওথখি—নিংথেম্না ঈশিং ঈচাও নংলবা প্রজাশিংদা চেং য়েন্দুনা লৈতাহন্নবা হোৎনখি, খৃ: ১৭৭৬ তা শ্রীশ্রী গোবিন্দ নিরুপন তৌদুনা জগোই রাস কৎখি, শ্রীশ্রী গোবিন্দ অভিষেক তৌখি হিয়াংসু তোংহনখি খৃ: ১৭৮২ দা উনমগী ফি শেৎ-ইলহনখি, ময়াংগুম্বা মহারাজগী বিজয় পঞ্চালী শেম্মী,

মৈতৈ কংলৈপাক্কী শক পুথোকখি — খৃ: ১৭৬০ দা শক ৯৭১ নি। নিংথেম্মা মণিপুরগী কোনুং শঙাইথেল, চজিং, লম্লাংতোং, কাঞ্চিপুব, অঙোম য়ুম্ফম, কোন্থৌজম য়ুমফমদা হোং হোংদুনা ওইখি। তুবেল মবীল তেংই, পুম্ত্রি তৌই, হাওচোং হাওখুল লিংখৎখি, নিংথৌশেম্বা লালহৌবা ইবুংসি কৃষ্ণচন্দ্র মায়থীবা পীদুনা লোইদা থাখি। ফেরিঙ্গীশিংগসু লাইবাব থানৈ। অসিদৈসু হেন্দোক্লুনা খৃ: ১৭৯০ দা তেখাও নিংথৌগী মতেং পাংবা মোবান লান্দাবা চংলি। অসুম্মা লৈবাক্কী থৌরমশিং অসি পাওথোকপদা ঠাকুব অমুবী নিংথেমগা মতম পূম্বা লোয়নৈ চৎমিন্নৈ। মবম অদুনা অসিমগী মনাক্তা নিনি ফানা লৈবা ফংদে। নাইতোম তাববী, মথন্তা তবক তবক অহিং কয়া ঋানা ঈখৌ লাংনা লৈববী অসিম্মা কয়াম ঋানা লাঙ্‌তক্লনা লেনখিবা নীংশিংবীয়ু।

মসিনসু লোইদ্রি, খৃ: ১৭৯৭ তা চীংথংখোম্বা মহাবাজ গঙ্গা চম্খি। ঠাকুব অমুবীনা অসিমদা হায়বম্মী — “অসিম৷ ঐহাক চীংথংখোম্বা মহাবাজগী থৌগন গঙ্গা চঙ্‌বা তাবে। নিংথেম্মা গঙ্গা তীর্থ য়ৌববা কান্দা ঐহাক মণিপুবদা হল্লক্কনি। হন্দক্তগীদি ঐহাক নঙগী ননাক্তগী শুকচৎ চৎথোক্লবোই।” অদুবু চীংথংখোমবা মহাবাজদি খৃ: ১৭৯৮ গী লাংবন থা ৩ নি পানবা ইবাই নুমিত্তা শ্রী বাৎ ক্ষেত্রদা নোংগাখি। ঠাকুব অমুবী মণিপুবদা অমুক থোক্লকখিদ্রে। মবা মপাও কনা অমত্তা খঙখিদ্রে। অসিম্‌দি ঠাকুব অমুবী থোবকপা ঙাইবি।

মহাবাজ চীংথংখোম্বনা গঙ্গা চঙ্‌বা মতমদা অসিম চহি নিফুমাপন শুবে। কাউবা লৈতে অমুবীনা হায়বম্বদো —“নহাক য়ুমসিদা লেঙদনা লৈবম্মু - ঐহাক য়াম্ম থুনা হল্লক্কনি।”

মহাবাজ চীংথংখোম্বা থুপখিবগী পাও হিয়াঙ্গে ১৭ নি পানবদা তায। হিয়াঙ্গে থাশি নুমিত্তগী হৌনা নুমিৎ তবেৎনি কির্ত্তন তৌদুনা মহাবাজগী শ্রাদ্ধ তৌখি। অসিম্ কোনুংদা মহাবাজগী শ্রাদ্ধ য়াওজখি— অদুবু কোনুংদগী ঠাকুব অমুবীগী মবমদা অশেংবা পাউ অমত্তা ফংবা ঙমখিদে। চীংথংখোম্বা মহাবাজগী থৌগন ইনখিবা অমুবীগা লোযনখিবা অমগী মচিন্দগী অসিম্মা তাখি —“ঠাকুব অমুবী, মহাবাজগী ফুল পুবদুনা বাধাকুণ্ড পাংথ্রে। বাধাকুণ্ডদা মহাবাজগী উৎসব তৌকবগা মণিপুবদা লাক্কনি, থা অনীবেমদি চঙ্‌বা য়াই।”

নুমিৎ অদুদগী হৌনা নুমিৎ খুদীং শীং থেক-থেক্লুনা ঠাকুব অমুবী হল্লকপা ঙাইবি। মকু মনেম্ মচল-মনিংনা হম্বুনা যেংবীরবী থৌওইবিদ্রবী অসিম্ মাগী চুংগোই ওইবিবা অমুবী লৈতবগী খম থেংনা ঋাবা মতাঙনি। কোনুংদগী ঠাকুব অমুবীগী অনৌবা পাউ অমত্তা তাবমদে। হিংননবা চেঙ চবা অমা ফংনবা ফৌসু-চেঙসু লঙ্‌বা ফিসু-ফিজাম তৌদুনা খূলঙ চত্তুনা অয়ুক নুংথিলদি ঠাকুব অমুবী লৈতবগী অঋাবদু খবমখৈ খাঙবা ঙমই। অদুবু অহিং ওইরক্লবা মথন্তা নাইতোম চেক-মোক লাউদ্রবা য়ুম অদুদা লৈববা মতমদদি ঠাকুব অমুবীবু ঈখৌ লাংবদো খাঙবগী ঙমখৈ ঋাংমনি।

খুৎ থেক্তুনা শীং থেক্তুনা পারকপা থা অনী হেনখ্রে, অদুবু ঈখৌ-লাংজরিবা মাগী মবা-মপাও নাশোন খিত্ত-ফাওবা ফংবা লৈখিদ্রে। নিংথেম চাংথংখোম্না লৈরিঙৈদা মাগী মনাক্তা ওন্নম্না অচৌ-অশাংদগী অপীকপা থৌগন্নাই পূন্না লোইনা থাপ্তোকখ্রে, মাবু মশক খণ্ডশিন্নখিদ্রে-উরগা থৈদোক্তুনা চৎনরে। হৌজিক মাগী মনাক নক্লনবা হোৎনরিবগী মশীং হেনগৎলক্লিবদি -মাগী মশক মতৌ ফিভমদা মিতাবা মমিৎ চুমদবা কাণ্ডবু অদুতা মঙায়রে —মখোয়বু থৈদোক্লবা হোৎনবদা ৱাক-নুংজু থোক্লে।

অব্রাবা মখল মথেল কয়া থেংনদুনসু অসিম্না খনখি :- "শোয়দনা হল্লকখিগনি ঠাকুর অমুবী -কোক্কনি মাগী ঈখৌ লাংবা।"

অতেংখুলগী মবুং মৌপ্না সনাকোনুংদা মেরা হাওজোংবা লাকপদা মাগী মতৌ য়েংবা ওমদদুনা—"অশুক ৱানা নুংঙাইতনা লৈদৌ শরুক অতেংখুলদা মবুং মৌপ্না মরক্তা লৈরুসি ঠাকুর অমুবী ঙাইরবসু অতেংখুলদা ঙাইরুসি," হায়বসু মানা য়াদে। মানা খুন্নকখি "মানা ঐবু য়ুমসিদা ঙাইরম্মু হায়।"

ঙসি লাক্লবরা মরাক্তে হয়েং য়ৌরক্লবরা ময়ৌরক্তে —হংচিং মসেম মরৌ মকাৎ— কয়া ঙাইরে, লাকপা কৌবা লৈখিদ্রে। শীং থেক-থেক্তুনা পারকপা থা অনী হেনখরে। কোয়চেন চন্ কোয়হং হং পাউ ফংনবা হোনিজৈ অদুবু মাগী পাউ তাবা মরৈখিদ্রে কোনুংগী মীশিংদি অমুবীবু কাউখিবগুম তৌখ্রে। অহিং তাংলৌ য়ৌর য়ৌরগা ঈখৌলাংবগী ঈনোৎ হাপকৎলকপগী মথক্তা নুংশা থীবা থরক হুনগৎপা অমসু য়াওরক্লে —মহাকপু নোংমনখ্রবরা ? অসিমগী পুক্সিদা অব্রাবা মথং মথং থুংলরে অদুবু আশাদি মাঙবা লৈত্রি।

লেপ্পা লৈতনা চৎলিবা মতম্না কনাবুসু ঙাইবিদে, নুমিত্তগী চয়োল, চয়োলদগী থা থাদগী চহি হৌখিদুনা মৈদিংঙু লাবন্যন্দ্র, মধুচন্দ্র, চৌরজিৎ, মার্জিৎনা পানবা লোইরকপা মতম-চহি ২১ চুপ্পা ঠকুর অমুবীবু ঙাইরক্লি। অসিম অহল ওইশিল্লক্লে — চাবা থকপা তৃপ্না হিপ্পা মওং তাদবা অমদি ৱাখলগী লায়নানা মশা য়াম্না শোকলে। খৃ: ১৮১৯ মার্জিৎ মহারাজনা পানবা লোইরকপা অব্রা লানগারকপা চহি অদুদদি মহাক তোপ তুনা নারে, ফমুংদগী হৌগৎ কাঙখৎ ঙমদ্রে লেঙওৎপা ফাওবা ঙমশিল্লক্লে। নিংথেম মার্জিৎ লান্দা অব্রাগী খুত্তা মায়থীরে, ময়াংদা চেনখ্রে। লৈবাক কায়রে লাঞ্জেন্নরে। শোল্লবী অনাবী অসিমবু পুদুনা লানচেনবা ওইথোক্তবনা মাগী য়ুম মনাক্তা চাউরবা কোম অমা তৌরগা মথক ফোপ হাদুনা লৈবাক শীরগা কোম মনুংদা অনাবী অসিম্বু চরুগী মোম্পাক্তা হীপহন্দুনা নুমিৎ মরি মঙানিগী চান-থক্লবা থনম্লগা মী খণ্ডদনবা ফোপ মথক্তা খোংনাং পাম্বী অমা থারগা থনমলে। নুমিৎ নিনি হুম্নীগী তুংদা মখোয় হল্লক্কনি হায়রম্লগা লৈমিন্নবা ইমুং মনুংগী শাগৈগী মী পূন্না লাঞ্জেন্নখ্রে।

হন্দক মার্জিৎ মহারাজগী মতমদা অব্রা লানগারকপা অসি হৌখিবা লানগারকপগা মান্নদে। হন্দক্তি মখোয়না লাকচবা শুকঙম ঙমদ্রবা মৈতৈ হায়বা জাতি অসি মণিপুরগী নিংথৌ মচাশিংগী খাইবুং খাইবুং তৌনবগী খুদোংচাবা লৌদুনা পৃথিগী

লৈমায়সিদা থল্লরোই, মখোয় মৈতৈগী নিংথৌ পামহৈবা মহারাজনা মখোইবু হন্না হন্না মায়থীবা পীদুনা লাক্লরম্বা অদুগী লমন খুমগে খন্না মণিপুর লৈবাক ছারখার শানা নৈখি, মী তাদবা লৈবাক জঙ্গল ওইহনখি। মণিপুরী মৈতৈ মশীং নাইদনা হাৎখি— মৈতৈ লাখ অহুম হেন্না ফাদুনা অৱা কোনুং মন্দলে তান্না মখুবাক্তা য়াইরিনা লেংদুনা চিংদুনা পুখি, অঙাং কয়া ফাদুনা য়ুম্লুংদা থোঙ মনীং মমাঙ লোনশিল্লগা মোরোক মৈ থাদুনা হাৎখি। মমাগী মথাদগী অঙাং মুল্লগা হুনগৎলগা তাগী তাদোন্না ওক্লুনা হাৎখি। মণিপুর লৈবাক খুন্তাক্লে মৈতৈ কয়া অমনা চীংদা-মান্দা উনুং ৱানুংদা লোত্তুনা লৈখি- কয়া অমনা ময়াং লৈবাক তখেন তেখাওদা চেন্দুনা লৈখি। অশুম্না অৱাশিংনা চহি তরেৎ চূপ্পা গম্ভীর নরসিংনা মখোয়বু তাম্থোকত্রিফাও নৈখি। মসিবু মণিপুর ইতিহাসতা চহি তরেৎ খুন্তাকপা হায়না খঙনখি।

ইম্ফালগী মফম পূন্বা শিন্থুংনা অৱা লান্মীনা চহুম শানা লৈখিবনা মাগী মনাক্তা নুমিৎ নিনি হুমীগী মনুংদা লাক্লে হাযবম্বা মী অমত্তা লাকপা ঙমখিদ্রে। চহি তবেৎ চূপ্পা মফমদুদা কনাসু লাকখিদ্রে —মখোযনা থাবম্বা খোংনাং পান্বী অদু মপুং মবেপ ফানা চাউবে মশা লোঙ্গলে মনা পূংলে। অসিমদি মখোযনা থম্বীবম্বা ফমুং অদুদগী অদুম হৌগৎলকখিদ্রে। ঈখৌ লাংবগা লোয়ননা লেঙদনা ঠাকুব অমুবী ঙাইদুনা অদুম লৈখ্রে। অসিমগী হকচাংদি লৈশৌপুং ওন্দুনা লৈবাক ওইখ্রে। অদুবু কোকহনবা ঙমখিদ্রবা ঈখৌলাংবা অদুদি হিংদুনা লৈহৌবি।

হকচাং য়াওদ্রবী ঈখৌ লাংলবা অতেঙখুল নিঙোল অসিম মশাগী খুন্দা মতম অশুক কুইববগী তুংদা চত্তুনা অতেঙ্ পুাখ্রদা ইপান লাং পুখ্রি মপান্দা ফমদুনা তখেন নিংথৌমচা শামু তোংদুনা হিদাকফু পূস্ফাদা হিদাক প্রোক প্রোক চিংদুনা অতেঙ পুখ্রি লাইজনুংদা কূমথখিবদু ফাওগৎ- লাকখৎলকপবা যেংলুই অমুবী উববা হংনবা। অমুকসু থ্বাই তুবেল ঈশিং চাইবী লাইরেম্বীবু পামজবা হিংচাবা নিংথৌনা যুংখিবা খোংখোং মশীং থীকই, যেংলুই খোংপাক থানবা নূংপাক নোংঙানবনা হানখিদুনা ঈয়ায়দা লংথোকখিবা ঈশিং চাইবীগী ঈশিংনা পূমচোৎ চোত্তুনা লৈখিবা চংবা নূংপাক। অদুগী তুংদা থ্বাই তুবেলগী লাইজ ইপান লাং তাইজিজাংদা কাখত্তুনা ঠাকুব অমুবীগা মাগা ফম্মিন্নদুনা ৱাবী ৱাতাই শামিন্নখিবা নূংফালদা নোংচুপ ওন্না ফমদুনা —নোংচুপ চীংদোন্দা ফমদুনা মখোয় অনীবু য়েংদুনা লৈখিবা তবামবিনি পানবা থাজবু য়েংলুই — হংলুই ঠাকুব অমুবী উববা। অদূদগী তন্না হল্লক্লুনা মাগী অবোইবা য়াহিপ তাফমদা হৌবিবা খোংনাং পান্বী অদুদা অসিমগী থ্বাই অতেংপুখ্রিগী ঈশিংনা কোকহনবা ঙমখিদ্রবা ঈখৌলাংবা অদু তোংদুনা ঠাকুব অমুবী হল্লকপা ঙাইবি। তিথগী ঈশিংনা শেংদোক্লবা তুংদা থ্বাইনা মাবু ইকাই খুম্নবীবে —খোংনাংযটা লাইবেম্বী মিংথোল পীদুনা। মফমদুদা লৈখি কল্প অমা খোংনাং যটা তুদ্রিফাওবা, হংখি ঠাকুর অমুবীগী পাউ খোংনাংখোংদুদা লাকপা খুদীংদা; তাইনখি মখোয়দা ঈখৌলাংবগী খোয়শাওনবা পূন্বা।

৯.১১.০৫ ইং,

## (৯)

## "মরূদো কদাইদা"

"সনাজাও বা ! অমুক্তা য়েংউ, মরূদো কদায়দা ........... ?"

"মনঙ্গন্দা পাল্লি, মখুল অনীনি ইবাই।"

সনবাম তোম্বা মমায় ঙাঙ্ই, মরু লুকথখি।

রিমসকী মোর্গতনি, নবেম্বর থা অসিগী তাং ৮ অয়ুক পূং তরা তাবদনি। মশক খঙদবা অশিবা অমা মোর্গতা লৈরে হায়বা হেক তাবগা নুমিত্তুমা চরা হেল্লগা মোর্গতা হেক হেক লাকপসি চহি তরেৎ শুরে। নহান মখৈদি মাগী মচানুপা অদু ওইরমদে —ঙসিদি তশেং তশেংনা উরে শিরবা মী অদু মাগী মচানুপা চাওবনি। মানা খাম্বা য়াদনা লালহৈলুপ্তা য়াওখিবনি চহি তরেৎকী মমাঙ্দা। সনবাম তোম্বনা খনখি —"ইকায়খ্রেদা এলাংবম মনিগী মমাঙ্দা মায় অসি উৎপা ঙম্লরোইদো।"

মনি তোম্বগী মমান্নবনি। খুল অমত্তদা লৈমিন্নবনি। মখোয় অনীমক চাবা থকপা ব্রাত্তবা ইনাক কৈরাক খুনবনি হায়না সেকমাইজিন্দদি শীংথানবিবনি। অনীমক মরৌ মশীং ব্রাত্তে ঈংখোল যম্বন চাওই, লৌয়ামদগী কারকপা ফৌগী মথক্তা ইংখোলদগী মতম মতমগী পোখোক হঙ্গাম কোবী আলু মোরোক হব্রাই থরাক্তা য়োনবদা চহিগী আয় লুপা লাখ অমদগী হেন্না ফংই। মখোইগী বিজিনেস লিংক মণিপুরগী মপান গৌহাটিনচিংবা মফম ফাওবা শন্দোকই। মখোয় অনীমক লৌ ইংখোলগী আয়দগী লৌখোইনবা ট্রেক্টর, ঈশিং চিংখৎনবা পম্পতা নত্তনা ময়াই লম্বীদা চেনবা ককচীং-ইম্ফাল বস অমদি পোৎচৈ হোন্নবা টাটা ত্রক অমমসু লৈদুনা শীজিন্নরম্মী। ঙা য়োক্লবা, ঙানু য়েন লোইবা, ওক য়োকপগী প্লান পায়খৎনবা হোৎনরম্মী। মরম্ব ওক্লবা অমদি নীংথিনা মেনেজ তৌরবদি শেল পায়রকই, শেলবু পায়রবদি শেলনা শেল তাল্লি। তোম্বা মনি অনিমক নমথীনা শেল লৈরে।

অদুবু লাই চৈখেৎপী লৈবা মণিপুরদা মৈতৈ মচাশিংদি হাক্লা ইনাক খুনবা কা হেন্না শেল পায়বা য়াবা নত্তে। মণিপুরগী সংস্থান কয়ামুক্কী দোনেসন লৌফম ওইবতা

নত্তনা মখোয় অনীমক লাল হৌবা অশুরপ্রাউণ্ড কাগুলুপশিংগী শেল খায়ফম শেল তানফম ওইরে।

মখোয়গীদি অগুম্বা কৎপা য়াবা নত্তে, পার্সেন্টেজনি। মদুসু মখোয়না পারগা লেপ্পনি। মদু করিগুম্বা পিহৌদ্রবদি মশাতা নত্তনা মচা-মশু ফাওবা খুদোং থীনিংগাইনি। তোম্বগীদি মচানুপা অমখক্তনি, মনিগীদি মচানুপা অনীনি। লালহৌলুপ অসিসু অমা অনীতা ওইরবদি খর শাফগদবনি। —মণিপুরদদি অশেংবা অশাবা পূল্লগা কূম্বাগী মথক্তা লৈবা অমদি মখোয়গী চপ মান্নবা ডেমাগু তোম্বা মনি অনীগী ইকোনোমী ফেল ওইরক্লে।

মখোয় অনী অমুক অমা সেকমাইজিন বাজারদা উনৈ। বাহং পাউহংনৈ অদুগা মযুমলোমদা বারী শার-শারদুনা চৎমিন্নখি। মনিনা হায়রকখি—“ওরাং ঐখোয়গী ঘুমদা লাক্লম্বদু প্রসিদেন্টকী কাগুবুনি হায়। মখোয়গী দেমাগু লাখ অমনি, চয়োলসিগী মনুংদা পীদবা য়াদে হায়রম্মী হৌজিক খুত্তা অমত্তা লৈতে, ঐ কোক ঙাওরি।

“নহাক্তা নত্রা নঙনা মখোয়দা লাখ অমা পীখিবদো ?”

“মখোয় অদুনা সেক্রেটরিগী কাঙ্‌লুপনি, অনী থোক্লে হায়। নহানগীদু তাবদগী মখোয়দসু চপ মান্ননা পীদবা য়ারোই হায়রম্লিবনি।”

“অদুনদি মখোয় অদু ঐগীদসু অমুক লাক্কদৌরিনে ?”

“ঙাইয়ু ঙাইয়ু শেম শাদুনা লৈয়ু। হান্নগীদুদি বাঙাং শাঙাং ব্যবহার কায়দবনি, ঙরাংগীদুদি বাঙাং শাঙাং য়াম্না ঙনবনি, শক য়াম্না তাখৎপনি, ঐদি অশেংবা নত্তবরা করিনো খল্লি।”

“অদুবুদি মখোয় লূপ অমনা মখোয় শাদুনা শেল খোল্লম্লে, শাজিন্নবা অদু ফারে, মখোঙদা কাপ্লে, অহকপা দগু পীরে হায়দুনা ফোটোনে করিনে ঙরাং নহাক্তা খবরদা ফোঙখিদাইনে ?”

“মখোয় মশেলদি অশেংবা শেংদবা খগুনরম্বা য়াই অদুবু ঐখোয় মীচমদদি মখোয়পূম্বা অশেংবা শেংদবা চপ মান্নে, উনবদা থরক হুনগৎলি।”

“খগুদেনে অতৈ অতৈ লৈবাক্তদি লালহৌ লূপসি অমা অনীদগী হেন্দে হায়। ঐখোয়গী মণিপুরসিদদি অশেংবসু কুন কুম্বা শেংদবসু কূন কুম্বা; মী মঙা মঙা তরা তরানা লূপ অমমম শারে, করম্বনা রিভোলুসনারী করম্বনা মাফিয়া করিমত্তা খগুবা ঙমদ্রে মীচম প্রজাদি। পূম্নমক লৈবাক্কীদমকনি হায় -কয়া কুইনা লূপ ময়ামসিগী চাকথাক হুনবা ওমখিগদগে ? ঐখোয়বু সনা লৈবাকসি থাদোক্লম্লগা হিংননবা চেনখিবা তাবরা?”

“মদুসু খন্নবা য়াবা মতাং য়ৌরক্লে। অদুবু ইরৈবাক্কীদো মণিপুরসে। মী ফত্রবসু লমদি পৃথ্বিগী অপীকপা স্বর্গনি— ইমা অমসুং পোক্লফম লমদমদি স্বর্গদগীসু হেল্লি হায়রিবনি করম্না ইরৈবাক পোক্লফম লমদম থাদোক্তুনা হেক্তা চেনগদগে ?”

"অদুবুদি ইরৈপাক মণিপুর ইপা ইপুনা থম্লাইনা পোষ্ছা ওইদুনা শেমখিবা লৈবাকনি, হৌজ থেংখাঙ কয়াদা য়েক্লবনা লান্দারক্লুনা লৈবাক অসি থুগাইনবা হোৎনখিবা ঐখোয়তনা ঙাকচখিবনি। য়েক্লবা মায়থীবা পীদুনা লৈবাক অসি কঞ্জখিবনি য়েন্দাবোদা সন্ধি তৌনদুনা লেপ্লখিবা ইন্টরনেসল্লি রিকোগনাইজ্দ বাওণ্ডরি ঙসি ফাওবা লেঙদনা লৈরি।"

"ঐখোয়গী ইবুধৌদু গম্ভীর নরসিংনা অম্লাশিংবু মায়থীবা পীদুনা নিংথি তুরেল ম্লাংমা লান্না তাম্ছোকখিবা, নিংথি তুরেলদা থাঙ্চাম্বা চহি অদুদা পোকই হায়দুনা মমিং নিংথি কৌই। অসুম্লা ঐখোয় চীংতমদা লৈরিবা মণিপুরীশিংনা পূন্না শেমগৎচবা লৈবাক অসিবু থুগাইনি অদুগা নাগালেণ্ডদা তিনশিনগনি হায়না নাগালেণ্ডগী হাও লালহৌলুপ অমনা হোৎনরি হায়বদাই।"

"চুম্মী নাগালেণ্ডগী হাও লালহৌলূপ অমগা ভারত সরকারগা নোংমৈ কাপ্পা লেপ্লদুনা য়ানবা অমা পুরক্লবা ম্লারী শান্নরকপা চহি তরেৎ নিপান শুরক্লে —ফন য়ামনা য়ানরে হায়। য়ানদ্রিবা হায়ববু য়ুমথংনবা লৈবাক অহুম আসাম মণিপুর অরুনাচল থুগাইদুনা লম খর নাগালেণ্ডদা তিনশিল্লু হায়বদুতা ঙায়রে হায়।"

"য়ুমথংনবা লৈবাক থুগায়বদুদি বেরা কানিদা। মখোয়গী দেমাণ্ড মনীংতম্বা নাগালিম হায়বদুদি য়াম্লবরা ?"

"মদুদি তোক্লমাল্লে—য়ুমথংনবা লৈবাক থুগাইবদু ওইনা কন্না তক্লরিমাল্লেদা।"

"মদুদি বেরা য়াম্না কা-নীদা । চহি লীশিং কয়া নুংশি চান্ননা লৈমিন্নরক্লবা ফুরুপ মশেল ঈ তাননি। ভারতনা পান্নিবা শান্তি অদুদি ওইরোই। ঐতিহাসিক ওইবা ইপা-ইপুনা মশাগী ঈ কত্তুনা শেমখিবা, ইপা-ইপুনা থম্লায়না পোষ্ছা ওইনা ঙাক্লম্বা ইরৈবাক মণিপুরবু মচেৎ তাহনবা ইপা -ইপুশিংগী ঈ চেল্লিবা ঐখোয়না করম্না য়াদৌরিনো ? মদুবু ভারত সরকারনা তৌরক্লদ্রনে ?"

"কনানা খঙনি। খাইদোক খাইজিন নিটি শান্নবা বৃটিশ সরকারগী শাসন পথাপ ইল্লিবা মতৌ তপ্লিবা ভারত সরকারনা মদুনা ফৈ খল্লবদি মদু তৌরক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে। মখোয়না ইনশিন্দুনা খাইদোকপা পামলিবা কাঙবুনা লমদমশিং অদুগী মীশিংবু নোংমৈ চিন্দোন্না নমদুনা অন্দোলন তৌহল্লকপসু কনানা খঙ্বা ?"

"অদুম্না তৌরবদি কনানা মুৎখিবা, কনানা হিংহৌবা, কনানা খঙনি ? অদুবু মণিপুর থুগাইবা পামলিবশিং অসিদি য়েলহৌঙৈদগী লৈমিন্নরক্লবা ফুরুপশিংসিদি নত্তে হায়বা ঐখোয় খঙই নৌনা খুন্দারকপা কাঙবুনি - য়ুমদাংবনা কৈ নাবগী থৌদৌনি।"

"অওইবনি অতিঠি সেবাদা পেঞ্জবা পীজ পীথক ফজবা মণিপুরী অমত্তনা মণিপুরগী লমদা চঙলক্লুনা খুন্দারবা লৈরবা মী অমত্তবু থিংবা লৈতে —মচিন মনাওগুম লৈমিন্নবা ঙাক্তনি। মখোয়না মবুক ফবা মণিপুরীশিংদগী খুদোংচাবা লৌবতনি।"

"অদো, ঐখোয় মণিপুরীশিংনা পূল্লপ পূল্লবদি কনানসু ইরৈবাকসু থুগাইবা ঙল্লোই। মতাংশিদদি ঐখোয় পূম্বা অমত্তা ওইনা পূনফম থোকই। মদুগীদমক মনুং মপান নাইদনা হোৎনফম থোকই।"

"পূনবু পূল্লবদি মনিণপুরীশিংদি ইজরেলীগুম্না মনুং মপানগী য়েক্লবা পূম্বা ইরায় লায়না মায়থীবা পীবা ঙমগনি ইতিহাসনা শাক্সিনি —খাগেম্বা হাক্তক, গরিবনিৱাজ ভাগ্যচন্দ্র, গম্ভীর নরসিংহ হাক্তক্তা ময়েক লা-না উৎপ্রবনি।"

"চুম্মী পূনবু পূল্লবা, লিংজেল মান্নরবা, ফজনা মায় চুম্বীরবদি চহি ১০/২০ গী মনুংদা মণিপুর জাপান ওইগনি। লাইবক থীবনি, তিন্নবা য়াদবা, তোখায় থোখায় তানবা অসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা মপানগী মীনা শান্নরিবনি। অদুদদি ঐখোয়দি ৱাবনা ফেরে ফেরে হাইরে।"

"অওইবনি —লাইবক থীবনি —চপ মান্নবা দাবী তান্দুনা লান হৌরিবা কাঙবুসু পূল্লপ পূনবা ঙমদে। লুপ অমখক্তা ওইবা ঙমদে কুন কুম্বা শুই —লুপ মশেল পঙহাত্তা হাৎনৈ অদুগা অতে লমগী লূপ্পা মখোয়বু শিজিন্নৈ মখোয় মশেল হাৎনহল্লি।"

"মখোয় মশেল হাৎনদুনা মহোয়গী মরক্তগী অমা শিবা হায়বসি মশীং য়ামদ্রবা জাতি অসিগীদি মাঙজবনিদো। মখোয়শিবু লৈবাক্তী সেবা তৌরিবনি হায়বদাই -পুন্না সেবা তৌবা য়াদ্রবরা ?"

"খঙদে মখোয় পূল্লপ পূন্দুনা লুপ অমখক্তা ওইবা শুকয়া ময়াদ্রবরা? পুল্লপ পূন্দুনা লূপ অমখক্তা ওইরবদি ঐখোয়সু খর শাফগনি— মখোয়সু মপাঙ্গল লৈবা লূপ ওইদুনা অতে লমগী লূপশিংনা ব্যবহার তৌগনি।"

"করম্বা দোষ লৈবননো খঙদে মণিপুর অসিদদি লূপ পূম্বা অসি অনি অনি হেক্তা থোকই। পূন্না অমত্তা ওইনা তিন্নবা শুকয়া য়াদ্রিবা অসিবু য়েক তরেৎ শলাই মাপনগী অমগা অমগা য়েংথিনখিবদু শুককোক কোক্তবনরা ? অন্দরগ্রাউণ্ড ওইগে ওইয়ু, ওভরগ্রাউন্দ ওইগে ওইয়ু —মণিপুরদদি লুপ অমা হেক লিংখৎপগা ইকুই কুইদনা লূপ্তু অনী হেক্তা থোকই - অহুম মরি থোকপসু য়াওই-অনী অহুম থোক্লা কায়রগা অনৌবা লূপ হেক হেক ওইদুনা থোরকই - অমত্তা লিংজেন মান্নদে।"

"লুপ ময়াম অসিগী তোঙান তোঙানবা দেমাণ্ডদা বণ্ড, ব্লোকেদ, ষ্ট্রাইক, ধারনা - নোংমা কাঙদ্রে লৈবাক অসি— কুম্মৈ ওইরে —মোনী সার্কুলেসন লৈত্রে ইকোনোমি ফেল ওইরে প্রজা পূক্লী পায়দুনা খাঙলে -খঙদ্রে কদোম থোক্লদৌরিনো?"

পূম্নমকসিগী মথক্তা ভারত সরকারগী সেক্যুরিটি ফোর্সকা অন্দরগ্রাউণ্ড লালহৌলূপশিং অসিগগী মরক্তা মণিপুরী প্রজা ঐখোয়দি কাঙদ্রুম ওইরে —অমনা অমুক য়ৈ অমনা অমুক থোম —মফোল থোক্লে —কয়াম কুইনা খাঙবা ঙমখিগদগে ঐখোয়বু ?

"মাবগী সিমা লাল্লকপা মতমদদি —চানবা লৈতে তখেন থাঙ হায়না য়োৎখোক লাপ্পি শোয়ত্রবনি।"

"অদু নাগা হাও লালহৌলুপ অমগী য়ুমল্লোন্নবা লৈবাক থুগাইবা দাবীদুবু পীগত্রনে ভারত সরকারনা ?"

"প্রেসর হেন্না কনবা মায়গৈদা ভারত সরকারসু লৈখিবা য়াই। ঐখোয়না ১৯৪৯ ইং ওক্টোবর ১৫ দা ঐখোয়গী ভাগ্য বিধাতা পুরানা ওইবীরো হায়না ভারত সরকারদা শিন্নথ্রবনিনা মখোয়না লেপ্পদু য়াবা তাবনিনে।"

"ইং ১৯৪৯ ওক্টোবর ১৫ দা মণিপুরবু নমদুনা ভারত ওইহনখিবদু মদুবুনি ঐখোয়গী নহারোলশিংনা য়াম্না শাউরিবা ! মখোয়না হায়রিবদি নুমিৎ অদুদা মনীংতম্বা মণিপুরবু ভারতনা লোই চনশিন্দুনা লোইলম ওইহনখিবনি।"

" মদু মখোয়গী অরানবা মাখলনি।"

"করম্না ?"

"ভারতনা মনীংতম্বা নুমিৎ ইং, ১৯৪৭ আগষ্ট তাং ১৫ দা ব্রিটিশ পারমাউন্টসি লাক্স তৌখিদুনা ভারতকী নিংথৌপানবা লৈবাক পুম্নমক মণিপুর য়াওনা মনীং তম্ফম থোক্লবসু মখোয় পুম্বনা ইন্সট্রুমেন্ট ওব এক্সেসন, সহি তৌদুনা এক্সটরনেল এফেয়ারস, দিফেন্স অমসুং কম্যুনিকেসনগী থবক পুম্বা মনীং তম্লবা ভাবত দোমিনিয়ন্দা খুৎশিন্নথ্রবনিনা নিংথৌপানবা লৈবাক ওইরবসু মণিপুর মপুং ফানা মনীং তম্বা হায়বদুদি ওইদ্রে।"

"মরৈবাক ঙাকচনবা লাম্মী লৈত্রবা, মনীংতম্বা অতোপ্পা লৈবাক্কা সন্ধি তৌনবা মরী লৈনবগী হক লৈত্রবা, চথোক চৎশিন লম্বী পুম্বা মীখুত্তা লৈথ্রবা লৈবাক অমনা করম্না মনীং তম্বা লৈবাক অমা ওইগদৌরিবনো ?"

"অদু ওইরসু ইং শক ১৯৪৭ কী আগষ্ট ১৫ দদি চহি লীশিং অনি হেন্না নিংথোপানবা লৈবাক অমা ওইনা লৈরকপা মণিপুর ষ্টেটকী আইদেন্টিটি মাঙদ্রি, লৈবাক মনুংগী লৈঙাক শাসন ইশাগী খুত্তা লৈরি মনীং তম্নি। ইং শক ১৯৪৯ ওক্টোবর ১৫ দা মণিপুর ষ্টেটপু ভারত্তা লুপশিনহনখিবা —মণিপুরনা ভারত ওইথ্রবা নুমিৎ অদুদগী মণিপুর ষ্টেটকী আইদেন্টিটি মাঙথ্রবনি ইশাগী ইরৈবাক্কী শাসন ভারত সরকারগী খুত্তা লৈথ্রবনি।"

"মণিপুরনা ভারত্তা লুপশিনবা অসিবুনি নহারোলশিংনা মণিপুরবু ভারতনা নমদুনা লোই চনখিবনি —লোইলম ওইহনখিবনি হায়রিবা।"

"করম্না ?"

"মদুগী মরম অদু নচানুপা অনিগী মচিন্দগী তারুশি মখোয় অনিমক ঐখোয় য়ুমদা লৈহৌবনি —চৎসি ?" অসুম হায়না অনীমক তোম্বাখোয়গী য়ুমদা লাকমিন্নখি।

তোম্বগী মচানুপা চাওবা মচানুপী মঙাগী মরক্তা মথন্তা য়াওবা তোম্পোক্লি; মনিগীদি মচানুপা অনি নুপী মরিনি। মনিগী মচানুপা অহন থোইবা তোম্বগী মচা তোম্পোক্তা লোঙ্গানি। অনিমক হাইয়ার সেকেণ্ডরী পাস তৌরদুনা কলেজদা বিত্রগী অহানবা চহি তমখৎলকপা মতম ইকুই কুইদ্রিঙৈদনি মখোয় অনীমক লৈনুং চঙ্খিবা অনীমক লালহৌলুপ অমগী মেম্বর ওইখিবা। মখোয় অনিমক লৈনুং চঙত্রিঙৈ থা মঙা-তরুক ব্রাৎলিঙৈ মতমদগী হৌনা ইং ১৯৪৯ ওক্টোবর ১৫ দা নীংতম্বা মণিপুরবু ভারতনা লোই-চন্দুনা লোইলম ওইহনখি হায়না য়াম্না শাওনা ঙাঙ্ই। নীংতম্বা মণিপুর ওইদবা য়াদে মদুগীদমক থব্রায় ফাওবা কখোক্কদবনি হায়খি।

মনি-তোম্বা অনিনা চাওবা থোইবা অনীদা হায়খি —“নখোয়না হায়রিবদু অচুম্বা নত্তে —ভারতনা মণিপুর নমদুনা লোই চনবা নত্তে, মণিপুরগী ফনবগীদমক খ্বাইদগী খুদোংচানবা কান্নবগীদমক্তা in the best interest of Manipur য়ানচে মর্জর এগ্রীমেন্ট সহি তৌনদুনা মণিপুর মহারাজ বোধচন্দ্রদা মণিপুরগী শাসনগী ভার পুম্বা ইন্দিয়ান ডোমিনিয়ন গর্বমেন্টা পুমশিন শিন্নখিবনি। মণিপুর ভারত্তা লুপশিনবনি - ভাবত ওইবনি। অদুগা ভারত্তা মর্জ তৌদ্রিঙৈ মমাঙ্দা মণিপুর মপুং ফানা মনীংতম্বা ষ্টেটসু ওইবমদে।”

“মর্জর এগ্রীমেন্টতা মহারাজ বোধচন্দ্রনা সহি তৌরিবা অদু মশানা য়ানা তৌখিবা নত্তে নমদুনা তৌহনখিবনি।”

“করম্না?”

“করম্বা নিংথৌনা পৃথ্বিগী কবম্বা মফমদা, কবম্বা মতমদা মশানা শাসন তৌবিবা লৈবাকপু— ঐ শাসন তৌবা ঙমজদ্রে শাসন তৌবিবো হায়না অতোপ্পদা শিন্নখিবা য়াওবগে ? মণিপুরগী প্রজানা মণিপুর লৈবাক্কী শাসন অসি ইন্দিয়ান দোমিনিয়ন্দা শিন্নখ্রো হায়না মহারাজদা হায়খিবা লৈবরা ? মহাবাজ বোধচন্দ্রনা — ঐহাক্না মণিপুব লৈবাক্কী শাসন ভারত সরকারদা শিন্নখ্রে প্রজা ময়াম য়াবীবো হায়না হায়নখিবা লৈববা? প্রজা ময়াম্না মদু য়ারে হায়না মণিপুর এসেমব্লীদা ভোৎ পীখিবা লৈবরা ? মণিপুরগী খ্বাইদগী হেন্না কান্নবা খুদোংচাবা Best interest হায়বদুবু করিনো ? খ্বাই পুম্বা খঙবিবরা? মহারাজ বোধাচন্দ্রনা মণিপুরগী প্রজা মীযামদা তাকপীরম্বরা নত্রগা ভারত সরকারনা মণিপুর প্রজাশিংদা লাউথোকখিবা লৈবরা ? অমত্তা লৈতবনি। মহারাজগী সহি অদুসু মশানা য়ানা তৌবা নত্তে, কিহন্দুনা ধমকা তৌদুনা নমদুনা সহি তৌহনখিবনি। অদুগা মণিপুরবু লোইলম ওইহনখিবনি।

“করম্না নমদুনা সহি তৌহনগদৌরিবনো ? মশানা য়াদনবু Merger Agreement অদুদা করম্না সহি তৌগদৌরিবা ? মণিপুরনা ভারত্তা য়াওশিন্দুনা ভারত ওইববু করম্না লোইলম ওইগদৌরিবনো?”

"এগ্রীমেন্ট অদু ইম্ফালদা থাই পুম্বা খঙনা মণিপুরগী আইন সভাগী অয়াবা য়াওনা সহি তৌনম্রিবা করিগীনো ? শিলংদা মাবু কৌরগা মথন্তা লৈরবা মতমদা নমদুনা সহি তৌহনবনি হায়বসি শোয়দ্রবনি। সহি তৌরুরগা হল্লকপদা নীংবা কায়রবা নিংদোন পোল্লবা মহারাজ বোধচন্দ্রনা রেদলেগু কোনুংদা লৈবা মাগী ফমুংদা কোয়েৎ লংখায়রগা মরু লূকথদুনা তুমিন্না ফমদুনা মতম কুইনা লৈখিবা উহৌবা মনাই পীক থন্না লৈ। মশানা য়ানা সহি তৌরুরগবু অদুম্না তৌগদ্রা ?"

"নিংথৌগী শাসন মখাদা খুনুং চঙ্দুনা লৈদৌ শরুক দিমোক্রেসি চৎলবা অচৌবা লৈবাক অমগী মী ওইনা চাওখৎপগী মঙাল ফংনা নীংতম্না লৈবনা হেন্নো ফত্তবরা ?"

"ইং শক ১৯৪৯ দা মণিপুরগী মহারাজ তৌনীংবতা তৌবা ওন্বা নিংথৌ নত্তে। প্রজাগী শাসন মখাদা প্রজাগী মোত মতুং ইন্না লৈবাক শাসন তৌবা নিংথৌনি। খৃ: ১৯৪৮ দা মণিপুর প্রজাগী মিহুৎনা শেম্বা মণিপুর সংবিধানগী মতুং ইন্না ভারত্তা ফাওবা লৈত্রিবা সাবালক ভোৎনা (Universal Adult suffrage) খনবা মেম্বর ৫১ লৈবা আইন সভা (Manipur Legislative Assembly) অমদি প্রজাগী মিহুৎনা শেম্বা কাওন্সিল ওব মিনিষ্টরনা মণিপুর শাসন তৌরবনি। মণিপুর মহারাজদি Constitutional Monarch নি। ভারত্তা ফাওবা চৎনদ্রিবা সাবালক ভোৎ তৌদুনা আইন সভা অমদি মন্ত্রি মণ্ডল লৈরবা মণিপুরবু চাওখৎত্রিবা খুনুং চঙ্দুনা লৈরিবনি হায়বসিবু করি হায়রিবনো ?"

"নিংথৌগী শাসন মখাদা নিংথৌগা নক্লবা মরী মতা অঙম অথৌ খরতনা ব্রাত্তপাদনা কে-মৌ নুংঙাইনা লৈবা, লৈবাকী অয়াম্বা মীচম প্রজানা নোমখৈ নোম্লগা চাথুং ফিথুংদনা খুদৈ অমগা ওবোং অমগা য়াওন্ননা হিংবা, শেগাইরবা য়ুরবা, ই-চরুতনা কুপ্না খাংপোক্তা লৈবা, শেৎনীংঙাই ইন্নিংঙাই লৈতদুনা ফৈজোম খোংদাই শেৎলম্বা, হিপ্লবা ফমুং লৈতদনা ব্রানা কাংথক শারগা চরু থারগা হিপ্লরম্বা, চাক ইঞ্জাং হাপ্লগা চাননবা পুখম তেঙ্গোৎ লৈতদুনা ব্রারুকাক্তা লাদা থম্নাদা চানরম্বা ঈশিং থক্লনবা খুজায় চাইতেংকোৎ লৈবা ওমদদুনা চফুদা তুম্বাদা ঈশিং থক্লরম্বা, উফুলনা খুকউ য়ৌরবা লম্বী নোংজুথাদনা লৈখোম্না খুজেং য়ৌবা লৈরক কোনশাং লম্বী লমদাং ছাতিনদি লায়রদুনা য়েম্পাক ফাওবা লৈজদদুনা হোংগুরা তৃপ্লগা চৎনরম্বা অদুম্না লৈদৌ শরুক ভারত্তা তিনশিন্দুনা চাওখৎ খোংথাং য়াওদুনা মীচম প্রজাগী ফিভম ফগৎহন্দুনা মান্নবা সমাজ অমদা পুরকপসিনা ফত্তবরা ? য়ামদ্রবদা লম্বী লৈখোম থোক্ত্রে —য়ুম খুদিং তুম্নবা ফমুং কাংথোন চাক ইঞ্জাং হাপ্লবা পুখম তেঙ্গোৎ শেৎন-ইন্নফি মখল মখল থম্নবা উপু লৈনরে। মতম খজিক্তংগী মনুংদা মফম অমদগী অমদা হব্রাগারী কার প্লেন্না য়ৌবা ঙমলে —হৌজিক হৌজিক থোক্লিবা থৌদোক টিভি, রেডিও, টেলিফোন্না পাউ তাবা ফংলে উবা ফংলে। মসি পুম্বা মর্জর তৌবদগী ফংলিবনি মসিবু মণিপুরগী বেষ্ট ইন্টরেষ্ট নত্তবরা ?"

"দিমোক্রেসি চৎলবা লৈবাক অমবু দিমোক্রেসি মপুং ফানা চৎত্রিবা, উটোক্রেটিক ওইরিবা ভারত দোমিনিয়ন্না পাঙ্গল শিজিন্নদুনা ধমকা তৌদুনা নমদুনা লৌশিনখিবা অসিবু চাওখৎপগী মঙাল ফংলবনি মনীং তম্না লৈরবনি হায়বসিবু করম্না হায়বীরিবনো ? মর্জর এগ্রীমেন্ট মণিপুর মহারাজনা সহি তৌখিবদু মণিপুর প্রজানা Ratify শুকতৌ তৌদনা ইং ১৯৪৯ ওক্টোবর ১৫ দা মণিপুর ভারত্তা য়াওরিবনি হায়দুনা ইং ১৯৪৮ গী মণিপুরগী কনষ্টিট্যুসন মন্ত্রী সভা —প্রজানা মীখন তৌদুনা শেমখিবা আইন সভা মুৎথত্তুনা নুমিৎ নিনিখক্তং পার্টসি ষ্টেট ওইরে হায়না লাউথোক্লম্লগা মণিপুর অসি ইউনিয়ন টেরিটোরি ওইরে হায়না ভারত দোমিনিয়ন্না অমুক লাউথোরকখি। অদুগা ইন্দিয়ান বুরোক্রেট অমবু চিফ কমিসনর হাপ্তুনা মণিপুর শাসন তৌবা হৌখি। চিফ কমিসনরদি মণিপুরগী নিংথৌদগী হেন্না শক্তি লৈ তৌনিংবতা তৌবা ওমই অদুনা মণিপুরগী হান্নগী ইন্সিটিট্যুসন পুম্বা —আইন পুম্বা মথং মথং মুত্থৎতুনা অনৌবা আইন চৎনহনখি"—টেরিটোরী হায়বসিবু লোইলম হায়বা নত্তবরা? লোইলম শাসন্দা দিমোক্রেসি কদায়দা লৈবগে ? লোইলমগী মীনা করম্না মনীং তম্বা মী ওইরিবা? করম্বা চাওখৎপগী মঙাল ফংলিবা ? লৈবাক্কী শাসন য়াওজরম্বা ভোটিং রাইট লৈজরম্বা মণিপুরীশিং ভোটিং রাইট লৈত্রবা লোইলম প্রজা ওইববসিবু মণিপুর প্রজাগী বেষ্ট ইন্টরেষ্ট হায়বদু মসিরা ?

পাবুংখোয় মামখোই খণ্ডবিহৌবরা ? মর্জরগী তুংদা মণিপুর টেরিটোবি— হাযবদি লোইলম ওইরবা চহি অনিগী তুংদা মণিপুবগী লম কবো তম্পাক হৌজিক ম্যানমার কৌরবা বর্ম্মাদা পণ্ডিত নেহরুনা পীথোকখিবদো—"

"মতমদুদদি খণ্ডদবমক্লি —মখোয়না তৌরিবা পুম্বদো ঐখোযগী ফননবতনি হায়না খনখি।"

"ঐখোযগী লম কবোতম্পাক পীথোকখিদুনা মণিপুৰী ঐখোয়গী ইকোনোমীগী য়াংলেন শরু থুদেকপীবা অসিবু করম্না মণিপুবগী বেষ্ট ইন্টরেষ্ট ওইগদৌরিনো ? মণিপুর জয় তৌদুনা লৈবাক অসিদা পাল্লম্বা ইংবেজ সরকাবমক্লা ফাওবা কবো তম্পাক্তা লৈবা ঐখোযগী হক মাঙহনবিরমদে —অৱানা মণিপুবগী কবো তম্পাক শিজিন্নবগীদমক চহি খুদীং লুপা ৫০০ লোইপোৎ কাবা গম্ভীরসিংহ মহাবাজনা পাল্লিৱৈদগী হৌনা বুদ্ধচন্দ্র মহারাজনা পানবা লোইদুনা মণিপুবনা ভারত্তা মর্জ তৌববা মতুং ফাওবা লোইপোৎ কারম্মী। ঐখোয়গী হক মাঙহনলমদে। ঐখোয়না কবো তম্পাক অমুক লৌশিঞ্জবগী রাইট অদু নেহরুনা উ নুদা খুদোল পোৎ ওইনা পীথোকখিবনি মসিবু করম্না মণিপুরগী বেষ্ট ইন্টরেষ্ট ওইরিবনো ?"

চহি তরেৎ খুন্তাক্লিঙৈ নিংথেমচা দাকু নিংথৌগা লোয়ননা অৱা কয়া হাৎখিবা অৱাবু নিংথি -ৱাংমা লান্না তাম্বোক্তুনা কবো তম্পাক অমুক লৌশিনবদা মপাঙ্গল থেক্লা লাম্ছেংনখিবা ঐখোয়গী ইবুধৌ এলাংবা অমু মহারাজ গম্ভীর নরসিংগী লাল্লোই ফম্নাইবনি। কবো তম্পাক্কী লৈহাওদা মণিপুরী ঐখোয়গী ঈরিক কয়া য়াওগ্রবনি।

মণিপুর ভারত্তা মর্জ তৌখ্রিঙৈ মণিপুরগী মহারাজনা পাল্লিঙৈদা কৌ চেং মরাঙ কায়না খোক, চাবদগী লেমদুনা মীরৈবাক্তা য়োম্থোক্লম্বা ইকোনোমি সেল্ফ সফিসিয়েন্ট ওইরম্বা, ঈয়োংগী পোংথোক্লা শেন্দান লম্বী ওইদুনা মনিং তম্বা ইকোনোমী লৈরম্বা মণিপুর —ভারত্তা মর্জ তৌরবা লোইলম ওইরবা চহি ৫০ গী মনুংদা ভারত সরকারগী থৌশিলনা মণিপুরীশিংগী কটেজ ইন্দষ্ট্রি পুম্বা মুখৎতুনা বেকার সমস্যা পুরক্তুনা চাবা ওক্লবা কৌচেং পুথোকপা ঙমদ্রবা চরা হেল্লবা হিরম খুদীংদা ভারত্তা দিপেণ্ডেন্ট ওইরবা চাক্লী-ফিনিবা ভারতকী খুজুম চারবা লাইরবা —লৈবাক ওইখ্রবনি। মণিপুর হৌজিক মখোয়গী Captive Market নি।

অশুম্না মর্জর হেক তৌবগা Political Independence মাঙ্খিবগা লোয়ননা ইকোনোমিক ইণ্ডিপেণ্ডেন্স মচেং মচেং থুগাইদুনা য়ুম য়ুমদা Cottage Industry ওইনা ফিরোল শজরম্বী মৈতৈ নুপীশিং লৈঙোই পেকপী, নুং খুনবী, হাজিরা শুবী ওলহনখ্রবনি। পাবুংথোয় মামখোয়বু উবিদ্রনে —অহোঙবা মিলগী ফিনা কৈথেলপুম্বা তাউথোকহন্দুনা ইমা ইবেন্না শাজবা ঈয়োং ফি লুপহনখ্রে- ফজ-ফজরবা চেদা য়োম্বা মখল মওং কয়াগী ঙমোক্লা কৈথেলপুম্বা তাওথোকহন্দুনা মৈতৈনা শেমজবা ঙমোক, লৈবাক হব্রাই হৈঙান তন-শামু তঞ্জানচিংবা পুংলুপ লুপখ্রে-মৈতৈ থুম খরি ফংদ্রে হিদাক তিকি ফংখিদ্রে —মখোয়দু শাজরগা য়োঞ্জরগা হিংজরম্বা কয়া —বেকার ওইহল্লে। চাক্লী ফিনি লৈবাক ওইরবা মণিপুর নুমিৎ মঙানিদং মণিপুর মপান্দগী পুশিল্লক্তবদা মণিপুরী মৈতৈ চরা হেল্লে - মসি ভারত সরকারদা মণিপুরনা মর্জ তৌরুবদগী ফংলিবনি - মসিরা মণিপুরগী বেষ্ট ইন্টরেষ্ট হায়বদো।

মামনা হায়বিখিবা লম্বী লৈখোম থোক্তে য়ুমখুদীং ফমুং কাংথোন পুখম তেঙ্গোৎ বাৎত্রে-শেংন-ইন্নফি মরাঙ কায়রে মফম অমদগী অমা ফাওবা হব্রাগড়ী মোটোর গাড়ীনা থুনা য়ৌরে টেলিফোন টি ভি লৈদুনা মালেমগী পাউ ঙাইহাক ঙাইহাক্তদা ফংলে মান্নবা সমাজ লিংখৎলে - হায়বিরিবদু—মণিপুরদা তৌরিবসিগা ভারতকী মফম অতৈগা চাংদমনদুনা য়েংবিরবরা ? ভারতকী মফম অতৈদা কদায় য়ৌগ্রে খঙবিবরা- মুন্না য়েংবিরবদি - ঐখোয়না ভারত্তা য়াওবা চহি য়াম্খৈগী তুংদা ফংলিবসি ঙাইহাক লৈতনা পুংজা খুদীং ফুৎ, ফুৎ মুৎপা মৈ, ইন্দষ্ট্রি মচা অমা ফাওবা লিংখৎপা য়াবা পাউব্বার লৈতবা ইলেকট্রিক পাব্বার, কোঙ্গুৎনা থল্লবা লম্বী ঈশিং তাদবা টোটি অসিনচিংবা ফংজবদা চহি য়াম্খৈ-চঙলি-চহি য়াম্খৈসিগী মনুংদা মণিপুরদি তাংগম খৌরাং লৈবাক খুৎচুম চাবা লৈবাক মখোয়গী Captive Market ওইরে। মামনা হায়বিখিবা লম্বীথোং মৈ ঈশিং ফহনবগী ব্রাদুদি নীংতম্বা মণিপুরদদি চহি মঙাসু চঙ্লোই।

পাবুংসু মামসু খঙবিরিদুনি— মণিপুরনা ভারত্তা মর্জ হেক তৌবগা ইন্নর লাইন পার্মিট সিষ্টেম মুখত্তুনা ভারতকী অহেনবা মী ময়ামতা নত্তনা বাঙ্গলা দেশি নেপালী, ম্যানমার রোমদগী ইল্লিগেল মাইগ্রেন্ট কয়া মণিপুরগী মফম পুম্বা শিম্বুংনা খুন্দা লৈতাহনখি। হৌজিক ফাওবা লেপ্পা লৈতনা চঙশিল্লকলি —খৃ:২০০০ গী সেনসষ্টা

মপান্দগী চওশিল্লকপা নন-লোকেলগী মশীং লাখ তরেংলোম শুপ্রে মণিপুরগী অপূনবা মীশিংগী মরি থোকপগী অমা হেনখ্রে। চহি খর লৈরব্রদি-মপান্দগী চওশিল্লকুনা খুন্দারবশিংনা মশীং হেনখিদুনা ইরেবাক মণিপুর মণিপুরীশিংগী ওইররোই—কাছারদা কাছারীগী ত্রিপুরাদা ত্রিপুরীগী ফিভম করি ওইরবগে—মখোয়গী করি লৈরিবগে—মণিপুরদসু মৈতৈগী ফিভম করি ওইরক্কনি খঙ্বিবরা—মখোয়না মীশিং হেনগ্লবা মখোয়গী খুত্তা ইকোনোমী লৈগ্রবদা রাজনীতিসু মখুত্তা তাগ্লবা মতমদা মৈতৈগী মরাইবক করি ওইনি—মণিপুরী মৈতৈ হায়বা ইজাতিসি হিংখিগদ্রা ?

অশুম্না ইন্নর লাইন পার্মিট লৌথোক্কুনা মখোয়গী অহেনবা মী ঈচেল নাইনা চেনশিলহল্লগা—রেষ্ট্রিক্টেট এরিয়া পার্মিট চলাইদুনা মণিপুরগী টুরিজম ইন্দষ্ট্রিগী শেন্দান লম্বী ওইগদবা ফোরেনরশিংনা মণিপুরদা লাকপবুদি থিংলি। মদু মণিপুরগী করম্বা বেষ্ট ইন্টরেষ্টনো ?

"নঙনা হায়রিবদো খরদি চুম্মী-অদুবু অৱাংপা অশোয়বা পূম্বা ডিমোক্রেটিক উপায়না চুমথোকপা য়াই। ঐখোয়গী হকপূম্বা তান্দুনা চাওখৎ খোঙ্থাং য়াঙহনবা য়াই। শান্তি ওইবা লম্বীনা পূম্নমক তানবা য়াই।"

"মেম্বর ৬০০ লৈবা ইণ্ডিয়ান পালিয়ামেন্টতা মণিপুরগী মিহুৎ অনীখক্তং লৈবা অনী অদুসু মোৎ তিন্নদবা মখোয়গী ৱা কনানা তাবিনি। মনীং তম্বা লৈবাক ওইরম্বা মণিপুরবু ইং শোক ১৯৪৯ দা লোইলম ওইহনখিবা ভারত সরকারগী ষ্টেট অমা ওইহনবীয়ু হায়না অন্দোলন তৌবদা চহি কয়া চঙ্খি। আসামগী জিলা অমা ওইরম্বা নাগা হিলসনা ভারতকী ষ্টেট অমা ওইবদা চহি কয়া চঙখি। ঙামৈ হাওশিংগী অন্দোলন করম্না তৌখিবগে—মণিপুরদগী চহি কয়া হান্না নাগালেণ্ড ষ্টেট ওইখিবগে ? মণিপুরগী ষ্টেটহুদ অন্দোলন শান্তি ওইনতা তৌখিবরা ? প্রধান মন্ত্রিদা চেকতুম নুংদুম লংশিনখিদবরা ? পাবুংসু মামসু খঙবিয়ু মনীং তল্লবা ষ্টেট অমবু চহি কুম্মরী চুপ্পা লোইলম ওইহন্দুনা থম্বা খুদোনবীনা থিন্দুনা তাক্লবা ফাওবা তাশিন্নদনা লৈবা, মণিপুর লৈবাকপু মখোয়গী কেপটিপ মার্কেট ওম্থোক্কুনা লম অসিগী মীশিংবু মরোমদোম লেপচবা ঙমহন্দ্রিবা চাক্নী ফিনি লৈবাক ওইহল্লিবা ভারতকী মনুংদা গৌরমিঠাই মিশি ওইনা শিননবা লৈবগী করি কান্নরিবগে ? মর্জরগী মতমদা মণিপুরগী বেষ্ট ইন্টরেষ্ট তা তৌবনি হায়বসিবু নাইথাং ওইহল্লিবা—জাতি অসিগী মতীংবু হামচৎনহল্লিবা অসিরা ? ঐখোয় অচুম্বা পাম্মী মতীং লৈনা নীংতম্না লৈবা পাম্মী শান্নপোৎ লাইথিবী ওইনা লৈবদি পামদে। হৌজিক চহি ৫০ হেন্না মীনাই ওইরবা তুংদা উরিবা অরং-অরাক খর অসিদি নীংতল্লবা মণিপুরনা চহি মরি মঙাতদা ফংগনি। কান্নদে অশুক তোম্না হিংদৌ শরুক শিখিবনা হেন্না ফৈ।"

"ফৈ ফৈ, মৈতৈদি লান্দদি হুন্দবনি—য়েক্ল মায়রোং য়াবদা মায় ওন্দুনা খক চেন্দবনি। মায় ওনবদি য়াদেকো। অদুবু মী খুজোকঅমত্তা লৈবা লমসিদা অমগা অমগা

অনীশুনা পূনবা য়াদবা, পুন্দ্রবা মচোই মচোই তারবা পার্টিনা থল্লবা লৈবাকসিনা অপূনবা য়েক্লবগা করম্না লানবাদৌরিবা ?"

"পাবুং ঐখোয়গী মিসন অমগা অমগা পূল্লপ পুনশিনবনি —চপ মান্নবা থৌরম অমা পাঙথোক্লবা হোৎনবদা কাঙবু কাঙবু নাইনদুনা লৈনবা মতম নত্তে-পুন্না পুল্লপ পূন্না হোৎনমিন্নবা তাবনি-ঐখোয়গী মিসন পূল্লপ পুনশিনবনি - পুনবু পূল্লবদা কনানা ঐখোয়বু থিংবা ঙমনি ?"

"নপা নপুগী ঈজ্জৎতি ঙাকপা তাই —খোংজোম লান্দা মথম্রাই কৎখিবা নবুধৌগী মশুনিদো নঙ।"

মনিগী মচানা খুমলকখি —"ঐহাক মৈদিঙু থম্রাম্বাবগী মদাইরেম খুমন সেনাপতি ক্লাকপা হাৎখিবা পাথৌ এলাংবা তারিয়াগী ধারনি খোংজোম লান্দা মথম্রায় কৎথ্রবা গোবিন্দসিংহগী শুথাংনি।"

মতুং নুমিৎ খরনিগী তুংদগী অনিমক মশক উখিদ্রে কলেজ কারকখিদ্রে — লৈকায়দুগী মী কনা অমত্তনা মখোয় অনি কদায়দা লৈখ্রবগে হায়বা খঙখিদ্রে। করি অমুক হায়নি ইম্মুং মনুংগী মীশিংগসু পাউ ফাওনখিদ্রে— মপা মমা অনি-থরক হুনগৎপা নত্তনা করি ওইনি।

অশুম্না চেক মোক লাউদনা লৈখ্রবা থা খরগী তুংদা উনবা য়ারমদবা হেক্তা হাৎনরম্বা খুৎলাই পায়বা খুৎপু অহুম অমত্তা ওইনা তিন্নরে য়ানরে পুল্লে হায়বা পাউ তাখি তোম্বা মনি। কাঙ্লুপ অহুম অমগা অমগা হেক উনবদা হাৎনরম্বদুসু তোকখ্রে — হাৎনৈ হায়বা তাখিদ্রে। চহি অমগী তুংদা অমুকসু তাখি— চীংগী লালহৌলুপ তরেৎ অমসু পূল্লে য়ানরে। মখোয় অনীগী মিসন খর মখৈদি মহে য়াল্লমাল্লে খনখি।

নোংমা শেকমাইজিন কৈথোন্দা মনি তোম্বা মখোয় অনি ব্রারী শাদুনা লৈরিঙৈ —মখোয়গী লৈকায়গী মোরে লল্লোনবী তোম্বীমচা থেংনখি। তোম্বী মচা মনি তোম্বা কৌরক্লগা খোন পীকথনা ব্রারী শাখি।

"য়েংঙোই —নহান ইখঙ খঙহৌদনা নখোয় অনিগী নচানুপা অনিদো — লোকচাওদগী হাইগৎলক্লগা লৈবা চীংগী খুনীংথেক্তা থেংনৈদো। মখোয় অনীনা ঐবু হেক উবদা —হায়রকখি —ইনে ঐখোয় অশোয় অঙাম য়াওদনা লৈরি ঐখোয়গী মিসন ফন-য়াম্না মঙ্গল ওইরে হায়না য়ুমদা তম্বীয়ু। মখোয় অনিমক মকোক থোংবা মম্রা চৎলবা অফিসার ওইরমাল্লে বিলাইকাসু য়াম্না থেৎলি।

মখোয় অনী লৈরম্বদগী ঐখোয়গী গাড়ীদু কৈসু তৌদনা থাদোরকখিবনি। অতৈ গাড়ী অনি অহুমদি মখোয়না ফাদুনা লৈহৌরিবনি।"

মখোয় অনীনা খুমখি— "নুংঙাইরেদা ইচে মখোয় অনি শোয়দ-ঙামদনা লৈহৌই তাবদা। অদুবু অনীদু করিবু থোক্লমগদগে খনবদা মবুক নিংকোক নিংকোকই।"

তোম্বী মচাগা উনবা নুমিৎকী মতুং নোংমা কোনবা নুমিত্তনি ম্যানমার সিমানাদা সেক্যুরিটি ফোর্সকা কাপ্পর্বদুগ লালহৌবা অনী শিরে খরনা শোকখ্রে হায়বা পাউ তাখি। মথংগী নুমিত্তা মশক খঙ্দবা অশিবা হকচাং লৈরে হেক তাবগা রিমস মোর্গতা মখোয় অনীমক চত্তুনা য়েংলুই। অশুম্মা য়েংলকপসি চহি তরেৎ শুরবনি। নহানমখৈদি অশিবা অমত্তা মচা নুপা ওইরমদে। ঙসিদি অশিবা অমদি মনিগী মচা ওইরম্লে। মনিনা অশিবা মচাবু মুন্না য়েংলগা নোংমৈ গুলীনা পাল্লম্বা মফমদু মচানুপাগী মনঙ্দা ওইরম্বদা মনি মমায় ঙাঙ্না বা মচেৎ অমত্তা ঙাঙ্দনা ফন কুইনা চেকমোক লাওদনা লৈখি। তোম্বনা অশিবা হকচাংদু মথৌ মঙম পাঙ্থোক্লবা পুরসি হুয়রক্লবদা— মনিনা শিরেখৈ, য়াখিদে—নত্তে, মসি ঐগী ইচা নত্তে। এলাংবা তারিম্মাগী থার গোবিন্দশিং শামু ফাবগী মশুনবু লান্দা মমায় ওন্দুনা খক শিরোই। মচাগী অশিবা হকচাংদু মশক খঙ্দে হায়না লৌ হায়বা য়াখিদে—এম্ভুসতা শিবনি হায়রসু য়াখিদে।

থা অহুমগী তুংদা তোম্বনা মচাগী অশিবা মশা অদু রিমসকী মোর্গতা থেংনখি। মনিগী মমাঙদা মহাক্না চাওথোক্না হায়খিবা— "ঐগী ইচাদি মরৈবাক্কীদমক মথৱায় কৎখ্রবা খোংজোমগী পাথৌ শামুগী মশু শুথাংনি —য়েক্লবা মায়রোং য়াবদা মমায় খক লৈরোই। হায়বদু হেক নিংশিংলকখি।"

তোম্বনা মথৱায় য়াম্না নুংঙাইতনা শোঞ্জখি —"মরূ অদু মাঙলোমদা পাল্লম্লবদিকো" —"য়েংঙুনে মুন্না মরূদো কদায়দা....... ।"

ইম্ফাল, ২১.১২.০৫

## (১০)

## "অমুদোন"

ইং শোক ১৯৩৫ গী ফেব্রুয়ারী থানি - উরি -ব্লাউরি থা - নাকেন্থা লোইশিল্লকুনা য়েন্নীংথা হৌরকপা মতমনি অশীং-অব্লাম্বাগী লেমহৌবা লোইশিন খোমজিল্লকপা নুংশিংনা শিংলি রু-রু, পুরি কেল্লবা উনা-ব্লানা মফম অমদগী অমদা, লোয়ননা হুম্রকলি চীংদগী লম্মৈগী তাঙ্গোইসু তম্পাক্কী লম শীঙ্কুংনা। মী চীকপা লমদদি নুংশিংকী মখোল হৌই-গুরং গুরং গুংবগুম তৌই, নুংশিংকী খোঙ্‌জেলসু য়াঙই কল্লি মী ফাওবা হুমদুনা হেক হেক পুই লমহাঙদদি।

নুমিৎ অসিদা ঐহাক অবোক চোনুগা লোয়ননা অবোক তোম্বীগী লৈফম নিংঙোম্বম লব্রায় তম্না চৎলম্মী। মতমদুদা ঐহাক চহি ৯শুরে তরা চঙ্লে ঐখোয়গী য়ুম মোইরাংখোমদনি। মতমদুদা মোইরাংখোমদা কৈথেল চাউনা কারি —কৈথেল অচৌবা খ্বাইরম্বন কৈথেলগী হেক মথংদা লৈবা অচৌবা কৈথেল অমনি। কৈথেলসিদা মী য়াম্না তিল্লি মসিদগী হাইদোকপ্লবদি মী য়াম্না লল্লি —কুম্মৈ-ফিয়োং মতমদা মী য়াম্না চিনবা নত্তনা অতে মতমদদি লম্বীশিং অসি মী লন্না লন্না চৎনৈ মী ইচৎ চৎনদে - অদুনা য়াম্না চীকই।

মতমসিদা মণিপুর পুম্বগী মীশীং লাখ মঙা য়ৌদ্রি, ইংখোল চাওনরম্মী, য়ুম কূংলমদে, ইংখোল খুদীং ব্লাপল উপলনা থল্লম্মী। ইংখোলদা মনামশীং ব্লাত্তনা ফংলম্মী থোং-থাক্লবা মনা-মশিং মৈ থানবা শীং লৈয়নরমদে, ইংখোলগী উশা-ব্লাশানা অদুম থানরম্মী। করি অমুক হায়রুনি-মী শিরগা পোৎলোইনবা শীং লৈনরমদে-ইংখোলদুদা হৌবা হৈক্রেং পাম্বী অমা য়াল্লগা খায়দোক্লগা হেক্তা পোৎলোইনরম্মী। ব্লাপল উপলনা কূংনা হৌরবা ইংখোল মরক্তা মোইরাংখোমদগী চীংঙা তান্না চৎলিবা হৌজিক্কী ইন্দো বর্ম্মা রোদ অসি ষ্টেট হায়রে ওইরমদে —ষ্টেট হায়বে লম্বী অচৌবদি মোইরাংখোমদগী ইম্ফাল তুরেল তোর্ব্বানলোমদা শিংজমৈ কৈথেল তাখিবা অসিনা ওইরম্মী। অদুনা মোইরাংখোমদগী চীংঙা তাবা লম্বী অসি ইম্ফাল তুরেল তোর্ব্বানদা তাবা ঐখোয়না মনীং লমজাও কৌদুনা কৈথেলগী খারোমদা মী কয়া চৎনরমদবা অশুকপা লম্বীনি —

লম্বী মৈ থাদবনা নুংদাংদি য়াম্না মমই— ইম্ফাল সহরসিমক অহাণ্ডবা লম্জাং লমপাক উ-ৱা থন্না হৌবা মফম্না, পাখি- কোমথিনা থন্না লৈরম্মী। নুংদাং চৎপা তারবদি করোসিন মৈনম উতোং নত্রগা উচান মৈরা পায়দুনা চৎনরম্মী।

জাপান লান মতম মণিপুর মহারাজনা পাল্লিঙৈ মতমদা ফাওবা মোইরাংখোম লৈপূং নোংপোক্তা ইম্ফাল তুরেল তোর্বান ফাওবা শন্দোক্লম্মী, লৈপূং ওইরম্মী। ময়ায়দা ককথত্তুনা মনীংলমজাও চৎলম্মী। শিংজমৈ সুপর মার্কেট চীং ওইরম্মী। চীংঙা চীংসু গাড়ী অমা চৎপা য়াবা মুক্তা লাওনা চীং ককুনা লম্বী মশা অমনা শিংজমৈরোমদা থৌবাল ককচিং পলেন তাখি— লম্বী মশা অমনা চীংঙামখা হৈরাংগোই থোং লোমদা ময়াই লম্বী তাখি।

অবোক্লা ঐগা লোক্লাওবুংদা হাইথদুনা মনীং লমজাওদা চীংঙা কারকলোমদা হৈরাংগোই থোং তম্না চথরম্মী। চীংঙা চীং অমত্তা ওইরম্বদগী ময়ায়দা ককথত্তুনা লম্বী শেমখিবদগী চীংঙা চীং অনী থোকখিবনি। মতমদুদা মী কয়া চৎনদবা পূংচীক চীক্লবা চীং অনীগী কারকনি। অবোক্লা "চীংদা নরাইবক কৎলু" হায়রকখি। লাইবক কৎনা কৎনা ঐনা হংখি —" করিগীনো অবোক চীংদা লাইবক কৎলিসিবু ?" অবোক্লা খুম্নকখি—

"চীংঙা লাইরেম্বী খুরুমলিবনি -মানা শাউদনবনি।"

অবোক্লা মখা তাবকখি —"মানা শাউরবদি কনামত্তা চীং অনী কারকসি লান্দুনা চৎপা ঙম্বা নত্তে।"

"য়েৎলোমদা লৈরিবা চীংদোন অসি য়েংউ —মী চিকপা মতম নুমিৎযুংবা, সন্ধ্যা য়াচঙ্বা মতম অমদি অহিং নোংযাইদা চীংঙা লাইবেম্বীনা অসিদা ফমদুনা মাবু থৌশাদবা কনা কনা চৎলিবগে য়েংলিবনি। নুমিৎ যুংবা মতমদদি মাগা শীশুম লাইরেম্বীগা হীক কাইনদুনা ফম্মিন্নে হায়।"

"অবোক নঙ চীংঙা লাইরেম্বী উরবরা ?"

"উদ্রিদা, পঙ্ উবা ফংবা পোৎ নত্তে। উনকব্ববদি হিংদে হায়- হিংলবসু মরোল মরি থোক্কনা ঙাউরি ফৈরি তৌদুনা লৈ।"

অবোক্লা মখা তারকখি —"নুমিৎ যুংবা মতম সন্ধ্যা য়াচঙ্বা মতম অমদি অহিং নোংয়াইদা কনাগুম্বা নাইতোম চৎপা মীনা চীংদোনসিদা য়েংলুবদা চীংঙা লাইরেম্বী লৈরম্বা উরবদি লাইরেম্বীনা মখুৎ হত্তুনা মাবু মনাক্তা কৌই— করিগুম্বা মীদুনা চৎলুরবদি লাইরেম্বীগী মনাক শুকয়ৌ য়ৌবা ঙমদে —করিগুম্বা নোংঙানবনা হানখ্রবদি মীদু ৱাম্বদুনা তাই —নত্রগা চীংদগী ওম্বদুনা শি। করিগুম্বা ৱাম্বরিবা মীদুগী মরী মতানা মতম চানা থেংনদুনা মাইবী মাইবা খিদুনা ঈরাৎচবান থাহৌরবদি ফৈ। অদুগা লাইরেম্বীনা কৌবদা চৎত্রবদি লাইরেম্বীনা মকোক অদু ফোয়দৎলগা মীদুদা থাদুনা মীদু হাৎলি।"

অবোক্না মখা শমখরকখি —"চীংঙা লাইরেম্বীগী মনাই নুপা ভুৎ অমসু লৈরম্মী। ভুৎ অসিনা নুংদাং অথেঙ্বদা নাইতোম লাকপা পাখঙ্শিংদা খৎনবা হৌই, মুক্না শীংনৈ অদুগা ফুনদুনা পাখঙ্ ঈনখৎলকপা কয়া হাৎলি-শোইনাইহল্লি। অহিং নোংয়াই য়ৌরকপদদি ভুৎ অসি মপা লৈতনা মপাঙ্গল কনখৎলকই। মতম অশ্বাইদনি মানা মাগী লাম্বা পারিবা য়েনরিবা নুপাদু হেক হেক হাত্তোকপসি মদুদা শিহৌদবা কাঙ্বুনা ঙাওন-ফৈনা নাই। মাইবা মাইবীনা ঈরাৎ-চবান হেক হেক থারগা ফনরম্মী অদুনা কিনদুনা অহিং অথেঙ্বদা চীংঙা কারক অসিদা খক চৎনদবনি। লৈশং যাত্রানা ভুৎ অসি তাহ্মোকখিবনি।"

"করম তৌনা তাহ্মোকখিবা অবোক ?"

"লৈশং যাত্রা য়াম্না কহৌবা মুক্না যাত্রানি —অদুনা মহাক লৈশং যাত্রা হায়না মণিপুর শেং কায়না ফাওই। নোংমা অহিং লৈশং যাত্রানা সনা কোনুংদগী খেঙপ্রে হায়দুনা ময়ুম তম্না পরপ পরপ লাকখি। চীংঙা কারক য়ৌবদা অহিং নোংয়াই য়ৌদৌরে। থুনা পরপ পরপ লাকপদুদা চীংঙাদা লাইবক কত্তনা কারকতু শৎ লাহ্মোরকখি। মতমদুদা খাং চাউরবা মুশিন মুরবা মতুচোম্বা ভুৎ অসিনা লম্বীদা মাবু থৎলগা হায়রকখি — "ঙাইখো লৈশং যাত্রা ? নঙ মুক্না য়াম্না হৈ হায়না তায়— নঙগা ঐগা মুক্না শান্নখিসি পোম্বাদি অপোবা অদুনা অথোইবনা হায়বদু য়ানবা। নঙ্না ঐগা মুক্না শান্নরমদনা চীংঙা কারকসি লাহ্মোক্নুনা চৎখিবা শুকয়া য়ারোই।"

"কনানো নঙ্বু ঐ নশক খঙ্দে। অদুবু ঙসিদি য়াম্না থেঙপ্রে য়ুমদা নুংশা থীনরম্লনি ঐ চৎপ্রগে। মুক্না শান্নসি হায়রবসু হয়েং শান্নসি —নঙ্না অপাম্বা মতমদা ঐ সিদা লাক্নে ঙাইরম্মু।"

"য়ারোই মদু। নঙবু যাত্রানি হায়বদাই কিরগা হায়জৌ- কনবীগে?"

"করি হায়বা ?" হায়রম্লগা লৈশং যাত্রা কুঞ্জা য়েপখত্তুনা মফি শেমদুনা হোৎচিনখি। অনী অদু নম্নখি। নুংদাং পুং তরামথোই মখায়রোম তাবদগী নম্নরকপদুনা নোংয়াই য়ৌরকপদদি ভুৎ অদু মপাঙ্গল য়াম্না হেক্তা কনখৎলকখি। মানা লাকচরপ তৌরক্নম্মী অদুবু লৈশং যাত্রানা লৌ হৈবনা মাবু নমথুবদি শুকঙম ঙল্লমদে। লৈশং যাত্রা হুমাংনা পুংলুপ লুপ্লম্মী।অদুবু নোংয়াই মতুং পুং অমরোম তাবকপদদি ভুৎ অদু মশা থর থর শোম্বুরকলে। মা কোনুংগী শ্রী শ্রী গোবিন্দগী মঙ্গলার্তি শরিক খোঞ্জেল অহানবা হেক তাবমক্তদা লৈশং যাত্রানা ভুৎ অদু চেপচিংদা লৈবাক্তা নমদুনা থাদরম্মী অদুগা মথক্তা ফম্লদুনা হংখি —

"নঙ কননো ?"

"ঐ চীংঙা লাইরেম্বীগী মনাইনি —ঐ নখুত্তা মায়থীরে —য়ারে— ঐবু কনবীয়ু নঙ্না হায়বা অমা তৌজগে।"

"ফরে ওসিদগী হৌনা নঙ্ মফম অসিদা লৈবা য়াদরে। আদা উরিবা চীং নোংমাইজিং চীংগী খলোং মখাদা লৈবা অময়লোক্তা লৈখ্রো। ঐগী মিং হেক তাবগা নঙ্না হেক ফায়ন্না মীদু থাদোক্কদবনি।"

"ফরে মদু ঐ য়াজরে।"

মদু তারবদা লৈশং যাত্রানা ভুৎ অদু থাদোকখি। হৌজিকসু চীংঙা কারক্তা করিগুম্বা ভুৎ থেংনরবদি— ভুৎ অদুদা "নঙ্দি লৈশং যাত্রাগী মনাইনি" হেক হায়বদা ভুৎ অদু শ্বাই হেক্তা মাঙ্খিবনি।

অশুম্বা বারী শার-শারদুনা অবোক্কা ঐগা চীংঙা কারক লাম্ছোক্লগা হাইথরক্লুনা হৈরোংগোইখোং লাল্লগা ময়ায় লম্বীদা নিংথেমচা কারোং য়ৌরে। মফমসিদগী লাংথবাল খুন তাত্রিফাওবা অহাঙবা লম্পাক্লি, চরোৎ হাবুং য়াম্মা লৈ। লমহাঙ্দু পোৎচৈ মুনবা মী লৈ হাযনা কিনৈ। নুংখিল পোবোপ্পা ফাওবা মী নাইতোম ইচৎ চৎনদে।

ময়ায লম্বীসি হৈবাংগোই খোংদগী হিযাংথাং লাইরেম্মগী ফাওবা নম্বুল তুবেল মপান্দা চৎলি। তুবেল ব্রাংমদা কৈবুং, লাংথবাল চীং, হৈবোকচীং লৈ। অবোক্কা ঐগা অদুম লাকপনা লাংথবাল কুঞ্জ, লাংথবাল লেপ লাল্লগা ফুবামখোঙ্ য়ৌবে। ফুবামখোং অমুদোন চীংগী চীংচেপ্পুনি -মসিদগী চীংয়া লম্বীদা নোংচুপ পাংনা চৎলগা নিংঙোম্বম লব্রায তাগদবনি।

"অবোক চীংসিগী মমিং কবি কৌই।"

"অমুদোন চীং"

"কবিগীনো অমুদোন চীং কৌরিবদি।"

"মসিদা অমুদোন হায়বা লাই অমা লৈ হায়। হৌজিকসু চীংসিগী মনাক্তা খুদোংথীবা নংলবা ফত্তবা মীনা ফা-পুনবা তৌবিরবা নুপা নত্রগা নুপীনা ঐবু অমুক্তা কনবীযু অমুদোন হায়না কৌরবদি মখুত্তা থাঙ্পায়দুনা শগোল খুরুপ থৌরক্কনি অদুগা ফত্তবা দাকুশিংবু হাত্তুনা অব্রাবা তারবা মীবু কনবী হায়। মরম লৈতনা কৌরবদি কৌবিবা মীদু থীনা লাক্লে হায়। কৌ লাক্কনু তৌহৈদেকো।"

অবোক্কী ব্রাদু তাবদা ঐহাক অমুদোনবু য়াম্মা হেক্তা কৌনিংলকলে। অমুবা ফিজোন শেৎ কোয়েৎ খদাংচেৎ লাক্লা য়েৎ মখুত্তা থাঙ্শাং পায়রদুনা শগোল কারু তোংদুনা থাঙ্ হাইর হায়রদুনা খুরুপ অচৌবা থৌদুনা লাকপা শক্তমদু য়াম্মা হেক্তা উনীংলকলে। অবোক্লা কৌরু লাকউনু ফত্তে, মরম লৈতনা কৌরবাদি কৌরিবা মীদু হাৎলি তুপ্পী হায়বা তাবদা কিসু কি অদুবু কৌনিংবনা খ্রো খ্রো খোৎলি —মরমদি শোয়দনা থোরকপ্রা হায়বদু খঙনীংই। খঙহৌদনা ঐনা কৌখি য়াম্মা লাউনা —"অমুদোন অমুদোন।"

ইখঙ্ খঙহৌদনা চীংগী নোংচুপথংবা নাকন্দা লৈবা পাক্লবা লৌবুক লমহাংলোমদগী ঐখোয়না লাক্লিবা চীংয়াংগী লম্বী অদোমদা অকনবা নোংলৈ নুংশিং ক্র ক্র লাওনা কন্না শিংলকখি —নোংলৈ নুংশিং অদুনা উরু উরু লৈনা শিংলকপদা য়াওরকপা উফুল বাইফুল উনা শীংনা অদুনা ঐখোয় মীৎ পাঙ্বা য়ারমদে -অকনবা নুংশিংনা হুন্নকপদা হুকচাং অসি চেন্দুনা পুই অদুনা অবোক্তা ঐগী চীংয়া নপ্পা মিৎ উইশিন্দুনা ফমথরম্মী। নোংলৈ নুংশিংনা হুন্নকপদা পুখৎলকপা উনা শীংনা প্রোপ প্রোপ তারকলি ঐখোয়গী কোকথক্তা। ঐনা মিৎ উইশিন্দুনা ফমথরবা ঙাইহাক্কী তুংদা শগোল খুরুপ থৌবগী খোঞ্জেল তারকপগুম তৌখি। শগোল খুরুপ অদু মাঙলোমদা নকশিল্লকখি শগোল থক্তা অমুবা ফিজোন শেংপা অমুবা কোকয়েৎ খদাং চেৎ লাক্লা য়েৎপা ব্রাংচাউরবা অকনবা নুপা অদু মখুত্তা পায়রিবা লংলবা থাঙ্দু হাইর হায়রদুনা ঐগী ইনাক মক্তদা চঙ্শিল্লপদু উরম্মী। কিমনগ্রদুনা মিৎ পাঙ্থোকপা ঙম্নমদে।

× × ×

"পাথৌ অমুদোন"

"য়াম্মুং—তাকশীসি সনায়াথং।"

"লাপ্লোই কয়াদি শুরে নহাক্কী।"

"মীকোক কুন্দি শুরে য়াম্মুং।"

চহি তরেৎ খুন্তাকপা মনুংনি। খৃষ্টাব্দ ১৮১৯ লোইরমদাইদা অৱা সেনাপতি অনী পাখাৱোন কানেৱোন্না লুচিংদুনা মশীং থিঙমদনা য়ান্নবা অৱা লাম্নীগা লোয়ননা মণিপুরদা লান্দারকখি। অৱা নিংথৌগী মতেংনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইখিবা মার্জিৎকী মথক্তা অৱানা লান্দারকপা অসি অৱা নিংথৌনা মার্জিৎপু মাগী মখা পোনবা নিংথৌনি হায়না খনবা অদুগা মার্জিৎনা মশাবু অৱাগী মতেং লৌরুরবসু মণিপুরগী মনীংতম্বা নিংথৌনি হায়না খনবা মোং খেন্নবা অসিদগীনি।

অৱা লান্দারক্লে তাবদা নোংপোক ৱাইরং পামহেৱা মার্জিৎ মহারাজনা মৈতৈ তেঙ্গোল পুদুনা পোইনু থাগী নিনি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা অৱাগা লান থেংননবা খোঙ্শানখি। মঙানিপানবদগী ১২নি পানবা ফাওবা অকনবা লান থেংনরক্লবদা মশীং য়ান্নবা অৱা লাম্নীনা লাকচরক্লুনা মৈতৈ তেঙ্গোল মায়থীরে —লৈবাক কায়রে মার্জিৎ মহারাজ ময়াং লৈবাক্তা চেনখরে। মণিপুর লৈবাক খুন্তাক লানশিরে।

হন্দক অৱানা লান্দারকপসিদি মখোয়না লাকচবা শুকগুম ঙমদ্রবা মৈতৈ হায়বা জাৎ অসি মালেম অসিদা থম্মরোই হায়বা মতাগুম ওৎ-নৈবা হাংপা-তুপ্পা হৌরকলে। ফম্বাল লান্দা মনাওনুপা মার্জিৎকী মখুত্তা মায়থীরবা মৈতৈ নিংথৌ চৌরজিৎনা ময়াংলোমদা চেনখিবদা মাগী খোঙ্লোই কন্না মতুং ইন্নখি। মর্জিৎ মহারাজনা পাল্লিঙৈদা মাগী থৌশিল কয়ানা মণিপুরদা লৈবদা খুদোংচাদ্রবা মতীক লৈবা নিংথেমচা কন্না

গম্ভীর নরসিং য়াওনা মখোয়গী খোঙ্‌লোই্ কয়াগা লোয়ননা হান্নবা ময়াং লৈবাক্তা চঙ্‌জফম লৌদুনা লৈখ্রবনি। খাইবুং খাইবুং তারবা পূন্দ্রবা মৈতৈশিং অব্রানা ঈরায় লায়না মায়থিবা পীখিবনি। জয় ওইরবা অব্রা লাম্মীনা ওৎ নৈরবদা লুচিংবা লৈত্রবা মৈতৈ কয়ানা চীংদা খোংজাই্ কবুই্ অনাল চোথে কোম তাম্বুল মাও মারাম মখোয়গী ঙাই্ লৈবা মফমদা থৈয়দুনা লৈনখি। কয়া অমনা উমং রামং চীং মাপ্দা লোত্তুনা লৈনখি- কয়া অমনা অব্রানা ফাদুনা অব্রা লৈবাক্তা পুশিনখি —অশুম্না রাকচীং থাদা মৈতৈ লাখ অহুম হেন্না অব্রা লৈবাক্তা অব্রা সেনাপতি পাখাউন্না পুখি — হায়নবা লৈ মখোয় পুম্না মখুবাক্তা য়াইরিনা লেংলগা চিংদুনা পুখি। নিংথৌ পান্দ্রবা প্রজা পুম্না উনুং রানুংদা লোৎখ্রবা লৈবাক অসিদা অব্রা সেনাপটি কানেউন্না লুচিংবা অব্রা লাম্মী লীশিং অনি লৈবাক চাবা ওইনা লৈহৌখি —মখোয়না কাঙ্‌জেবুংদা তেংগোল শাদুনা লৈরম্মী অদুগা অউ অউবা মৈতৈবু ওৎ নৈরম্মী।মমাগী মথাদগী মচা মুল্লগা লংখত্তুনা তানা লেংদুনা হাৎলি —অঙাং কয়া ইমুংদা হোইজিল্লগা খোঙ্‌ মনীং মমাঙ্‌ লোনশিল্লগা মোরোক মৈ থাদুনা হাৎলি। অশুম্না অব্রানা ওৎ নৈবদা মৈতৈ অমত্তা লৈবা ঙমদদুনা চহি তরেৎ চুপ্না মণিপুর খুন্তাকলে।

মৈতৈ লাম্মী মায়থিরদুনা মার্জিং মহাবাজনা লানগায়দুনা ময়াং লৈবাক্তা চেনখ্রবা তুং লৈবাক নিংথৌ পান্দদুনা কাংখোং চাইরবা অমদি লান ঙল্লবা অব্রা লাম্মীনা ওৎনৈবা হৌবক্লবা, মৈতৈ লখা অহুম হেন্না ফাদুনা অব্রা লৈবাক্তা পুশিনখ্রবা মতুং লমতা থা হৌরকপদা মৈদিংঙু লাবন্যচন্দ্রগী মচানুপা ইবুংশি হেরাচন্দ্রনা খোংজাই হাওদগী কুমলক্তুনা মৈতৈ চাক চেনবা কয়া খোমগত্তুনা তাকু তেঙ্গোন শেল্লগা অব্রা লৈবাক চাবা লাম্মীশিংগা লানথেংনখি। হেরাচন্দ্রবু দাকু নিংথৌ হায়না খঙ্‌নখি —অব্রানা মাবু য়াম্না কিনা খনখি।

অমুদোন দাকু নিংথৌ হেরাচন্দ্রগী দাকু তেংগোনগী লুচিংবা অথৌবা অমনি— হেরাচন্দ্রগী চান্নবা মরৈবাক নীংবা নুপানি। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মচা ইবুংঙোশিংগী মরক্তা নিংথৌ গাদি মিকানবদগী খাইবুং খাইবুং তারবা পূনবা ঙমদ্রবা মৈতৈবু অব্রানা মায়থীবা পীদুনা নীংতম্বা মাঙলবা মমা লৈবাক মণিপুরগী মনীং তম্নবা হোৎনবদা মথরাই কথোক্লবা অমনি। অব্রা লৈবাক চাবা লাম্মীনা ওৎ নৈবিরবশিংবু কন্নবা হোৎনবদা মথরায় পাম্মুদ্রবা নুপানি।

অমুদোন চীং মাগী লৈফমনি। চীংসিদা লৈবা মাগুম্না মরৈবাকপু নুংশিবা পাখঙ কাঙবু অমা দাকু নিংথৌ হেরাচন্দ্রগী দাকু তেঙ্গোন্দা য়াওখি। অমুদোন চীংগী চীঙ্গোন্দা লৈদুনা অব্রা লৈবাকচাবা লাম্মীগী খুন্তা খুদোং থীবা নংলবা মৈতৈ মচা কয়া কনবনা মথৌ ওইদুনা লৈরম্মী। খোংজাই হাওদগী কুম্নক্লগা ইবুংশি হেরাচন্দ্রনা অমুদোনগা উনখি —

অমুদোন্না মাগী তুংইনবা লাল্লোই কুন শুরে হায়বা তারবদা ইবুংশি হেরাচন্দ্রনা হংলকখি —“নঙগী খুজু খুৎলাই তঙাইফদবা অব্রাং অপা করি করি ?”

"য়াম্বুং শগোলদি ঐগী সিমতনি —শগোল সৈশিন অনিদং শুরবদি য়াম্না পাঙ্গল খোক্তনি। থাঙ্ চূঙ্গোই তানচিংবা খুৎলাইসু খর কৌরি।"

"চেঙ চাক্তি কমদৌবা?"

"নহান অন্না লৈবাকচাবা লান্মী চেংপুবা কাঙ্বু অমদগী মুলহৌবা য়াম্না লৈরি থা অমা হেন্না চৎনখিনি।"

"য়েক্লবগী থৌরাঙ্দি শোম থংবা নাকন্দা কমদৌবা।"

"লম্বী সোমদা য়েক্লবগী অচৌবা তেঙ্গোলদি পংলাক লাক্লে - ফৌ চেংসু খোম্লীংঙাই পঙ্লৈ লৈতে। য়েঙ্লাং হেকপী নুপী নাইতোম তাবী লুম্বা অন্না লৈবাকচাবা লান্মী খর খরদি মরক মরক্তা হেক হেক থেংনদুনা ঐখোয়না ফাদুনা লোইখোকই; অদুবু খুজু খুৎলায় খর কৌবনা খর চাওবা য়াম্বা য়েক্লবা কাঙবুদদি মওং তানা লমন খুম্বা, অন্না অনা মতেং পাংবা ঙমদ্রি।"

"নহান শক্তিবু মাপম্নী পানবা লৈবাকপোকপা নুমিত্তা অন্নাগা থেংনবা লান্দা লোক্লকপা খুজু খুৎলাইশিং অসিদগী নঙগী দরকার লৈবা মখৈ লৌশিল্লু।"

"য়াম্বুং, পাউ ফংহৌদদুনা নহানগী লান্দুদা শরুক য়াবা ঙমজহৌদ্রে —ঐখোয়না জয় ওইবদা মখৈ লৈতনা হরাওজে। লানগী পাউদু য়াম্না তাজনীংই —মরীক চুম্না অমুক্তা তম্বীয়ু।"

"য়েক্লবনা থুনা চঙশিল্লকপনা নঙোন্দা হান্না পাউদু য়ৌহনবা ঙমহৌদবনি। ঐখোয় লৈবাকচাবা অন্না লান্মীগা লাম্থেংনসি হায়না তান্নৈদনা —মদু অন্নানা হান্না খঙখিদুনা মায়কৈ থুংনা অন্না লান্মী ময়াম থোমজিল্লকপদগী ঐখোয় ফৌ চেং পুবা য়েঙ্লাং নাপী হেকপা চখোকপা য়াদ্রে —চানীংঙাই লৈরক্লদুনা ঐখোয় মোইরাংলোমদা কূমথরে। ঐহাক খোংজাই হাওদগী কূমথরক্লনা মোইরাং মায়কৈদা লৈরে হায়বা তাবদা ঐবু ফানবা অন্না লৈবাকচাবা লান্মী ৫০০ থারকপনি। ঐখোয়না লম্বীদা থক্লনা থেংনবনি। ঐগা অঙোম সুবুনাথ ঐখোয় অনীনা মাঙ্লোমদা মায়রোং য়াদুনা য়ান্নরিঙৈ - হান্না লাম্থোং শিনখিবা মতুং ইন্না অকোয়জম থম্বা, ময়েংবা শ্যাম অনীনা য়েৎলোমদগী মোইরাংথেম লবঙ্গনা ওইরোমদগী অদুগা এলাংবা অমুনা তুংলোমদগী লান্দারক্লনা মায়কৈ মরিমক্তা কোয়শিন্দুনা লান য়ান্নরকপা অদুদা মখোয় কায়দুনা মফম মরাং খঙদনা শমজি খাইদুনা পঙ্চেন্তা চেন্নখিবনি। ঐখোয়না অন্না লৈবাকচাবা লান্মী চনিদি হাৎহৌবনি। অশোকপা য়াওনা লান্মী চহুমদি চেন্দুনা মথন্নাই হিংখিবনি। লাইবক ফবনা ঐখোয়রোমগীদি অশোক অপন ইয়াও য়াওখিদ্রে। মখোয়দগী মুলহৌবা চেংচাক অসিসু লৌশিলহৌ —উনুং ন্নানুংদা লোৎলিবা চানিংঙাই থক্লিংঙাই লৈত্রবা ইরৈবাক মচাশিংদা য়েম্থোকউ।"

"য়াম্বুংগী সনা য়াথং ইকোক থোংনা য়াজরি।"

"তাও অথৌবা ! রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মচাশিং ঐগীদি ইতোলশিং অসিনা রাজ সিংহাসন মিকানবদগী য়েক্লবা অৱানা মখুৎ চনখ্রবা পোক্লফম লমদম ইমা লৈবাক মণিপুর অসিবু নঙগুম্বা মরৈবাক নীংবা অথৌবা মচা লৈনা লৈনা য়েক্লবা অৱাগী মখুত্তা করম্না মাঙহনসিগে ? য়েক্লবা অৱানা ওৎ নৈবিরবা ইরৈবাক মচাশিংবু কনবতা নত্তনা য়েক্লবা অৱাশিংবু তাম্থোক্নুনা ইনিংতম্বা ইরৈবাক মণিপুর ওইননবা ঐখোয়গী তৌফম থোক্লবা ইথৌনি —নঙগুম্বা মরৈবাক নীংবা মচানা থম্না লৈরিবা লৈবাক অসিনা মসি পাঙ্থোকপা করিগী ঙমলোইদগে ?"

হৌজিক ফাওদা নঙগী ননাক্তা লৈরিবা লালোইশিং থারগা ঐখোয়গী মরৈবাক্কীদমক মথৱায় কৎলবা মী ৮০০ দি শুরে অদুবু শগোলদি ৫০ খক্তা মরে নোংমৈসু ১২ খক্তনি ঐখোয়গী লৈরিবা। য়েক্লবা অৱাগী লাম্মীদি লখা-লখানি — লৈবাকচাবা লাম্মী লিশিং অনিসিতা নত্তে। অদুবু লিংজেল মান্নরবা মরৈবাক নীংবা লাম্মীবু থিংবিনবা য়েক্লবা মালেমদা লৈতে। অদুম ওইনমক নহাক্কী লাল্লোই মশীং খর হেনগৎনবা অচঙবা মী খর থিশি - ঐসু খুজু খুৎলাই মী অচঙবা খর হেনগৎনবা তৌগে। য়াম্মুং য়ুমজাও তাবা মাকলংরোমদা লাকলে হায়। ঐ মাগা উনদুনা পূন্না অৱা থেংননবা হোৎনরুগে।

দাকু নিংথৌ হেরাচন্দ্রবু মাগী তেঙ্গোল লাম্মীনা মণিপুরগী নিংথৌনি হায়না ইকাই খুমনৈ। মাগী লাম্ভোংশিনবা হৈবা অকিবা লৈতবা মথৌনাবু অৱা লৈবাকচাবা, লাম্মীগী সেনাপতি কানেউন্না কি-হঙ্গোই। ইবুংশি হেরাচন্দ্র ময়াম্মুং য়ুমজাও তাবা উনরে। পূন্না অৱাগা লান তৌবা মাসু য়াই। মানা পুরকপা শগোল অনি কবাক থাঙ মঙা অমসুং নোংমৈ অহুমসু মনাওদা পীথোরকলে —অদুবু মাদি কানেউনদা চঙজদুনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইগে হায়না চৎখ্রে— মনাও নুপানা থাম্বা য়াখিদ্রে।

দাকু নিংথৌনা হায়রম্বা মতুং ইন্না অমুদোন্না লাল্লোই মশীং হেনগৎনবা হোৎনরকখি। অৱা সেনাপতি পাখাউন্না ব্রাকচিং থাদা ফাদুনা অৱা তান্না পুখিবা মৈতৈ লাখ অহুম অদুগী মরক্তগী মরিল লৈবা নুপা কুন লোন্না চেল্লকপদা মঙা অমদি অৱানা ফাহৌরে মখোয়গী মরাইবক কমদৌগ্রে খঙদে তরামঙাদি মণিপুর তম্পাক তারকখি —মখোয়গী মরক্তা চাদ-থক্ত চেল্লকপনা ব্রাবনা মশা শোক্লবা মঙাদি মখোয়গী মরী মতা থেংনদুনা উমং ব্রামংদা লোত্তুনা লৈবা মরক্তা য়াওখ্রে।মরীল লৈবা মশা মউ ফবা তরা অমদি অমুদোনগা থেংনদুনা মাগী লাল্লোই ওইখ্রে— অশুম্না ময়াং লৈবাক্তগী হল্লকপা তরা অমগা চীংদা মান্দা লোৎপদা অৱাগী অত্যাচার খাঙবা ঙমদ্রবা লমন খুম্নীংবা মৈতৈ পাখঙ তরা অমসু অমুদোনগী লাল্লোই ওইদুনা মখোয় পূন্না য়াংথৈ শুরে —মপাঙ্গল লৈরে।

অমুদোন্না মাগী চীং অসি লানবন ওম্থোক্লে। অরোনবা শুরুং অরোনবা লম্বী য়েক্লবা লাকই লাক্তে য়েংনবা মফম; - অৱাংবা উ, পাউ মথং মথং ফাওননবা অরোনবা

মখোয়ডনা খঙ্‌বা অতৈনা খঙদবা খোঞ্জেল খোঙ্খোক খুদম হৌদোক্লুনা চৎনহল্লে। মফম চাবদা লাল লুম্ফম, লান হন্দোকফম শুরুংগী লম্নী শেমখ্রে—খুৎলাই থম্ফম মফম অনি অহুম থোক্লা শেমখ্রে —লান তম্ফম খুৎলাই ঔরাইফম অরোনবা থমদুনা মাগী লাল্লোইশিং মতীক মখৌনা লৈবা ওইহল্লে। মাগী লানশঙ ঙাকপা মী থনমগা — লাল্লোই কুন কুম্না লোয়ননা অব্রা লাম্থেংনরিবা দাকু নিংথৌ হেরাচন্দ্রগী মতেং পাংবা চৎপা ঙমলে।

অদুবু মাগী মরুওইবা থবক য়েক্লবগী খুত্তা অব্রাবা তারবা মীশিংবু কনবদি শুক্তোক তোক্লমদে। অশুম্না য়েঙ্গাং নাপী থিবা চেং পুবা নাইতোম তারবা কনাগুম্বনা ফত্তবা মী থেংনদুনা অব্রাবা তারবা মতমদা "অমুদোন —অমুদোন —ঐবু কনবীয়ু" হায়না করিগুম্বা লাওরকপা তারবদি চীংগী নাপোম অমদগী হেক্তা নোংলৈ নুংশিৎকুম্না শগোল খুরুপ থৌদুনা পাইথোরক্কনি অদুগা ফত্তবা মীশিংদুবু তাম্থোক্লুনা খুদোং থিবা নংলবা অদুবু কনবীগনি। অশুম্বা অমুদোনগী থৌরাংশিংসিগী পাও মণিপুরগী কোচিন কোয়া ফাওবা শন্দোকখি। মী পুম্নগী মচীন্দা শোন্নখি।

ইবুংশি য়ুমজাও তাবনা অব্রা সেনাপতি কানেউন্দা চংজববদা কানেউন্না মঙোন্দা ফৌ লৌকচো হায়রম্মী মরমদি অব্রা লাম্মী ফৌপুবা চৎপা পুম্বা হেরাচন্দ্রনা হাৎপনা অব্রা অমত্তা ফৌ খোম্বা চৎপা ঙমলমদে। য়ুমজাওতবনা মাবু থাজহন্নবা অব্রা লাম্মী চাম্মা পুদুনা সেকমাইদগী ফৌ পুরুই। মদু উবদা কানেউন্না হরাওবম্মী য়েক্লবা হেরাচন্দ্রবু ঙন্লবদি নিংথৌ শেম্বীগে হায়রম্মী। য়ুমজাওতাবনা হেরাচন্দ্রগা লাম্থেংনগে হায়দুনা কানেউন্না পীবা শগোল নিফু নোংমৈ কুন থাঙ্‌ অনি লৌদুনা ইঙাগী ৫ নি পানবদা খোঙ্‌শাল্লক্লুনা হয়েন্দা হেরাচন্দ্র উনখি। মখোই অনি তিন্নখ্রে। অব্রা লাম্মী ২০ খক হাৎলে অরেম্বনা চেনখ্রে। মখোয় অনী অব্রাগী মথক্তা লান তৌরম্মী, হেরাচন্দ্রনা মোইরাংখোমদা তেঙ্গোন শাই য়ুমজাও তাবনা খোমিদোক্তা তেঙ্গোন শাই। ককচিং তেঙ্গোন্দগী লাকপা অব্রা পুম্বা হেরাচন্দ্রনা লোইনা হাৎখি। ইঙেন থাদা শিংজমৈদা তেঙ্গোন শাই অব্রা সর্দার অমুপালাপগা অকনবা লান থেংনৈ— অমুপালাপাবু অথৌবা মোইরাংথেম লবঙ্গনা হাৎলি —লান তরা ফাই নোংমৈ ৩০ লোকই। অব্রাংলোমদা য়ুমজাও তাবনসু কামান অমগা লোয়ননা লান মঙা ফায়। অশুম্না লেপ্পা নৈতনা লাংবন মেরা হিয়াংগৈ চুপ্পা লান তৌবদা লৈবাক চাবা অব্রা লাম্মী তুমশিল্লকলে। অদুবু হিয়াংগৈ থাগী ১৬ নি পানবা নুমিত্তা অব্রা সেনাপতি পাখাউন অব্রা লাম্মী লাখ অমগা লোয়ননা ককচিং য়ৌরক্লে —হেরাচন্দ্র য়ুমজাও তাবগী মৈতৈ লাম্মী মচানা অব্রাবু থিংবা ঙমদরে। থৌবানচীংমাংদা শোক্লবা লান্দা হেরাচন্দ্রগী মনাই অথৌবা কয়া মরৈবাক্কীদমক মথব্রায়না পোম্বা ওইখ্রে। অব্রা লাম্মী ঈচাও থিংবা ঙমদনা ইবুংশি মচিন মনাও ময়াংলোমদা চেনখি —অশুম্না থা ৮ চুপ্পা লান থেংনদুনা ঈরৈবাকচা কয়ামরুম কল্লম্মী। হৌজিক অব্রান' থিংবিনবা নৈতনা ওৎ নৈবা হৌরক্লে ফাইরেন ৯ নি পানবা নুমিত্তা মৈতৈ লাখ অহুম অমা অমুক ফাদুনা অব্রা সেনপতি

পাখাউন কানেউন অনীনা অব্বা লৈবাক তান্না পুশিনখি। মতৌ অসুম্না ইংশোক ১৮১৯ দগী ১৮২৪ ফাওবা গম্ভীর নরসিংহ অনীনা অব্বা লাম্নী পুম্না নিংথি ব্রাংমা লান্না তাম্বোকত্রিবা মতমদু ফাওবা অব্বা নিংথৌনা হাপ্পা নিংথৌশিং জয় সিংহ, যদু সিংহ, রাঘবসিংনা পানখি। অশুম্না চহিতরেৎ খুন্তাকপা অসিদা মণিপুর তম্পাক জঙ্গল ওইখি।

দাকু নিংথৌ ইবুংশি হেরাচন্দ্রনা ময়াংলমদা চৎলমদাইদা শিন্নরম্না মতুং ইন্না অমুদোন -মাগী চীংগী লানবন্দা লৈদুনা অব্বা মীওৎপা কয়া মাঙহনখি। ফত্ত মী কয়া মতীক চাবা চৈরাক পীখি। য়েন্দাবোগী সন্ধি সহি তৌনদুন অব্বা লাম্নী নিংথি ব্রাংমা লান্না তাম্বোকথ্রবা মতুং খৃ: ১৮২৫ দা মণিপুর মনীং তম্না লৈবাক ওইদুনা গম্ভীর সিংহ মহারাজনা পাল্লবা তুংদগী অমুদোনগী থবক খর কোমখি। অদুবু অব্বা অনাগী মতেং পাংবদি তোকখিদে। মানা কনবীখিবা কয়ানা মথং মথং পাউদম্মখি —চীংসিগী ময়াদা অমুদোনবু কৌরুববদি শোয়দনা হেক্তা থোরক্কনি হায়না থাজনখি।

নিংথৌ খুভম কল্লক্তবা মবৈবাক্কী মনীং তম্বনা লাইনীং ওইবা - লৈবাক প্রজাগীদমক মথব্রায় কথোকপা হেবাচন্দ্রগী ফিদম খক কাউবা লৈতে —মপুন্সি চুপ্পা লৈবাক প্রজাগী সেবা তৌখি- মশাগী য়েংখিদে। মশাগী অপাম্বা ফংননবা অমত্তা তৌখিদে —তৌফম থোকপা থবক তৌবদা নীংহন্নখিদে। স্বার্থত্যাগকী শিদ হিদাক পাম্নী থাখি।

চীনুং অমদগী চীনবুং অমদা, মীবোল অমদগী অমদা মথং মথং অমুদোন চীংয়াদা অমুদোন হায়না হেক কৌবদা অমুদোন মখুত্তা থাঙ পায়দুনা নোংলৈ নুংশিংকা লোয়ননা শগোল খুব্দপ থৌরকপা মখোল তাই —মিৎ পাওনা যেংবতদি মঙমদ্রে হায়না হায়নবকখি। মবম চাদনা কৌকবদি কৌকবিবা মীদু হাৎলি হাযবা তোকঙা অমসু ছবা ছল্লকখি— অদুনা চীংয়াসিদা মমিং পনবা খৌতক চানৈ। অমুদোন লাই ওইগ্রে — হৌজিকসু মবক মবক্তা চীংয়াসিদা নাইতোম লাকপা কনাগুম্বনা নোংলৈ নুংশিং হেক হেক থেংনৈ।

ইম্ফাল, ৩১,৮,০৬ ইং

## (১১)

## "লুখ্রাবী লৈরিক"

লমদা থাগী তরা তরেৎনি পানবা, য়াওশঙ্ মৈ থাবা মতুং নিনি কোনবা নুমিৎকী নুংদাংনি, নুমিৎ তাথ্রবা মতুং পুং অনী থেঙ্থনা থা থোরকখি, লুপা মহিগুম ঙৌরবা থাবলনা মালেম অসি কুপশ্রে। য়াইস্কুল লাকপগী শঙ্গাই শুমাংনি-পাকচাওরবা শুমাংনি - তরু তহেন শেংদোক্লবা, শম্বি লৈঙোই হাপ্তুনা শিং নাল্লা ৱাই তৈথোক্লবা, ঈংগ্রী শিংলবা শুমাং অসিগী খা-অৱাং নোংপোক্তা, মখা শঙ্গোই অৱাং শঙ্গোই মমাঙ্ শঙ্গোই লৈ নোংচুপ্তুনা য়াইস্কুল লাকপগী শঙ্গাই য়ুমজাও কা মঙানি। অৱাংথংবা নাকন্ অৱাং শঙ্গোই মমাঙ্ শঙ্গোই অনীগী কারক্তা হোজং থোঙ্গাল লৈ। হোজংদা কামচাশিং লৈ —সন্ত্রি য়ারেক লৈশিন তৌরি। শুমাঙ ময়ায়দা চবুতোরা থক্তা মনা পুংলবা তুলশি পাম্বী অমা হৌরি। চবুতোরাগী য়েৎথংবা নাকন্দা জাতিকুম্বী পাম্বী অমা উগী উচুক অমদা ঙা-থেংদুনা হৌরি —পুমঙৌ ঙৌনা শাৎকায়রবা যাতি লৈরাং লৈনম্মা শুমাং মাঙ্গোল থল্লে। তুলসি পাম্বীগী অকোয়বদা থাল্লিবা ওটলোক্কী মঙাল্লা থাবলগী মঙালগা লোয়ননা শঙ্গাই শুমাং অদু অয়ুক নুংথিলগুম ঙাল্লে।

মতমসিদা য়াইস্কুলগী লৈশাবী মৌনহা কয়া থাবল চোংনি হায়দুনা য়াইস্কুল লাকপগী সঙ্গাই শুমাংদা তিল্লরে, মখোয়বু থিল্লকপা থাবল চোংবা য়েংবা লাকপা মচে-মনেম, মন্দোল, মমা, মবোক, অহল-লমন কয়ানা য়াইস্কুল লাকপগী সঙ্গাই মাঙ্গোল থল্লে-পাথোরক্লুনা সঙ্গাই শুমাঙ্গী নোংচুপ থংবা নাকলদু পিক থল্লে। লৈশাবীশিং অদুবু মিতাজবা পাখঙ শোইনৌ নহা শরি কয়াসু তিল্লরে— মখোয়গা লোয়ননা থাবল চোংবা য়েংবা লাকপা পাখঙ কয়া মীয়ায় চল্লবা মী য়াওনা শঙ্গাই শুমাংগী খা-অৱাং নোংপোক থংবা নাকল পুম্বা মীনা লেঙ লেঙ চৎলে। লৈকায়গী ভাবক কয়াসু মখা শঙ্গোই থল্লা ফমলি —অঙাং নুপামচা নুপীমচা কয়াসু য়াওরি থাবল চোংবা য়াওবা য়েংবা লাকপা। শুমাংগী মচি অমদা হৈ-রা অচা অথক পানা য়োনবী অমসু লুকমাই থাদুনা উচান মৈরা থানদুনা ফমলি —মৌনহা লৈশাবী পাখঙ খরনা কোয়শিনবা পোৎফম অমসু লৈরি। মফমদুদা তিল্লরিবা লৈশাবীশিং অদুগী মরক্তা য়াওরি

লৈরিক চহি ১৭, ঈনখৎলকপগী ফজবা মতীক ময়াই পূম্বনা তিল্লবী কুচু ঙৌবী রাশি লৈবী তোঙ্গাননা ফজবী —য়াইস্কুলদা মমিং চৎনা ফজবী হুইদ্রোম নিংঙোল —মমা - মপাগী নাইতোম পোকচবী কেনা মৌনা য়োকচবী অনম কনবী নীংথিবীনি।

থাবল চোংবা য়েংবা লাক্লিবা পাখঙ্ মচাশিংদুগী মরক্তা য়াওরক্লিবা অচৌ সিংহ এলাংবা চহি ২০, কোইনৌ হৈগৎলকপদা ঙায়রিবনি। রাং চাওই ফুট ৬ কী মথক্কি ফিভম মুর্তি চানা ফজবা মৈতৈলক্তদি মীজাওনি। থিক-থা ফন্না চীংলেম্বা, মীনা য়েংনিংবা শক্তমনি। পুলৈ কুচু লময়ৌবা মপা মমাগী অমত্তা পোকচবা মচা নুপানি। এলাংবা হাজারীগী তুলিনি সনা কোনুংদা লাল্লুপ কাবা য়াওরিবা। হিয়াংলমদা ময়ুমনি রাংখৈ মৈরাবগী সেবকনি। অয়াপুরেল লাকপগী য়াথং মতুংইন লাল্লুপ সৈশিন তৌরিবা।

"য়াম্বা লাল্লুপচিংবা ! ঐখোয় সনা কোনুংদা লাল্লুপ কারকপা থা ফারক্কদৌরে। হলংকার নুমিত্তদি ঐখোয় লাল্লুপ শিম্বা লোইদুনা য়ুম-য়ুমদা হন্নরনি। অশুক কুইবসি লাল্লুপকী থবক চিনমনখিবনা হরাও কুম্মৈ অমত্তসু য়াওবা ফংদে।"

"অচুম্বনি য়াম্বা ! ঐখোয়দি অথাপ্পদগী লাকপনিনা ইম্ফাল সহর য়েংজনীংই —অচৌ অশাংগী সঙ্গাইনা। কমদৌবা ?"

"হৌজিক্তি সনা কোনুংগী থবকসু খর মকোমলক্রে। ঙসি সনাখ্বা য়াইস্কুল লাকপগী সঙ্গাইদা থাবল চোংনি হায়— ঐখোয় মদু য়েংজরুগে মতম খরদংদি ঐখোয়বু থাদোকপীয়ু - য়াম্বা লাল্লুপচিংবা।"

"ইনাওশা সনা কোনুং থাদোক্তুনা লাল্লুপ লোইনা চখোকপসু য়ারোই ? কনা কনানো নখোয় চৎকদবা মী ৩/৪ দি পুং খর মপান্দা লৈরুবা য়ানি।"

"তোম্বা চাওবা অচৌ বুদ্ধ ঐখোয় মরি য়েংজরুগে য়াম্বা লাল্লুপচিংবা ?"

"ফরে, ফরে অচৌ নঙনা লুচিংদুনা চৎলু - পুং ১০ তাদ্রিঙৈদা হল্লকউ—ঐ নখোয়বু ঙাইরমদৌরিবনি। সন্ত্রি শৈশিন্দসু হায়রম্মু।"

মখোয় মরি অচৌনা লুচিংদুনা য়াইস্কুল মায়কৈ পাংলক্রে। মখোয়গী লৈজবা ঈশিং মনম নল্লবা ফৈজোম শেৎ, বকরবন্ধি ফুরিৎ লিৎ, লৈজবী কেরদুনা সনা কোনুংগী খা-সন্নথোঙ লোমদা থোরকখি সন্নথোংদা সন্ত্রি শৈশিন মকোক্তা মখোয়গী মমিং মথা খঙ্হল্লমখি। লাল্লুপচিংবনা হান্ননা পাউ পীরক্লল্লবনা অপনবা লৈতনা য়াইস্কুল লাকপগী শঙ্গাই য়ৌখ্রে।

কংলাগী খা থংবা স্নথোঙগী মরি মরি লেপ্তুনা লাকপনা মোইরাংখোম লৈপুঙ্ য়ৌরকপদা তাখি "হরি হরি বোল - হে হরি" হায়না খুম্বা থাবল চোংবগী ঈশৈ - পরপ পরপ লাক্তুনা সনাখ্যা য়াইস্কুল লাকপগী সঙ্গাই হোজং লানশিল্লক্তুনা সঙ্গাই শুমাং য়ৌরকপা মতমদা ওঝা ঈশৈ হনবনা হল্লগা থাবল চোংবদা য়াওরিবা পাখঙ্ লৈশাবী মৌনহাশিংনা নুংশিনা খুম্বা ঈশৈদু তানখি।

"পম্বোগী শুমাং মথৌবুং বৃন্দা দেবী য়ায়দা চল লীক লেংবগুম লেংলদো লৈরেংবগুম লেংলদো শাবীগী খুত্তা শানৌনা পায় ঙসি লাইরেন নোংজাদা তা হে চোংশিদো...... হরি হরি বোল হে হরি —মরম লমলেন মদাইমা মণিপুর সনা লৈবাক্তা থাঙমৈবন্দগী লমদমদা লৈরাং কেতুকীনা শাংপগুম মদোম পাংশোই শাংলিবা কনানো হো কনানো ? মাইনু পেমচা কৌবিনি মশাবী বড়াচাওবগী লমন শিংগেবু হায়দুনা শাংপনি হে শাংপনি। পাখঙনা চেনসি মহায়দো নুরাসু চোংসি মখুমই। পাঙম্নসি ম্রাশক্লা শীঙম্নসি তেমশিংনা তাগী তাদোন চিক্তুনা থৌদু নূংপাক থাক্তবু ম্রাশক্লে- হে ম্রাশক্লে। পাইখুরা লমথাং তচাবী শন্দোক্লা সরাসন পায়শিল্লা খুদাপঙায় মোম্নুগী লমথাং নুংশিবী শম্নম্নদি হারবী লৈনম্নদি চূরবী ফিজিন চিক্লা ম্রাশক্লে। তা হে চোংশিদো—"

খোঙথাং হাপ্লা লৈয়না লৈয়না চোংবদু শুমাঙগী অম্রাং নোংপোক নাকন্দা পরেং লেপ্তুনা য়েংলিবা অচৌনা খুংকোই মরী মণ্ডারক শুরকপদা লৈশাবী অনিগী কারক্তা পাখঙ অমত্তা পায়দনা মাগী মপা য়ৌরকপদা অচৌ ফং হাইজিনখিদুনা লৈশাবী অনীদুগী মখুৎ অনীদু থদত্তুনা পায়রগা থাবল চোংবা অদু য়াওপ্লে। ম্রাংচাউরবা ফিভম মুর্ত্তি ফজরবা পাখঙ অমনা থোইনা হেন্না ফজরবী লৈশাবী অনীগী মরক্তা মখুৎ নামা নামা পায়দুনা থাবল চোংলকপা অদু লৈবাক্কী কুম্মে ওইখি —ভাবক্লা য়েংনখি থাগৎনখি, লৈশাবী অনীদুনা পায়ইহনখিদবা পাখঙ্ অদুনা কল্লক্লা য়েংখি। অচৌগী য়েক্তা থোইবীসনা ওইদা লৈরিক — অনীমক থৌনা ফবী লমকেৎ লমহাইবী পাখঙ অমত্তনা মখোয় অনীবু মখুৎ পায়বা ঙমদবীনি। অদুবু অচৌনা পায়রবা মতমদদি বেরা-সেরা করিমত্তা তৌরমদে —য়াম্না ঙকপা থৌদোক অমদি অচৌনা লৈরিক্কী য়েংকী খুৎ হেক পায়রব্দা মখোয় অনীমক ইলেকত্রিক্লা চিংবগুম জিং লাউবা অমা মশা মশাদা ফাওখি। থাবল চোংবগী ঈশৈ খুন্থা কাউখি ম্রারী মতেক মতেক শানখি— ভাবক্লা "নীংথিনা চোংউ ঈশৈ খুন্মু" লাউনরকখি — ঈশৈ হনবনা লাউরকখি —"হরি হরি বোল" — ময়াম পূম্বা চপ মান্নলা খুন্নকখি—" হে হরি", মিংশিং নাশিংখি পূম্নমক ম্রারী শান্নবা তোকখি পরেং অনীরক অহুন্নক কোয়বা ফাওবা ঈশৈ ফজনা খুমখি।

খুংকা খুংকা পায়নবদা পোকখিবা ম্রাহৈনা ফোংদোকপা ঙমদবা ইনোৎ অদুনা অমুক লৈশিল্লক্তুনা পাখঙ লৈশাবী অনী অদু ঈচেল অমদা তাউথরক্লে। শক্ খঙনরে —লৈরিক, হুইদ্রোম সুবিদারগী মচা নূপীনি —নাইতোম পোকপী মপা মমানা লুনা তৌজবী কেনা মৌনা য়োকচবী মশক মতৌ ফজবদা য়াইস্কুলদা তোমথিন মমিং লৈরবী লৈকায় লান্না শীংথানরিবীনি।

পাখঙ অচৌ এলাংবা কোইনৌনি মণিপুরগী খা মায়কৈদা মমিং লৈরবা এলাংবা হঞ্জবগী মচানি —মীজাও মীশাংনি মুক্লা কাঙজৈ লমজেন শুকহুন নুঙুহুন্দা লান্থা পঙ্লৈ লৈতনা মমিং চৎলিবা পাখঙনি থাঙ তাদা শীংথানরিবনি মমা লৈবাক মণিপুরবু মখৈ লৈতনা নুংশিজবা মহাক্নী।

য়াওশঙগী নিনি চনবা নুংদাং য়াইস্কুল লাকপগী শঙ্গায় শুমাংদা চিংশিন্নখিবা লৈবিক অচৌ অনীগী য়োংচাবীগী পোজিটিভ নেগেটিভ পোল অনী অদু মথং থাগী চৈরাওচীং কামিন্নবদদি খাইদোকপা চিংথোকপা য়াদনা নপশিন্নরকখি। লাল্লুপ কাবা লৈবাক্কী থৌদাং লোইরবা তুং অচৌ মখুন হিয়াংলমদা হনখিদ্রে —মপা হঞ্জবগী অয়াবা য়াথংগা লোয়ননা মাগী ওঝা মৈরাবগী য়ুমদা লৈদুনা থাঙ্ তা তমখি। অয়ুক নুংথিল থাঙ্লোন তারোন তম্বা ঔরাইবা অভ্যাস তৌবা লোইরবা তুং নুংদাংবাইরম অহাঙ্বা মতমদা মমান্নবা অমা অনিগা লোয়ননা হুইদ্রোম সুবেদারগী থোঙ্গান্দা নুমিৎ খর হেক হেক মোংলুরবা মতুং নোংমা লৈরিক্লা মমান্নবী খরগা মি তানা লংন-ফেঙ্লবা সনাবুলদা ইম্ফাল তুরেন্দগী লূরবা ঈশিং শীক থন্না শোক্লগা নাকন্দা য়েপ্তুনা তুরেল খোঙনুংদগী কারক্লগা লাকপা তোর্ব্বানি লম্বীদা মাগা য়েংনখি। শালু অঙাঙবা ফনেক শেৎপী হঙ্গামপান মোইরাংফি মপান চনবা খুদে মতেক ইনবী নাকন্দা সনাবুল য়েপ্তুনা চৎলিবী মিৎফম হোংবা য়াদ্রবী লৈশাবী লৈরিক্তা পাখণ্ড অচৌনা ঈকাই ঈকি বাংমা লান্না হায়খি —"ঈশিংদো খুজোক অমত্তা।" লৈবাক মচা তাবী অচৌ-অশাং কোল্লুপকী নিংঙোল লৈরিক্লা হরাও হরাও সনাবুলদগী ঈশিং অদু অচৌগী খুবাংদা তপ্না তপ্না হৈথরি। মখুৎনা ঈশিং য়ারিবা মমিৎনা লৈরিক্তা য়েংলিবা অচৌ ঈশিং থক্লিবরা করিনো মফম মরাং খঙ্দে—সনাবুন্দা ঈশিং পকহৌদ্রে। লৈরিক অমুক হন্না তুরেন্দা কুমদুনা ঈশিং শোক্লুরগা কারক্নুনা ময়ুম মায়কৈ পাংখ্রে।

ইম্ফাল তুরেল তোর্ব্বান্দা থেংনখিবা ঈশিং সনাবুল অমা লোইনা থকখিবা নুমিৎ অদুগী মতুং নিনি কোনবা নুংদাংবাইরম নুমিৎনা নোংচুপ চীংদোল নক্লকপা তময়া কোবী চেনবা মতম মনেম্বোক্লা ময়া পাম্বা কান নোংচুপ অতিয়া ঙাঙ্গানবা নোংজাবীনা ছীল্লকপা মতমদা পাখণ্ড মথোক কারপা অচৌ এলাংবা মমান্নবা তোম্বা, মনিগা লোয়ননা বাংখৈ মৈরাবা কোন্দগী য়াইস্কুল মায়গৈ পাংলকখি। পাখণ্ড কোইনৌ এলাংবা খুরখুল মুগা ফি ফুরিৎ বকরবন্ধি লীৎ, হাওরৈবীগী খোইনৌ লশিং নাইরগা শাবা অনানবা ফৈজোম শেৎ মুগা ফি অমনা লেংয়ান ওই খুদোন খোঙউপ তোংদুনা ঈনখৎলপগী ঙাঙ্গান মায়থোং মরায় লোংনা চাওদম শাংদম খোঙদোইরক্লে শামুগী শজৎতা মমান্নবা অনীগা লোয়ননা মরম লমলেন মদাইমা শোন্নবিবা মায়কৈ য়াইস্কুল-থম্মোইহুবী মনেম মচাগী তম্পাক য়ুম তম্না।

নুংশিবীনা লৈবা লম য়েংখি য়েংখিবা মায়কৈদা ইফদ-ফজৈ। পূক্লীং তয়াং তশোয় চনীং তাদ হাপোই হাপোই য়ৌরক্লে সুবেদারখোয়গী হোজং থোঙ্গাল। তপ্না তপ্না চঙশিল্লক্লুনা শিং-নান্না বাইশিং বাইতৈরবা শুমাং য়ৌরক্লবদা শুমাং মতোন্দা খোঙউপ লৌথোক্লুনা থনল্লগা বৃন্দা দেবী য়েংওইনা চঙ্শিল্লক্লুনা য়ুমজাও মাঙ্গোল দারী য়ৌরক্লে। পাখণ্ড খর চঙলকপদু উবদা সুবেদারগী নুপী সনাজাওবীনা — "ইবুংঙোখোয় করি থবক্কী ?"

"ঐখোয় অশুম—"

"ইবেম্মা ফিদা—"

নিংঙোলশোকপী ব্রাহে অমদা ভাব তাই। নুমিৎ অদু সুবেদার ময়ুমদা লৈরমদে। সনা কোনুং কাখি।

লৈরিক্লা ফক অমা পুথোরক্তুনা মঙ্গোলদা অব্রাং থংবা উখোকতেন মনাক্তা থারে। মদুদা মখোয় অহুম কাখত্তুনা ফমই।

"ইবেম্মা খুদোং অমত্তং"

লৈরিক ইমুং চঙখি —মিনিট খরগী তুংদা হিদাক ঙাম্বক অমা হাল্লগা লাগী শরৈ অহুমখক লা মচেৎ অমদা হাপ্লগা পুথোরক্তুনা মখোয়গী মমাঙদা থম্লে। অচৌনা ঙাম্বক অদু লৈরিক্কী খুত্তে লৌখি-মদুদা অমুক মখোয় অনীমক ইলেক্ট্রিক সোক ফংনখি। লৈরিক খোঙজিন ময়াদা লৈয়শিনখ্রে। লৈরিক্কী মমানা হংখি— "ইবুংঙো খোয় করি লৈকায়দগীনো ? তোম্বনা খুল্লকখি —"ঐগা মনিগা ঐখোয় অনিদি ব্রাংখৈদগীনি" — ঐখোয়গী ইতাও অচৌদি হিয়ালমগী এলাংবা হঞ্জবগী মচানি —হৌজিক ওঝা মৈরাবগীদা থাণ্ড় তমদুনা লৈরি।" এলাংবা হঞ্জবা মমিং চৎপা নুপানি।

অশুম্না ঙাইহাক ব্রারী শারিঙৈদা হিদাক অদু মৈখু ফোঙ্ - ফোঙ্ কারক্লে। শরৈ অমমম লৌখৎনদুনা মখোয় অহুম ঙাম্বক অদু শিন্না-শিন্না হিদাক থক্লা থক্লা ব্রারী মখা শার-তুংদা হিদাক ঙাম্বক অদু থুল্লবদা মখোয় অহুম্মক হৌগত্তুনা —"ঐখোয় চৎচরগে" হায়রল্লগা মরি মরি তুংথা-মাঙ্থা হোজংলোমদা থোকখ্রে। অচৌনা মায় ওনশিন্দুনা অমুক্তং য়েংলকখি মাঙ্গোলদা লেপ্পুনা লৈরিবী লৈরিক্কা মিৎ-চানখি।

হোজং লাম্থোক্লতুং শোরোক হেক তাবকপদা তোম্বনা নোক্ল-নোক্লা হায়রকখি—

"ইতাও অচৌগী লৈরিকসি - ইতাওবু হাইফেৎ নুংশিবা জাৎনি।"

"করম্না খঙলিবা ?"

"হিদাক্কী তিকি অদু মচীন্দা মৈ খজিক্তা চুরকলিদুদি।"

"অদুনা করি তাক্লিবা ?"

"ঐখোয়বু খর কুইনা ফমহন্নীংই হায়বদি উৎলিদনা। নহান ইতাও মনিখোইগী তরুনী খোয়দা চৎলুবদদি তিকিদু লোইনা থাদোক্লগা ঙাম্বক অদু মৈখু ফোঙ ফোঙ কানা পুথোরক্তুনা ঐখোয় পংকুই কুইনা ফম্না ফমথবা য়াদদুনা থোরকইদুদি— ঐখোয়না শুমাং মতোন য়ৌরকপদা ইতাও মনিগী লাম্বা সনাজাওবখোই পরপ পরপ হাইজিনখিবদো।"

মথংগী চয়োলদা লম্ফেল পাত্তা চৈরাওবগী কোম্বীরে হেকপা লাকপী লৈশবীশিং মরক্তা য়াওরকপী লৈরিক, কোম্বীরে হেকপী য়েংবা লাকপা পাখঙ নহাক্তা য়াওরকপা অচৌগা থেংনখি, মিৎচিগী লান তৌনখি। মথংগী নুমিৎ চৈরাওবগী ইম্রাং

মথেল মথেল চারবা তুং ইম্ফালগী মনুংদা চৈরাওচীং হায়না খণ্ডনবা লাঙ্গোল চীংগী মশা চীংমৈরোংগী নোংচুপ চীংশা হাইগ্নাম চীংগী চীংয়াংদা মহাদেব খুরুম্বা কানয়কপশিংগী লক্তা মমান্নবী থোইবীন্নাগা লোয়ননা চীং কারকপী লৈরিক্তা পাখঙ্ মথোন কারকপা অচৌগা থেংনখি।

লৈরিক্কী ইঙ্গিত মতুং ইন্না অচৌগী মমান্নবশিংনা অপোকপা এলাংবা হঞ্জবদা লৈরিক অচৌগী য়ারম খণ্ডহনখি। হঞ্জবনা মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী মরূপ মপুমচা হাউজৌগ্না য়াইস্কুল লাকপগী মতেং লৌদুনা হুইদ্রোম সুবেদারগী মফমদা মচানুপাগীদমক লৈরিকপু হায়রুরে —য়াথং থানরে হৈজিং খরায় পুগ্রে। থাদুমক্কী মনুংদা য়াম্না ঋঞ্জ চাওনা ম্লাকোনুংগী অঙম অথৌ কয়া য়াওনা অচৌ-লৈরিক লুহোংখ্রে। হুইদ্রোম সুবেদারনা মচা নুপীগীদমক চাম-চামনা খুজিং ওই অউনপোৎ লাওখি। য়াইস্কুল লাকপনা শীনবীদুনা সনা কোনুংদগী শামু থারক্তুনা নুপা ময়ুম তান্না লৈরিকপু শামু থক্তা তোংহন্দুনা থিনখি। লৈবাক কুম্মে ওইখি —হিয়াংলম লমদম হঞ্জবগী মরৈকাইদা মী কয়া তিনখি —চয়োল অমা চুপ্না মপাম চাককৌবা নুমিৎ ফাওবা হুরাও কুম্মে তৌখি। অচৌ-লৈরিক নীংনবা থুংলদুনা নুংঙাইহবগী ঈথক হৌখি। লৈরিক মনেম-মকুগী অচানবা মমৌনি, অচৌ লৈরিক্কী থরায়নি।

অচৌ লৈরিক লুহোংবা মতুং থা অনি শুরকপদা মণিপুরদা লৈবাক ঈরাং হৌবা হেনগৎলকখি। মহারাজ শুরচন্দ্রগী মমা তিন্নবা মনাওশিংগা মমা তিন্নদবা মনাওশিংগা নাকপাক নাকপাক তানদুনা উংখৎনরকখি। পোকমিন্নবা মনাওশিংনা ময়াম্বনা নিংথৌনি হায়বগী ভাবতা খর হেন্না লমকেৎ লমহাইবা শাজৎ, য়াঙাং খর ঙনবা মদুদা ময়াম্বা নিংথৌনা য়াতেমদবা অদুনা মমা তিন্নদবা অতৈ মচীন মনাওশিং অদুগী মবুক্লীংদা চিংনবা পোকহনবা থৌদোক মচা মচা কয়া থোকখি। নিংথৌগা মমা তিন্নবা মনাও পাকাসনা শগোল হঞ্জবনা মমা তিন্নদবা ময়াসুং টেকেন্দ্রজিৎ সেনাপটিবু কল্লক্তুনা শীংনবা মানবা থৌদোক খরদা নিংথৌনা পোকমিন্নবা মনাও পাকাসনাগী মীচঙ্ চঙই হায়না খলহনখিবা থৌদোক খর-থোকখি। শগোল হঞ্জবা পাকাম্নানা মীয়াম চৎনরিবা লম্বী থিংদুনা ষঞ্জেনথোং ময়ায়দা চৌবর শান্নবা, মদু তৌনু হায়না খাম্লুবদা ময়াসুং টিকেন্দ্রজিৎ সেনাপতিদা মানা উৎখিবা শীংনবা শাজৎ , মাইপাকপী কৌবী লৈশাবী অমগী মরমদা উংখৎনখিবা থৌদোক, মমা তিন্নদবা মনাও অতোম্বা জিলাঙস্বনা কৈফাবা চৎপদা টিকেন্দ্রজিৎনা পীদুনা খোংহনবা বেঙ্গুন পাকাম্নানা লম্বীদা মুনবনচিংবা য়াথোক কয়াদগী অমদি য়াথোকশিং অসিদা নিংথৌনা পোকমিন্নবা মমা তিন্নবা মনাওগী মীচং চঙ্ই য়ায়েল চুম্না তৌদে হায়না চিংনখিবা অদুনা মখোয়গী মথক্তা পাকাসনানা পঙতম তমশিন্দুনা পাওহায় হায়জিন্দুনা অহুকপা চৈরাক নিংথৌনা পীরকপা য়াই হায়না খন্দুনা খৃ: ১৮৯০ গী লাংবন থাগী ৭ নি পানবা অহিং নোংয়াই মতুংদা মনাও ইবুংঙো অত্তৌম্না দোলাইরোই হঞ্জবা, মনাও ইবুংঙো জিলাঙম্বা অমসুং মনাও ইবুংঙো কোইরেং সেনাপতি মখোয় অহুম্না মাগী মাগী খুৎ পুদুনা পূন্না মহারাজ সুরচন্দ্রগী শঙ্গাইদা

লান্দাখি। মহারাজ সুরচন্দ্র কোম্থৌজম য়ুম্ফমদা পোলিটিকেল এজেন্ট গ্রীমউদকী বাঙ্গলাদা লাঞ্জেনখি—মমা তিম্নবা মনাও থম্বৌ শামু হঞ্জবা, পাকাসনা শগোল হঞ্জবা অমসুং মনাও ইবুংঙো গোপাল ফুঙ্গানাই শংলাকপা অহুমসু ময়াম্বুং মানাক্তা চংখি।

সুরচন্দ্র মহারাজনা নিংথৌখুবম থাদোক্লুনা বৃন্দাবনদা চৎলবনি হায়না তোংজে মরিন্দা মনাওশিংগা লোয়ননা শিলচর তান্না চংখি—মফম অদুদা আসামগী চিফ কমিসনর ক্বিন্টন থেংনদ্রদুনা কলিকতা তান্না চঙখ্রগা বৃন্দাবন্দা চত্নুনা লাই নীংবগী ব্রাখল থাদোক্লুনা মাবু সেনাপতি টিকেন্দ্রজিৎনা লুচিংবা মনাওশিংনা মণিপুরগী সিংহসন্দগী তাম্থোকপীরে ভারতকী গবর্নর জেনেরেলনা মাবু সিংহসন্দা অমুক হঞ্জিনহনবীয়ু হায়না দরখাষ্ট থারম্মী। দরখাষ্ট অদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা নুমিৎ তাবা লৈত্রবা সাম্রাজ্য অমগী মপু ওইরবা ব্রিটিস সরকারনা মরূপ ওইনা লৈরিবা মনীংতম্বা লৈবাক মণিপুরগী ইমুং মনুংগী ওইজবা শাসনগী থবক্তা মখোয়না অঙকপা রাই তাদুনা খাবৈ খারা শাবা হৌরকখি। সুরচন্দ্র মহারাজগী দরখাষ্ট অদু হেক ফংবগা মণিপুরগী নিংথৌ ওইহৌরিবা কুলচন্দ্রগী মহ্না অমা ফাওবা হংবা ফাও হংখিদনা গবর্নর জেনেরেলনা হান্নবা রাই তাদুনা সুরচন্দ্র মহারাজবু মতেং পাংদুনা নিংথৌ খুভম হঞ্জিনলহনবগী মহুত্তা কুলচন্দ্র মহারাজনা নিংথৌ ওইবদু রিকগনাইজ তৌবা অদুগা সুরচন্দ্র মহারাজবু তাম্থোকপগীদমক টিকেন্দ্র যুবরাজবু ফাদুনা বন্দি ওইনা জিলা খারিজ তৌবা হায়না ওরদর থোক্লুনা য়াথং অদু লাউথোক্লবা অমদি টিকেন্দ্রজিৎপু ফাননবা অসামগী চিফ কমিসনর ক্বিন্টনবু কোলনেল স্কীন্না লুচিংবা লাম্মী চাম্মরীগা লোয়ননা মণিপুরদা থারকখি। গর্বনর জেনেরেলগী য়াথং অসি অরোনবা অমা ওইনা চিফ কমিসনর ক্বিন্টন্না মণিপুরদা য়ৌরক্লিবা ফাওবা হায়দোক্লমদে। পোলিটিকেল এজেন্ট গ্রীমউদকী বাঙ্গলাদা চিফ কমিসনর ক্বিন্টনগা মহারাজ কুলচন্দ্রগা লোয়ননা দরবার তৌসি হায়না কৌদুনা লাকপা মহারাজবু চঙহন্দনা থোঙ্গান্দা কুইনা ঙাইহন্দুনা ইকায়বা পীবতা নত্তনা লাক্লম্লগা মশা ঙম্নক্তদুনা হান্না হনখ্রবা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ য়াওদ্রবদি দরবার তৌররোই হায়না হায়দোক্লুনা ম্না কোনুংদা হলহনখি অদুগী তুংদা পোলিটিকেল এজেন্ট গ্রীমউদপু সনা কোনুংদা থাদুনা গর্বনর জেনেরেলগী য়াথং অদু খঙহল্লুই অমসুং টেকেন্দ্রজিৎপু সরেন্দর তৌ হায়না হায়রুই। তৌইগুম্বসুং ম্না কোনুংনা মণিপুর অসিবু ব্রিটিসকী মখাদা লৈবরা নত্রগা মরূপ ওইনা মনীংতম্মা লৈরিবরা হায়না হংবা ব্রাহংগী পাউখুমদদি মরূপ ওইনা নীংতম্মা লৈরিবনি হায়খি। মনীংতম্বা লৈবাক মশেলগী মরক্তা লৈরিবা চৎ-ন লোনচৎ মতুং ইন্না মনীংতম্বা লৈবাক অমগী মীদা অতোপ্পা মনীংতম্বা লৈবাক্কী সরকারনা হকথেংননা য়াথং তৌবা থৌদাবা চৎনদে। মরম অদুনা টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজনা ভারতকী গর্বনর জেনেরেলগী ওরদর অদু ইল্লরোই হায়বা খঙলবদা পোলিটিকেল এজেন্ট গ্রীমউদনা রেসিদেনসিদা হল্লক্লগা শুগাইনা রিপোর্ট তৌখিরম্মী।

“গর্বনর জেনেরেলগী হুকুম অসি পাঙথোকপা ঙমদনা হল্লগদ্রা ? পীকখ্রবা খুজিন মমায় মুক্তা চাওরবা মণিপুরনা নুমিৎ তাবা নাইদ্রবা সাম্রাজ্যবু অশুক উশিত্তবা?”

চিফ কমিসনর ক্লিন্টন -কোলনেল স্কীনগা ব্রা তান্নে। স্না কোনুংদা পাও পীখি —"ঐখোয় হয়েং নিংথৌকাবা নুমিত্তা হল্লগনি বেগারি খর বন্দোবস্ত তৌবিয়ু, ঙসি নুংদাং মণিপুরগী জগোয় য়েংখিগে।" কুলচন্দ্র মহারাজনা সাহেবশিংনা হায়বা মতুং ইন্না তোপ, গারোত্তা শোয়দনবা তৌ হায়না য়াথং হায়দোকখি। জগোইগীদমক লুপা নিকু ফংদুনা নোংথোনবা ফুলোনা অহিং অদু সাহেবগী মমাঙ্দা জগোই শারুই অদুগা নোংঙানগদবা পুং ৮ লৈরিঙৈদা হল্লকখি। শ্রী শ্রী গোবিন্দগী মঙ্গলারতী মতুং নোং ঙানগদবা পুং অমা ব্রাংলিঙৈদা ব্রিটিশকী লাম্মীশিংনা মণিপুরগী সনা কোনুং কংলাদা ইখণ্ড -খণ্ডহৌদনা লান্দাখি —নোংচুপকী স্নখোং অচৌবা খুদুম চনশিনখি। অবাং থংবা নাকন্দা থাঙ্গাপাৎ লান্দুনা টিকেন্দ্রৎ যুবরাজগী সঙ্গাইদুদা লান্দদুনা শ্রী শ্রী বৃনামচন্দ্রগী লাইশংগা লোয়ননা যুবরাজগী সঙ্গাই খুদুম চনশিনখি। অদুবু টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজদি লৈরমদ্রে। যুবরাজগী সঙ্গাইদা লৈরম্বা পুখ্রনবা তংকোনা ব্রিটিশ লাম্মীগী লাঞ্জিং থংলকলিবা ব্রিটিশ অফিসার অদুগা য়ান্নদুনা তংকো শিখি। লে: ব্রেকেনবরী শিবা য়ানা শোকখি অমসুং তুংদা শিখি। নোংমৈ মখোল তাবদা মিপাইরবা মী কয়া চেঙ্খোক চেনশিন তৌবদা কয়া অমা নোংমৈনা পান্দুনা শিখি শোকখি। তাংখুল হাও অনি বমন অমা শি। লান্দারকলিবা ব্রিটিশ লাম্মীনা খুল্লক চঙ্দুনা উসম লৈকায় য়াম্বেম লৈকায় শাইখোম লৈকাই য়ুম মৈ থারস্মী। মৈ কনবা থোবকপা যাম্বেম তোলেন খোম্বা নোংমৈনা পান্দুনা শি। মী য়াম্মা চেন্নরে হায়দুনা খুম্বোং সুবিদাব, লৈশাং জমান্দার, অথোকপম দেব্রান মচা অমদি চোংথা মিয়া অসিনচিংবা চঙ্শিন্দুনা লান্দারকলিবা কাঙবুগা য়ান্নে - চোংথা মিয়া নত্তনা অতৈ অহুম অদু লান্দা শিখি। নোংচুপ থোঙ্দা ব্রাংখৈবাকপনা সিফাই ৫০ গা লোয়ননা কাপনৈ থাঙ্গাপাৎ পল্লিদসু কাপনৈ। নুমিৎ চুপ্পদুমা কাপ্পববা তুংদা নুংদাং ব্রাইরমদা সাহেবশিং সিফাইশিংগা লোইননা বেসিদেন্সি বাঙ্গলাদা চেনশিনখ্রে অশোকপশিং পুশিনখ্রে। বেসিদেন্সিদা তোপ কাপশিল্লকলে —সহেবকী বাঙ্গলাদগীসু য়াম্মা কাপ্লকখি —থেঙলক্লবদা ব্রিটিশ লাম্মীগী খুৎলাই নোংমৈ মক যামশিল্লত্তুবদা ক্লিন্টনগা তানরগা কোলনেল স্কিন্না বেংগুন খোংহন্দুনা লান লেপখিসি হায়না খঙহনখি। সনা কোনুংদগী য়াবে হাইনা বেঙ্গুন মরোল হন্দুনা নোংমৈ কাপ্পা লেপ্পবে। কবম তৌবগা য়েক্লবগী ব্রাখল তোক্লরগা য়ানবা অমা লেপ্পবা দরবার তৌসি হায়দুনা চিফকমিসনর ক্লিন্টন, কোলনেল স্কিন, এজেন্ট গ্রীমউদ, মি কোজিন্স, লেফট সিমশন বেঙ্গুন খোংবা অমগা লোয়ননা স্না কোনুংদা চংখি। দরবার তৌবে সাহেবশিংনা খুৎলায় পুম্বা স্না কোনুংদা থম্মু বিচার লোইরগা লৌখো হায়বা অদু য়ারমদে। স্না কোনুংদগী নোংঙাল্লগা চংখ্রগনি বেকারী পীয়ু হায়জিন্নরগা অহিং অথেংবদা যুবরাজ টিকেন্দ্রগী য়ুমদা লান্দাবদি টিকেন্দ্রজিৎ ঐবু হাংকে তৌবনি ঙমদবগী তোকপনে —লান অসিদা মরাল লৈজদবা মী য়াম্মা শিরিবা শোক্লিবা অসিগী দায়ী সাহেবশিংনি —মনীং তম্বা লৈবাক অমগী মথক্তা হান্না খঙহনবা তৌদনা লান্দারকপগী মরাল লৈরে অমদি অশুক য়াম্বা মরাল লৈতবা মীশীং শিরিবসিগী দন্দি ফংফম থোকই হায়না সাহেবশিং পুম্না শঙলীংবদা শিন্নদুনা হাংখি। অমসুং সাহেবকী বাঙ্গলাদা লান্দাদুনা বাঙ্গলা মৈ থাদোকখি।

ব্রিটিসকী হিংগৌবা লান্মী কয়া অমা কাণ্ডলুপ কাণ্ডলুপ নাইনা শিলচর, কোহিমা তুমুরোমদা চেন্নখি। মিসেশ গ্রীমউদকা লোইননা চেনখিবা লান্মী ৩০ মুক লম্বীদা কেপ্টেন কৌলিগা থেংনদুনা শিলচর্র য়ৌখি। লাংথবালদা লৈরম্বা সিফাই ৩৫ থক জমাদার নগর কোলিনা লুচিংদুনা তুমুরোমদা চেনখিদুনা নুমিৎ ২ নিগী তংদা লেপ্টনেন্ট গ্রান্টকী কেন্দ্রতা থুংখি, সিফাই ৫৬ মা মণিপুর দরবারনা ফাখি। অশুম্না ক্বিন্টনগা লোইনরকপা লান্মী পুম্না মায়থিবা ফংখি লেপ্টনেন্ট ব্রেকেনবুরী, সুবদার রাজবীর নেৱার, সুবদার হেমচান্দনচিংবা অফিসারশিংগা লোয়ননা লান্মী ৬৬ হেন্না শিখি। কয়ামরুম অমা শোকখি কয়ামরুম অমনা মফম খংদনা মাঙখি। মণিপুরীশিংগী লক্তসু মার্চ ২৫ গী অহিংগী লান্দা পুম্রনবা তংকো, খুম্বোং সুবিদার, লৈশাং জমান্দর, অথোকপা দেৱান মচা, য়াম্বেম তোলেন খোম্বনচিংবা লুচিংবা কয়া শিখি লোয়ননা লান্মী অমদি মীচম চামরোম অশি অনা নংখি।

টুমুদা লেপ্টনেন্ট গ্রান্টনা লাংথবালদগী চেনখিবা জামাদার বীরবল নগর কোলিদগী মণিপুরদা থোকখিবা যৌদোক্কী পাউ তারবদা ব্রহ্মাগী মনুংদা লৈবা আরমি হেদ কাটরদগী ওরদর লৌদুনা মিসেশ গ্রীমউদ অমসুং অতৈশিং মণিপুরীশিংগী মখুত্তগী চেম্থোরকপা মতেঙ পাংনবা মাগী সিফাই য়াংখৈগো গুর্খা লাইট ইনফেন্ট্রীগী সিফাই কুম্লাগা লোয়ননা মার্চ তাং ২৮ গী অয়ুক পুং মঙাদা তুমু থাদোক্তুনা লম্বীদা লান মচা মচা থেংন-থেংননা পলেন য়ৌরে। পলেনদগী তাং ৩০ গী নুমিদাং পুং ১০ তাবদগী হাইগংলকপনা থৌবাল য়ৌদুনা তাং ৩১ দা অরোং তুরেল বাংমদা লৈবম্বা মৈতৈ লান্মীশিং তাম্থোক্তুনা থৌবাল অথোকপম লৌশিল্লগা মদুদা লানবল শেমদুনা লৈরম্মী। মথং নুমিৎকী অয়ুক্তা য়েংখিবদা য়েক্লবগী লান্মী মাইল অমরোম শাংনা লৈবদু উখি। মহাক মাঙ্লোমদা চঙশিনবা ওম্নরোই খঙদুনা মখোয়গী লানবন অদু নীংথিনা শেম শাখি-অরৈবা ফৌ চেং, চিনি, হৱাই-চেংবাই খোমজিন্দুনা পৈশিল্লম্মী- অশুম্না থৌবাল অথোকপমগী লান মার্চ তাং ৩১দগী এপ্রিলগী তাং ৮ ফাওবা থেংনখি। লান অসিবু য়াইস্কুল লাকপগী লান হায়না খঙনখি।

অচৌ এলাংবা মার্চ তাং ২৫ গী সনা কোনুংদা চিফ কমিশনর ক্বিন্টন কোলনেল স্কীন এজেন্ট গ্রীমুদনচিংবা বিচার তৌদুনা হাংপগী দণ্ডি পীবা মতমদুদা সনা কোনুংদা লৈরে। মহাকসু থৌবাল অথোকপমগী লান শোক্লবা হাওজৌসনা য়াইস্কুল লাকপগী তেজোলদা য়াওখি। অচৌগী মমান্নবা তেম্থাগী জয়সু অথোকপমগী লান য়াওররে। জয় অচৌ সেঙ্গোই পাখঙ অহুম অসিনা পামজবা মযুম মযুমদগী আশা চাউনা লাকখিবদি থাঙ চুঙ্গোই পায়দুনা য়েক্লবা ব্রিটিস লান্মীগা হুকথেংননা খুংনা ফংনা য়াল্লবনি। অদুবু থৌবাল অথোকপমগী লান্দি থাঙ্বা কনবা তান্নবগী লান ওইরম্রে।

ফুট মরিরোম বাংবা লৈপলনা কোয়শিনবা শগোলশেমগী ইংখোলদা বৃটিশকী লান্মীশিং অদুনা কোম তৌদুনা পাকথদুনা লৈবনা কোয়শিন্দুনা লৈরিবা মৈতৈ লান্মীনা

কাপশিল্লকপা নোংমৈ অদু অমত্তসু পানবা ওমদে-মখোয়না কাপখোরকপা গুলীনদি পান্দুনা মৈতে লাম্মী শোকপা শিবা য়াওই। মৈতে লাম্মীনা চঙশিনবসু ওমদে মখোয়না খোরক্লুনা তকশিল্লকনসু ওমদে, লাঞ্জাবা মশেলদি য়াম্না কাপনৈ। মণিপুর লাম্মীগী লুচিংবগী য়াথংনা বেঙ্কুন খোংনবা, ফিরান হায়নবা, মী পাউ থাদোক থাজিন তৌনবা অদু অচৌ এলাংবা জয় অমসুং সেঙ্গোই সনানা হেক হেক উই। নোংমদি মখোয় অহম লাঞ্জাবা ওইনা চৎখিদুনা লৈপলগী য়াংমদা পাকথদুনা লৈ। লৈপল মনুংলোমদগী নোংমৈ কাপ্লকপনচিংবা অমত্তা তৌরক্তবনা মখোয় ফমথদুনা পাকথদুনা ওইহাক্তং য়ারী শানা শানা মচীন মনাও শান্নরম্মী। অচৌনা হায়রকখি- "ভায় জয়, য়াম্মুং সনখ্বাসু তাবিয়ু- ঐখোয়বু লানশি কৈদৌঙৈ য়াম্নগদৌরিবনো ?"

"খওদেনে ভায় অচৌ, ঐখোয় লান লাকপা নুমিৎ ৭ নি শুরে লাঞ্জাবা মশেল লুম-লুমদুনা নোংমৈ কাপ্লবা নত্তনা লান্দি শুক্তৌ তৌদে।"

"ফি কাসু য়াম্না হাইনৈ, পেংঙ্কুনসু খোংনৈ করি হায়নরিবনো খওদে।"

"মৈতে তেঙ্গৌনগী সেনাপতিনা সাহেবশিং নখোয়সু নয়ুমদা হল্লো, লান তৌবা কান্নদে ঐখোয়সু হল্লগে হায়না পেঙ্কুন্না হায়বদা সাহেবশিং অদুনা য়াদে হায়না পেঙ্কুন মবোলনা খুমলকই হায়।"

"ফি হায়নবা অদুসু মদুনি হায় সাহেবশিংনা য়াদে হায়।"

"মখোয়না করি খুল্লকপগে তাবরা ?"

"মৈতে নখোয়বু লান শোক্লবদা ওমই ওমদে খওদনা হনবা হৌনদে নখোয়দুম হনখবো হায়বকই হায়।"

"ফি হায়নবদসু নখোইগী নথৌ লৈতে ঐখোয়দি হনবা হৌনদে অশুম্না খুশ্মী হায়।"

"খুৎলাই ফবদি মখোয়না য়াম্না হেল্লিদো। ঐখোয়গীদি নোংমৈ মব্দ অসি অকাপ খুদীং হানবা তাবা, মখোয়গীদি মক তরা মেগজিন অমদা হাপ্লগা অমুক্তদা হানবা য়াই অদুনা ঐখোয়না অমুক্তং কাপলিঙৈদা মখোয়না তবাবক কাপ্পা ওম্মী। অদুদৈ হেন্দোক্তুনা মখোয়না লৈপল মরুমদা কোমদা লোত্তুনা লৈবনা ঐখোয় মৈতে লাম্মীশিংনা নোংমৈ কাপশিনবদুদি অমত্তসু পান্দ্রে- মখোয়না কাপখোরকপা মরুদি মণিপুব ঐখোয়গী মীশিংদা পান্দুনা শোকপা শিবা য়াওরে।"

"সাহেবকী লাম্মীশিংসি হন্দোকখ্রো হায়বা য়াম্রবা তুংদা ২৬ নি পানবা নোংমাইজিং (এপ্রিলগী তাং ৬) নুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং ৫ তাবদা য়াংখৈরাকপা, য়াইস্কুল লাকপা, দোলাইরোই হঞ্জবা, য়েংখোইবা মেজর, চোংথা মেজর য়াংখৈ পোইলানচিংবা লৈবাক পুম্নমক লান চংদুনা কাপ্লরই- মদুদসু মখোয়বু তাম্বোকপা য়ায়থীবা শীবা ওমদরে।"

"অদুগা মৈতে লাম্মীনা কোয়শিন্দুনা লৈরবনিনা মখোয়সু মপান থোরকপা ঙমদ্রে- য়াম্বুং সনখা কান্নদে থাঙ পায়না খুৎনা ফংনা য়ান্নদুনা লান তৌশি হায়না পাবুং মাম্বাদা থর হঙ্গংশীমু।"

নুমিৎ অদুগী নুংদাংদা অচৌ এলাংবা, জয় অমসুং সেঙ্গোই সনানা মপাবুং হাউজৌসনা য়াইস্কুল লাকপদা থাঙ পায়দুনা খুৎনা ফংনা য়ান্নবা হঙ্গংখি। মৈতে তেঙ্গোলগী লুচিংবা ময়ামগী সভাদা মাখা হাউজৌসনা য়াইস্কুল লাকপনা হঙ্গংখি- "ঐখোয়না নোংমৈ ময় াম কাপশিল্লবসু মখোয়দি কোমদা লৈদুনা মরু য়ৌদরে। অদুনা থাঙ্ পায়দুনা খুৎনা ফংনা হেক্তা য়ান্নরসি।"

চোংথা মেজরনা হায়রকখি-"ঐখোয়না নোংমৈ য়াম্মা কাপশিন্দুনা মখোয়বু কোয়শিন্দুনা থম্লে। মখোয়না নোংমৈ য়াম্মা কাপথোরক্লবসু মখোয় চংথোরকপদি ঙমদ্রে- অশুম্বা কোয়শিন্দুনা নুমিৎ নিনি, হুম্নীদংগা থল্লবাদ মখোয় মরু লৈররোই চানবা চিঞ্জাকসু লৈতদুনা মখোয় চরা হেনগনি- মতমদুদা মখোই চঙজরক্কনি। অদুনা নুমিৎ নিনি হুম্নীদংগা মপান থোকহন্দনা কোয়শিন্দুনা থমখিসি।"

সেনপতি অঙৌম্বানা হায়রকখি-" ম্রাফম অনীমক য়াম্মা ফৈ, কোয়শিন্দুনা থোকহন্দনা থম্বগা লোয়না-লোয়ননা লান নাকে নাকে হায়বা অথৌবা পুম্নমক্কা চঙদুনা থাঙ পায়দুনা খুৎনা ফংনা য়ান্নবীরো।"

অশুম্বা মথং নুমিৎকী লানফমদা হাউজৌসনা য়াইস্কুল লাকপা অমসুং মচা ইবুংঙো মাহল সেঙ্গোইসনানা লুচিংদুনা লান নাকে নাকে হায়বা অথৌবা পুম্নমক থাঙ পায়দুনা চঙ্খ্রে। অচৌ এলাংবা অমসুং মাগী মরূপ তেম্বাগী জয় হরাও মথোই কাজরে। মমা লৈবাক্কী য়েক্লবা মলেছ লাম্মী খুৎনা ফংনা য়ান্নদুনা হাংলুরনি থনবদা নুংঙাইবনা মশাদু ফুং ফুং লাওরম্মী। ফিভম শেম্নদুনা ফিদুপ কায়দনা চেংশিনবা চোংথোকপা য়ানশিনবা হাইদৎপা তৌদুনা থেংনরকপনা নুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং অহুম তাবদা সাহেবকা কন্না য়ান্নরে। সহেব অমসুং মাগী লাম্মী য়াইস্কুল লাকপা মপা মচা মঙামক শোক্তুনা শিমিন্নে। অচৌ এলাংবা অমদি মাগী মরুপ জয় নুমিৎ তারদুনা তেঙ্গোন হঞ্জিন্নরকপদা য়াওরক্লে-ঙসিগী লানফমদগীদি হিংলক্লে- হুয়েংগীদমক শেম শাদুনা লৈখি।

নুমিৎ অদুগী নুমিদাংদা গ্রান্টনা লানবন্দা হল্লক্লগা মাগী লাম্মীশিং রিভিয়ু তৌবদা মাগী সিফাইশিং মখুত্তা নোংমৈ মরু য়াঙথৈ য়াঙ্খৈখক্তা ঙাইরে, মদুদি শুপ্নগী পুং অমগী লান তৌনবদগী হেন্না চৎলরোই হায়বা খঙখি, চাননবা রেশনসু নিনিগীতা মঙাইরে। নুমিৎ অদুগী নুমিৎ য়ুংবা মতমদা চিঠি অমা ফংখি- চিঠি অদু কেপ্টেন প্রেসগ্রাফনা থারকপনি মাবু থুনা হন্দোরক্লবা ওরদর অদুনি। কেপ্টেন প্রেসগ্রাফনা লাম্মী ১০০ গা লোয়ননা লাকলিবা অদু মাগী লান মতেং পাংনবা নত্তে মানা হন্দোরকপদা খুৎলৌ পল্মৌদনবনি।

তাং ৮ গী নুংদাং অদু শুক্র মম্বনি। অথাক অরাও য়াওনা নোং কন্না চুবনা শুক্রা মমই, নোংথাং কুপ্পকপগী হেক হেক ঙাম্ভোরকপা ঙাইহাক্তং অদুদা মশা মশাবু উজরম্মী। লেপ্টেনেন্ট গ্রান্টনা অমম্বদা চৎপা উদদুনা মাগী গুর্খা সিফাই অমগী মখুত্তা য়াম্নরম্মী। অশুম্না শোৎ পেক লাউদনা-অথোকপম লানবনদগী থোরক্লম্মী। নোংথাং অমুক অমুক কুপ্পকপদা খোংকাপ তরা-তরামুক থাং, পুংখাই অমা চপ লেপ তৌদুনা নোংনা শরু য়ৌনা চোৎনা-চোৎনা মী কনা খঙহন্দনা লোন্না তুমুরোমদা পলেল তাখি। নোংজুগী অহিং অদুদা মৈতৈ লাম্মী অমত্তা মপান থোক্লরমদে অদুনা তাং ৯ গী অয়ুক্তা সাহেবগী লাম্মী অমত্তা লৈরমদ্রে চৎপ্রে হায়বা খঙখি। অচৌ এলাংবা হনখিদুনা মাগী ওঝা ব্রাংখৈ মৈরাবা পোইলাগী লাম্মী ওইনা মথং লানগীদমক শেম শাদুনা লৈখি।

য়াইস্কুল লাকপা হাউজৌসনা, সেঙ্গোইসনা মপা মচা অমদি মৈতৈ অথৌবা কয়ানা অথোকপমগী লানফমদা মথব্রায় কথোক্লুনা য়েক্লবা পুম্বা তাম্ভোকখি। লানফম অসিমদি মৈতৈ লাম্মীনা জয় ওইরবনি। নোংপোক নোংচুপ অব্রাংলোমদা লান তানবা চৎলুবা অথৌবশিং লান লৈতে হায়না হন্নরকখি। অশুম্না এপ্রিল তাং ৯ দগী তাং ১৯ ফাওবা সাহেবনা অমুক লানগারক্ত্রিবা ফাওবা নুমিৎ খর অসি মণিপুরগী লৈমায়দা য়েক্লবা মলেছ অমা ফাওবা লৈত্রে নীংতম্না ঈংনা পাল্লনি হায়না খন্নরম্মী। অচৌ এলাংবা হিয়াংলমদা হল্লক্লুনা লৈরিক্কী নাক্তা নুমিৎ খরদং লৈখি। লাইনীংথৌ পাঙ্গনবদা হৈরুক হৈরা কাদুনা মথং লানফমসু জয় ওইদুনা হল্লক্লবা থৌনিজখি। অথোকপম লানফমগী হেরো অচৌ এলাংবা শাফি লানফি শেৎলগা থাঙ চুঙ্গোই পায়দুনা লেপ্পদি মিৎ থক্লা ফজবনি। মপুরোইবগী সিগুম্বা শক্তম অসি লৈরিক্কী থম্মোই লাইয়ুমদা মুৎপা য়াদনা য়েকশ্রবা মুর্ত্তিনি। মাগী তাইবং খোঙদারক্ত্রিবা মচানুপা অদুসু অদুম্না ফজবা ওইগনি আশা তৌজরি।

সাহেবকী লান অসি তোকখিগবরা হায়ববু তোক্তদুনা নোংচুপ, অব্রাং অমসুং নোংপোক মায়গৈ অহুমক্তা চাওরবা লাম্মী তেঙ্গোন পুদুনা লানগারক্লে হায়বা পাও অসি স্না কোনুংদা এপ্রিল তাং ১৯ দা য়ৌরকখি। "মণিপুর ইমা লৈবাকপু য়েক্লবা মলেছশিং মখুত্তগী কন্ননবা মৈত্রবাক মচা অথৌবা চোংথোরক্লো-পজেং ফিরান থেৎনিংদ্রা ? পামদবরা থৌনা ফবা মরৈবাক নীংবা মচানি শোন্নবা।" অশুম্না নিংথেম্না লাউথোকপদা চোংথোরকখিবা মরৈবাক নীংবা পাউনা ব্রজবাসি, চোংথা মিয়া, হাওবম মচা অঙাংহল অহস্তু মেঙ্গোর, লোঙজাম্বা সুবিদারবু পোইলা হাপ্তুনা লান নাকে নাকে হায়বা মৈতৈ সিফাই ৪০০ গা লোয়ননা থৌবালদা লান ঙাকপা চৎখি। অসিদসু নত্তনা ব্রাংখৈরাকপা মাইপাকসনা অমসুং য়েনখোইবা মেঙ্গরনচিংবসু মৈতৈ লাম্মী ৭০০ পুদুনা থৌবালদা তেঙ্গোল শাদুনা লৈখি। অশুম্না নোংচুপলোমদা শগোল হঞ্জবা কালাসনা, সনাঙাংবা লৌরুংপুরেন য়েনখোইবা পোইলানচিংবা লাম্মী

১০০০ পুদুনা লাইমতোন্দা তেঙ্গোন শাদুনা লৈবে। অৱাংলোমদা খ্বাইবাকপা লাইশ্রম জম্বুবান্নচিংবা লান্মী ৮০০ চৎলে।

অচৌ এলাংবা মাগী ওঝা ৱাংখৈ মৈবাবা পোইলাগা লোয়ননা লান্মী ৩০না মাঙ থাগৎলক্নুনা মান্তক চীং তুং ওইননা থনম্লগা ককচিং যৌখখি। ককচিংদি মতমদুদা মেজর লেসলীনা দোমিনেৎ তৌদুনা ককচীং খুন্দা সাহেবগী সিফাই যাম্না লুমদুনা লৈবমখি। ৱাংখৈ মৈরাবা পোইলানা ককচীংগী মীশিংদা হংখি- "সাহেবগী তেঙ্গোলদি কদাইদনো ?"

ককচীংনা খুমলকখি- মনাও চীংদা লৈবা অসিনে। পোইলানা-মনাও চীং চৎনবা মমায় ওল্লকপদা খুল্লক্তা লুমদুনা লৈরম্বা সাহেব অমসুং সিফাইনা পুন্না নোংমৈ কাপশিল্লকখি। পোইলানা লুচিংদুনা মখোই কুম্লানা সাহেবগী লান্মী খুৎনা ফংনা যান্নবে ৱাংখৈ মৈবাবা পোইলানাচিংবা মী ২০ শিবে অবেম্বদুনা চেনখ্রে। অচৌ এলাংবা চেনখিবা মবক্তুদা যাওবক্তে- অশিবা মবক্তুদসু যাওবমদে। অচৌ এলাংবা মাঙ্খ্রে।

এপ্রিল তাং ২৫ দা নোং ঙাল্লকপদগী হৌনা নুমিৎ তাবা ফাওবা খুৎনা ফংনা যান্নবা খোংজোমগী লান্দা পাউনা ব্রজবাসি মেঞ্জবনচিংবা লুচিংবা কযাগা লোয়ননা মৈতৈ লান্মী ৪০০ গী তেংগোল পুংতুম তুমখিবগা লোযননা মণিপুব লান্দা মাযথীবে। মবৈবাক্কীদমক মথৱাই কৎথোক্লবা লানফমদুদা হিংহৌবা শাথিনা শোক্লবা চোংথা মিয়া মেঞ্জব থৌবাল লানশঙদগী তাং ২৬ তা ফাখি। নোংচুপলোমদগী লানগাবকপা মেক্সরেল সাহেবনা লুচিংবা সাহেবগী লান্মীনা তাং ২৭ তা কংলা কোনুং খুদুম চনখিবগা লোযনন মণিপুব মীখা পোল্লে। বড সাহেব মেক্সনেলনা মণিপুবগী নিংথৌগী মহুৎ শিন্দুনা মণিপুব ঙাকপগী থৌদাং পুখি। থীন্দনা মহাবাজ কুলচন্দ্র, যুববাজ টিকেন্দ্রজিৎ সিংহ, থঙালনচিংবা কযা মশা মশানা সরেন্দর তৌখ্রে। সাহেবকা মথন্তা লান হৌই হৌরদুনা। টিকেন্দ্র থাঙ্গাল ফাসি তৌদুনা হাৎখ্রে-কুলচন্দ্রা মহাবাজনচিংবা কয মণিপুব ৱাংমা কালাপানীনচিংবদা লোই থাখ্রে। মণিপুব মপুং ফানা সাহেবশিংগী মখা পোল্লে।

মণিপুব ৱাংমা কালা পানীদা লোই থাবদা লৈবিক্কী মপা হুইদ্রোম সুবদাবসু যাওখ্রে। অৱাবদি হৌনদুনা লাকই। লৈবিক্কী লাইবক অৱাবা চবোং চবোংনা থল্লকখি। অচৌ শিখ্রে হায়বা অবেপ্পা খঙ্দবনা মা লৈখিদবগী থৌরম অমা ফাওবা পাঙ্থোক্ত্রি। লৈবিক্কী থম্মোইনুংদদি অচৌ হিংলি থুনা হল্লক্কনি হাযনা যাম্না হকচিন্না থাজবি। মনাও চীংগী লান্দা মৈরাবা পোইলানচিংবা মৈতৈ অথৌবা কুন শিরবা তুংদা থংনবা নুমিৎতা লানগারকপা সাহেবশিং খোংজোম য়ৌখ্রে। লান্দা শিখিবা মৈতৈ লান্মীশিং অদুগী মরী মতাশিংনা অশিবা মচা মনাও মবুং মৌপ্পা য়াওরম্বশিং পুখিদুনা ময়ুম ময়ুমদা পোৎলোইখি মথৌ মওম পাঙ্থোক্লখি। মপা হঞ্জবনা থিবদা অশিবা মরক্তা অচৌগী অশিবা মশা থেংনখিদে। লানফমদগী চেঙ্খোরক্নুনা হিংহৌবা মখোয় তরাগী মরক্তসু অচৌ য়াওরক্তে।

মৈরাবগী লাল্মী মবক্তা অচৌ যাওই মাগা লোয়ননা লান চঙ্মিন্নে হায়বসিদি তেন্থাগী জযনা তশেং তশেংনা হায়। অদুনা সাহেবশিংনা মাবু ফাদুনা পুখ্রমাল্লে হায়না খন্নে। লান লোইখ্রে মণিপুর মীখা পোল্লে। সাহেবনা ফাবা মৈতে লাল্মী কয়ামা থাদোরকখ্রে কয়া অমা জেলদা থমখ্রে, কয়া অমনা নমদুনা সাহেবশিংগী থবক শুহনখ্রে। অদুবু মফম কদায়দসু অচৌবু উবা ফংখিদ্রে। মশানসু থোরক্তুনা মহাক লৈরি হায়বা উৎলদরে। মপা মমা হঞ্জবা হঞ্জবী অমদি লৈবিক্কী মিংকী পি কংবা লৈত্রে।

অচৌনা লান চৎলমদাইদা নাওপুহৌবা লৈরিক থা তরা মপুং ফারক্লদুনা মখিং মায় পাঙলে অঙাং উনরে - নুংশিশ্রবা মচানুপা অমা পোক্লে। মশক মওং মতৌ মপা অচৌ হেক হৈজিল্লি লৈরিক খিত্তং অবা অনা কাউজরে। অচৌ কায়নবগী পিরক্তা মচাগী মতৌ উবদা মোমোন নোকপা ঙমজরে। হুল্লক্কদরা হায়না চহি অমা চুপ্পা ঙাইরবা ফাও কবিগুপ্পা শনম মীনম অমত্তা ফংখিদ্রবদা অচৌ লান্দা শিখ্রে হায়না অরেপ্পা ব্রারেপ লৌদুনা পাঙ্গোং পাম্বীগী মতুপ অমনা অচৌগী মশাগী মহুৎ শিন্দুনা শন্দুক মথক্তা থমদুনা পোৎলোইখ্রে- শ্রাদ্ধনচিংবা মথৌ মঙম লোইনা পাঙ্থোকখ্রে।

অচৌনা লানফমদগী মাঙখিবা মতমদা লৈরিক চহি তরানিপান মপুং ফারকপদা ঙায়রি। অচৌগী মচানুপাদু পোকপা মতমদা থাগী খোংচত্তা চহি তরামাপন চঙ্লকলে- ঈনখৎলকলিবা মপুং ফারক্লিবা মহাক্লী। মচা অমা পোক্লদুনা মৌনহা ওইরবসু মমান্নবা কযা মশম লৈশাবিবীনী। লৈবিক্কী য়েক্লবা বৈরিসু মাগী ঈনখৎলক্লিবা মপুং ফারক্লিবা মশা অমসুং ফজবা হেনগৎলকলিবা বাশি লৈবা শক্তম অদুনি। মিতারিবা নুপা নুপী খাক্তনা মীনা কল্লক য়েংথিরিবা, নত্তবা মিৎয়েং মঙোন্দা থমলিবা পুম্নমক মাগী নহা ওইরিবা ঈনখৎলক্লিবা অমসুং অনৌবা ঈ শিনবনা ফজবা হেনগৎলকলিবা বাশি লৈবী. শক্তম অদুদনি। মতম অদুগী হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্মগী চৎনবী মপুরোইবা শিপ্রবী লুখ্রা ওইহৌরবী অমনা চৎকদবা শাজৎ শেৎকদবা ফিজেৎ চাকচা অদু ঙাক্লা চৎপদা লৈবিক হৈনদবা কবিমক্তা লৈতে। অদুবু চন্দন অমুবা থিনবা, পুংঙৌ ফনেক শেৎপা, ইন্নফি অঙৌবা ইনবা লীক -কোন খুজি নাচি শিদবা নাইন যান্দবা শুপ্লতগী উবিক অমত্তং শিবা অদুনা লৈবিক্কী ঈনখৎলক্লিবা শাহৌ অমদি ফজবা বাশি লৈবা হেনগৎলক্লিবা শক্তম অদুবু লোৎশিনবদি ঙমলমদে।

লৈবিক্কী অতোপ্পা বৈরি অমনা লৈবাকমচা তাবা ইমুংদগী হৌরকপনা মীঙোন্দা অথীবা খোন অমত্তা হায়বা ঙমদবা অসিনি। মরমদি মীওইবশিংগী মরক্তা ফজনা হায়বদা চত্তবা খব ব্রাওরপ তৌবা কন্থা কল্লুম্নবা খোনচোপ থারগতা চৎপা মী কাঙ্লুপ অমসু লৈরিদো।

লৈরিক্কী থম্মোইদা অচৌ নত্তনা অতোপ্পা নুপা অমগী মফম লৈতে, মমি তাদে অদুবু নহা ওইরিবী মৌ নহা লুখ্রাবী অসিবু মিতাবা মীগী মশীং নোংমা নোংমগী হেনগৎলকখি। লৈবিক্কী খোংথাং খুদীংমকপু মুন্না য়েংশিল্লিবশিংগী মরক্তা য়াওরি মকু

মনেম, লৈকাইগী মীরা ঙাঙনবা কয়া। নুপী ওইবীগী হৌনশা সমাজদা চৎনবা মতুং ইন্না লুহোংলবা মতুংদা নিংঙোলবু নুপা ময়ুমদা থিন্দুনা মৌ ওইরবা তুংদা নিংঙোল পুম্বা মপামগী হৈনবী থাদোক্লুনা নুপা ময়ুমগী চৎনবী হৌন-লোনচৎতা মপুং ফানা হৈনবী ওইবা অদু করিমত্তা কায়দনা লৈরিক লৌউবা হৈরমদবা হৈরে ইংখোল কোইবা খঙলমদবা খঙলে- করি অমুক হায়নি পাত্তা কুমদুনা ইনজিং লোংখোল ঙা ফাবসু হেন্দোক্লা হৈরে- হান্না লৈরম্বা কাঙবুনা মঙোন্দগী হেনবা ঙমদরে।

পীক্লিবা মচা নুপাবু মিকুপ অমা ফাওবা মাগী মিৎয়েং ব্রাংমদা থমদনা কোয়শেন শেন্নবগা লোয়ননা ইমুংগী থবক পুম্বা তৌবগী মথক্তা অহল ওইরবা মকু মনেমগী সেবাসু তৌরম্মী অমদি লৌশিং ইংখোল পুম্বা য়েংশিন্দুনা চহি অমগী চান-থক্লবা ব্রাৎতনবসু শীল লাঙলম্মী। ব্রাত্ত-পাদবা ইমুং ওইরবসু লানফমদগী মাঙখিবা মচা নুপাগী খনবদা লাইমন হৌরবা মপি কংদনা লৈরক্লবা অহল অনি অদু লৈরিক্কী মচানুপা মশুগী কুম্মৈদা অৱা-অনা খর খর কাউরক্লে। অদুবু মশক মতৌ ফজবা হেনগৎলক্লিম্বী মমৌ নুপী লুখ্রাবী অদুবু কল্লক্লম্মী খম্বনলম্মী মরক মরক্তা করিগুম্বা কৈশু লৈতবা মরম অমগীসু মমৌনুপীবু থীনা চৈরগা পেঞ্জরম্মী।

লৈরিক্লা য়াম্মা হৈ শিংনা মাগী লমচৎ শাজত্তা ছিদ্র অমত্তা লৈতনবা হোৎনরম্মী। কৈদৌঙৈদসু মহাক মশা মথন্তা চংথোক্তে, মতম পুম্বদা মমান্নবা নত্রগা মচন মচে মনে লোয়নদুনা চৎলি। মঙোন্দা মিতারিবশিং অদুনা পাক কাইহৌবা ঙম্লমদে। অদুবু লৈরিকপু মীতারিবশিংগী মরক্তগী অমনা শন্দোরকখি-তোকঙা অমা "মহাক লৈরিক্কী মরুম্বীনি"। মখোয়না লৈরিক্তা ৱা থংননবা নুপী মথং মথং থাজিল্লকখি। লৈরিক্কী নাকোং অনীমক্তা ঙংলরি-"মানা য়াম্মা পামজৈ হায়বনি" "মানা হায়রিসি কুইরে য়াথোকখ্রোদনা", "মোংফম শঙদুনা লৈবসিবু কান্নরিব্রা?" যৌবনগী মতম অরেম্বদা হৌহল্লিবসিবু হৌনবরা? লৈরিক্কী মচীন্নদি- খুমলি "হৌনদেদা অদুম্না হায়বীগনু-ঐসে চাজেনবী মৌনহা লুখ্রাবীনি।"

নোংমা মনেগা লোয়ননা নুংদাংৱাইরম লৌবুকতগী হল্লকপদা মঙোন্দা মিতারিবশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না মরৈ মরা চাউরবা হিদংগী মচানুপা ব্রাইখোম নবকুমারনা মায় থারবা শউন্না কুপ- হায়রকখি মী কোইরু -কোইরু য়েংলগা - "লৈরিক ঐদি নঙবু নশা লৈশারিঙৈদগী হৌনা নীংজরকপনি হৌজিকসু ঐদি নঙবু নীংজরি, নঙগীদমক্তা লেপলি। কৈদৌগে ঐনা নীংজরিবসে অমুক্তদি থুংহনবীয়ুদনা।"

"হৌনদেদা তাদ নব ! নঙদি পাখঙনি, ঐনা এলাংবম শাগৈগী মৌনি ইচা লৈরবনি, লুখ্রাবীনি, হৌনদে অদুম্না খনবীনু।"

"নচানুপাদু ইচা ওইনা য়োকচগে। নঙবু অমুক্তদি মুম্না খল্লু।"

"হৌনদে তাদা অদুম্না হায়বীনু, ঐগী ইনুংঙোদো লান চৎখিবনি শিবা হিংবা খঙম্রিবনি, ঐদি মহাক হল্লকপা ঙাইজরিবনি।"

"ইবেম্মা লৈরিক ! ভায় অচৌদি শিগ্রবনি, শিগ্রবগীদমক মং শঙ্দুনা লৈবা হৌনদে। নশা নহানি, ঈনখৎলক্লিবনি ঈনখৎলকপগী নুঙাইবা যৌবন বসন্তবু অয়েন্দ্রদা মাঙহনবা হৌনদে। মুন্না খল্লু অমুক্তা ঐবু অমুক্তা চানবীয়ু।"

"হৌনদে তাদা ! অদুম্না হায়বীনু" হায়রম্লগা মমায় ঙাঙ্না পি মরিক অমখক্তং মিত্তগী শিম্লরগা-"ইনে লেঙলসি" হায়রম্লগা ফৎ হাইদোক্নুনা থুনা মাঙ্না মযুম তাম্না চংখি।

মযুম যৌরগা মহাক্না নুমিৎ খুদীংগী অয়ুক অমসুং নুমিদাংবাইরমদা ধূপ থাওমে কত্নুনা পুজা তৌজরিবা অচৌগী থাঙ্ চুঙোই অমসুং লানথি ফিজেৎ মানা অচৌমক্লি হায়না খঞ্জরিবা অদুগী মমাঙ্দা ফমদুনা ব্রা-লান অমত্তা ঙাঙ্দনা তুমিন্না মমিত্তা মপি ওবোরো তানা হায়জখি-"ইবুংঙো করি ওইর্রাসিগে ঐবু। কৈদৌঙে লৌশিনবীরগদগে ঐবু।"

অশুম্না হেক হেক কপচখি-নোংমসু মাইবম চন্দ্র পাখঙ লাকপনা মী কনা লৈতবা তাঞ্জা য়েংদুনা পুত্রিদগী ঈশিং শোকপা থোরক্লিবী লৈরিক্তা হায়খি-"লৈবিক! ঐনা নঙবু পামজবদি সিনি হায়নিংঙাই প্রমান তৌনীংঙাই লৈতবনি। ভায় অচৌদো ঐগীদি নুংশিরবা মরূপনি অদুবু লান্দগী হল্লক্লেদো। শিগ্রবগীদমক নপুক্সি মাঙহনবা হৌনদে ঐনা নীংজবসে অমুক্তা থুংহল্লু কৈদৌগে ?"

"অদুম্না হায়বীনু তাদা হৌনদে, ঐসে নখোই খুনগী মৌনি মবা মপুবোইবা মাঙগ্রবী মবাইবক থীরবী লুখ্রাবী নচিন্নি। ঐবু নুংশিবীয়ু, অদুমনা তাকপীনু।" মমায় ঙাঙনা হায়রম্লগা খুৎলৈ থুনা ঈশিং চফু কোক্তা থোংগৎলগা চঙখি। ব্রা-লান মচেৎ অমত্তা ঙাঙ্দনা তুমিন্না কপ্পুনা লৈখি অচৌগী মমাঙ্দা। লৈরিক মপুক্লীংদা খোঞ্জেল অমা তাখি- "ঐ লৈরি ননাক্তা করিমত্তা নুংশা থীগনু।"

অশুম্না নোংমসু নিংঙোল লাকপা হুইবেম মনিসু লৈরিক্কী ব্রাফমদা ময়া কুমদুনা লৈহৌরবনি। অদুবু লৈরিক্তা মিৎয়েং চঙশিবা হিদাম্নরিব অহুম্মক অমত্ত লেম্না লৈরমদে। খুন অদুগী হল্লকপী মৌ নহাশিংদা শেন পীদুনা শীজিন্নে লৈরিক্কী নকোং বাইচিলহল্লি, লৈরিক্তা ব্রা হায়হল্লি- তোকঙা মথং মথং শন্দোকহল্লি। মখোয় অহুমসিগী মরক্তা লম লৌশিল্লকপা হেজিল্লকপা নবকুমারনি। মানা শন্দোরকখি তোকঙা-"মাগা লৈরিক্কা মরী লৈনরে, ঙাঙনরে" তোকঙা অসি হঞ্জবা হঞ্জবী নাকোং যৌখি। মখোয় অনীদি মমৌ নুপীগী শাজৎ অদুম্না তৌরমগনি হায়বা থাজদে অদুবু মতুং ইল্লুবদি ঙমদবনিনা মী অমত্তা নত্তনা অনী মরিগী মফমদগী ব্রাদু তাবদা ওইবা যাবা প্রমাণ অমত্তা লৈত্রবা ফাওবদা শাওনীংবোই কল্লকপোই তৌদুনা নোংমদি মমৌ নুপীবু যাম্না থীনা চৈবিরম্মী। লৈরিক গতি লৈতে মকু মনেমদা হায়জখি-"থাজবিরুনু হায়জিনবীবা ঙাক্তনি-শাগেগী মর্য্যাদা মাঙবা থবক অমত্তা তৌজখিবা লৈতে।" কল্ল -কপ্না মবুঙো অচৌগী মাঙ্দা মায়োক্লনা ফল্লগা-ও খোংনা কপখি-হন্না হন্না হংজখি-

"কৈদৌঙৈ লাকপীগদগে ঐবু ননাক্তা পুবিনবা।" হঞ্জবীনা মতৌদু উবদা নীংঙমমক্তুদুনা চহি অহুম চঙ্লক্লবা মচানুপাদু মাগী মনাক্তা থাজিল্লকখি। মাগী থম্মোয়না তাগুম তৌখি-"করিগী ব্রারী ঐ লৈরিসিদি"- মচাগী মতৌ উবদা মমিত্তা মপী তানা তানা মোমোন নোকচখি।

অসুম্না চহি অহুম ব্রানা খাঙলক্লে। হঞ্জবা হঞ্জবী লৈরিঙৈদা ব্রা হেজ্জিনবা ঙম্লমদে। চপচাবা প্রমাণ লৈতবনিনা তোকঙা ওইনা অদুম্মক মাঙখি। মচা নিপানা চহি অহুম শুরকপদা মনা হুৎলে-মপু মবেন হরাওজে। লৈরিক্কী অপাম্বদি মচাবু মতীক চাবা মী অমা ওইহনবনি। যুগ ওল্লবা লৈবাক্কী মণিপুর স্নাহেবকী মখাদা লৈরবদা। ওল্লক্লিবা সমাজগী ফিভম অসিদা মতীক চাবা মী ওইগে হায়ববদি লাইরিক লাইসু হৈতবা য়ায়রোই অদুনা মচা অসি ইম্ফালদা মপামদা থমদুনা লাইরিক লাইসু তমহনগে খন্দুনা মনা হুৎপা নুমিৎ অদুমক্তদা মকু মনেমগী য়াথং অয়াবা লৌখি। মশু নাহুৎপা মতুং ইকুই কুইদনা হঞ্জবা-হঞ্জবী মচা নুপা অচৌ কৌদুনা কপখৈ কপ্লম্লগা অহিং অমত্তদা পূন্না নোংগাপ্লে। লৈরিক্কী দষা কুংশিল্লকলি।

হিয়াঙলমগী তৌঙম্বা নবকুমার, চন্দ্র, মনি মখোয অহুম্না মিতাবিবী লুখ্রাবী লৈরিক নোংমা-নোংমগী ফজবা বশি লৈবা হেনগৎলকলি-মখোয় অহুমসু লেপ্পা লৈতনা হোৎনরি মাগী মাগী পম্বুং য়ৌনবা। মীওইবশিংগী মবক্তা খোন্থি তাদ্রিখৈ তোক্তবা, ফজনা লেম্না হায়বদা চত্তবা কাঙ্লুপ অমা লৈ-মদুগী মবক্তা মখোয়সু য়াওবি, লম হেল্লি। লৈরিক্লা ব্যবহার কায়দনা ফজবা ব্রাহৈনা য়ানীংদে হায়বা খঙ্হল্লিবা অদু ইকায়দুনা তৌবনি মশানদি যাদবা নত্তে হায়না লৌই। হৌজিক মখোয় ৩ পুনপ্লে। নোংমা নুমিৎ চুপ্পা অমা ফমদুনা মখোয় অহুম করম তৌসিগে খন্নরম্মী। মমৈদা মখুৎ মশা খর য়াওবা দরকার লৈরে হায়না লেপ্পখি।

মকু মনেমগী শ্রাদ্ধ লোইখ্রে। শ্রাদ্ধ য়াওবা লাকপী মমাদা মশু নুপাদু ইম্ফালদা লৈদুনা লাইবিক তমহনবগী ব্রা হায়নখি। ইম্ফালগী চাউরবা যুম অদুদা লৈবিক্কী মমা মথন্তা লৈরি। মপুবোইবা সুবদার খোংজোম লান্দা মৈতৈনা মায়থিবদগী সাহেবনা বিচার তৌদুনা বন্দি ওইনা কালা পানীদা থাখি। মপুন্সি চুপ্পা লৈখ্রগদবনি মণিপুরদা অমুক হল্লকপা য়াদ্রবনি। সুবদাবগী নুপী ওইদুনা হাই-হুম্না পাল্লম্বদো তোকখ্রে। মখুৎনা থবক শুদুনা ফিরোন শাদুনা চাকখুম মৈ মুত্তনবা হোৎনদুনা লৈখি। মীওইবগী লাইবক তম্বা ঙমদে। লানফমদা শি খঙ্দে, য়েক্লবনা ফাপ্লে খঙ্দনা মাঙম্রবা ময়ানুপা, লুখ্রা ওইহৌরবী নহা ওইরিবী মচা নুপী, মপুরোইবা লৈনা লুখ্রা ওইরবা ফিভম হোংলবা মশাগী পুন্সি পুম্নমকসে য়েংলুবদা নুংশা মপী হোনবা নত্তনা অতৈ উপাই লৈরমদে। অদুবু পুম্নমকসি মণিপুর মমা লৈবাক্কী নীংতম্বা ঙাক্লবা হোৎনবদা নীংতম লাম্নীনা ফংফম থোকপনি খন্না মবুক ফাথদুনা হিংলি। আশা তৌরি নোংমদি মণিপুর শোয়দনা নীংখা তমগনি।

মশক মতৌ রাশি লৈনা ফজবা, ঈনখৎলকপা মপূং ফাবকপা ঈ থাংনা ফজববা শাওং শাদা ফিভম মুর্ত্তিনা পোকহল্লকপা মিতাবশিংগী মরক্তা তৌঙল্লবা অহুম অদু লৈবিক্তা হাইজিনবা শুকয়া মযাবক্রুবদা মীওইবগী মশাদা য়াওবিবা শারমচৎনা হেঞ্জিল্লক্লুনা মখোয অহুম্মা নোংমা নুমিদাংৱাইবম খোইদুমদগী হিরানমৈ-লাইনিংথৌ পাঙ্গনবগী লাইকোন উমং তাবা লম্বীদা লৈরিক মমা মচাবু কোয়শিন্দুনা থৎখি। লোইনবকপী চেনখ্রে, চন্দ্রনা মী অতৈ লাকপা য়েংলি, মনিনা লৈবিক্কী মচা অঙাং নুপামচা অদুবু ফাজিন্দুনা থম্লী নবকুমাবনা লৈবিক্কী মনাক্তা চঙ্শিল্লরক্লুনা ৱা কাতু কাবন ঙাঙ্লম্বদগী হেঞ্জিল্লক্লুনা মখুৎ মশা শাংদোবকখি। ফজনা লৈবাক মচা তাবা ৱাহৈনা হাযজবা তাবিবক্রুবা অদুদা মমায় ঙাঙ্নুনা শাউববী লৈবিক মকোক্তা কোকশেৎ চেৎনা পুনশিন ইন্নফিনা খ্বাংজেৎ চেৎনা লাক লৈশাবিঙৈদা মপানা মশা কঞ্জনবা তম্বীখিবা শাবৈ শবা শাজেন চাং যেংবা হৌবকলে। নবকুমাবনদি অচম্বা নুপীনি কৈশু তৌবকলোই খুৎহনবা ঙমলোই খন্না ইতাউ তাউনা হেঞ্জিল্লপা খুৎ অদু যৈথত্তুনা লৈবিক্লা মমাযদা খুবাক্লা থাবগা লোযননা মশা লৈনা চোংদুনা খোঙ্পাক্লা অমুকসু মমাযদা কাওখি নবকুমাব লৈবাক্তা উপথুননা তুই-ফুক হৌগত্তুনা হোৎচিল্লকখি-চন্দ্রসু নবকুমাবগী মতেং পাংবা চঙ্শিল্লকখি-মতমদুদা মনিনা ফাবিবা অঙাং অদুনা ৱাৱা কপ্পকখি মনুং কল্লবী লৈবিক্লা শোঞ্জখি- "ঐগী ইবুংঙো নঙবু কদাইদা লৈবগে নঙ্ লৈবম্লবদিকো ?"

হৌজিক মখোয অহুম্মাক চঙ্শিল্লক্লুনা লৈবিকপু ফাননবা হোৎনবকলে- তাঞ্জা অসিদা কদোমদগীনো খঙ্গৌদে কিমু শেৎপা নুপা পাখঙ্ অমা হোৎচিল্লক্লুনা মখোয অহুম্মু [illegible]কোক থুগাইদুনা [illegible] লৈবিকপু মথে[illegible] [illegible] কনাখি অহুম্মাক নাক্তৈদনা লৈবাক। [illegible]দুনা লৈবি। মচানুপা [illegible] [illegible] শেৎপা পাখঙ্দুনা লৈবক্তা হায়খি "চন্দ্র [illegible]সমক ইম্ফালদা [illegible]"

ইম্ফাল, ২৫ ১০ [illegible]

লোই[illegible]









# এলাংবম সো[illegible]গী ফোঙখ্রবা

[illegible]

নির্ম্মল যমুনা/১৯৬৬ ইং

রোমকুদা শিকার/১৯৭৩ ইং

মংশৎ তানবা/১৯৭৮ ইং

জগন্নাথ পুজারী/১৯৮২ ইং

মমাঙথোঙ লোল্লবদি মনীংথোঙদা লাকউদনা/১৯৮৫

হায়নবীদো/১৯৯০ ইং

মৈতৈগী ইজ্জৎ /১৯৯৫ ইং

রাথোকচাও/২০০৪ ইং

মরুদো কদায়দা.../২০০৭ ইং

কৌজারে অদোমগী খু[illegible]